# শ্রীনরোত্তম দাসকী প্রার্থনা

( লালসা পরেং )

মৈতৈলোনগী শব্দার্থ, অনুবাদ

অমসুং

ব্যাখ্যাগা লোয়ননা

শীতলজিৎ সিংহ-না

সম্পাদন তৌবা।

( লালসা পরেং )

মৈতৈলোনগী শব্দার্থ, অমুবাদ

অমস্তুং

ব্যাখ্যাগা লোয়নবা

শীতলজিৎ সিংহ-না

সম্পাদন তৌবা

পুস্তক সম্পাদক-কী নি ] মমল লুপা ~~১২.০০~~ 20.00 তনি ]

অকোংবা—

শীতলজিৎ সিংহ,

কৈশামথোং ইম্ফাল।

অহান্‌বা কোংবা—১৯৫৩ ইং

অনিশুবা কোংবা— ১৯৮২ ইং



মুদ্রালয়—ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল।

মুদ্রাকর—শ্রীঅচোম ইবোবী সিংহ।



ফংফম—

১। ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, য়াইস্কুল, ইম্ফাল।

২। লাইরীক য়োনবা চুকানশিংদা।

# কখোক-চে

চুংশিজরবা মাতামহ ৺রামলাল পাল-না লাক্চরম্বা

ৗত্রিকশু মচা-মশু থিবিক্লা সেবা চংচরিবা ইষ্টদেবতা

৺শ্রীশ্রীগোকুলানন্দজীউগী শ্রীচরণদা

লাইরিক অসিদা োল্লবা মনাই ঐবু ইনশিন্দুনা

তোহনবা শরুকমথৈ থরাই-হকচাং পুম্না

খুরুমজুনা কত্রিবনি।

অপঙবনি থওজনা তায়োল-অরাল ঙাকপিগনি।

# হন্নচ্চবা

প্রার্থনা ময়ামসি মৈতৈরোল্দা হন্দোকপুবা অমসুং ব্যাখ্যা থরা তৌরুবগী মরমদা য়াহৈ অম-অনীদং বৈষ্ণবশিংগী মফমদা নোল্লক্লা হন্নচ্চানিংই। প্রার্থনা অসি বৈষ্ণব সমাজনা য়াম্না পাম্লবা পোৎ অমনি অদুগা নহারোল কৌগৎলক্লিবশিংনসু পাম্লরক্কদবা পোত্তা অমনি। কনা-কনাগুম্বনা য়ুম-য়ুমদা ফমদুনা শংলক্-শংলকৃপা মতমদা পানিংবসু য়াওনরিবনি, করিনা অহৈবা ওঝা-গুরুগী নাক্তা চৎপদি মতম পুম্নমক্তা তাঙ্গা চাদে। অদুগা বাংলা লোল্দা ইবা মরমগীদা নওনা তত্ত্ব অরুব। য়াসু ওইবনা বাংলা-লোন নৈনদবা কাংবুগী মফমদদি তত্ত্ব খংনবা হোৎনবদি লায়রবদুনা চুম্নগী মপানগী অর্থ ফাওবা খংনদদুনা য়াম্না শংঙাইনদবা য়াওই। মরম অসিনা প্রার্থনাসি অনুবাদ তৌরুবনি। ব্যাখ্যা থরা য়াওরিবসিদি মথিক নেম্বনা থা লাম-লুবগুম্বনি। খংবা মীশিংনা নোল্লনিঙ্ঙাই ওইগনি অদুগা খংদি-খংদ্রিবা শংগে হায়নদি লিংজবা মীগী আশাসু মপুং ফারোইদবা ব্যাখ্যা ওইগনি।

অদুদি করিগীদমক তৌরুম্লিবনো হায়বিবা য়াই। ঐনা খংদুনা হৈরদুনা তৌবা ঙাক নত্তে, তৌনিংবদগী অদুক তৌরু-বতনি। মরোল খোক্তববু থোকহনবা খোংতেকৃপবু চিং লাল-হল্লিবা শ্রীভগবান্ না ইনশনবা ওইরিগদ্রা নিংবদগী অর্থ হন্দোক-পগী থবক অসি পায়খৎনিংলুম্লে। তৌরিবা থবক অসিনা কনাগী করি কান্নগদৌরিবনো হায়বদু তোল্লবা ঐনা খনবা ঙমদে। ঐগী হায়বদবু মসি তৌবদা নুংঙাইজবা অদুতনি।

ভক্ত অথোইবা মরক্তা অমা ওইরবা শ্রীলনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না ভক্তিতত্ত্ব খংহন্নবা ইরম্বা প্রার্থনা অসিগী মগুণবু

## অনিশুবা সংস্করণগী মরমদা রা খরা

লাইরিক অসী অহল-লমন বৈষ্ণবশিংনা সাধনগী মতেং ওইবা অমনী হায়দুনা অহানবা অমুক্তং ফোংলগা তোক্লবম্ব হায়না ফোঙ্-লুবনী। অহানবা সংস্করণ অদু লোইনা শীংপদা চহি যাম্মা চঙখিবা মরম্না অনিশুবা সংস্করণ ফোংবগী অাশা লৈরমগ্রবনী। অদুবু বৈষ্ণবশিং খরনা মরক্তা লাইরীক লৈরবরা হায়দুনা হংলবদুদা ফোংবা য়ারবরা খন্দুনা অনিশুবা সংস্করন অসী ফোঙ্জরবনী।

অনিশুবা সংস্করণ-সীদা ইশৈ খুদিংগী শব্দার্থ মৈতৈরোন্দা পীজরবনী। মসীনা বাংলা লোনগা ইশম-শম্নদ্রিবা মীশিংগীদমক ইশৈগী অর্থ খঙবদা খুদোং চারগনী হায়না খনজে।

ব্যাখ্যাগী মতাঙদা মতেক-ময়া অমনীদং হোংদোকপা নংতনা অতৈদি হায়গী অদুম লৈরবনী।

মৈতৈলোনগী শব্দার্থ হাপ্পা মরম্না লাইরীকী লামাঙ্গ মশীঙ য়াম্না হেঙ্গংখিবনে অদুগা চে অমস্তং ছাপা অনম্মল য়াম্না হেঙ্গংখিবা মরম্নে লাইরীকী মমল য়াম্না হেঙ্গংপা য়াবনী। অদুবু গ্রাহক-শিংগীসু খরদংদি য়েংক্ষম খোক্ষপমাল্লে হায়দুনা লাইরীকী মমল হম্বনা লেপচবনী। ইতি –

ফাল্গুন কৃষ্ণা পঞ্চমী,
১২০২ শকাব্দ।

তোল্লবা,
শীতলজিৎ

# সূচীপত্র

# শ্রীনরোত্তম দাসকী প্রার্থনা

## সাধক-অবস্থাদা ভোবা লালসা

১

গৌরাঙ্গ বলিতে হবে পুলক শরীর।
হরি হরি বলিতে নয়নে ববে নীর॥
আর কবে নিতাইচাঁদ করুণা করিবে।
সংসার বাসনা মোর কবে তুচ্ছ হবে॥
বিষয় ছাড়িয়া কবে শুদ্ধ হবে মন।
কবে হাম হেরিব শ্রীধাম বৃন্দাবন॥
শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে হইবে আকুতি।
কবে হাম বুঝিব সে যুগল পিরীতি॥
রূপ-রঘুনাথ-পদে রহু মোর আশ।
প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তম দাস॥

### শব্দার্থ

গৌরাঙ্গ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু; বলিতে—হায়বদা, শোন্‌বদা; হবে—ওইগনী; পুলক—তুজুংবা; শরীর—হকচাও; হরি হরি—হরি হরি; বলিতে—শোন্‌বদা; নয়নে—মীত্তা; ববে—চেক্ষ-গনী; নীর—ঈশীঙ, পিরাং; আর—অদুগা; কবে—কদোঔঙে; নিতাইচাঁদ—শ্রীনিত্যানন্দন্ম; করুণা—খোজাল হুংশিবীবা,; করিবে

—তৌগনী ; সংসার-বাসনা—য়ুম্লিং-থুল্লিংববু পাম্বা, য়ুম্লিং-থুল্লিং-বগীদমক থোরকপা অপাম্বা ময়াম ; মোর—ঐগী ; কবে—কদৌঙৈ ; তুচ্ছ—তুছ, তুকচনগাই ; হবে—ওইগনী ; বিষয়—ইন্দ্রিনা পাম্বা সংসারগী লনথুম ; ছাড়িয়া—থাদোক্লুনা ; কবে—কদৌঙৈ ; শুদ্ধ—অশেঙবা, মক্তবা ; হবে—ওইগনী ; মন—পুক্নীঙনা ; কবে—কদৌঙৈ ; হাম—ঐ ; হেরিব—উগনী ; শ্রীধাম বৃন্দাবন—লাইফম অথোয়বা বৃন্দাবন ; শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাস অনীগী থুয়াদা ; হইবে—ওইগনী ; আকুতি—থোয়রাংবা (আকুতি হইবে—থোয়রাংবা উংপা ;) কবে—কদৌঙৈ ; হাম—ঐ ; বুঝিব—খঙগনী ; সে—মহু ; যুগল—রাধাকৃষ্ণ অনীগী ; পিরীতি—নুংশিনবা ; রূপ-রঘুনাথ—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী ; পদে—থোঙদা ; রহু—লৈশনু ; মোর—ঐগী ; আশ—আশা (ওইগনী হায়না খনবা) ; প্রার্থনা—হঙ্গচ্চবা ; করয়ে—তৌরিয়ে ; সদা—মতম পুম্বদা ; নরোত্তম—শ্রীনরোত্তম ; দাস—মনাইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা—গৌরাঙ্গ হায়না শোনবদা হকচাংদা তুজুংগনি। হরি হরি হায়না শোনবদা মীত্তা পি শিন্থগনি॥ অদুগা কদৌঙৈ নিতাইচাঁদনা থোজানবিগনি। সংসারগী অপাম-নুংশি হায়বদু করম্বা মতমদা ঐঙোন্দা করিস্থু লৈতবা অমা ওই-গদৌরি॥ লনথুম থাদোক্লুনা কদৌঙৈ পুক্নিং অসি শেংগদৌরিবনো। কদৌঙৈনো ঐনা উগদৌরিবা শ্রীধাম বৃন্দাবনবু॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী থুয়াখাদা নোনগদৌরি (কদৌঙৈ)। কদৌঙৈ ঐনা খংগনি যুগল (রাধাকৃষ্ণ) অদুগী প্রীতি (নুংশিনবদু)॥ রূপ রঘুনাথগী থুয়াখাদা লৈশনু ঐগী আশা। প্রার্থনা তৌরিয়ে মতমপুম্বদা নরোত্তম দাসনা॥

টীকা ঃ—

পুলক শরীর—ভুচুংবা হকচাং। ইপা-ইমা ওইরবস্নু নত্রগা ইচিন-ইনাও ওইরবস্নু নত্রগা নুপী-নহা ওইরবস্নু কনাগুম্বা মী অমবু য়াম্না থরাই হকচিন্না থনবা অমদি নিংলুবদা মমিং হেক শোন্‌বগা মমুং-মপান অনীমক ফাওনা ফুং লাওবা অমা পোকই অত্তুগা ভু থ্যাও থ্যাও চুংলকই। অস্নুম তোঙনা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুবু ফংনিং-ঙনা শোল্লবদি ভক্তহুগী পুক্নিং ভুজুং হরাওবা ফীভম অসি ওইগনী। ফীভম অহু ফংবা নুমিংতু করম্বা নুমিতা ওইগদগে হায়না নরোত্তমনা ঙাইরি।

নয়নে ববে নীর—মীত্তা পি শিঙ্গগনি। কনাগুম্বা লাপ্না লৈথ্রবা মী অমবু নিংশিংলুবদা মহাক অহু য়াম্না নু শিবা মী অমা ওইরবদি মাবু ফংদ্রেকো মা ফংলগদা নুংঙাইগদবনি হায়হুনা মাগী মিং শোনবতদা পি তাখিবা থংহোদে। হরিবু অহুম্না নুংশিনা নিংলবা মী অহুদি শোয়দনা মাবু নিংশিংবদদা নত্রগা মাগী মমিং শোনবদদা পি তাখিবা থংহৌরোই।

ঈশ্বর-নিংবা ভক্তশিংগী সাত্বিক বিকার লাকপদা কপ্পস্নিস্নু বিকার অমা ওইনা থোরকই। মসিগুম্বা সাত্বিক গুণ চেন্দুনা ভক্ত অমা ওইবা নুমিং অহু নরোত্তমনা কদৌঙৈ ওইগদগে হায়না য়াম্না থৌরাংনা ঙাইরি।

আর কবে নিতাইচাঁদ করুণা করিবে—নিতাইচাঁদনা থৌজানবিগ্রবদি কৃষ্ণ-ভক্তি অসি ফংবা ঙমদে। অহুনা মহাক্না কদৌঙৈ থৌজানবিগদৌরি হায়রিবনি। গৌরাঙ্গ প্রভুনা কৃষ্ণ-ভক্তি অমদি নাম শন্দোকপদা নিত্যানন্দনা মরু ওইবা মতেং

পাংই। অদুগুম্বা মতেং অদু ফংত্রবদি কৃষ্ণভক্তি ফংবা য়াদবনিনা নরোত্তম ঠাকুরনা নিতাইচাঁদগী করুণা (খৌজাল) ভিক্ষা তৌরিবনি। শ্রীলনরোত্তমনা মফম অমদম্মু হায়রি—"হেন নিতাই বিনে ভাই রাধা কৃষ্ণ পাইতে নাই। অসিগুম্বা নিতাই নত্রবদি ভাই রাধা কৃষ্ণ ফংবা লৈত্রে।"

সংসার-বাসনা—তাইবংপানবা অসিদা লৈত্নুনা মায়াদা ঙাওবা। সংসার অসি ঈশ্বরগী লীলা শান্নফমনি। অসিগুম্বা সংসারবু সংসার কৌরিবনি নত্রবদি অসার হায়রগদবনি। অদুম্মদি ওইরগা সংসার অসিদা লৈনা লৈনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংলবদি সংসার অসি সংসার কৌবা য়াই। অদু নত্তুনা, হায়বদি কৃষ্ণবু নিংদত্নুনা, হায়বদি সংসার অসি কৃষ্ণগীনি, হায়বদি কৃষ্ণগী মুংঙাইনবগীদমক সংসারদা ঐখোয় লৈরিবনি হায়বা য়াথল খন্দত্নুনা লৈরবদি সংসার অসি অসার ওইরকই, হায়বদি অরা-অনাতনা থল্লবা সংসারবনি মুংঙাইতে হায়না খল্লকই। মাগী লীলাগীদমক থোক্লকপা জীবনিনা মাগীদমক খন্দুনদা হিংবা তাই। করিনা সংসার অসি ঐখোয়না থাদোকনিংই হায়রবস্মু থাদোকপা য়াদে। মায়াস্মু কৃষ্ণগী শক্তিনি। শক্তি পুন্নমক্লা তাচ্ছিন্দুনা লৈরবা কৃষ্ণ মাগী শক্তিদি ওস্থোক্লা কনখ্রে ঐখোয়না খিংবা ঙমদে। অদুদি করম্না খিংগনি? মায়া অসি অনী গুরি। মদুদি ভগবৎ-বিমুখী মায়া হায়বা অমা অদুগা ভগবৎ-উন্মুখী মায়া হায়ব অমা। ভগবৎ-বিমুখী মায়ানা ঐখোয়বু ভগবানগী মাইকৈরোমদগী মাই ওস্থোক-হল্লি অদুগা ভগবৎ-উন্মুখী মায়ানা ঐখোয়বু ভগবান-লোমদা মাই ওনশনহল্লি। মসিবু যোগমায়া হায়নস্মু খংনৈ। রাধাবু যোগমায়া

হন্নুবীনা কৃষ্ণগী ৱাথন্দা চিংশল্লি অদুগা মতেং পাংই। সংসার অসি ঐগী মুংঙাইনবনি হায়না থন্দুনা, কৃষ্ণগী লীলাগীনি নত্রগা কৃষ্ণনা মুংঙাইনবনি হায়না খল্লবা মতমদা সংসারগী লনথুম বিষয়-সম্পত্তি পুম্না ঐগীদমক তানগদবনি ঐনা তানগদবসু অদুতনি হায়না জীবনা খন্দোকখিদুনা কৃষ্ণবু কাওই অমদি কৃষ্ণগীদমকনি হায়বা ৱা অদু কাওথোকই। মদুম্না কাওথোক্লুনা সংসারবু নিংবদি সংসার-বাসনা হায়বদুনি। অদুগুম্না বাসনাবু করিস্তু লৈতবা পোংনি হায়না খনবা ঙম্বা মতমদা কৃষ্ণ-ভক্তিদা চংবা য়াগদৌরিবনি। অদুগুম্না মতম অদু কদৌঙৈ ওইগদৌরিবনো হায়না শ্রীলনরোত্তমনা খৌরাংনা ঙাইরি।

শুদ্ধ হবে মন—মন অসি শেংদোকপা ওইগদগে হায়বনি। অশেংবা পোংকা শেংদবা পোংকা ভানী তিন্নরবদা শেংদবা অমাংবা পোং অদু থাইদোকপবু শেংদোকপা হায়বনি। পুক্নিং অসিগা তিন্ননা লৈরিবা শেংদবা পোংতি করিনো? কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্য হায়বা য়েক্নবা হায়না শংনবা ছড়রিপু অসিনি। রিপু তরুক অসিনা থুডুম চল্লবা মন অদু ঈশ্বরগী মাইকৈদা চংবা ঙমদে। মখোয় ময়ামসিবু থুডুম চন্দুনা মন অসিনা মখোয়গী মপু ওইরবা মতমদা মন অসি শুদ্ধ ওইগনী। রিপু তরুকসিদি অমুক মায়ানা লোইরিবা কর্ম্মচারী ঙাক্তনি। ঐখোয়গী হকচাং অসিনা লৈরিবমখৈদি মায়াগা ঐখোয়গা থাদোক্নবা য়াদে। অদু ওইরবদি রিপুশিং অসি ঐখোয়গা তম্না লোয়ননা লৈগদৌরি অদুগা রিপু-রিপু অদুনা মা-মাগী শাজং (স্বভাবসু) থাদোকউ হায়বা য়ারোই। মন অসিনা মপু ওইদুনা মখোয়বু শিজন্নরবদি

মন অসি কাম রিপুবু শিজন্নবদা কাম তৌগদৌরি, অমুম্না ক্রোধ ( অশাওবা ) তৌগদৌরি। অদুনদি অপামবা, শাওবা-নচিংবা থবক পুন্নমক মন অসিনা হায়বদি জীবনা তৌগদৌরি। অদুদি তৌদবা য়াত্রবনিনা রিপুশিংবু শিজন্নফম চানা শিজন্নবা তারে। শিজন্নফম চারবদি রিপুশিং অসিনা ঐখোয়গী য়েক্কবা ওইরকপরা হায়ববু ভগবানবু নিংবদা মতেংতুম পাংগনি। শ্রীনরোত্তম মহাশয়না প্রেমভক্তিচন্দ্রিকাদা হায়রি—"কৃষ্ণসেবা কামার্পণে, ক্রোধে ভক্ত-দ্বেষী জনে লোভে সাধু সঙ্গে হরি কথা। মোহে ইষ্টলাভ বিনে মদে কৃষ্ণগুণ গানে, নিযুক্ত করিব যথা তথা"। ভগবান অমদি মাগী মুংশিরবা ভক্তশিংগা মরি লৈনবা মতাং অচা-অচাবদা রিপুশিংবু শিজন্নবা তারে। অদুবু অসুম্না শিজন্নবা ওন্নগনি হায়না ফন চোংথে কুনা দস্তুগী ( নাপলগী ) মওংদা তৌরুরবদি য়ারোই। নাপল লৈবা মীনা ভক্তি য়োশনবা য়াংলি। অদুদি করম তৌগনি? ভগবানগী কৃপাদনা ঐখোয়না মন অসিবু শেংদোকপা ঙমগদবনি। মদুগীদমক ভগবান কৃষ্ণগী মফমদা চংজবা তারে। শ্রীলনরোত্তম ঠাকুরনা প্রেমভক্তি চন্দ্রিকাদা অমুকস্সু হায়রি—"ছয় রিপু সদা হীন, করিবে মনের অধীন, কৃষ্ণচন্দ্র করিবে স্মরণ। আপনি পলাবে সব, শুনিয়া গোবিন্দ রব, সিংহরবে যেন করীগণ॥" ভগবানবু নিংজরবা মী অদুনা ভগবানগী কৃপা ফংদুনা মাগী মন অদু শুদ্ধ ওইগনী।

মফম অসিদা হায়রবা য়াই—ভগবানসিদি দয়ালু ওইবদা মাগুম্বা অনী শুদে হায়রি; অদুদি করিগীদমক মাবু নিংদবা মীবু কৃপা তৌদবগে? মহাত্মা কৃপা তৌদবা নত্তে। মাবু নিংদোই

মাগী মায়াশক্তিগী পোৎপু নিংগে হায়বা মীচুগী মপুক্সিং থুংহন্দুনা মীহুদা কৃপা তৌরবনি। কৃপাগী মরম তিম্মদবদি মী–মীচুনা পামজবা মতুং ইনবদনি।

মতম পুম্নমক্তা শুদ্ধ ওইদুনা লৈবা অমোংপা তোংবা ভমদ্রবা লাংলবা অদুদি ভগবানতনি। মাগুম্না শুদ্ধ ওইবদি অনি শুদ্রবনি। ঐখোয়গী মন শুদ্ধ ওইরবদি বেদান্তগী 'সোঽহং তৎ ত্বমসি' [ মাদি ( ভগবান্‌দি ) ঐনি, মহাকত্তু নত্রগা মহাক্কী নংনি ] হায়বচুগী মতুং ইন্না জগৎ সংসার পুম্নমকসি ইবুংঙো মহাক্কী মনুংদা লৈরিবনি জীবাত্মাদী পরমেশ্বরগী চিৎকণ–অংশ ওইবনি হায়বা ভাব অদু পোক্কুনা জগৎ অসি মী পুম্নমকসি ঐ ভাক্তুনি হায়না লৈবা ওম্নগনি। পুকচেল মতা অদুনা প্রেমভক্তি ফংগনি।

অসিগুম্না শুদ্ধ ওইরকপা মন অদু করম্না মতমদনো হায়না শ্রীলনরোত্তমনা ভাইজরি।

শ্রীধাম বৃন্দাবন—বৃন্দাবন, মথুরা, অমদি দ্বারকা অহুমসি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাভূমিনি। মফমসিদা বৈষ্ণবশিংনা তীর্থ চৎপনি হায়দুনা চৎলি। লমদমশিংসি উরুরগা হল্লক্কুনা মাগী মাগী য়ুমদা লৈনরি। শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরবা মতমদা মফম অহুমসিদা শান্নরম্বা লীলা অদুনা ভক্তশিংগী মফমদদি অথোইবা লীলানি। মফম অহুমসিদগী শ্রীধাম বৃন্দাবন অসিনা অমুক হেল্লি। বৃন্দাবন্দা রাসলীলা শান্নরম্মী। রাসলীলাসি ভক্তগা ভগবানগা লোয়ননা শান্নবা নত্রগা তিন্নবগী থমথেংবা মওংনি। অদুগুম্বা বৃন্দাবন অদু উরুরগা ভক্ত অমসুং ভগবান অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরি ( সম্বন্ধ ) অদু নিংশিংবা অমদি থংবা ওন্নগদবনি হায়না লৌনৈ।

অদু ওইরবদি হংবা য়াম্রে—বৃন্দাবন চৎলুবা মী কনা য়াওরে, চৎলুবদি হুন্দোকখরদুনা চাননা পুন্সিচুপ্পা লৈবস্থ য়াওই। মখোয়দু লোইনমক ভক্ত ওইবা ঙমদে। করিগী ওইবা ঙমদ্রিবনো? মদুগী পাউখুমদি অসিনি—মী মীদুগী পুক্নিংগী মতুং ইনবনি, লৈফম্না চৎনবা নত্তে। কনাগুম্বনা কৃষ্ণ নিংগে হায়রবগী লৈবা য়াওই, কনাগুম্বনা বিষয় সম্পত্তি তানবগীদমক উপায় থিবদোনা লৈবা য়াওই। অদুনা মী মীদুগী পাম্বা মতুং ইন্দুনা কৃষ্ণনা শিনবনি। তীর্থদা লৈবা মী ঙাক্তনা ভক্তি ফংবা নত্তে। ভক্তি ফংগে হায়দুনা চৎপা মচং অদুবুনি শ্রীল নরোত্তমনা তাক্লিবদি। অদুনা প্রেমভক্তি চন্দ্রিকাদা অমুক শ্রীল নরোত্তমনা হায়রি—"তীর্থযাত্রা পরিশ্রম, কেবল মনের ভ্রম, সর্ব্বসিদ্ধি গোবিন্দ চরণ। তীর্থযাত্রা চৎপদি হকচাংদমক য়াই, পুক্নিংগী অরানবা থবক্নি, গোবিন্দগী চরণ-কৃপানা মাবু নিংজরিবা মাহুবু (মফম অমদবু লৈরবস্থ) সিদ্ধি লোইনা পীবিয়ে হায়বদি কৃষ্ণভক্তি ফংঙে।"

ভৌম বৃন্দাবন অসি মাগী লীলাভূমিনি। মসি দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরকপা মতমদা মাগী লীলাভূমি ওইবনি। বৈষ্ণবশিংগী মত অমনা অপ্রকট বৃন্দাবন অমা লৈরি।

কনাগুম্বা অমনা ভক্ত ওইগে তাক্লকপদা ভক্ত পুম্নমক্কী মকোক ওইরিবী শ্রীমতী রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণবু ফংদুনা বৃন্দাবনদা শান্নখিবা লীলাশিং অদু শান্নবদা রাধিকাগী পুকচেল অদু চেনবা ঙম্নবা মতম অদু য়োরক্তুনা নত্রগা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলাদা সেবা চংলিবী সখী মঞ্জরীগী পুকচেল চেনবা কনাগুম্বা ভক্ত অমনা মহাক্কী পুন্সিচুপ্পদু বৃন্দাবন নীঙশিঙবা অমম্লুং শিরবা তুংদা মঞ্জরী অমা

ওইনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবাদাসী ওইরকপা মতাং অদু নরোত্তম মহাশয়না ভাইদুনা লৈজরি হায়রিবনি।

কবে হাম বুঝিব সে যুগল পিরীতি—যুগল (রাধা-কৃষ্ণগী) প্রেম (মুংশিনবা) হায়বদু কদোমৈ ঐহাক্না খংগদগে? খংবা হায়বসি মখল অনী গুরি। মীওন্দগী তারগা খংবা অমা অদুগা ইশানা ইপুরিংদা খংবা অমা। অহানবগী মথং অসিবু পরোক্ষ জ্ঞান কৌই অদুগা অকোনবগী অসিবুনা প্রত্যক্ষজ্ঞান কৌই। প্রত্যক্ষজ্ঞান অসিনা পরোক্ষজ্ঞানদগী য়োশিনবা হেন্নি। কনাগুম্বা মী অমনা পোং অমা চারুরে। মদুগী রস (মহাও) অদু মহাক মুন্না খংলে। অদুগা মানা রারি শাদুনা তাবদা অতোপ্পা অমনা খংলিবা মহাও অদু চারুরবা মাগুম্না খংবগা মাম্নদে। অদুনা ঐখোয়না লাইরিক-লাইশু পাদুনা নৈনদুনা অদুগা সাধু বৈষ্ণবতগী রারি তারুদুনা রাধাকৃষ্ণগী তত্ত্ব খংইদি হায়ববু ইশাদা পান্দুনা ভক্ত অমনা ফংলিবা রসতত্ত্ব অদুদি য়োবা য়াদে। মরম অদুনা ঐখোয়না তানগদবদি ভক্ত অমনা ফংলিবা হায়বদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমতত্ত্ব মপুংফানা খংবা মতম অগুনি শ্রীল নরোত্তমনা খোৱাংনা ভাইরিবা।

রূপ-রঘুনাথ-পদে রহু মোর আশ—রূপ অমদি রঘুনাথগী চরন্দা আশা লৈবা ওইশম্ল। শ্রীরূপ-রঘুনাথখোয়সি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী অখোইবা পার্ষদনি। মখোয়সিগা সঙ্গ তৌত্রবদি প্রেমরস খংবা ঙম্মোই নিংদুনা মখোয়দা চংলগা ফগনি হায়রিবনি। সাধু-সঙ্গ নত্তবদি সাধুগী (অফবা মীগী, ভগবানগী ওইবা মীগী) মবুঙো শ্রীভগবানগী ভক্তি ফংবা য়াদে। তুলসীদাসনা

হায়রম্মী—"তুলসী ইয়ে সংসারমে পাঁচ রতন হৈঁ সার। সাধুসঙ্গ, হরিকথা, দয়া, দীন, উপকার॥" অতুনা সাধু রূপ অমদি রঘুনাথনচিংবগী মফমদা চংজরগা কৃষ্ণভক্তি তানবা য়াগনি। হায়রিবা রূপ-রঘুনাথ,থোয়সি বিষয়–সম্পত্তি মরাং কাইনা লৈরম্বা মীনি। মহ পুম্নমক করিস্থ লৈতবনি থন্দুনা জুন্দোক্লম্নগা কৃষ্ণভক্তি তানখিবনি। মথোয়গুম্বা সাধুশিংগী রারি রাখোং নৈনজুনা মতম লেল্লবদি কৃষ্ণ–প্রেমরসকী মরিক অমতংদবু ফংবা ঙমদ্রবস্থ ফংনিংবা রাথলদি পোক্লকপা য়াই।

প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তম দাস—মতম পুম্নমক্তা নরোত্তম দাসনা নিজরি। করি নিরি? প্রেমভক্তি ফংগে হায়না নিজরি। করম্বা নরোত্তমনা নিরি? মনাই ওইনা লৈগদবা নরোত্তম দাসনা নিজরি। জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী দাসনি। মীনাই হায়বসি করিমতা মনিং তৌবা ঙমদে। মপুনা তৌ-তৌ হায়বদুদা তৌরিবনি। প্রেমভক্তি ফংগে হায়রগা নজ্রপা নিগে হায়রগা ফংবা অমদি নিবা হেক য়াবা নপ্তে। মপু ওইরিবা ভগবান–না নিবা য়ামে হায়না ইঙ্গিত পিরবা হায়বদি কৃপা তৌরবদা নিবা য়াগদৌরিবনি। য়াম্না তোম্না চংচরিবা নো–লুকচরিবা নরোত্তমদাসনা ভাইরি—ভক্তি ফংগে হায়না নিগদবা মতাং মতম য়োরে হায়না ভগবান-না তাওথবিরকদবা য়াথং অতুবু। অতুনদি য়াম্না দীন (অতোনবা) ওইনা প্রার্থনা তৌবা তারে। মথক্তা তুলসীদাসকী রাইদস্থ য়াওপ্রে 'দীন' ওইবসি রত্ন অমনি হায়না। চৈতন্যপ্রভুনস্থ হায়রম্মী—"তৃণাদপি সুনীচেন....অমানিনা মানদেন

কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ—নাপিদগীস্থু হেন্না তোম্বনা, মান (ইকাইখুম্বা) লৈতবা মী অমা ওইনা অদুগা অতোপ্পবু মান তৌদুনা মতম পুম্নমক্তা হরিনাম শোন্নগদবনি।" মস্ময়া তত্তনা শোল্লগা পুক্লিংগী অমকপা অমোংপা হায়বদি সংসারগী অপাম-মুংশি মন্নাম কোক্লত্তুনা হরিভক্তিরোমদা ওনশনবা শুম্নকদৌরিবনি।

অদুগা ভক্তিস্থু মখল কয়ামক্কম লৈরি। মদুদি—দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, কান্তা নত্ত্রগা মধুর। দাস্য ভাব অসিনা ইতোন-ভোম্বা ভাবনি। মসিদগী মথং মথং কাথংখিবদুনা মধুরভাব (রাধাকৃষ্ণগী প্রেম) য়োগদৌরিবনি। শ্রীল নরোত্তমনা মশাবু থল্লি—য়েংগে হায়না য়োরবদা দাস্য ভাব ফাওবা মঙাই, মদুমকস্থু য়োদ্রি। অদুনা পদ অসিদা নরোত্তম দাস হায়বগী তাৎপর্য্যনি।

সদা (মতম পুম্নমক্তা) হায়রিবসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনি। ঐখোয় মীওইবনা বিষয়-সম্পত্তিগা মরী লৈনবা থবক তৌবগী মতম, লাইনিংবগী মতম—অস্থম হায়না থায়দোক্তুনা চংপা য়াওরি। মদু চংলোইদৌবনি। পুস্তিগী মুমিৎ খুদিংমকী পুংজা খুদিংগী মিৎকুপ খুদিংমক ভগবানবু নিংবদা চংহনগদবনি। মদু ওইরবদি ঐখোয়না হিংনবা, মীরক তিন্নবা, তাল্লিবা খোংলিবা পুম্নমক তোকপা তারকই। মদুদি য়াদে। অদু ওইরবদি য়াজাস্থু ঋষিস্থু পুম্না ওইরিবা য়াজর্ষি জনক নিংথৌগুম্না ঐখোয়না তৌরবা চারবা থকলুবা ভাংলুবা শকলুবা পুম্বা ভগবানগীদমক্কি হায়দুনা—গীতাদা ভগবান-না অর্জ্জুনদা তাক্লিবা "কুরুস্ব মদর্পনম্ = ঐঙোন্দা লোইনা কৎথোকউ হায়বদি ঐগীনি ঐগীদমক নংনা তৌরিবনি হায়না

খন্নুনা থবক তৌও" হায়রবা পাওতাক অতূপী মতুং ইন্না তৌবা তারে। অদু ওইরবদি ঐশ্বর্য্যগী পুন্সিগী মিংকুপ থুদিংমক ভগবানবু নিংবদা চংহনবা হায়রবতু থোক্লে। হায়রবদি জ্ঞানকাণ্ড অমদি ভক্তিকাণ্ডগা চানরবা কর্ম্মকাণ্ড চংপা তারে।

---

২

হরি হরি কি মোর করম অতি মন্দ।
ব্রজে রাধাকৃষ্ণপদ না সেবিনু তিল আধ
না বুঝিনু রাগের সম্বন্ধ॥
স্বরূপ সনাতন রূপ রঘুনাথ ভট্টযুগ
ভূগর্ভ শ্রীজীব লোকনাথ॥
ইঁহা সবার পাদপদ্ম না সেবিনু তিল আধ
কিসে মোর পূরিবেক সাধ।
গৌর-গোবিন্দ-লীলা শুনিলে গলয়ে শিলা
না ডুবিল তাহে মোর চিত।
কৃষ্ণদাস কবিরাজ রসিক ভকত মাঝ,
যে রচিল চৈতন্যচরিত॥
তাঁর ভক্তের সঙ্গ, তাঁর সঙ্গে যাঁর সঙ্গ,
তাঁর সঙ্গে নৈল কেন বাস।
কি মোর দুঃখের কথা, জনম গোঙানু বৃথা,
ধিক্ ধিক্ নরোত্তম দাস॥

## শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি হে হরি; কি—করি; মোর—ঐগী; করম—তৌরুবা থবক; অতি—য়াম্না হেন্না; মন্দ—ফত্তবা; ব্রজে—ব্রজদা; রাধাকৃষ্ণপদ—রাধাকৃষ্ণগী মখোঙ; না—নত্তে; সেবিনু—সেবা তৌজরুই; (না সেবিনু—সেবা তৌহৌদ্রে); তিল—থোইদিং মরু; আধ—তংখাই; না বুঝিনু—খঙহৌদ্রে; রাগের—প্রেমগী (রাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী); সম্বন্ধ মরম; স্বরূপ—স্বরূপ দামোদর গোস্বামী; সনাতন—সনাতন গোস্বামী; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী; রঘুনাথ—রঘুনাথ দাস গোস্বামী; ভট্টযুগ—রঘুনাথ ভট্ট অমসুং গোপাল ভট্ট গোস্বামী অনীসী; ভূগর্ভ—ভূগর্ভ গোস্বামী; শ্রীজীব—শ্রীজীব গোস্বামী; লোকনাথ—শ্রীলোকনাথ গোস্বামী; ইঁহা মখোয়; সবার—পুম্বগী; পাদপদ্ম খোঙ-থম্বাল-বু; না সেবিনু—সেবা তৌহৌদ্রে; তিল আধ—থোইদিং মরুগী তংখাই ফংনা; কিসে—করম্না; পুরিবেক—মপুঙ ফাগনী; সাধ—অনীঙবা; গৌর—গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু; গোবিন্দ—শ্রীকৃষ্ণ; লীলা—লীলা (শান্নবা); (গৌর-গোবিন্দ-লীলা—শ্রীগৌরাঙ্গগী লীলা অমুগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা); শুনিলে—নাকোঙনা তারগা; গলয়ে—শোদোকয়ি; শিলা—নূঙ; না ডুবিল—লুপ্তুরে; তাহে—মহুদা; মোর—ঐগী; চিত—পুক্নীঙ; কৃষ্ণদাস কবিরাজ—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংবা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামী; রসিক—কৃষ্ণরস থঙবা মী; ভক্ত—কৃষ্ণভক্তগী, গৌরভক্তগী; মাঝ—মরক্তা; যে—মহাক্না; রচিল—লেংলম্মী; চৈতন্যচরিত—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহা-

প্রভুগী লীলা ; তাঁর—মহাকী ; ভক্তের—ভক্তগী ; সঙ্গ—লোয়নবা, তিন্নবা মী ; তাঁর সঙ্গে—মহাকা লোয়ননা ; যাঁর—রূনাগুম্বনা ; সঙ্গ—তিন্নবা ; তাঁর সঙ্গে—মাগা লোয়ননা ; নৈল ওইহৌদ্রে ; কেন করিগীদমক ; বাস—লৈবা ; কি—করি ওইগনি ; মোর—ঐগী ; দুঃখের—অরাবগী, মুংঙাই-তবগী ; কথা—রাদি ; জনম—ইপোকসে ; গোঙাহু—লেপ্লে ; বৃথা—অরেম্বদা ; ধিক্ ধিক্—তোল্লী তোল্লী ; নরোত্তম দাস—শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি, ঐগী কর্ম্মদি য়াম্না কা হেন্না ফত্রবরা ? ব্রজদা রাধাকৃষ্ণগী চরণবু থোইদিং মরুগী তংথাই অম-মরুমম্মু হায়বদি করিমতম্মু সেবা তৌরদ্রে, রাগগী মরমম্মু খংলুদ্রে ॥ স্বরূপ, সনাতন, রূপ, রঘুনাথ, ভট্ট অনী, ভূগর্ভ, শ্রীজীব, লোকনাথ-মখোয় পুম্বসিগী মখোঙ থম্বালহু করিমতম্মু সেবা তৌহৌদ্রে. করম্না ঐনা নিংবসি ( সাধ ) থুংগদপে ॥ গৌরগোবিন্দগী লীলা তারগা নুঙ শৌদোক্লিবনি, মহুদা ঐগী পুক্নিংদি লুপলুদরে। চৈতন্যচরিত ইরম্বা কৃষ্ণদাস কবিরাজ ভক্ত-মরক্তা রসিকনি ( কৃষ্ণতত্ত্বগী রস খংবনি )। মহাকী ভক্তগী সঙ্গ, অদুগুম্বা মহাকা (ভক্তদুগা) লোয়ননা সঙ্গ তৌরুবা মীতা অহুগুম্বগা লৈমিন্নহৌদবনা করিগীনো ? ঐগী অরাবগী রাবু করি হায়গনি ? পুন্সিসি অরেম্বদা লেনখরে, তোল্লিদা নরোত্তম দাস ॥

টীকা ঃ—

কি মোর করম অতি মন্দ—ঐগী কর্ম্মদি য়াম্না কা হেন্না

ফত্তবরা? মীওইবসি মানা মানা তৌবা থবকী মহৈ চাবা ফংই। অফবা থবক তৌরুবনা অফবা মহৈ ওই, ফত্তবা থবকী ফত্তবা মহৈনি। খ্বাইদগী ফবা থবক্তি ভগবানবু নিংবা নি। মদু নত্তবদি পুংফ-ফবা ওইবা য়াদে। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরণ সেবা ফংবা ঙমদবা নত্তনা স্বরূপ-রূপ-সনাতন-নচিংবা ভক্তশিংগী সেবা ফাওবা ফংহৌদরে। অসিনদি 'অতি মন্দ' ( য়াম্না কা হেন্না ফত্তবা ) থবক তৌরম্বা তারে হায়না শোক্সরিবনি।

কর্ম্ম অসি হন্দক-মপোক্তা হৌজিক হৌজিক তৌবসুনি অদুগা নহাল মপোক্কী কর্ম্মসুনি। পূর্ব্বজন্মদা কর্ম্ম অফবা তৌরক্তবনা হায়বদি ঈশ্বরগী ভক্তিদা পুক্নিং থিংজন্দবনা কৃষ্ণভক্তি থংনবা থবক অদুগা ভক্তি তাকপি তিকপিনবা ভক্তশিং অদুগী মতমদা পোক্তুনা মনাক্তা থন্দুনা সেবা তৌরগা মপোক মহৈ য়ানবা ঙমদ্রে হায়বদি ভক্তি চংপা ঙমদ্রিবনি হায়না তকসি ( অনুতাপ ) শোল্লিবনি।

রাগের সম্বন্ধ—রাগগী হায়বদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমতত্ত্বগী মরম। প্রেম অসি অসুম অসুম হেণ্ডিল্লগা মথং মথং স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব অমদি মহাভাব ওইরকই।

স্নেহ—প্রেম অসিনা হেনগৎলক্তুনা প্রেমগী বিষয় অদু ফংলে হায়বা ফোংদোকই অদুগা পুক্নিং-থম্মোয় অসিবু পেংহল্লি, মতম অদুদা প্রেমবু স্নেহ ওইরে হায়নৈ। প্রেম মশাদা বিষয় ফংবদি ( উপলব্ধিদি ) য়াওরি, অদুবু থাও হেন্না হাপ্ল-হাপ্লগা থাওমৈগী মৈশা শাবা অদুগা ভানবা হেনগৎলকপগুম প্রেমদগী স্নেহ অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু উপলব্ধি ( থংবা-ফংবা ) তৌবা অদুগা থম্মোয় পেংথরকপা

হেল্লি। স্নেহ পোল্লবদি শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তৌবনস্থ দর্শনতৌবগী খৌরাংবা অত্তু কোকপা নাইদে।

মান—স্নেহ অসিনা অস্থুম হেজল্লক্লুনা হান্না ফংখিত্রিবা খংখিত্রিবা ইনৌ নৌবা মাধুর্য্য অমা ফংহল্লি অমসুং মশাগী ভাব (মিংলিবত্তু) লোংকে হায়ত্তুনা পুক্লিংগী অখোইবা (কুটিল স্বভাব) উৎলি; মতমত্তুদা মত্তুবু মান (খম্মনবা) কৌই। মান অসিদা স্নেহদগী ঐগী ওইশনবা রাখল (মমতা বুদ্ধি) হেনজন্না ওইবা মরম্না কুটিলতা চংলকপা য়ারিবনি—মসিদা উৎলিবা কুটিলতাসি মশাগী কান্নবতা খনবদগী পোকপা তুক্কচরবা কুটিলতা নত্তে, মসিদি প্রীতি শকওং অমনি; মান অসিগুম্বসিনা মুংশিরুরিবা মীত্তুগী (শ্রীকৃষ্ণগী) পেনবা মুংঙাইবত্তু হেনগৎনবগীদমক্নি।

প্রণয়—ঐগীনি হায়বা রাখলসিনা (মমতা বুদ্ধিনা) অস্থুম হেজিল্লক্লুনা অসিগুম্বা ফীভম অমা লাকই - মত্তুদা মশাগী খরাই, হকচাং, পুক্লিং, রাখল অমদি শেৎলিবা ফীজোল ফাওবা মুংশি-রুরিবা মীত্তুগী (শ্রীকৃষ্ণগী) খরাই, হকচাং, পুক্লিং, রাখল অমদি শেৎলিবা ফীজোল অত্তুগা অমতনি খেন্নবা অমতা লৈজ্রে হায়না খল্লকই, মতমত্তুদা প্রেম অত্তুবু প্রণয় কৌই।

রাগ—প্রণয় অসিনা অস্থুম কুংশল্লক্লুনা হেজিল্লক্লুনা ফীভম অমা লাকই, ফীভম অত্তুদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা খুদোং লাল্লবদি খমথেংনা রারম্বত্তুবু মুংঙাইবনি হায়বা অত্তুগা শ্রীকৃষ্ণবু ফংত্রবদা খমথেংনা মুংঙাইরম্ববুসু খমথেংনা রাবনি হায়না নিংই, মতমত্তুদা মত্তুবু রাগ কৌই।

অনুরাগ—রাগ অসিনা অসুম হেক্তিল্লকতুনা মতম পুম্বদা কাংতুনা থংতুনা ( অনুভূত ) লৈরবা প্রিয়জনবু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) মিংকুপ খুদিংদা ইনৌ ইনৌ নৌবা ওইনা থনবা ফীভমতু য়োরক্লবদা প্রেমতুবু অনুরাগ কৌই।

ভাব—অনুরাগ অসিগী কাকম থোকপা অরোইবা তাংথক ( চরম পরিণতি ) অদুবু ভাব কৌই। থরাই থাবদা রাগদগী অদুনগীসু হেন্না রাবা—রাম্বিবতু শ্রীকৃষ্ণ কংনবগীনিকো হায়না কেক থনবদা ভাব হায়বা মতাংসি য়োরবদদি থমথেংনা য়োবা মুংডাইবতু পোকই।

মহাভাব—শ্রীপাদ রূপ-গোস্বামীনা ভাব অমসুং মহাভাব অনীগী অর্থ অমতনি হায়রম্মী। অদুগা কবিরাজ গোস্বামীনদি অর্থ খেন্নে হায়না উংলম্মী। ভাবতগী রাংথংপা মতাংবু মহাভাবনি হায়রম্মী, অদুবু ভাবকা মহাভাবকা অনীগী মরক্তা লৈফম থোক্লবা সীমানাতুদি তাক্লমদে, অহংসু নত্তনা ভাবকা মহাভাবকা খেন্নরিবা করিনো হায়বতুসু করিমতা হায়রমদে।

মহাভাবকীসু অমুক মতাং অনী লৈরি—মোদন অমসুং মাদন। শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইরবদা মুংডাইবগী ইথক-ইরাং পোকপা রাবা পুম্নমক অদু মাদন-দা পুল্লপ্পা মতম অমতদা পোকই। কৃষ্ণ-কান্তা-শিরোমণি ওইরবী শ্রীরাধাদা নত্তনা মাদন কৌবা মহাভাবসি অতোপ্পা অমদা পোক্তে। করিমুক হায়গনি লীলাদা শ্রীকৃষ্ণ মশামকতক্তাওবা মাদন পোক্তে।

জীবশিংগী লৈরিবা দেহ অসিদা—মখোয়না সাধন তৌবদা

চাওখৎপমথৈ চাওখৎতুনসু—প্রেম-ফাওবদি পোকপা য়াই ; স্নেহ-মান প্রণয়নচিংবা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা দেহসিদা থোক্লকউ পোকউ হায়বা ওইথোক্তে। প্রেম ফংলবা সাধক-জীবগী দেহ অসি থাদোক্লবা তুংদা ভগবানগী লীলাস্থলদা সাধকজীবহুনা পোকলুরবা মতমদা মঙোন্দা স্নেন-মান-প্রণয়নচিংবসি মাগী মশাদা পোকপা য়াই।

নরোত্তম ঠাকুরনা য়ারিবদি হায়রিবা প্রেম অনদি প্রেমগী মরোল মরোল লৈরিবসি করিমতা থংবা ওমত্রে ; মরমদি শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী সেবা তৌহৌদবনা।

লোকনাথ—লোকনাথ গোস্বামী অসি নরোত্তম ঠাকুরগী গুরুনি।

গৌর গোবিন্দ লীলা শুনিলে গলয়ে শিলা—গৌরচন্দ্র প্রভুগী অমদি গোবিন্দগী লীলাগী ৱারি তাবদা সুংসু শৌদোক্তুনা মহি চেল্লি। হায়বদি লীলাগী ৱারী চুম্না তাবমক্তদা—শ্রীকৃষ্ণবু নিংবমক নিংঙ্গ্রবসু—নুড়্মুক কল্লবা থম্মোয় অহু পেংলকই অহুগা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌনবা সাধন তৌগে নিংলকই। অহুবু শ্রীল নরোত্তমনা হায়রি—মহাক্তি নুড়বু শৌদোকহনবা ওস্না শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অদুতফাওবা তারুদরে, পুক্নিং থিংজিল্লুদরে।

রসিক ভকত মাঝ—কৃষ্ণদাস কবিরাজ অসি ভক্তশিংগী মনুংদা রসিক অমনি। রসিক হায়বসি রস থংবা রস চেনবা মশামক্না রস ওইবা অস্মুমসু হায়নৈ। শ্রীকৃষ্ণতবু রসিকনি হায়না ভক্তশিংনা হায়রি। কৃষ্ণদাসবু রসিকনি হায়বদি রস মশক থংলবা অমসুং তাকপা ঙম্বা রসিক ভক্তনি হায়বা ওইরমাল্লে।

জনম গোঙানু বৃথা—অরেম্বদা পুন্সী হৌখরে হায়বদি কৃষ্ণভক্তি ফংনবা হোৎনদরে। তৌরিবা থবক খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণগীদমক তৌরিবনি হায়না তৌহৌদরে। অহৃগা মতুগুম্বা পুকচেল চেম্নবগীদমক সাধু সঙ্গ তৌহৌদরে।

ধিক্ ধিক্—তোল্লিদা! ফগুবা তৌরুরগা কোম্থংদা মহৃগী মতিক ওকপা মহৈ ফংদ্রনা রারবা হুংঙাইত্রবা কালদা অনুতাপ লাকই। তাইবংপাল পুম্নমক অসি অফাওবসু পুন্নপা ভগবানগী থৌরাং ঙাক্তনি। কত্তবসু মাহাক্কী থৌরাং খুজিল-নিনা মীওইববু পরীক্ষা তৌরিবনি। মায়ানা হায়বা ইন্‌বা মী অহৃনা মায়াঙ্গনা মচিনবান্দদি নোকই হায়ববু মপুক মনুংদা কপ্পী। ফগুবা থবক তৌরুরবা মতুংদা মীওইবনা অনুতাপ লাক্লবদি মায়ানা মমিত্তা পি শিন্থশন্নরবসু মথরাইদ হুংঙাইদ্রনা নোকই।

অহৃদি করম তৌনা খরবু মায়াগী মনাই ওইহল্লি অহৃগা খরবুনা থোইনা হেন্না ভক্তিরোমদা চংহল্লিবনো? অফবা ফগুবা থংবগী বুদ্ধি-শক্তি লৈবা মীওইবদা ভগবানগী নিংতম্বা য়াওরি, মরমদি মীওইবদি সৃষ্টিগী অথোইবনি অদুগা মনিংতম্বা ভগবানগী চিৎকণ-অংশ অমমম্নি। মীপুম খুদিংগী বুদ্ধি-শক্তি মায়দে। মা-মানা তৌরকপা কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না বুদ্ধি-চক্র লৈখিবনি।

নরোত্তম মহাশয়না হায়রি—মহাশয় মশামক মনিং তম্না চংলুরে অদুনা কৃষ্ণভক্তি তান্নুদ্রে, শিবা নাইবা পুন্সি অসিগী অয়াম্বা শরুক মাংখ্রে। অহৃনা অনুতাপ লাকচুনা হৌজিকতা তোল্লিদা নরোত্তম ঐহাকসে হায়না শোল্লিখনি।

---

৩

রাধাকৃষ্ণ ! নিবেদন এই জন করে ।
দোঁহ অতি রসময়, সকরুণ-হৃদয়,
অবধান কর নাথ মোরে ।
হে কৃষ্ণ গোকুলচন্দ্র, হে গোপী-প্রাণবল্লভ,
হে কৃষ্ণ-প্রিয়া-শিরোমণি ।
হেমগৌরী শ্যামগায়, শ্রবণে পরশ পায়,
গুণ শুনি জুড়াবে পরাণী ॥
জয় রাধে জয় কৃষ্ণ, জয় জয় রাধে কৃষ্ণ,
জয় কৃষ্ণ জয় জয় রাধে ।
অঞ্জলি মস্তকে ধরি, নরোত্তম ভূমে পড়ি,
কহে দোঁহে পুরাও মনোসাধে ॥

## শব্দার্থ

রাধাকৃষ্ণ— শ্রীরাধা অমস্থং শ্রীকৃষ্ণ অনীবু কৌরগা হায়রিবনী, মচুদি, হে রাধাকৃষ্ণ ; নিবেদন—হঙ্গচ্চবা ; এই—মসী ; জন—মী ; করে—তৌয়ি ; দোঁহ—অনীনা ; অতি—য়াম্না ; রসময়—প্রেমরসগী মশক্নী ; সকরুণ-হৃদয়—মুংশিহৈবা থম্মোই-চেনবনী ; অবধান—পূক্কিঙ চঙনা তাবা ; কর—তৌবিয়ু ; নাথ—ইপুরোইবা ; মোরে—ঐবু ; হে কৃষ্ণ—হে কৃষ্ণ ; গোকুলচন্দ্র—গোকুলগী থাজ ওইরিবা ; গোপী—গোপীশিংগী ; প্রাণবল্লভ—থরাইগী মুংশিজনা ( কৃষ্ণ ) ; হে কৃষ্ণপ্রিয়া—কৃষ্ণগী মুংশিবীশিংগী ;

শিরোমণি—কোক্তীমণি হায়বদি মকোক ওইবী ( হে রাধে ); হেম-গৌরি—সনা-অহিংবা কুচুনা ডৌম্নিবী ( রাধা ); শ্যামগায় —শংবান্নবা হকচাঙ ওইবা ( কৃষ্ণ ); শ্রবণে—নাকোঙদা ; পরশ —শোকপা ; পায়—ফংঙি ; ( শ্রবণে পরশ পায়—নাকোঙনা তায় ); গুণ—( রাধাকৃষ্ণগী ) গুণ ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; জুড়াবে—ঈঙসনী ; পরাণী—থরাই ; জয় রাধে জয় কৃষ্ণ— রাধা কৃষ্ণদা থুরুমজৈ ; জয় জয় রাধে কৃষ্ণ—রাধা কৃষ্ণবু থুরুমজৈ হন্না হন্না ; অঞ্জলি—লোম্নবা খুৎ ; মস্তকে—কোক্তা ; ধরি— পায়রগা ( থম্লগা ) ; নরোত্তম—নরোত্তম মহাশয়না ; ভূমে— লৈবাক্তা ; পড়ি—তুজরগা ; কহে—হায়জৈ ; পুরাও—থুংহনবিয়ু ; মনো সাধে—পুক্নীঙনা নীংজরিবসী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা—মী অসিনা (শ্রীল নরোত্তমনা) রাধাকৃষ্ণদা হায়জরি। নখোয়নিমক খন্নথেংবা রসময়নি, থৌ-জালহৈবা থম্মোয় চেনবনি। গোকুলগী থা ওইরিবা কৃষ্ণ, গোপীশিংগী থরায়গী খ্বাইদগী নুংশিবা ইবুংঙো, হে কৃষ্ণগী প্রিয়া-শিংগী মকোক ওইরিবী! সনা অহিংবা কুচুনা শ্রীমতীগীনি, অহুগা শ্যাম বর্ণনা শ্রীকৃষ্ণনি নত্রগা শ্যাম অমস্থং রাধা অনীনা পুন্নপ ওইবনি, নাকোংদা তাজৈ ( অহুম্না ), গুণ তাবদা প্রাণীনা পেম্মৈ। জয় রাধা জয় কৃষ্ণ, জয় জয় রাধে কৃষ্ণ জয় কৃষ্ণ, জয় জয় রাধে। কোক্তা খুৎ লোম্নরা থম্লগা লৈমাইথক্তা ওন-থোইদুনা নখোয়নিদা নরোত্তমনা হায়জরি পুক্নিংদা নিংলিবসি থুংহনবিয়ু হায়রা।

টীকা ঃ—

নিবেদন—হায়জবা, ( রা নত্রগা পোং ) কৎপা। মকম-সিদদি রা কৎপা হঙ্গচ্ছবা হায়বনি।

রসময়—রাধা কৃষ্ণ অনীমক প্রেমগী মপুনি। রাধানা কৃষ্ণবু নুংশিবগুম কনাম্বতনা য়ৌনা নুংশিবা ঙমদে, অদুম্না কৃষ্ণনা রাধাবু খাইদগী হেন্না নুংশি। মরমদুনা রাধা কৃষ্ণ অনীনা মশেল মশেলগী প্রেম থংনবঙুম কনামতনা থংদে। কৃষ্ণদি রসিকশেখরনিনা রস পুন্নমক্না তাচ্ছিন্দুনা লৈরবনি। প্রেমরস পুম্নসিবু মশক থংবা রাধাসু রসময়ী ওইরিবনি। চণ্ডীদাস ঠাকুরনা হায়রম্মী—"মানুষে মানুষ চিনে"—মীওইবতনা মীওইববু মশক থংই। ঐথোয়গী চুম্নগী রাহৈদসু হায়নরি—গুণীতনা গুণীগী গুণ থংই। অদুনা রসময় কৃষ্ণবু শক থংলিবা হায়বদি নুংশিরিবা রাধাসু রসময়ী নত্তনা করি ওইগনি ?

সকরুণহৃদয়—নুংশিহৈবা-পুকচেল চেনবা. শ্রীকৃষ্ণমুক থৌজালহৈবা লৈতে। মাবু নিংবা নিংদবা মী পুম্নমকপু মহাক্না করুণা তৌই।

অবধান কর—পুক্নিং চংনা তাও, খোশাবিয়ু। নহালমথৈ কৃষ্ণবু নিংন্নুদতুনা লৈথোক্লরবা নরোত্তম ঐহাকপু খোশাবিয়ু, ঐনা নিজরিবসি পিনবিয়ু হায়না ঠাকুর মহাশয়না হায়রিবনি।

কৃষ্ণপ্রিয়া-শিরোমণি—কৃষ্ণবু নুংশিবীশিংগী মকোক। শ্রীমতী রাধাবু হায়রিবনি।

জয়—খুরুমদা হায়নবা শব্দনি; ঙস্না হায়বগী অর্থদসু

শিজরৈ। রাধা কৃষ্ণ অনিবু থুরুমজরি হায়বস্থ য়াই, নত্রগা রাধাকৃষ্ণনা মকোক ওইদুনা লোইনমকপু খুতুম চল্লি জয় ওইরি হায়বস্থ য়াই।

---

৪

হরি হরি। হেন দিন হইবে আমার।
দোঁহ অঙ্গ নিরখিব, দোঁহ অঙ্গ পরশিব,
সেবন করিব দোঁহাকার॥
ললিতা-বিশাখা-সঙ্গে, সেবন করিব রঙ্গে,
মালা গাঁথি দিব নানা ফুলে।
কনক-সম্পুট করি, কর্পূর তাম্বুল ভরি,
যোগাইব বদন-কমলে॥
রাধাকৃষ্ণ-শ্রীচরণ সেই মোর প্রাণধন;
সেই মোর জীবন-উপায়।
জয় পতিতপাবন দেহ মোরে এই ধন,
তুয়া বিনে অন্য নাহি ভায়॥
শ্রীগুরু করুণাসিন্ধু, অধম জনার বন্ধু;
লোকনাথ লোকের জীবন।
হা হা প্রভু কর দয়া, দেহ মোরে পদ ছায়া;
নরোত্তম লইল শরণ॥

## শব্দার্থ

হরি হরি—হরি হরি ; হেন—অসিগুম্বা ; দিন—শুমীৎ ; হইবে—ওইগনী ; আমার—ঐগী ; দোঁহ—অনী ; অঙ্গ—মূর্ত্তি ; নিরখিব—উগনি ; দোঁহ অঙ্গ—অঙ্গ অনীবু ; পরশিব—থূৎনা শোক্লনী নৎত্রগা য়েংগনী ; সেবন—সেবা, থৌগল ; করিব—তৌগনি ; দোঁহাকার—অনীগী ; ললিতা-বিশাখা-সঙ্গে—ললিতা অমসুং বিশাখা অনীগা লোয়ননা ; সেবন করিব—সেবা তৌগনী ; রঙ্গে—নুরাওনা ; মালা—লৈ পরেং ; গাঁথি—লেংলগা ; দিব—কৎকনী ; নানা—মথল মথাগী ; ফুলে—লৈরাংনা ; কনক—সনাগী ; সম্পুট—ক্বাগোক, কৌটা ; করি—শারগা ; কর্পূর—কর্পূর ; তাম্বুল—ক্বা ; ভরি—হাল্লগা ; যোগাইব—লান্‌শনগনী ; বদনকমলে—চীন্‌-থম্বান্দা ; রাধাকৃষ্ণ-শ্রীচরণ—রাধাকৃষ্ণগী শ্রীচরণ ; সেই—মদো ; মোর—ঐগী ; প্রাণধন—থরাইগী লন ; সেই—মতুনা ; মোর—ঐগী ; জীবন-উপায়—পুন্সিগী পাম্বৈনী ; জয়—খুরুমজে ; পতিতপাবন—সংসার ইপাক্কা তারবা মীবু লোথৎপীবা ইবুংঙো ! দেহ—পীনবিয়ু ; মোরে—ঐঙোন্দা ; এই—মসী ; ধন—লন ; তুয়া—নহাক ; বিনে—নত্তনা ; অন্য—অতোপ্পা অমা ; নাহি ভায়—লৈ হায়না খন্দে ; শ্রীগুরু—শ্রীগুরু ; করুণাসিন্ধু—থোজালগী ঈপাক ; অধম—তোল্লবা ; জনার—মীগী ; বন্ধু—মরূপ ; লোকনাথ—জগৎকী মপূনী ; লোকের জীবন—জগৎকী থরাইনী ; হা হা প্রভু—হে প্রভু ; কর দয়া—চানবিয়ু ; দেহ—পীনবিয়ু ; মোরে—ঐঙোন্দা ; পদ—খোঙগী ; ছায়া—মকুম ; নরোত্তম—শ্রী

নরোত্তমনা ; লইল—কৌজরে ; শরণ—চঙজবা ; ( লইল শরণ—চঙজরে )।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি, অসিগুম্বা নুমিৎপু ঐগী ওইদোরিবরা ? ( নুমিৎতুদা ) অঙ্গ অনীবু মুন্না উগনি, অঙ্গ অনীবু স্পর্শ তৌগনি, অনীমক্কী সেবা তৌগনি। ললিতা-বিশাখাগা লোয়ননা থরাই হরাওনা ( রঙ্গে ) সেবা তৌগনি, লৈরাং মথল মথানা লৈ-পরেং লেংগনি। সনাগী কাগোক শাদুনা কর্পুর তাম্বুল থম্না হাপ্তুনা থম্বাল মানবা বদনদা কৎশনগনি। রাধাকৃষ্ণগী শ্রীচরণ-না ঐগী থরাইগী লম্নি, মদুনা ঐগী পুন্সিগী পাম্বৈনি। জয় পতিতপাবন, লন অসি ঐঙোন্দা পিবিয়ু, নহাক নঙনা কনা অতোপ্পা অমা লৈজদে। শ্রীগুরুদি করুণাগী সিন্ধুনি, তোঙবা মীগী মরুপনি, জগৎকী মপুনি, জগৎকী থরাইনি। প্রভু ঐবু থৌজানবিয়ু, চরণগী মকুমদু ঐঙোন্দা পিনবিয়ু, নরোত্তমনা চংজরে।

টীকা

হেন দিন—অসিগুম্বা নুমিৎ। মথাগী পদশিংদা হায়রিবা থবকশিং অদু তৌবা ফংবগী নুমিৎপুনি।

নিরখিব—নিরীক্ষণ তৌগনি। নিরীক্ষণগী অর্থদি দর্শন হায়বনি।

পরশিব—স্পর্শ তৌগনি। খুৎনা অগ অদু শোল্লুনা পায়-খোৎতুনা সেবা তৌগনি।

**ললিতা বিশাখা সঙ্গে**—ললিতা বিশাখানচিংবা শ্রীরাধাগী সখীশিং অসিনা রাধা-কৃষ্ণগী মিলনগীদমক হোৎনৈ অহুগা অমীগা লোয়ননা লৈহনা সেবা চৎলি। মখোয়গী মরক্তা য়াওদুনা সেবা চৎপা ফংবা মুমিংতুবু করম্বা মুমিত্তা ওইগদগে হায়না নরোত্তমনা থাইরি হায়রিবনি।

**রঙ্গে**—রং বং তৌদুনা, থরাক হরাও-তয়াম্না। শারুৎ-মুংচৎতা ঠেক-কোই তৌদুনা। রাধাকৃষ্ণ অমীনা রস-বিলাস তৌরিঙৈদা সেবা চংলিবী সখীশিংনা চৎথোক-চংশিন তৌবা পোৎ লাম্থোক লাঞ্জিন তৌবদুদা মিৎকা নাগা মশা মউ পুম্নমক পুক্নিংগী হরাও-তয়াম্বা অদু ফোংদোক্লুনা ঠেক-কোই তৌবহুবু হায়রিবনি।

**সেই মোর জীবন-উপায়**—রাধাকৃষ্ণগী চরণ-না ঐগী পুন্সিগী চৎকদবা লম্বিনি। পূর্ণব্রহ্মভগবানবু মশক খংনবা হোৎনবা অহুগা ঐখোয়না তৌরিবা থবক পুম্নমক ভগবানদা কৎপানি হায়না খল্লবা অহুতনা আনন্দ অমদি শান্তি ফংগদবনি। অদুগা ঐখোয়না চৎকদবা লম্বেল হায়ববু রাধাকৃষ্ণগী চরণ নিংবনি।

**পতিত-পাবন**—লৈথা তাব্রবা মীবু লানবিবা, অমাংবদা তাকুরববু লোথংতুনা শেংদোকপিবা। সংসার অসি মশক-মওং অমীনা পুল্লি। অমনা দৈব অমনা দৈত্য, হায়বদি স্বর্গ-নরক অসিনি। ভগবানবু কাওহুনা মায়াদা লুপত্তুনা দৈত্যগুম্না লেনবা পুন্সিবু পতিত হায়রিবনি। মহুদগী কাথংলক্লুনা দিব্যধামদা দিব্যচিন্তা তৌহনা ভগবানবু নিংবা মতমদা পতিত অদুবু লৌখংপি

লানবি, হায়বদি মায়ানা ভাওহল্লিবা ইন্দ্রিয়শিংগী মুংভাইনবা তৌবা থবক অদু তৌহনবিদে অমসুং অতুম তৌদুনা ঐথোয়গী পুক্নিং হকচাং অসিবু শেংদোকপি হায়বগীদমক ভগবানবু পতিতপাবন কৌরিবনি। ভগবানদি অদ্বিতীয়নি অনীশুদ্রবনি। মহাক নত্তনা অতোপ্পা কনামতনা কনামতবু শেংদোকপা মপুং ফানা ঙম্বা নত্তে। মহাক্না জগৎকী থোৱকফম আদি কারণ ওইদুনা জগৎ পুন্নমকপু শিনথুংনা কুপতুনা লৈরিবনিনা মাবু মশক খংলবা জীব অদু শুদ্ধ ওইরে। মাবু খংগে তাক্লিবা মীতুবু মহাক্না থৌজানবিরগা খংহল্লি, অর্জ্জুনদা বিশ্বরূপ দর্শন পিবগুম্বা। মহাক্না য়েংহল্লোই হায়রবদা কনামতনা মাবু খাঙ্বা ঙমদে, মহাক্না উহল্লগে হায়রবতদা উগদো-রিবনি। অদুগা থৌজাল হৈবদসু মুংশি হৈবদসু মাগুম্বা অনী শুদে। অদুনা যুগ যুগতা পাপী তাপী লানবিগে হায়দুনা অৱতার তৌরকই। মরমদুনা পূর্ণাবতার ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি পতিত-পাবন-নি।

এই ধন—শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অদুবু লন্নী হায়রিবনী।

শ্রীগুরু—শ্রীকৃষ্ণবু গুরুনি হায়রিবনি। অদুগা জীবগী দীক্ষা গুরু হায়বা অমসু লৈরি। নরোত্তম মহাশয়গী শ্রীগুরুদি শ্রীলোক-নাথ গোস্বামীনি। গুরু-কৃপা নত্তনদি কৃষ্ণভক্তি ফংবা ঙমদে। মথোয়না খংদবা অদু গুরুনা তাকপি, অমম্ববু কোকপি। গুরু শব্দগী অর্থদি ( গুং—অমম্ববু, রুহ্যতে—মাংহল্লি ) অমম্ববু মাংহল্লি মঙাল পিবি, খংদবা পোৎ তাকপিদুনা খংহল্লি হায়বগীদমক গুরু হায়রিবনি। গুরুনে কৃষ্ণনে বৈষ্ণবনে অসি অমত্তনি হায়না লৌনৈ। গুরু ওইরিবা মীতুদা কৃষ্ণগী শক্তি আবেশ তৌদুনা

শিষ্যগী মফমদা তত্ত্বজ্ঞান তাকপি। মরমহুনা গুরুবু কৃষ্ণনি হায়রিবনি। অদুনা মফমসিদা 'শ্রীগুরু' হায়বসিনা শ্রীকৃষ্ণবু হায়রিবনি হায়বস্তু য়াই অদুগা নরোত্তম মহাশয়গী গুরু লোকনাথ গোস্বামীবু হায়রিবনি হায়বস্তু য়াই।

বন্ধু—য়াম্না নকুবা মরীমতা, মরূপ-মপাং। লৌকিক লোন্দা য়েংলুরগদি মীওইবগী নকুবা মরীমতাদি মপা-মমা মচু-মচাশিং অসিনি। মথোয়সি ই-গী শরুগী সম্বন্ধনি। অদুগা পারমার্থিক মায়কৈদা য়েংলগদি শ্রীকৃষ্ণমুক নকুবা জীবগী অতোপ্পা বন্ধু লৈত্রে। শ্রীকৃষ্ণবু তোল্লবা মীগী (অধম জনার) বন্ধু কায়রিবনি। নরোত্তম মহাশয়গী গুরুদেব লোকনাথ গোস্বামীবু কায়বনি কায়বস্তু য়াই। গুরুস্তু পারমার্থিক দৃষ্টিদা য়েংলগদি শিষ্যগী মপানি; গুরুনা তত্ত্ব-জ্ঞান পিহুনা শিষ্যনা মপোক অমুক হন্না পোক্লিবনি অদুনা দ্বিজ ওইবা ঙম্লিবনি।

লোকনাথ লোকের জীবন—লোকনাথ কায়রিবসি শ্রীকৃষ্ণবুনি। নরোত্তম ঠাকুরগী দীক্ষা গুরু লোকনাথবুনি হায়এস্তু অর্থ পুবা য়াই। অদু ওইরবদি 'লোকের জীবন' কায়বা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থদি অমুম্না লোবা তারে, লোকনাথ গোস্বামীগী শাক্তং অদুগা সঙ্গ তৌরুবা মীতুগী মফমদা লোকনাথ গোস্বামীসি ফিদম অমনি।

লইল শরণ—চংজরে। চংজফম লৈত্রবা মীনা চংজফম থিনৈ। নরোত্তমনা শরণ লৌরিবসি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ নত্তনদি অতৈ কনাগী লৌরুনিঙাই লৈত্রে।

---

৫

হরি হরি। বিফলে জনম গোঙাইনু।
মনুষ্য-জনম পাইয়া, রাধাকৃষ্ণ না ভজিয়া
জানিয়া শুনিয়া বিষ খাইনু॥
গোলোকের প্রাণধন, হরিনাম-সঙ্কীর্ত্তন,
রতি না জন্মিল কেন তায়।
সংসার-বিষানলে, দিবানিশি হিয়া জ্বলে,
জুড়াইতে না কৈনু উপায়॥
ব্রজেন্দ্রনন্দন যেঁই, শচীসুত হৈল সেই,
বলরাম হইল নিতাই।
দীন হীন যত ছিল, হরিনামে উদ্ধারিল,
তার সাক্ষী জগাই মাধাই॥
হা হা প্রভু নন্দসুত, বৃষভানুসুতাযুত,
করুণা করহ এইবার।
নরোত্তম দাস কয়, না ঠেলিহ রাঙ্গা পায়,
তুয়া বিনে কে আছে আমার॥

শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি হে হরি; বিফলে—মহৈ য়ান্দবা মওংদা, অরেম্বদা; জনম—মপোক; গোঙায়ু—হৌখ্রে, লেনখ্রে; মনুষ্য জনম—মীওইবগী মপোক; পাইয়া—ফংলগা; রাধাকৃষ্ণ—শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগবু; না ভজিয়া—নীংদতুনা; জানিয়া—খঙ্গুনা; শুনিয়া—নাকোঙনা তানা; বিষ—হু; খাইনু—

চারুরে ; গোলোকের—গোলোকধামগী ; প্রাণধন—থরায়গী লন ; হরিনাম-সঙ্কীর্ত্তন—হরি মীংলেন শোনবা ; রতি—মুং-ভাইদনা লুপ্না থারবত্ ; না জন্মিল—পোক্তে ; তায়—মচুগা ; সংসার বিষানলে—সংসার কৌবা হুগী মৈনা ; দিবানিশি—অয়ুক-নুংথিল অমদি অহিং চুপ্পা ; হিয়া—থম্মোয় ; জ্বলে—চাকয়ি ; জুড়াইতে—ইংহন্নবা ; না কৈনু—তৌদ্রে ; উপায়—লম্বী, পাম্বৈ ; ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌ মপারি ; যেঁই—মহাক ; শচীসুত—শচীদেবীগী মপারি ; হৈল—ওইরে ; সেই—মহাক্না ; বলরাম—বলদেবনা ; হইল—ওইরে ; নিতাই—নিত্যানন্দ ; দীনহীন—তোপ্প তারবা ; যত—অদূক ; ছিল—লৈরম্মী ; হরি-নামে—হরি নাম-না ; উদ্ধারিল লানবিরম্মী ; তার—মচুগী ; সাক্ষী—প্রমাণদি ; জগাই মধাই জগদানন্দ অমসুং মাধবানন্দ ; হা হা প্রভু—হে ইপুরোইবা ; নন্দসুত—নন্দনিংথৌ মপারি ; বৃষভানুসুতাযুত—বৃষভানুগী মমোয়োইগা লোয়নবা ; করুণা—চানবিবা ; কর—তৌবিরো ; এইবার—হন্দকমুক্তি ; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা ; কয়—হায়জে, না ঠেলিহ—ইম্বোক-পিগনু ; রাঙ্গা—ভাঙ্গানবা ; পায়—খোঙনা ; তুয়া—নহাক ; বিনে—নত্তনা ; কে—কনা ; আছে—লৈ ; আমার—এগী ;

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি, করিমত্তা কারদনা মপোক অসি লেনখ্রে। মীওই-মপোক শংলগা রাধাকৃষ্ণদি ভজন তৌদত্তনা থংনা তানা চারুরে ; গোলোককী থরাই-লন ওইবা হরিনাম-সঙ্কীর্ত্তননী, করিদোনা মহাদা পুক্নিং থিংজলহৌরবনো।

সংসার কৌবা হূগী মৈনা অহিং হুংথিল চুপ্পা থম্মোই অসি চাকথেকলে, ইংহন্নবা উপায় তৌকৌদ্রে। ব্রজ-নিংথৌগী মচাডুনা শচীদেবীগী মচা ওইরগে, বলরামনা নিত্যানন্দ ওইরে। তোল্লবা পিক্লবা মী লৈরম্বা পুম্বা হরিনামনা লানবিথরে; মতুগী সাক্ষীদি জগাই-মাধাইনি। হা নন্দগী মচা ইবুংঙো, বৃষভানুগী মমোম্নোইগা লোয়নরিবা ইবুংঙো, হন্দমুক্তি হুংশিন্বিরে।। নরোত্তম দাসনা হংগংচরি, ঙাংঙানবা নথোংডুনা ইস্নোকপিগন্নু, নহাক নত্তনা ঐগী কনা লৈবগে ?

টীকা

বিফলে—মহৈ চাদবমখৈ। মীওইনা পোক্লবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ভক্তি তৌগদবনি। ভক্তি অদু তৌবা হমন্দ্রবানিনা মপোক মহৈ য়ান্দ্রে হায়রিবনি। ঈশ্বর তত্ত্ব থিরুদতুনা সংসারগী বিষয় কর্ম্মদমক তৌরবদি মতুদা ফংলকপা মহৈনা অফবা ওইরোই।

মনুষ্য জনম পাইয়া—মীওইবা মপোক ফংলগা। মীওইবা মপোকসিবু লাইনা নিংগদবনি হায়রিবসি করিগীনো ? মীওইবা নত্তবা অতৈ জীব অমুক য়াম্না লৈরিবসিদ করি তোরে ? “সবার উপরে মানুষ সত্য তাহার উপরে নাই।” —চণ্ডীদাসনা ইরম্বা উক্তিনি। মীওইবা নত্তনা ‘সত্য’ লৈত্রে। ভগবানগী সৃষ্টি অথোইবদি মীওইবনি। ভগবানদগী অনীশুবা ‘সত্য’ লৈত্রে। জগৎ ব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা অচৎ-চৎতা পুম্নমকসি মতোন্দগী থোরকপনি মহাক ঙাক্তনি। অদুনা মীওইবসু সত্যনি। ‘সত্য’ অসি মশক থংবদি চৈতন্যশক্তি লৈবদি হায়বদি বিবেক-বুদ্ধি ( অফ-ফত্ত

খংনবা বুদ্ধি ) লৈবদি মীওইবতনি, অতৈ জীবশিংনা মতু খংবা ওমদে ; অদুনা মশানা মশাবু খংজদে। মীওইবা মখোয়গীদি মতু খংনবা বুদ্ধি লৈজে। খংগে তান্দবনা খংগদবনি। ভগবানগী ক্রমবিকাশ ওইরকপগী মতাংদা ময়েংলগা মীওইবনা খ্বাইদগী হেল্লি হায়বসি ভাব তানরি। ক্রমবিকাশকী রাসি হিন্দুধর্ম্মদগী মত নত্তে, পৃথিবীগী লৈরিবা ধর্ম্ম খুদিংমকী মত-নি। অদুনা মীওইবা মপোকসিদা য়াম্না রানা পোক্লগা অতৈ জীবশিংগুম লৈখোক্লে অদুগা আত্মজ্ঞান ফংনবা তাস্রে, হায়বদি রাধাকৃষ্ণ ভজন তৌদ্রে হায়না মুংঙাইওদুনা নরোত্তম ঠাকুরনা হায়জরিবনি।

জানিয়া শুনিয়া বিষ খাইনু—মীওইবা মপোক ফংলবা জীবতনা রাধাকৃষ্ণ নিংগদবনি হায়বদি আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনগদবনি, অদুবু হোৎনগদবনি হায়বসি ইশাসু খংই, খংবদগী হেন্দোক্লদুনা মীচোন্দগীসু তারে, অংমক্তদা হোৎনদ্রে, অদুনা খংনা খংনা তানা তানা হু চারে হায়বনি।

গোলোকের প্রাণধন—হরিনামনা গোলোক্কী থরাই ওইরি, হিংননবা লন ওইরি।

হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন—নাম-মহাত্মাগী মরমদা শাস্ত্রদা কয়া ইরি। নামগী মগুণদি হায়রুদুনা লোইবা নত্তে। অমমকপু থরদং ইজগে :— তথাহি বৃহন্নারদীয়ে :—

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলং।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

—"কলিতে গোবিন্দ নামে পাপ যত হরে। লোকেতে

পাতক তর্ত্ত করিতে না পারে ॥ কর্ম্ম মন বাক্যোদ্ভব পাব ভত নাই। যত পাপ হরিনামে নাশ করে ভাই ॥ অতএব সব ছাড়ি শ্রীগোবিন্দনাম। মনে প্রাণে ঐক্য করে বল অবিরাম ॥"—কলিদা গোবিন্দগী নামনা মাংহনবা ওস্বা পাপ অতুকথক মীওইবনা তৌবা উমদে। কর্ম্মদগী মন-দগী বাক্যদগী থোরকপা পাপশিংবুদি হরি-নামনা মাংহনবা ওস্বা পাপকী মশিংনা হেল্লি। মরমদুনা লোইনা থাদোক্তুনা শ্রীগোবিন্দগী নামবু পুল্লিং থরাই অমতা ওইনা মতমপুম্বদা শোল্লু।

অর্থসি য়াওবা শ্লোকতি স্কন্দপুরাণদা য়াওরিবনি।

"যৈছে জল আগ নিভাইতে শক্তি ধরে। যৈছে সূর্য্যদেব অন্ধকার নাশ করে ॥ তৈছে হরি সঙ্কীর্ত্তন কলিপাপ যত। নাশিতে সমর্থ হন জানিহ সতত ॥"—ইশিংনা মৈ মুথহনপা ওস্বগুম, সূর্য্যদেবনা অমম্বা মাংহনবগুম হরি সঙ্কীর্ত্তননা কলিগী লৈরিবা পাপ পুম্নমক মাংহনবা ওস্মী, মসি তত্তনা থংউ।

মসি বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরদা য়াওবা শ্লোক অমগী অর্থনি।

"হরিনাম কীর্ত্তনেতে মানব নিচয়। সর্ব্ব পাপে মুক্ত হঞা ভব পার হয় ॥ তথন শ্রীহরিনামে কলির পাতক। অবশ্য জানিহ ভাই হয়েন নাশক ॥"—হরিনাম কীর্ত্তন তৌহুনা মীওইবা পুম্নমক পাপপুম্বা কোক্তুনা সংসার কৌবা ইপাক অসি লাম্থোকই। মতমদুদা শ্রীহরি নাম্না কলিগী পাপ পুম্নাং মাংহল্লি হায়বসি লৈম্লমক থংউ।

মসিসু বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তরদা য়াওবা শ্লোক অমগী অর্থনি।

"সত্যেতে বিষ্ণু ধ্যানে জীব মুক্ত হয়। ত্রেতাযুগে যজ্ঞে মুক্ত জানিহ নিশ্চয়॥ দ্বাপর যুগেতে মুক্ত কৃষ্ণের সেবনে। কলিতে কেবল হরিনাম সঙ্কীর্ত্তনে॥"—সত্যযুগতা বিষ্ণুধ্যান তৌরগা জীবনা মুক্ত ওই। ত্রেতাদা যজ্ঞ তৌরগা শোইদনা মুক্ত ওই। দ্বাপর যুগতা কৃষ্ণসেবা তৌরগা মুক্তি ফংই। কলিদদি হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌরগদা মুক্তি ফংই।

মসি শ্রীমদ্ভাগবতকী বানি।

"বেদাগম আদি বহুশাস্ত্র অধ্যয়নে। কাশী কাঞ্চী আদি সপ্ততীর্থ পর্য্যটনে। নাহি কোন প্রয়োজন কহিনু তোমায়। নিজ মুক্তি ইচ্ছা করহ হিয়ায়॥ তবে স্পষ্টাক্ষরে ভাই এই নাম গাও। হে গোবিন্দ হে গোবিন্দ মোরে দেখা দাও॥"—বেদা-গমনচিংবা শাস্ত্র পাবনসু কাশী কাঞ্চীনচিংবা তীর্থ তরেং কোই-রুবনসু করিমতা কান্নদে নঙোন্দা হায়রিবসিনি। নংগী থম্মোইদা নশাগী মুক্তি ফংবা পান্নবদি ময়েক শেংনা নাম অসি শোল্লু। হে গোবিন্দ হে গোবিন্দ ঐঙোন্দা উহনবিয়ু।"

মসি লঘু-ভাগবতকী বানি।

"নাম সঙ্কীর্ত্তন হৈতে সর্ব্বানর্থনাশ। সর্ব্বশুভোদয় কৃষ্ণপ্রেমের উল্লাস।"—নাম সঙ্কীর্ত্তনদগী ফত্তবা (অনর্থ) পুন্নমক মাংই। অফবা (শুভ) পুন্নমক থোরকই কৃষ্ণপ্রেম উল্লাস (বিকার লোইন-মক য়াওনা ফোংদোকপা) ওইরকই।

মসি শ্রীমদ্ভাগবতকী বানি।

শ্রীচৈতন্ত প্রভুমক্না লেংলম্বা শিক্ষাষ্টক শ্লোক-তা কৃষ্ণনাম-মাহাত্ম্যগী র্না হায়রি—

"চেতাদর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপণং
শ্রেয়ঃ কৈরব-চন্দ্রিকা-বিতরণং বিদ্যাবধূজীবনম্।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনম্॥"

অনুবাদ—চিত্তগী মশক ওইরবা মিংশেনবু শেংদোক্লিবা (পুক্লিংদা লৈবা ফত্তবা বাসনা পুম্নবু মাংহল্লিবা), সংসার-তাপকী মশক ওইরবা লম্মৈবু মুৎথংলিবা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা থরোদা থাবল পিরিবা (মথলপুম্নগী য়াইফববু থমথেংনা ফহল্লিবা), বিদ্যাগী মশক ওইরিবী বধূগী (মোগী) থরাই ওইরিবা (তত্ত্বজ্ঞান অমদি ভক্তি থম্মোইদা পোকহল্লগা নিংথিজনা মাংদনবা থম্লিবা), আনন্দগী ইপাকপু হেনগৎহল্লিবা, পদ খুদিংদা মপুংমরৈ ফারবা অমৃতবু আস্বাদন তৌবা য়াবা অমসুং সর্ব্বাত্মবু পেলহল্লিবা (মন-নচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকী তৃপ্তি পোকহল্লিবা)—শ্রীকৃষ্ণ-নাম-সঙ্কীর্ত্তন অহুনা থমথেংনা য়োনা বিজয় তৌরিয়ে।

চেতোদর্পণ-মার্জ্জনং—শ্রীকৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তনসি চিত্তগী মশক ওইরবা মিংশেন শেংদোক্নবা ফীগা পাংথকনি। জীবগী চিত্তবু মিংশেন-নি হায়না হায়রি; মিংশেন্দা উফূলনচিংবা অমোৎপা পকলবদি ফীনা তকথোকতুনা মিংশেন্দুবু শেংদোকই; মতৌম্নমা শেংদোক্নবা ফীবু মার্জ্জন কৌই। জীবগী চিত্তগী মশক ওইরবা

মিংশেন্দা উফুল পকলে, সঙ্কীর্ত্তনগী মশক ওইরবা ফীনা হন্না বন্না চিত্তবু মার্জ্জন তৌহনা শেংদোক্লবদি পুক্নিং-মিংশেন অসি ইরুং লংহনা য়েংবা য়াগনি—চেতোদর্পণমার্জ্জন হায়বা শব্দগী মর্ম্মদি অসিনি।

মিংশেনগা পুক্নিংগা চাংদম্নবনা করি অর্থ লৈ? মিংশেনস্থ অমোং-অকাই করিমতা পকত্রবদি মমাংদা লৈবা পোৎকী মমিচু মতম পুম্নমক্তা তাহনা লৈ; পোৎ অদু মতম পুম্নমক্তা মিংশেনগী মমাংদা অমস্নুং মনাক্তা লৈরবদি মিংশেন-মস্নুংদা মহুগী মমিচু মতমপুম্বদা উবা ফংই। অদুগা মিংশেন্দা মরাং কায়না উৎফুল্ল পক্লবা মরম্না য়াম্না কন্না মোৎলবদি করিগুম্বা পোৎ অমতগী মমি তাত্রে। ফীনা অমাংপস্থ অস্নুম শেংদোকহুনা লৈরবদি, অমোংপা অদুকী মতিক কোকপ্লগা লোয়ননা মমাংদা লৈরিবা পোৎ অদুগী মমিচু অদুকী মতিক শেংনা তাগনি. অমোংপদু পুমক্কোক্ক কোক্লবদি মমিদুস্থ মপুংফানা প্লংউ উগনি।

মিংশেনগা জীবগী পুক্নিংগা চাংদম্নবনা তাক্লি মিংশেনদে না পুক্নিংগী পোৎ মমি তাহনবা ওস্বগী শক্তি লৈ, পুক্নিংদস্থ মনাক্তা লৈবা পোৎকী মমি তাই হায়বা। অদুবু চিত্তগী অনকপা পোৎতি করিনো? তত্ত্বগী অর্থ খিক্লবদি শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীকৃষ্ণধাম অনীসি "সর্ব্বগ (মফমপুম্বা শিল্লিবা), অনন্ত (ওমথৈ নাইদবা), বিভু (মফমপুম্বা শিল্লিবা, অওম্বা, ওাল্লিবা, লোংদবা), —বিভু-ভনচিংবসি নিত্যনি; মরমহুনা সর্ব্বব্যাপী ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীকৃষ্ণধামদি মফম পুম্নমক্তা ওানখোইহুনা লৈরি। মরমহুনা

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণধামদি মতমপুম্বদা এথোয় পুম্বগী খাইদগী নকপা বস্তুনি — জীবগী চিত্তগী মশক ওইরিবা মিংশেন্না অমোং-অকাই পকত্রবদি চিত্তদুদা শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীকৃষ্ণধামদি—(মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণলীলানচিংবসু ) মতমপুম্বদা মমি তারগনি—নিংশিংগনি। মসিদা হংবা য়াই, অমোংপা পকত্রবা চিত্তদা নক্লা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণধামগী মমি তাবগুম্না অনকপা প্রাকৃতবস্তুশিং অসিদি মমি তারোইদব্রা ? তাবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণনচিংবা বিভু-বস্তুদি মফম পুম্নমক্তা লৈ; মরমদুনা চিত্তগী খাইদগী নকপা মফমদসু লৈ। প্রাকৃতবস্তু অমতনা অদুক য়াম্না নক্লা লৈবা ঙমদে,—প্রাকৃত-বস্তু অমদি চিত্ত অনীগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা বিভু-বস্তুদি লৈগনি; প্রাকৃতবস্তুনা শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী তুংলোমদা লৈগনি; মিং-শেন্দা মমি তাবদি মাংদা লৈবা পোক্নি তুংদা লৈবা পোংতি মমি তাদে—মাংদা মিংশেন থারগা নঙল ফাওবা উবা ফংদে মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা বিভুবস্তুদমক অমোংপা পকত্রবা চিত্ত-মিংশেন্দা মমি তাগনি প্রাকৃতবস্তুদি মমি তারোই। অমুক শ্রীকৃষ্ণনচিংবসি বিভুবস্তুনি কায়দুনা মখোয়গী মমিনা মিংশেনগী মশাপুম্বা শিনথুংখ্রগনি—অতৈ-অতোপ্পা পোৎকী মমি তানবা মরম লৈররোই। মসিনা অমকপা লৈত্রবা চিত্তগী অবস্থানি। অদুবু চিত্তগী অমকপা পক্লবা অদুগা মপুংফাওনা উবফংত্রবদি মদুদা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা বিভুবস্তুগী মমি তারোই।

শুদ্ধ ( শেংলবা ), বুদ্ধ ( খংলবা ) অদুগা মুক্ত ( পুক্রবা, মনিং-তম্লবা ) ওইবা স্বভাবনা জীবগী স্বরূপ ওইরিবনি; মহাকী

চিত্তগী স্বরূপস্থ শুদ্ধ, স্বচ্ছ ( মমুং কাওনা উবা য়াবা ), নির্ম্মল-নি ( অমকপা পকত্রবনি )—কৃষ্ণগী মরি লৈনবা পোৎকী মমি লৌশন-বদা মতিক চাঙরিবনি—নির্ম্মল ওইবা মিংশেনগা জীবগী চিত্তসিগা চাংদম্নবা য়াই। তৌইশুস্মস্থং মায়ানা পুল্লবা জীবদি মৈহৌরোন্দগী হৌনা শ্রীকৃষ্ণবু কাওহনা অনিশুবা বস্ত ওইরিবা মায়াদা লুপখরে —মায়াগী উপাধিদবু মশাগীনি হায়না লৌশিনখরে; মরমহনা মখোয়গী চিত্তদু মায়ানা কুপ্পুনা অমোংপা হায়বদু ওইরে—ভগবানগী মরী লৈনবা বস্তুগী মমি লৌশিনবদা মতিক চাদ্রে। মায়াগী অমোংপসি কোকহল্লবদা মখোয়গী চিত্তদু অমুক মাগী স্বরূপতা হঞ্জনগনি—নির্ম্মল ওইবা মিংশেনগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবা পোৎকী মমি খুদক্ষ অতুমক্তদা তাগনি। চিত্তগী অমোংপা অসি কোক্লবা উপায়দি শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন-নি। অতৎপা লৈত্তবমথৈ হন্না হন্না শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন তৌর-তৌরগা চিত্তগী মায়ানা মোংহনবদু মাংথিগনি—মদুদি ফীনা হন্না হন্না তক্ল-তক্লগা মিংশেনগী উফুল-য়াইফুল কোকপগুম্না।

ভবমহাদাবাগ্নি-নির্ব্বাপণং—শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন-না সংসারগী মৈচাকপু মুথৎপা ঙম্মি। জীবগী ত্রিতাপ-না ( আধিভৌতিক, আধিদৈবিক, আধ্যাত্মিক তাপ অহুম ) মহাক্কী সংসারগী মৈচাক্নি। মসিবু মহাদাবাগ্নি ( লম্মৈ অচৌবা ) হায়রিবনি। দাবাগ্নি—উমং য়ামংদা চাকপা মৈ। উমংদা মৈ য়াইরবদি উমং পুম্নমক চাক্লুনা উৎ ওই। ত্রিতাপকী মৈনা চাক্লবস্থ জীবনা করিমতা তৌবা ঙমদবমথৈ লৈয়ে; মরমহনা ত্রিতাপকী মৈচাক ওইরিবা

সংসারগী অরাববু দাবাগ্নি হায়রিবনি। সংসার মৈচাক্কা দাবাগ্নিগা চাংদম্নবগী ভাবতি অসিনি- উমংদা লম্মৈ চাকপসি অয়াম্বদি মশাল্লোমদগী কনামতনা মৈ চুরকপা নত্তে, উমং—ময়াইদা হৌরিবা উজাওশিংগ্না মখোয়-মশেল মহৈ মহৈ তক্খাইনবদগী উমং—মপুংদা মৈ হৌবনি। জীবগী সংসার মৈচাকসু অহুগুম্বনি ; মপান্দ লৈবা পোৎ অমতনা মৈচাকসিগী কারণ নত্তে—পুকনুংদা লৈবা দুর্বাসনা ( অপাম্বা ফত্তবশিংনা ) মখোয়-মশেল মহৈ মহৈ থেঙ্গাইনবদগী চিন্তগী মনুংদা মৈ চাকপনি। অনীশুবদনা লম্মৈসি চাকখৎলক্লবদি উমং হায়বদি মহুদা লৈরিবা উপাম্বীনচিংবত্তু মৈনাক্তগী লাপ্না চেম্মোকতুনা মশাবু কনবা ওমজদে—মফম অদুদা লেপ্তুনা মৈনা চাক্তুনা উৎ ওই। মায়ানা ফা-পুল্লবা জীবগী ফীভমসু অহুগুম্বনি—জীবনা ত্রিতাপজ্বালাদা অতুম চাক্তুনা লৈ—মায়াগী সুখ ফংনবগী আশানা থোরী ওইরগা মশামকপু সংসারদা কয়া কল্লা পুনশনখরবগে হায়ববু মহাক্না ত্রিতাপজ্বালাদুদগী লাপ্না চেন্দুনা ( কৃষ্ণরোমদ মাই ওনশন্দুনা ) মশাবু কঞ্জবা ওমদে। "সংসার বিষানলে, দিবানিশি হিয়া জ্বলে, জুড়াইতে না কৈনু উপায়"—মসি মখা তাথরকপদা য়াওরিবা নৈনরিবা প্রার্থনাসিগী পদনি। অহুমশুবদনা, দাবাগ্নিনা চাকথেকখ্রবা উমংনা মশাগী অওইবা মাংবনা উমংগী করিগুম্বা থুদম অমতা উবা ফংদে। মায়াদা পুল্লবা জীবগী ফীভমসু অহুগুম্বনি—জীবসি মাগী স্বরূপ অওইবদি কৃষ্ণগী মনাইনি ( কৃষ্ণদাসনি ), কৃষ্ণসেবানা মাগী স্বরূপকী তৌফম থোকপা মথৌনি ; অহুবু সংসারগী নোংলৈদা পুখদুনা কৃষ্ণসেবাগী

য়া মতেং অমতা, জীবগী চিত্তদা পোক্তে—মহাক্রা কৃষ্ণদাস ওই কায়বতুগী খুদম অমতা উবা ফংহে।

অতংপা লৈত্তবমধৈ মতম য়ায়া শাংনা য়ায়া কন্না নোং চুরবদি দাবাগ্নি (লৈমৈ) মুংপা য়াই। মতৌ অহুম্না অতং—অথম মাই দবমথৈ মতম য়ায়া কুইনা শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন তৌরবদি জীবগী সংসার-তাপ কোকনি।

৪ সংসারবু মহাদাবাগ্নি হায়বগী তাংপর্য্যদি অসিনি, মৈগি অপিকপদি মুংশিত্তা মুংথিকা য়াই; তৌইগুম্বমুং দাবাগ্নিদি মুংশিংনা মুথংপা ঙমদে; নোং মত্তমফনা চুরগা মুংপা য়াই; অহুবু মহাদাবা-গ্নিদি নোং ফন্না চুহুনস্থ মুংতবা য়াই। জীবগী সংসারদা লৈবগী অবাবস্থ অতোপ্পগী থেমজনবা রাহৈনা, ভোগ তৌবনা কোকপা য়াদে—শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন-তনা মসিবু কোকহনবা ঙমগনি।

শ্রেয়ঃ-কৈরব-চন্দ্রিকাবিতরণং—শ্রেয়ঃগী অর্থদি মঙ্গল; কৈরবকী অর্থনা থম্বো; চন্দ্রিকাগী অর্থনা থাদল। শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনসি জীবগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা থম্বোগী মফমদা থাবল পিবগা পাং-থকনি। থাবলগা শম্বদগী অহিংদা থম্বোনা শাংলি, মসি কবিনা কন্না থাজবা রাথম্নি। থাবলগা শম্বদা থম্বোনা ইংনা মেংনা নোকুনা মমাই মকা লাম্বগুম শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনগী প্রভাবনা মায়ানা পুম্নবা জীবনা কৃষ্ণপ্রেমদা মাই ওনশন্নি।

বিদ্যাবধূজীবনং—শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন অসি জীবগী বিদ্যাগীমশক ওইরিবী মৌগী থরায়নি। থরায় য়াওদ্রবদি হিংবা য়াদে; শ্রীকৃষ্ণ-সঙ্কীর্ত্তন লৈনা বিদ্যাবধূ হিংবা ঙমদে, মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনবু

বিত্থাবধুগী থরাইনি হায়রিবনি। অদুবু বিত্থাবধু হায়বসিদি করিনো ? বিত্থাগী মশক ওইরিবী বধূবু (মৌবু) বিত্থাবধু হায়রিবনি; মৌ ( হায়বদি মপুরোইবা পানবী মৌ ) অমগা বিত্থাগা চাংদম্নরি। অদুবু বিত্থাদি করিনো ? মাগী মতেংনা করিগুম্বা পোৎ অমবু খংবা য়াবা অদুগুম্বা মাবু বিত্থা কৌই ; অদুগা অমুক পোৎ অহুমা খংলুরগা খংনিংঙাই পোৎ অতৈমুক লৈত্রবা, অদুগুম্বা পোৎপু খংবা য়ানবা বিত্থাদি খমথেংলবা মথকলৈত্রবা বিত্থানি। শ্রীকৃষ্ণদি আশ্রয়-তত্ত্বনি ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণবু খংলবদি অতৈ খংনিঙাইমুক লৈত্রে ; অদুবু শ্রীকৃষ্ণবু খংনবা অমথক্তং ঙাইবা উপায়দি ভক্তিনি ( ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ ) ; মরমদুনা ভক্তিনা অথোইবা মকোক ওইরিবা বিত্থানি। অদুনা শ্রীল রামানন্দ রায়না হায়খি—
"শ্রীকৃষ্ণভক্তি বিনা বিদ্যা নাহি আর।"

বিত্থাবধূ জাবন হায়বা শব্দসিদা শ্রীকৃষ্ণভক্তিবু বিত্থানি হায়রি ; বিত্থা অসিবুসু অমুক মপুরোইবা পান্নরিবা মৌনি হায়রে ; মসিগী তাৎপর্য্যদি অসি ওইরমাল্লে—কৃষ্ণভক্তি অসি মপুপাল্লবী মৌ অমগুম্না মেংবী, তপ্পী, ইংবী, সেবা তৌবদা থরাই লুপ্পী, ফজবনা মাগী মহোশা ওইবী, মতম লৈবা খিবিক্তা নোকুনদা লৈবী হায়বদি মায়থোং মকালাম্বী, অদুগা মশাবু লোংকদোবগীদা হোৎনবীনি। শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তননা বধূগী স্বভাব চেল্লিবী কৃষ্ণভক্তিগী থরাইগা পাংথকনে, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন নত্তনা কৃষ্ণভক্তি পোকপা য়াদে, পোক্লবগী তুংদসু শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন নত্তনা ভক্তিদু স্থায়ী ( লেংদবা ) ওইনা লৈয়ু য়াদে। ভক্তি পোক্লবগীদমক অদুগা ভক্তিদুবু মাং-খিগদোবদগী ঙাক্লবা হায়দুনা মতমপুম্বদা সঙ্কীর্ত্তন তৌফম থোকই।

**আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং**— শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন-না আনন্দগী সমুদ্রবু হেনগংহল্লি . থা থোরক্লগা সমুদ্রগী ইয়াইথক্তা মথল মথলগী ইথক হৌরকপগুম শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনগী প্রভাবনা ভক্তগী থম্মোইদা আনন্দ মওং-মওংগী ইহৌরকই। শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনগী প্রভাবনা ভক্তগী থম্মোইদা মতম পুম্নমকতা আনন্দ পোকতুনা লৈ। নোংজুথাগী তুরেল্মা নিক্ নিক্ লাওনা ইশিংনা পাঙ্খনা লৈবগুম শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনগী প্রভাবনা ভক্তগী থম্মোইস্থ আনন্দগী ইথক্লা মতমপুম্বদা ইহৌদুনা ইথল-থল্লি।

**প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং**— শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনগী পদ খুদিংমক্তা পূর্ণামৃতগী (রস পূম্নমকী) মগাও ফংবা উম্মি। সঙ্কীর্ত্তনগী মতমদা শোল্লিবা ( কীর্ত্তন তৌরিবা ) পদ হায়বদি শব্দ খুদিংমক্তা রস পুম্নমকী আস্বাদন তৌবা ফংই, মসিগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনস্থ আনন্দস্বরূপনি। চৈতন্যচরিতামৃতদা য়াওরিবঙনি- "কৃষ্ণনাম কৃষ্ণগুণ কৃষ্ণলীলাবৃন্দ। কৃষ্ণের স্বরূপসম সব চিদানন্দ ॥" কৃষ্ণ, কৃষ্ণভক্তি, প্রেমরূপ। নাম সঙ্কীর্ত্তন সব আনন্দস্বরূপ ॥"

**সর্ব্বাত্মস্নপনং**— শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনদি মন-নচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকী পেল্লনবনি। কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন-না কৃপা তৌবিদুনা বাগিন্দ্রিয় ( রা ডাংনবা ইন্দ্রিয় ) লৈয়েংদা মশা মথন্তবু ফোংদোক্লবদা লৈয়েংনা আনন্দরসতা পুংশুপ লুপ্পি। সঙ্কীর্ত্তন অদুনা অমুকস্থ চিত্তদা কোইদুনা শান্নরগা চিত্তবু আনন্দরসতা তাওহল্লি—চিত্তদা হৌরকলিবা আনন্দ অদুনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকতা হকচাং পুম্নমক্তা শিনথুংখিদুনা মুংঙাইহল্লি। শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন তারগনা নাকোং কৌবা

ইন্দ্রিয়না আনন্দ কংই। মতৌ অসুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনসিনা সর্ব্বাত্মতৃপ্তি পোকপা হায়বছ ওইরিবনি। মরমসিনা নাম-সঙ্কীর্ত্তনবু অসুক য়াম্না থাংগৎলিবনি।

সংসার বিষানলে দিবানিশি হিয়া জ্বলে— সংসার কৌবা তুগী মৈনা অহিং মুংথিল নাইদবমথৈ থম্মোই অসি চাক্লে। সংসার ত্রিতাপকী মৈচাকপু হায়রিবনি। "ভবমহাদাবাগ্নি-নির্ব্বাপণং"গী ব্যাখ্যা পারগা নৈনরিবা পদগী ভাব তাবিগনি।

দীন হীন— নংলবা তোল্লবা। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা অবতার তৌবদা হরি-চণ্ডাল-নাচিংবা তোল্লবা মীবু হরিনাম পিদুনা লানবিরম্মী। মতুগী সাক্ষীদি জগাই মধাইনি। হরিনাম শোল্লবতদা অজামিল কৌবা যোগভ্রষ্ট ওইরবা মিপা অমসু মুক্তি ফংখি হায়বা শ্রীমদ্ভাগবতপা ব্রারি লৈ।

তোমা বিনা কে আছে আমার— নহাক নত্তনা ঐগী কনা অমা লৈরিবগে, হায়বদি কনা লৈত্রে। শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা জীবগী সম্বন্ধ য়েংলুরবদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা জীবগী কনা অতোপ্পা অমা লৈত্রে। পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা জীব ঐখোয়গী কনা অমা লৈগদগে? ভগবানগী কৃপা নত্তনসু মাবু মশক থংবা অনাদি ভক্তি তৌবা— জীবশিংনা ঙমদবনিনা শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না হায়রিবদি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা নত্তনা মাবু নিংবা য়ারোই অদুগা মানা জীববু লানবিনবা মতম পুম্নমক্তা য়েংবিদুনা লৈ।

---

৬

হরি হরি। কবে মোর হইবে সুদিন।
ভজিব সে রাধাকৃষ্ণ হঞা প্রেমাধীন॥
সুযন্ত্রে মিশায়ে গাব সুমধুর তান।
আনন্দে করিব দোঁহার রূপ-গুণ গান॥
রাধিকা গোবিন্দ বলি কান্দিব উচ্চৈঃস্বরে।
ভিজিবে সকল অঙ্গ নয়নের নীরে॥
এইবার করুণা কর রূপ সনাতন।
রঘুনাথ দাস মোর শ্রীজীব জীবন॥
এইবার করুণা কর ললিতা বিশাখা।
সখ্যভাবে মোর প্রভু সুবলাদি সখা॥
সবে মিলি কর দয়া পুরুক মোর আশ।
প্রার্থনা করয়ে সদানরোত্তম দাস॥

### শব্দার্থ

**হরি হরি**—হে হরি হে হরি ; **কবে**—কদোচৈ ; **মোর**—ঞেগী ; **হইবে**—ওইগনি ; **সুদিন**—অফবা ক্সমিৎ ; **ভজিব** ভজন তোগনী ; **সে**—মহু ; **রাধাকৃষ্ণ**—রাধাকৃষ্ণবু ; **হঞা**—ওইরহুনা ; **প্রেম-অধীন**—প্রেমগী মথা পোন্‌বা, ক্সংশি-ক্সংশিনা ; **সুযন্ত্রে**—ঈশৈগী অফবা যন্ত্রদা ; **মিশায়ে**—তিন্নশিল্লগা ; **গাব**—শক্কনী ; **সুমধুর**—কজনা থূম্নবা ; **তান**—ঈশৈগী তান ; **আনন্দে**—ক্সংঙাইনা ; **করিব**—তৌগনী ; **দোঁহার**—রাধাকৃষ্ণ অনীগী ; **রূপ-গুণ**—শক

অমস্থং মগুন ; গান—শৈশকপা ; রাধিকা গোবিন্দ—রাধাকৃষ্ণ ; বলি - হায়ডুনা ; কান্দিব—কপকনী ; উচ্চৈঃস্বরে—খোল-হৌনা ; ভিজ্বিবে—চোৎকনী ; সকল—অপুম্বা ; অঙ্গ—হকচাঙ ; নয়নের—মীৎকি ; নীরে—ইশাংনা, পিরাংনা ; এইবার—হন্দক্তি ; করুনা—চানবিবা ; কর—তৌরো ; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামী ; রঘুনাথ দাস—শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী ; মোর—ঐগী ; শ্রীজীব গোস্বামী ; জীবন—থরাইনী ; এইবার—হন্দক্তি ; করুনা—চানবীবা ; কর—তৌরো ; ললিতা—শ্রীরাধাগী সখী ললিতা ; বিশাখা—শ্রীরাধাগী সখী বিশাখা ; সখ্যভাবে—শামান্-লেংমান্নবা মরূপকী প্রেমদা ; মোর—ঐগী ; প্রভু সুবলাদি—প্রভু সুবল-নচিংবা ; সখা—মরূপ-মপাং ; সবে—লোইনমক্রা ; মেলি—তিন্নডুনা ; কর—তৌরো ; দয়া—থৌজান ; পুরুক—থুংহল্লো ; মোর—ঐগী ; আশ—আশা ( ফংগে নীঙবা ) ; প্রার্থনা—হায়জবা ; কর.য়—তৌজৈ ; সদা—মতম পুম্বদা ; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা— হরি হরি ! কদোৌঙৈ ঐহাক্কী য়াইফবা থুমিৎ ওইগদোৌরিবনো। প্রেমগী মথা পোন্দুনা রাধাকৃষ্ণ অনীবু ( কদোৌঙৈ ঐনা ) নিংজগদোৌরিবগে। অকবা যন্ত্রদা মথুম ফরবা তান হাপ্তুনা শক্লদগে। মথোয়নিগী রূপ-গুণবু সুংঙাইনা শকশোনগনি। রাধা গোবিন্দ কৌডুনা খোল য়াংনা কপকনি ( কদোৌঙৈ )। হকচাং পুম্বা মিংকী পীনা ( কদোৌঙৈ ) পুমচোৎ চোৎকদোৌরিবনো। হন্দকমুক্তি, রূপ-সনাতন, থৌজানবিরো।

রঘুনাথ দাস, শ্রীজীবদি ঐগী থরাইনি। হন্দক্তি. ললিতাবিশাখা (নখোয়না) থৌজানবিয়ো। ঐগী প্রভুনা, সুবল-নচিংবা সখানা সখা অমদা তৌবগুম্না (চানবিয়ু)॥ লোইনমক্না তিন্দুনা ঐগী আশাসি থুংহনবিয়ু। নরোত্তম দাসনা—মতমপুম্বদা প্রার্থনা তৌজরে।

টীকা ঃ—

সুদিন— অফবা, নিংথিজবা নুমিৎ হায়নবদি য়াইফবা নুমিৎ। ভগবানগা ভক্তগা লৈনবা প্রেম অদুনা ইনশন্দুনা রাধা-কৃষ্ণগী নাম শোনগদবা নুমিৎ অদুবুনি। মী অমন করিগুম্বা পোৎ অমা ফংনবা তাম্নবদি পোংতু ফংবা নুমিংতি মীদুগী মফমদা অফবা নুমিৎ ওইগনি। অদুদগী অমুক পোৎ অদুনা মতম পুম্বনক্না অফনদা ওইংবো, করিগুম্বা মতমদা ফরন্নগা অমুক ফত্তবা ওইথক্রোইদবা পোংতা অমা ওইরবদি মদুবু ফংবা নুমিংতি য়াইফরেন য়াইফবা হায়বা তাই। মদু ফংবা নুমিত্তদি নুংঙাইবগী ঐফুৎ অদু অতোং-অথম নাইরোইদবা অমা ওইগনি। মদুগুম্বা নুংঙাইবা পীবা পোৎতদি শ্রীকৃষ্ণপ্রেমতনা ওই, অদু অতোপ্পা অমতনা ওইদে। মদুগুম্বা 'সুদিন-দি' ভক্তগীদা নত্তনা মতিকচাবা ভক্ত ফংজরে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণদসু নুমিংতু সুদিন-নি। ভক্ত অমসুং ভগবান অনীমক্কী পুন্না 'সুদিন' ওইবা নুমিৎ অদুবু য়াম্না থৌরাংনা শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না ঙাইরি হায়জরি।

ভজিব সে রাধাকৃষ্ণ হঞা প্রেমাধীন প্রেমগী মথা পোন্দুনা রাধাকৃষ্ণ অনীদুবু নিংগনি (কদৌঙৈ)। প্রেমগী মথা-পোন্দ্রবদি রাধাকৃষ্ণ নিংবা য়াদে। অপাম্বা অমদি নুংশিবা অনী

পোক্পবা মতমদা ঐথোয়না অতোপ্পা অমবু নিংই। মীহুবু মুংশিরুপ্পবদি মাবু নিংবদি লায়রবুনা মমিং-মথামকপু পন্নিংদে। ঐথোয় মীওইবনা মুংশিবসি ঐথোয় ইশা ইশাদগী হেন্না মুংশিবা কনামতা লৈতে। খন্দুনা য়েংবিয়ু, ঐথোয়না ইপা হমাবু মুংশি, অদুবু মুংশিরক্পবা মতম লাকই, ইতু-ইচা মরুপ-মপাংবু মুংশিবমু অদুমক্তাই। অদুগা মতম পুম্নমক্তা ইশানা ইশাবু মুংশিবদি থক তংত্রবনি। অতৎ-অথম নাইদনা মুংশিরিবা ঐহাকসে (ঐগী অাখাসে) অতৎ-অথম নাইদবা হায়বদি লেংদবা মফমাশিংমা লৈরবা, মুংডাইবগী ইফুং ওইরিবা ভগবাননগী অংশনি। মদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু অমাদ মাগী চাংগথোইরবা শ্রীরাধিকাবু নিংবা তারবদি অতৎ-অথম নাইদবা প্রেমগী মথা লোন্দবা য়াদে। প্রেমনা ঈশ্বরনি অদুগা ঈশ্বরনা প্রেম-নি হায়নরি। প্রেমদু লেপ্পবদি শ্রীকৃষ্ণবু ফংলে হায়রবা য়াই।

সুযন্ত্রে মিশায়ে গাব সুমধুর তান—যন্ত্র অফবদা মথুম-ফনা ফবরা তান হাপ্পুনা (থাদুনা) শক্-শোনগনি। ইশৈ শকপা শ্রারবদি যন্ত্র অফবা নদনা শকপমু মুংডাহতে। অদুনা যন্ত্র অদু ফজনা নিংথিনা লুনা থম্না তারি। জীবগী হকচাংসিবু যন্ত্রনি হায়না লৌবা য়াই। হকচাং অসি অনাব-লোইরবদি করিগুম্না অমতা তোনা ঙমদে, হায়বদি হকচাংগী মশক ওইরবা যন্ত্রগী মখোল থোক্কে। অদুনা সাত্ত্বিক-আচার চৎতুনা হায়বদি অহাওবা অমেংবা হকচাংদা মচি কাগদবা চাক্লাক চাদুনা হকচাং-শাক্সেল নিয়ম নাইনা তোদুনা হকচাংবু ফনা হায়বদি নিংথিনা থম্না তাই। হকচাং য়োবক্পা

হোৎনগে হায়রবদি মন অসি ফাজন্দুনা থম্বা তারি। মন ফাগে হায়রবদি রিপু তরুক খুডুম চনবা তারি। অদুনা ভগবানগী ওইবা থবক্তমক তৌবা অমসুং মায়ানা পুবা ঙমদনবা হোৎনবা তারকই। অদুদা ঐশ্বোয়গী হকচাংসি সুযন্ত্র ওইবা ঙমগদৌরিবনি।

মতৌ অসুম্না যন্ত্র অকবা নিংথিবা লৈরবস্থ ইশৈ শক্লিবা মীডুনা তান চাত্রবদি সুংঙাইতে। তান অচাবস্থ সুমধুর (মথুম ফরবা) তান-নি হায়রিবনি। অহৈবা নত্রবদি তান চাবা য়ারোঈ অদুনদি তান চপ-চপ চ'নবা, চাথিবনা থুম্নকপা তানদা থাডুনা ইশৈ শকপা ঙম্নবা ইশৈ অহৈবা অমদা তম্বা তারি। "পরম নিপুণ হ'য়ে নাথ বলি ডাক -থমথেংনা হৈশিংবা ওইনা নাথ হায়না কৌও।" মসুম্না অহৈ-অশিংদগী তম-খোৎলগা হৈরকপা মতমদা শক্লকপা ইশৈ অডুনা পিবা সুংঙাইবদি মপান্নাইদবা সুংঙাইবনি। অসিগুম্বা মপান্নাইদবা সুংঙাইবদি সচ্চিদানন্দঘন শ্রীকৃষ্ণনি। অদুনা হায়রি -"আনন্দে করিব দোঁহার রূপ-গুণ গান।"

অদুনা মায়ামুক্ত ওইরবা হকচাংগী মশক ওইরবা সুযন্ত্রদা জীবনা য়াম্না নিপুণ ওইরগা সুমধুর তান থাডুনা রাধাকৃষ্ণগী নামবু শোঞ্জবা ঙম্লবদি অপার আনন্দদা তাওবা ঙম্মী হায়বদি কৃষ্ণভক্তি ফংই। মদুগুম্বা সুমিৎ অদু কদৌম্ভৈ ওইগদৌরিবনো হায়না শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না ঙাইজরি হায়বা ওইরমাল্লে।

তান চাবা হায়বদুদি তান তম্বুরগা হৈবা তারে। কনাদগী করম তৌনা কৃষ্ণভক্তি তম্বা তারি? শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণ, লীলা-নচিংবা শক-শোনবা অমদি তাবা অদুগা ভক্তশিংনা তৌরম্বা মওং

শাক্সং নৈনহুনা শক-শোন্দুনা নিতিগী তোইশল্লক্লগা তান হৈরক্কনি। নত্রগা করিগুম্বা গুরু অফবা থেংনরগা মাগী মফমদা তমহুনা হৈগনি। অসিগুম্বা গুরু ওইনবা মী অসি তত্তনা মর্ত্ত্যভূমিদা ঈশ্বরনা থারকই। মহাকমক্না মহাকী শক্তি পুম্নমক্না লোইননা যুগ যুগতা অবতার তৌরি। অথিবা কন্‌বা ভক্তগী গুরু বাংপা হৌনদে, কৃষ্ণনা মতমপুম্বদা কৃপা তৌবিরিবনি। কৃপাসি শোইদনা ফংগনি হায়বগী আশাদি শ্রীল নরোত্তমনা থাদোকপা নৈতে।

কান্দিব উচ্চৈঃস্বরে—খোঞ্জেল রাংনা কপকনি। অসুম তৌনা কপ্পসি অঙাংমচাশিংনা তৌগল্লি। মপুরিং থুংদবা অমা লৈরবা মতমদা মহু থুংনবা হায়হুনা পুকচেল ইতিং তিংনা মপুরিংগী রাতু অতোপ্পগী মফমদা লোত্তবমথৈ কপ্-খোংই। মহুদা অঙাংহুগী অপাম্বা থবক অহু ঐখোইনা তৌথোকপী। কপ্পসি মশা মথন্তনা থবক অহু পাংথোকপা ভুক্তকত্রবদা অতোপ্পগী মতেং নত্তনদি গতি লৈরকরবা মতমদা কপ্পিদনি। অঙাংদি মপুকচেল তিংবনিনা ইকাই-ইকি থাদোকতুনা কপথোকই। অতুগা থরা চাওরবা অঙাংনা অদুগা ইকাই-ইকি মশক থংলবা মীনা মসুম তৌনা কপ্পুনা মপুরিং তেংনা ফোংদোকপা ঙমদে। অদুনা অতোপ্পা অতৈনা মথোইগী মতেং পাংগে থন্দে। মখোইগী অরাবহু মপুকুংদা অহুম ফুমহুনা লৈ। মখোইগী অরাবহু কোকহন্নবা মীগী মতেং লৌগে নিংলবাদ করিমতা থাক্তবমথৈ অঙাংদোগুম্বা হায়দোকপা তারে। অদুনা লাই নিংবমু পুকচেল তিংনা ইকাই-ইকি থাদোক্তুনা নিংবা তারে। অদুগা কপ্পিঙৈগী মতমদা অঙাংনা তাল্লিবা অমসুং নিংবদি

মানা পাম্নিবা অতুতা তাল্লি, নিংই ; অতোপ্পা পোৎ অমা পিবদা মানা লৌ হায়বা শুকয়া য়াদে। মতৌ অস্মুম্না ভক্ত অতুনা সংসার বাসনা থাদোকতুনা কৃষ্ণবুতা ফংগে হায়না নিংগদবনি। অস্মুম্না হৃদি শেংনা নিংখিবদা অকিবা পুন্নমক ইকাইবা পুন্নমক মীনা নোক্লগদবা হায়বনচিংবা পুন্নমক খন্দবা তারে। অতুনা যোগমায়া-না শ্রীকৃষ্ণগী নাম তাক্লবদদা ঙাওরবী শ্রীরাধাদা রারক-রাতেম্বদা হায়থি—কৃষ্ণপ্রেম তৌগে হায়রবদি 'লাজ, ভয়, মান—এ তিন থাকিতে নয়'—হায়না। পুকচেল তিংবা মীগীদি লাজ, ভয়, মান হায়বসি করিমতা লৈতে। ভক্তি-মুক্তি তাল্লগে হায়বা অহল ওইরবগী চহি মতাংদদি অঙাং ওইবগী পুকচেলসি অমুক হল্লকপ-মাল্লে। অতুনা অয়াম্বনা অহল ওইরকপা মতমদদা লাই নিংনৈ। অতুবু ঙসি শিনি হয়েং শিনি হায়বা খংদবা পুন্সিনিনা নহা ওইরিবৈদগী লাই নিংগদবনি হায়না সাধুসঙ্গশিংনা পাওতাক পিবি। নহা ওইবা ভক্তগী বারিস্থ ঐথোয়না কয়া তাই।

ভিজিবে সকল অঙ্গ নয়নের নীরে— মিৎপু নয়ন হায়, মরমদি মানা পুক্লিংবু কোইপু পুতুনা চৎলি। মিৎনা হাম্না উক্ররগা কোম্না পুক্লিংনা পাম্লকই। অতুদগী অপাম্বা পোৎ অদু ফংনবা হোৎনরকই। ফংলগা মুংঙাই ফংদ্রেগা মুংঙাইতে। য়াম্না কন্না থমুং-য়ৌনা মুংঙাইরবমু কপ্পি মুংঙাইত্রবমু কপ্পি। থরাই শোক্লা কপ্লবদি য়াম্না কুইনা কপ্পি। অতুনা পি অসিনা অতৎ-অথম নাইদবমথৈ শিম্বরকপনা হকচাং পুন্নমকসি শিন্ থুংনা চোৎকনি হায়বনি। অতুবু পিগী ইচেল লক্ষারক তাতুনমু হকচাংগী শরুক

পুন্নমক্তি চোৎলোই। অহনদি মসিগী তাৎপর্য্যদি অসি ওইবা তাই — জীবগী পুক্নিং মভুং ইন্না কর্মেন্দ্রিয় পুন্নমক হায়বদি হকচাং-কায়াৎ পুন্নমক থবক তৌরিবনি। পুক্নিংনা রাধাকৃষ্ণ নিংহুনা কপ্-খোংলক্লবা মতমদা হকচাংগী অত্তনবা শরুক থাহুনা ইন্দ্রিয় খুদিংমক অঙ্গ খুদিংমক পুক্নিংনা রাধাকৃষ্ণগী রাথন্দা চিংশল্লি। রাধাকৃষ্ণ নিংবদা পুক্নিংদা মুংঙাইবা পোকপহু—মুংঙাইবা (আনন্দ) অহুমক্লা ভগবানগী স্বরূপ অমা ওইরিবনিনা হকচাংগী মুং-পান লোইনমক অমতা থাক্লবমখৈ মুংঙাইবহুনা শিন্থুংনা লৈ।

অহুনা থম্মোইমুংদা পী ওইনা খোরকপা আনন্দ অহু হকচাং-কায়াৎ পুন্নমক শুনা রাংহৌবা য়াওদবমখৈ শিন্ থুংলগনি হায়রিবনি।

সখ্যভাবে— সখা অমনা সখা অমদা তৌবা মওংদা। সখা—মরূপ। কৃষ্ণবু নিংবদি ভাব মখল মখল লৈ হায়খ্রে। মখোয়হুদি দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, অমদি কান্তা-ভাব অসিনি। জীবনা কৃষ্ণগী দাস (মনাই) অমনি হায়না থনবা— দ স্য ভাব অসি শুদ্ধদি ওই হায়ববু য়ৌশিনবা য়াদে। মপুগা মনাইগা তিন্নবদি অস্মুন্না তৌই—মপুনা নিংবা থুংনবা মরম খুদিংমক মনাইনা তৌই; মপুনা হায়রিবমখৈ মনাইনা ইল্লি; ইন্নিংনসু ইল্লি। অহুবু মপুগী য়াথং ঙাইহুনা লৈ। মপুনা হায়দ্রিবমখৈ সেবা তৌবা ঙমদে, করিগুম্বা তৌরুরগা মপুনা তৌহন্নিংলমদবা থবক ওইগত্রা হায়না নিংজিং-মাংজিংনৈ। অহুনা দাস্যরতিদা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু গৌরব তৌই, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দগী হেল্লি হায়বা রাখল অসিমা লৈ।

"শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী ইবুংঙোনি, অদুগা ঐ অসে মহাক্না চানবিক্ষম থোকপা মীনি"—অসুম্না দাস্যভক্তনা খল্লে। দাস্যরতিনা প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয় অমদি রাগ—অসি ফাওবা য়োনা কাখৎলকই।

সখ্যরতিগী গুণদি সামান্নে হায়না খনবনি অতুনা অমনা অমদগী হেল্লি হায়বা গৌরবভাব লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগী সখাশিংদু সখ্যরতিসিগী পাত্র ওাক্তনি; শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়দগী হেল্লি হায়বা ভাবসি মখোয় খংদে; মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু লেংমান্নবা শামান্নবা অমনি হায়না নিংই; মান্নে হায়না খনবসি শ্রীকৃষ্ণবু উশিত্তবগী মরমনা নত্তে; থোইনদুম শ্রীকৃষ্ণবু প্রীতি তৌবা অদুগা মমতাবুদ্ধি (ঐগীনি হায়বা রাখল) হেনজিনবদগীনি। সখ্যরস অসিদা শ্রীকৃষ্ণনিষ্ঠা (শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা) য়াওরি; শ্রীকৃষ্ণদা মমতাবুদ্ধি লৈবা মরম্না মাগী পেন্নবগী মালা নুংশিনবগী সেবাসু (দাস্যভক্তনা তৌগদবা সেবাসু) য়াওরি, অদুম্নদি ওইরগা সেবাসি মতৌদি দাস্যরতিগী সেবাগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু গৌরব তৌদুনা তৌবা সেবা নত্তে, মমতাবুদ্ধি হেনখিবদগী শামান্নবা লেংমান্নবদা তৌবা সেবানি। কনাগুম্বা সখা অমনা বন-দা উহৈহ অমা হেক্তুনা চারুরবদা য়াম্না থুম্না হাওরবদি খুদক অদুমক্তদা মহাক্না উহৈহ্‌বু মাগী সখা শ্রীকৃষ্ণদা পিদ্রবদি লৈবা ওমদে; মরমদুনা মহাক্না মাগী লুখাক অহ্ প্রীতি য়াম্না য়াওনা সখা-কৃষ্ণগী মর্য়াদা ইনবিরগা হায়—"ভাই কানাই, উহৈসি চাও, য়াম্না থুমখ্রে।" দাস্যভক্তগুম্না গৌরববুদ্ধি লৈরবদি লুখাক অহু শ্রীকৃষ্ণগী মর্য়াদা ইনবিবা ওম্মোইদোবনি। শ্রীকৃষ্ণসু মতুদা য়াম্না পেন্নৈ, মহাক্না হায়—"ঐহাকপু অপিকপনি (অতোনবনি) খনবা, য়ামদ্রবদা মান্নবনি হায়নদদি খল্লিবা অদুগা কদৌঙৈদসু ঐবু

অচৌবনি হায়না থন্দবা মী অতুগী ঐহাকসে মাইকৈশুনা মরমশুনা অমত্তা থাক্কবমখৈ মথা পোল্লবনি"। সখ্যরতিসি বিশ্বাসভাবময়নি ( থাজনবগীনি )। সুবল—নচিংবা সখাপুম্বা সখ্যরতিগী পাত্রনি। সখ্যরতিনা মথং মথং প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ অমদি অনুরাগ ফাওবা কাখৎলকই।

বাৎসল্যপ্রেম-গী ভক্তশিংনা মশা-মশাবু শ্রীকৃষ্ণদগী হেল্লি, মাগী মথক থোংবনি হায়না খল্লি অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়না চানবীগদবা নত্রগা মখোয়গী আশীর্ব্বাদ ফংফম থোকপা মীনি হায়না নিংই। মহূদি নন্দ যশোদাখোয়সিনি। প্রীতি অমদি মমতা হেঞ্জনবদগী ভাব অসি থোকপনি। শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগীদমক মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু য়্রৈ-চৈবনচিংবা তৌই। সখ্যরতিদগী বাৎসল্যনা হেনবা শক্তি অসিনি—সখ্যরতিদনা প্রীতি অদুদা বিশ্বাস য়াওদবা য়াদে—হায়বদি "ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণগা শামান্নে লেংমান্নে হায়রি, মাগী ময়াদা ঐখোয়গী লুখাক ইনবিরি, মরেংবান্দা কাদুনা শান্নরি—মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লি; মহাক কদোঁইঙেদসু পেন্দবা তৌদে", অসুম তৌনা সখাশিংনা থাজবা অমা লৈ; অদুনা মসি বিশ্বাসভাবময়ী সখ্যরতিনি। বিশ্বাস অসি হেক মাংখিবদা সখ্যরতি হুম্বরকই। তৌইগুম্বসুং বাৎসল্যরতিদদি অসুম হায়না তৌরূরগা শ্রীকৃষ্ণনা পেনগদরা শাওগদরা হায়বগী বিচার লৈতে। "শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগীদমক মসি তৌদবা য়াদে, মসি ঐনা তৌগদবনি—মহূদা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লি, মহাক কদোঁইঙেদসু পেন্দবা তৌদে", অসুম তৌনা সখাশিংনা থাজবা অমা লৈ; অদুনা মসি বিশ্বাসভাবময়ী সখ্যরতিনি। বিশ্বাস

থাজবা অমা লৈ; অদুনা বিশ্বাসভাবময়ী সখ্যরতিনি। বিশ্বাস অসি হেক মাংখিবদা সখ্যরতিসি হন্থরকই। তৌইগুম্বসুং বাৎসল্যরতিদদি অসুম হায়না তৌরুরগা শ্রীকৃষ্ণনা পেনগদরা শাগুগদরা হায়বগী বিচার লৈতে। "শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগী দমক মসি তৌদবা য়াদে, মসি ঐনা তৌগদবনি—মহুদা শ্রীকৃষ্ণনা হরাওগে হয়াওশনু শাওগে শাওশনু। কৃষ্ণদি করিস্থু খংদবা অঙাংনি, মানবু মাগী অফ-ফত্তা করি খংবগে? করিনা মাগী ফগনি, করিনা মাগী ফৎলোই হায়বদু ঐনা খল্লি, মদু ঐনা খংই। মাগী ফগদবদু য়েংদুনা ঐনা তৌগনি।" মসিনা বাৎসল্যপ্রেমগী রাখল্লি। বাৎসল্যরস অসিদদি শ্রীকৃষ্ণবুনা অঙাংনি অদুগা ঐ ইশাবুনা মাগী অয়েকপা মীনি হায়না তৌবা জ্ঞান-নি। বাৎসল্যরতিনা মথং মথং প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ অমদি অনুরাগকী খমথেংবা ঙমখৈ ফাওবা য়োই।

কান্তারতিনা অসুম তৌই—অঙ্গ-মশেল সঙ্গ তৌনদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা অমদি প্রীতি পোক্নবা তৌবনা কান্তারতিগী অখোইবা গুণ-নি। শ্রীকৃষ্ণগী পুংশিজরবীশিং অদু কান্তারতিগী ভুংফমনি। কান্তারতিসি প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব অমদি মহাভাব ফাওবা য়োই। শান্তরস হায়বা অমসু লৈরি। শান্তরতিগী গুণদি শ্রীকৃষ্ণনিষ্ঠানি, কৃষ্ণ নত্তনা অতৈ অপাম্বা অমা লৈত্রবা; অদুবু শান্ত-ভক্তগীদি শ্রীকৃষ্ণদা মমতাবুদ্ধি লৈতে, শ্রীকৃষ্ণবু পরমাত্মানি হায়বতুদা খংই। শান্তরতি অসি প্রেম-ফাওবদমক য়োই।

অদুনা শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না—সুবল-নচিংবা সখাশিংনা সখা অমদা তৌবগুম্না চানবিয়ু হায়না কায়জরি।

---

৭

তুয়া প্রিয় পদসেবা এই ধন মোরে দিবা
তুমি প্রভু করুণার নিধি।
পরম মঙ্গল যশ শ্রবণে পরম রস
করি কিবা কার্য্য নহে সিদ্ধি॥
প্রাণেশ্বর। নিবেদন চরণকমলে।
গোবিন্দ গোকুলচন্দ্র পরম-আনন্দ-কন্দ
গোপীকুলপ্রিয় দেহ বলে॥
দারুণ সংসার-গতি বিষয়েতে লুব্ধ মতি
তুয়া বিস্মরণ-শেল বুকে!
জর জর তনু মন অচেতন অনুক্ষণ
জীয়ন্তে মরণ ভেল দুঃখে॥
মো বড় অধম জনে কর কৃপা-নিরীক্ষণে
দাস করি রাখ বৃন্দাবনে।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নাম প্রভু মোর গৌরধাম
নরোত্তম লইল শরণে॥

### শব্দার্থ

তুয়া—নংগী ; প্রিয়—হুংশিরবা ; পদসেবা—খোঙ সেবা ; এই—মসী ; ধন—লন ; মোরে—ঐঙোন্দা ; দিবা—পীবিগনী ; তুমি—নঙ ; প্রভু—মপুনী ; করুণার—থৌজানগী ; নিধি—তুঙফম ; পরম—পূঙথোই থোইবা ; মঙ্গল—য়াইফবা ; যশ—মিংচৎ ;

শ্রবণে—নাকোঙদা, তাবদা ; পরম রস—য়ৌনা সুংঙাইবনা ; করি—তৌয়ি ; কিবা—করি ; কার্য্য—থবক ; নহে—ওইদে ; সিদ্ধি—পাঙ থোক্পা ; প্রাণেশ্বর—হে থরাইগী মবুংঙো ; নিবেদন—হঙ্গচ্চবা (তৌরি) ; চরণকমলে—খোঙ-থম্বান্দা ; গোবিন্দ—গোবিন্দ ; গোকুল চন্দ্র—গোকুলগী থাজ ; পরম-আনন্দ-কন্দ—সুংঙাইবা অয়োবীগী থোরককম্ মরু ; দেহ—পীবিরু ; বলে—হায়জরি ; দারুণ—শাথি ; সংসার-গতি—সংসারগী লম্বীদি ; বিষয়েতে—লন-থুমদা ; লুব্ধ—মিহৌবা ; মতি—বুদ্ধি ( ওইরে ) ; তুয়া—নংবু ; বিস্মরণ-শেল—কাউথোকপা হায়বা তাশোম্বা ; বুকে—পুক্তা ( চঙলে ) ; জর জর—চাকপা ( ওইরে ) ; তনু—হকচাঙ ; মন—পুক্নীঙ ; অচেতন—রান্থম্বনা পঙথবা, জ্ঞান-মাঙবা ; অনুক্ষণ—মতম মশাঙ শীৎনা ; জীয়ন্তে—হিংনা ; মরণ—শিবা ; ভেল—ওইরে ; দুঃখে—রাবনা ; মো—ঐ ; বড়—য়াম্না ; অধম—তোল্লবা ; জনে—মীদা ; ( মো জনে—ঐঙোন্দা ) ; কর—তৌরো ; কৃপা-নিরীক্ষণে—থৌজানগী মীৎয়েং ; দাস—নাই ; করি—ওইহন্দুনা ; রাখ—থম্মিয়ু ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন্দা ; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ; নাম—মিং ; প্রভু—ইবুংঙো মপু ; মোর—ঐগী ; গৌরধাম—গৌর নাক ; নরোত্তম—নরোত্তম মহাশয়না : লইল—লৌরে ; শরণে—চঙজবা হায়বদু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা— সুংশিরবা, চরণ-সেবা হায়বা লন অসি ঐঙোন্দা পিবিয়ুগবা। নহাকতি প্রভু থৌজানগী তুংফমনি পরম মঙ্গল ওইবা মিংচৎ ( গুণ ময়াম শন্দোকপা )

নাকোংদা অথোইবা রস ( মহাও ) ওইনা লৌরবদা করম্না থবরা সিদ্ধি ওইরোই ? খরাইগী মপূ ওইরিবা ! নখোং-থম্বালতুদা হঙ্গচ্চরি। হা গোবিন্দ, গোকুলগী থা ওইরিবা, পরম আনন্দগী মরু ওইবা, গোপীকুলগী ( গোপী শাগৈগী ) মুংশিরবা ( নখোং থম্বাল অতু ) পিয়ু হায়না ( হায়জরি )। সংসারগী লম্বীসি শাথিখ্রে, পুক্লিংমু লনথুমদা লূপখরে, নংবু কাওবা হায়বা তাশোল অতুনা খম্মোইদা ( থিল্লি )। পুক্লিং-হকচাং পুম্বা চাকথেক্লে, ক্ষণ খুদিংগী জ্ঞান মাংলে, মুংঙাইতবদগী হিংনা হিংনা শিরে। য়াম্না তোল্লবা ঐঙোন্দা কৃপাগী মিংয়েং তাবিয়ু ননাই ওইহন্দুনা বৃন্দাবন-দা থম্বিয়ু। ঐগী প্রভুদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌই, ( অদুগুম্বা ) গৌরধামদা নরোত্তমনা চংজরি।

টীকা ঃ—

এই ধন— ( পদসেবা, খোঙ-সেবা ) হায়বা লন অসি।

পরম মঙ্গল যশ—যশগী অর্থদি মিংচৎনি, মসিদা শ্রীকৃষ্ণগী গুণকীর্ত্তন ওইবা তাই। শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণ-লীলানচিংবদি জীবগী মফমদা মঙ্গলগী মশক্নি।

শ্রবণ পরম রস— শ্রীকৃষ্ণনাম অমদি মাগী রূপ-গুণ-লীলা-নচিংবা তাবদা রস ফংবতু থাইদগী অথোইবনি, হায়বদি মপান্নাইদ্রবা নুংঙাইবা ফংবা ঙম্মি।

তুয়া বিস্মরণ-শেল বুকে— বিস্মরণ ( অকাউবা, নিংশিং-দবা ) হায়বদুনা তাশোল ওইরি। তাশোম্না থিল্লবদি মী শিরি। সংসার মায়াদা লুপ্লুনা লৈবনা শ্রীকৃষ্ণবু কাউরিবা মীদো শিরবনি।

সাধু বৈষ্ণবশিংনা হায়নরি—শিগদবা মতম রাংলিডৈদা শিরিবা করিগীনো? মীওইবদি পোক্লবা মতুংদা অমুক্তনি শিকম থোকপা, শিত্রিডৈগী মমাংদা হিংনা হিংনা শিরিবদি করিগীনো? ইশৈ অসিগী মনুংদা য়াওরিবা 'জীয়ন্তে মরণ' হায়বসিগা ভাব অমতনি। মীওইবনা পোকপদি অর্মদি হিংবদি ঈশ্বর নিংনবনি। ঈশ্বরবু মশক খংত্রবদি তাইবংমী পুন্নমকপু জীব পুন্নমকপু প্রেম তৌবা (মুংশিবা) গুম্মোই। কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী তত্ত্ব খিজন্দবমখৈ লোকসেবা সমাজসেবা তৌনি হায়না চোংথোরকপদা মানা মুংশিরিবা সমাজ অদু মপুম হায়বদি লোইনমক ওইবা য়ারোই, মানা মুংশিবা থরা মুংশিদবা থরা ঐগী মীগী হায়বা পুকচেল অদু চেনগনি, মখোইদু প্রেম মশক খংত্রবনি; প্রেমগী সংসারগী—প্রেমগী ঈশ্বরগী মনুংদা লৈনা লৈনা লৈতবগুম তৌরবনি। অদুনা শিগদবা মতম রাংলিডৈদা শিবদি হিংনা হিংনা শিবা হায়বদুনি। অসুম তৌনা শিথদুনা পংথদুনা সংসার-লোকথাদা পতিত ওইরবা মীদুনা অমুক হন্না হিংগে নিংলবদি শ্রীকৃষ্ণ নিংবা তাই।

জর জর তনু মন— জর জর—প্রোক প্রোক (মৈনা চাকপা); তনু—হকচাং। হকচাংসু পুক্লিংসু প্রোক প্রোক চাকলে। করিগীদমক? মরমদি সংসারগী লন-থুমগী অপাম-মুংশিবু থোরাংলুবনা অরাবদা থেংনবদগী তৌফম খংদদুনা পুক্লীং মুংনাংলে অদুগা পুক্লিংনা পুহনা লৈরিবা হকচাংসিসু অরাবগী মৈচাক অদু ফাওদুনা করিমতা হৈনদরে তৌফম খংদরে। অদুদগী অমুক নিংবা কায়রদুনা পুক্লিগী মতম অয়াম্বা সংসার বাসনাদা লুপ্তনা লৈরুরে,

নিংগদবা তৌগদবা থবক হায়বদি কৃষ্ণভক্তি চৎকদবা মতম লৈতরে খনবদগী থরাই মুংগ্ঙাইতহনা থরাই-হকচাং পুম্বা মৈনা চাকপদৌনা মৈশা লাংদ্রনা লৈরে।

অচেতন অনুক্ষণ— শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি সচ্চিদানন্দ-ঘনশ্যামনি। চিৎ-স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণবু খংদবদি অদুগা থল্লূদবদি চেতন য়াওদবনি। অহুনা অচেতন ওইরে জ্ঞান তাত্রে হায়বদি সংসারগী মায়া লাংদা থুদুনা ইপং পংথখরে হায়বনি। মসুম তৌবা ফীভমসি অনুক্ষণ ( মিংকুপ থুদিংমক, মরক্তা লেপ্পা য়াওদবমখৈ ) থোক্লে। মরম অহুনা হিংন হিংনা শিবা হায়বহ্ ওইরে।

মো বড় অধম জনে— সংসার মায়াদা তাদুনা লৈরবা মীগা মান্ননা তোনবা লৈখা তাবা লৈত্রবনি। মরমহুনা অধম হায়রিবনি। নরোত্তম মহাশয়না হায়রি—ঐহাক্তি শ্রীকৃষ্ণ নংবু নিংদহুনা বিষয় -সম্পত্তি তাম্নবা হোৎনবদা পল্লিগী মতম অয়াম্বা মাংহনখরে। ঐহাক পতিত ওইরবা মী অমনি।

কর কৃপা-নিরীক্ষণে— থৌজালগী মিৎয়েংনা য়েংবিয়ু। শ্রীকৃষ্ণদি পতিতপাবন-নি। অহুনা বিষয়-আশয়দা তাদুনা লৈরবা ঐবু কৃপা তৌবিদুনা ইবুংঙো মাবু মতমপুম্বদা নিংজহনা লৈবা ঙম্না থৌরাং তৌবিয়ু হায়বনি। ভগবানগী কৃপা নত্তনদি ঐখোয় জীবনা মাবু হেক নিংলগে হায়রগা নিংবা ঙমদ্রি। মানা নিংহল্লগে হায়রগা নিংবা ঙমদৌরিবনি। মাবু নিংগে হায়রগা হেক নিংবা য়াদ্রবদি নিংলগে হায়না থল্লূক্কম থোক্করে হায়বা য়াই। অহুদা হৌজিক হৌজিক উবদি মুংঙাইগদবোই হায়না খনবা সংসারগী

লন-থুম অসিনা ঙহাক মুংঙাইবা পিরগা লোইননা অরাবস্থ অতুম পুশল্লকই ; স্থায়ী ( লেংদবা ) ওইবা আনন্দ পিদে। অদুনা জীবনা অদুম লন-থুমগী মুংঙাইবর পামজরক্তে। পামজরকত্রবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবনা চুম্বমাল্লে থল্লক্লবস্থ হেক থনবগা নিংবা ঙমদে, হায়বদি মপুক্লিংগী অমোংপা মল্লাম অদু কোক্লিবা ফাওবা কৃষ্ণভক্তি ফংদে। অমোংপা কোক্লবা উপায়দি নামসঙ্কীর্ত্তন-তনা ঙমগনি। নামগা নামীগা ( নাম অদু মাগী ওইরিবা মীগা ) অমতনি, শক্তি অমতগীনি ; হায়বদি নামীগী শক্তি অদু মাগী নামদা অদুম মরৈ। মসুম্না শক্তি লৈবসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম-শুদনি ; ঐখোয় জীবশিংগী নাম-দা লৈতে। কৃষ্ণ নামসি তত্তনা শোল্লগা পুক্লিং অসি শুদ্ধ ওইরক্লবদা কৃষ্ণভক্তিগী তুংফম ওইবা য়াবা পুক্লিং ওইগদৌরিবনি। মতুম্না ভক্তি রসতা লুপথ্রবা মীদুদি অমুক হন্না সংসারগী কোমদা তাদ্রে।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নাম— গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস ধর্ম্মদা চংলবা মতমদা লৌবা মিংথোল্লি। শ্রীকৃষ্ণতনা চৈতন্য ওইরবা অতোপ্পা অমা থংদ্রবা অচৎ-চংতা লেংলি-পাল্লিবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মরম ঙাক্না ওইনা থংলবা মীবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বনি। ব্রজ বৃন্দাবন্দা শাল্লখিবা লীলাদু নবদ্বীপতা মপুং ফাহল্লবনি। বৃন্দাবন লীলাদা আস্বাদন তৌথিবা রস-দি ভগবান ওইনা তৌবনি, অদুনা ভক্ত অমা ওইনা প্রেমগী তুংফম ওইনা আস্বাদন তৌদে। অদুনা নবদ্বীপতা রাধাভাবকান্তি ( রাধাগী ভাব অমসুং কুচু ) লৌরদুনা ভক্তবেশতা প্রেমরসকী মথেল অমা

আস্বাদন তৌগে হায়হনা :অবতার তৌবনি। অতুনা হুমিৎচুপ্পা 'কাঁহা যাঙ, কাঁহা পাঙ—কদাই চৎকনি শদাইদা ফংগনি ( কৃষ্ণবু )' হায়হনা শ্রীমতী রাধিকানা ব্রজদা তৌরম্বগুম গৌরচন্দ্র প্রভুনা শক-শোল্লম্মী।

---

৮

গোবিন্দ গোপীনাথ। কৃপা করি রাখ নিজ পদে।

কাম ক্রোধ ছয় জনে লয়ে ফিরে নানা স্থানে
বিষয় ভুঞ্জায় নানামতে॥
হইয়া মায়ার দাস করি নানা অভিলাষ
তোমার শরণ গেল দূরে।
অর্থলাভ এই আশে কপট-বৈষ্ণব বেশে
ভ্রমিয়া বেড়াই ঘরে ঘরে॥
অনেক দুঃখের পরে লয়েছিলে ব্রজপুরে
কৃপাডোর গলায় বান্ধিয়া।
দৈবমায়া বলাৎকারে খসাইয়া সেই ডোরে
ভবকূপে দিলেক ডারিয়া॥
পুনঃ যদি কৃপা করি এ জনার কেশে ধরি
টানিয়া তুলহ ব্রজধামে।
তবে সে দেখিবে ভাল নতুবা পরাণ গেল
কহে দীন দাস নরোত্তমে॥

## শব্দার্থ

গোবিন্দ—হে গোবিন্দ ; গোপীনাথ—হে গোপীনাথ ; কৃপা করি—খোজানবিছুনা ; রাখ—খম্বিয়ু ; নিজ—নশামক্কী ; পদে—খুয়াদা ; কাম—অপাম্বা ; ক্রোধ—অশাউবা ; ছয়—তরূক ; জনে—মীনা ; ( কাম ক্রোধ ছয় জনে—কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্য তরূকসীনা ) ; লয়ে ফিরে—কোয়পু পুই ; নানা—মথল মথাগী ; স্থানে—মফমদা ; বিষয়—ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা পোৎ, ভুঞ্জায়—চাহল্লী, ফংহল্লী ; নানামতে—মওং মথল মথন্দা ; হইয়া—ওইদুনা ; মায়ার—মায়াগী, দাস—নাই ; করি তৌরি ; নানা—মথল মথাগী ; অভিলাষ—অপাম্বা ; তোমার—নংডোন্দা ; শরণ—চঙজবা ; গেল—চৎখ্রে ; দূরে—লাপ্পা ; অর্থলাভ—শেন ফংবা ; এই—মসিগী ; আশে—আশাদা ; কপট-বৈষ্ণব বেশে—শাশন্নবা বৈষ্ণবকী ফীজোন্দা ; ভ্রমিয়া বেড়াই—কোইনা চৎলী ; ঘরে ঘরে—য়ুমথোঙ য়ুমথোঙদা ; অনেক দুঃখের—য়াম্না রারবগী ; পরে—তুংদা ; লয়েছিলে—পুখিরম্মী ; ব্রজপুরে—বৃন্দাবন-দা ; কৃপা ডোর—খোজানগী থৌরী ; গলায়—ভকশমদা ; বান্ধিয়া—পুল্লগা ; দৈবমায়া—নহানুমপোক্কী তমকপা লাইবক্লা ; বলাৎকারে—নমু ই তোহনা ; খসাইয়া—নাম্বোকহন্দুনা ; সেই ডোরে—খৌরি অদুবু ; ভবকূপে—সংসার কোবা কুহাদা ; দিলেক—পীরে ; ডারিয়া—লংথহনা ; ( ডারিয়া দিলেক—লংথবীরে ) ; পুনঃ—অমুক হন্না ; যদি—বদি ; কৃপা করি—খোজানবিদুনা এ জনার—মী অসিগী ; কেশে—শম ; ধরি—পায়দুনা

টানিয়া —চিংহুনা ; তুলহ—পুবিয়ু ; ( যদি তুলহ - পুবিরকউ ) ; ব্রজধামে ব্রজধামদা ; তবে—অদু ওইরবদি ; সে—মহাক ; দেখিবে—উজগনী ; ভাল—অফববু ; নতুবা - নৎত্রবদি ; পরাণ—থরাই ; গেল—থাম্নগনি ; কহে—হায়জৈ ; দীন—তোল্লবা ; দাস নরোত্তমে - ননাই নরোত্তম—না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা— হা গোবিন্দ, হা গোপীনাথ, কৃপা তৌবিদুনা নখোং থুয়াদা থম্বিয়ু। কাম-ক্রোধনচিংবা নিপা তরুক্না মফম অমদা অমদা পুখোক-পুশিন তৌহুনা বিষয় ( লনথুম ) মওং মওংগী চাহল্লে ফংহল্লে ॥ মায়াগী মনাই ওইরদুনা অভিলাষ ( অপাম্বা ) মথল মথল তৌরদুনা নংভোন্দা শরণ ( চংজবা ) তৌজগদবহু লাপ্পা লৈথরে, হায়বদি চংজদ্রে। লন ফংবগী আশানা তৌশন্নবা বৈষ্ণবকী বেশ শেংহুনা য়ুমখোং য়ুমখোংদা কোইনা চংলি ॥ য়াম্না রাকুরবগী ভুংদা ব্রজপুরদা ( ঐবু ) পুবিরুই, ইওক্তা ( নংগী ) কৃপাগী মশক ওইরবা খৌরিনা পুন্সুনা। দৈবমায়ানা নমহুনা থৌরিহুবু নাম্থোকহল্লগা সংসার কৌবা কুহাদা লংথবিরম্নে ॥ অমুক মম্না কৃপা তৌবিহুনা নিপাসিগী ( ঐহাক্কী ) মশম পায়হুনা চিংলগা ব্রজধামদা পুথৎপিরবদি মহাক্না ( নিপাসিনা ) অফবা ( মঙ্গল ) উজগনি, নত্রবদি থরাই মাংখ্রগনি ; তোল্লবা ননাই নরোত্তমনা হায়জরি।

টীকা :—

গোবিন্দ— গোগী ( বেদগী ) ভাষা খংবা মীবু গোবিন্দ কৌই ; মওোন্দগী স্বর্গ ফংবা ওম্বী হায়দুনা মহাকপু গোবিন্দ কৌই ;

গোবু ( ষণবু ) ভাকশেল্লি হায়হুনা গোবিন্দ কৌই। গোবু ( বিশ্ব মরোল তারামরিবু ) খংই হায়হুনা গোবিন্দ কৌই। মহাভারত-তা হায়রি—ইন্দ্রিয় পুম্ববু প্রকাশ তৌই হায়হুনা কৃষ্ণবু গোবিন্দ হায়না খংনৈ।

গোপীনাথ— গোপীশিংগী মপু।

হইয়া মায়ার দাস— জীবদি কৃষ্ণদাস ওইগদবনি; অদুবু মদু ওইবা তোক্তুনা মায়াগী মনাই ওইদুনা লৈথোক্লে। মায়াগী মনাই ওইবদি লন-থুমগী অপাম্বা ( অভিলাষ ) য়াম্না পোকই।

অর্থলাভ এই আশে, কপট-বৈষ্ণব বেশে ভ্রমিয়া বেড়াই ঘরে ঘরে— বৈষ্ণবশিংবু হরিতনা লুনা তৌদে জীব পুম্নমক্সু তৌই। মপুক্নিংদদি শ্রীকৃষ্ণবু নিংদবা অদুগা ফীজেৎতি বৈষ্ণবকী শেৎপসি মায়াগী মনাই ওইবা মীতনা তৌগল্লি। বৈষ্ণব ওইদ্রবম্ব অম্মুম খবক-ইনখাং অমা অমা তৌরগা শেল-থুম তানবহু রাই হায়হুনা তৌনিংদবা কাংবুনা কৃষ্ণ সেবাগীনি। কৃষ্ণপ্রীতিগীনি হায়ঃনা অতোপ্পবু মুক্সন্তুনা মরম্নাই শেল তাম্নবা খুজিল শিনবা মীতা অদুবু তৌশন্নবা ( কপট ) হায়বদি নমুং-মপান মাম্নদবা বৈষ্ণবকী ফীশেৎপা মী কৌই। নরোত্তম মহাশয়না হায়রি—ঐহাক্তি মায়াগী মথাপোল্লুবনা শেল-থুম ফংগে হায়দুনা কৃষ্ণনাম শোনশম্নহুনা বৈষ্ণব শাশন্নহুনা য়ুমথোং য়ুমথোংদা বৈষ্ণবতা তৌগদবা সেবা অদু তৌহল্লুরে।

অদুম্না য়াম্না রানা মতম লেল্লুরবা মতুংদা বৃন্দাবন্দা চৎলুই।

লয়েছিলে ব্রজপুরে কৃপাডোর গলায় বান্ধিয়া—ব্রজবৃন্দাবনদা শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না চৎলুবহু মহাক্না চৎকে হায়রুনা চৎপা নত্তে শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা তৌহুনা পুবিরুবনি হায়না হায়বনি। বিশ্বজগৎ অসিগী ধাতা-বিধাতা-নিয়ন্তা ওইরিবা ভগবানগী কৃপা নত্তনা জীবনা করিমতা মহাকপু নিংবা ঙম্বা নত্তে।

দৈবমায়া— নহালমুক্কী মপোক্কা তৌরকপা থবকপু দৈব-হায়। অহনা নহালমুক্কী মপোক্তা তৌরকবা কর্ম্মগী ফল অহু ফংহল্লিবা মায়াদুবু দৈবমায়া হায়বা তাই। বৃন্দাবনদা চৎলুরে। অদুবু অমুক লাইবক লৈতবনা কৃষ্ণভক্তি চৎপগী মুংঙাইবা শরুক অহু মাংখ্রে, মরমদি সংসার কৌবা কোম কুহা অসিদা অমুক হন্না তাররে। মায়া অসি ভগবানগী শক্তিনি। মানা জীববু অমুক মুংঙাইহল্লি অমুক রাহল্লি, অসুম তৌহনা শাররি। মায়ানা মসি ঙম্মবসি নহালমুক্কী মপোক্তা কর্ম্ম অফবা তৌরক্কবনা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণতবু নিংগদবনি হায়না নিংলক্কবনা থোক্লিবা দশানি।

তুলহ ব্রজধামে— ভবকূপ (সংসার কৌবা কুহা) অসিদা তাহুনা কাথৎপা ঙমত্রিবসে ব্রজধামদা পুনবা লৌথৎপিরো। সংসার মায়া থাদোক্কুনা নংবু নিংহনবিরো হায়রিবনে।

তবে সে দেখিবে ভাল— অহু ওইরবদি মহাক্না অফবা (মঙ্গল) উজগনি, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা ঙম্মবা লম্বেল অহু ফংজগনি।

---

১

পতিতপাবন প্রভু মদনগোপাল!
গোবিন্দ গোপীনাথ তুমি অনাথের নাথ
কৃপা কর মো অধমেরে।
সংসারসাগর ঘোরে পড়িয়াছি কারাগারে
কৃপাডোরে বান্ধি লহ মোরে॥
অধম চণ্ডাল আমি দয়ার ঠাকুর তুমি
শুনিয়াছি বৈষ্ণবের মুখে।
এ বড় ভরসা মনে ফেল লয়ে বৃন্দাবনে
বংশীবট যেন দেখি সুখে॥
কৃপা কর আয়গুরি লহ মোরে কেশে ধরি
শ্রীযমুনা দেহ পদছায়া।
অনেক দিনের আশ নহে যেন নৈরাশ
দয়া করনা করিহ মায়া॥
অনিত্য শরীর ধরি আপন আপন করি
পাছে পাছে শমনের ভয়।
নরোত্তম দাসের মনে প্রাণ কান্দে রাত্রিদিনে
পাছে ব্রজপ্রাপ্তি নাহি হয়॥

শব্দার্থ

পতিতপাবন—সংসার ইপাক্তা তারবস্থ লৌথৎপিবা; প্রভু—ইবুংভো; মদনগোপাল—শ্রীমদনগোপালজীউ; গোবিন্দ—

শ্রীগোবিন্দজীউ ; গোপীনাথ—শ্রীগোপীনাথজীউ ; তুমি—নঙদি ; অনাথের—মপু পান্দ্রবগী ; নাথ—মপুনি ; কৃপা কর—থৌজান-বিরো ; মো অধমেরে—তোল্লবা ঐবু ; সংসারসাগর—তাইবং-ইপাক ; ঘোরে—তমথিরবসিদা ; পড়িয়াছি—তারুরে ; কারাগারে—কৈশুমশংদা ; কৃপাডোরে—কৃপাগী থৌরীনা ; বান্ধি—পুন্দুনা ; লহ—লৌশল্লো ; মোরে—ঐহাকপু ; অধম—তোল্লবা ; চণ্ডাল—তমথিনা ফত্তবা থবক তৌবা মী ; চণ্ডাল জাতিগী মী ; আমি—ঐনী ; দয়ার—নুংশিহৈবগী ; ঠাকুর—মপু ; তুমি—নঙনী ; শুনিয়াছি—তাস্করে ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী ; মুখে—চীন্দা ; এ—মসী ; বড়—চাউবা ; ভরসা—নীঙবা ; মনে—পুক্কীঙদা ; ফেল—লংশনবিয়ু ; লয়ে—পুরগা ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; বংশীবট—বংশীবট কৌবা লীলাস্থল ; যেন দেখি—য়েংজবা ওইসনু ; সুখে—নুংঙাইনা ; কৃপা কর—থৌজান্‌বিয়ু ; আয়গুরি—চঙশন্‌-বিরক্তুনা ; লহ—লৌশিনবিয়ু ; মোরে—ঐহাকপু ; কেশে—শমদা ; ধরি—পায়দুনা ; শ্রীযমুনা শ্রীযমুনাদা ; দেহ—পীবিয়ু ; পদছায়া থুয়া-মরুম ; অনেক—য়ায়বা ; দিনের—নুমিৎকী ; আশ—আশা ; নহে যেন—ওইদবা ওইসনু ; নৈরাশ—নীঙবা কায়বা ; দয়া কর—নুংশিবিয়ু ; না করিহ—তৌবীগনু ; মায়া—তাৎ ; অনিত্য—মাঙগদবা, তুংকোইদবা ; শরীর—হকচাঙ ; ধরি—পুরগা ; আপন আপন—ঐ ইশা ঐ ইশা ; করি—হায়না তৌরি ; পাছে পাছে - তুং তুংদা ( লোয়নরি ) ; শমনের—যমগী ; ভয়—অকীবা ; নরোত্তম দাসের—নরোত্তম দাসগী ; মনে—পুক্কীঙদা ; প্রাণ—থবাইনা ; কান্দে—কপ্পী ; রাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল চুপ্পা ;

পাছে—ভুংদা ; ব্রজপ্রাপ্তি—ব্রজবৃন্দাবন ফংবা ; নাহি হয়—ওইরোয়দ্রা হায়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা— হে পতিতপাবন ( সংসার মায়া কৌবা কোমহুদা পুথহুনা লৈরবা মীবু লানবিহৈবা ) ! প্রভু মদনগোপাল ! হে গোবিন্দ গোপীনাথ ! নংদি মপু–পাম্লবগী মপুনি ; তোল্লবা ঐবু মুংশিবিয়ু। ঘোর ( অকীবগী মশক ওইরবা, হু, অকুৎ-অতোং নাইবা চাং মান্নদবা, পাক-চাওরবা লাম্থোকপদা রায়বা) সংসার–ইয়াইদা কৈশুমশংদা তাহনা লৈরে, মুংশি-থৌরিনা ( কৃপাডোর-না ) ঐবু পুন্দুনা লৌথংপিরো ॥ ঐদি তোল্লবা চণ্ডাল–নি, নংদি থৌজালগী মপুনি ( হায়বা ) বৈষ্ণবশিংগী মুথদগী তারে। পুক্লিংদা অসিমতং য়াম্না রুম্না নিংলি – (নংনা) ঐবু বৃন্দাবনদা পুবিবা, মুংডাইনা বংশীবটপু ( ঐনা ) য়েংজবা ॥ মাংদা চোংথোকলকুনা কৃপা তৌবিররো, ইশম পায়রুনা লৌথংপিরো, শ্রীযমুনা মপান্দা নংগী পদছায়াদু পিবিয়ু। মুমিৎ য়াম্না কুইনা তৌরক্লবা আশা অসি নৈরাশ ( নিংবা কায়বা ) ওইদবা ! দয়া তৌবিয়ু, মায়া তৌবিরগনু ॥ নিত্য নত্তবা ( অরেপ্পা নত্তবা, মাংবা নাইবা ) হকচাং অসি পুরগা ইছানি ইছানি হায়না তৌরি, শমন–বু ( যমবু ) কীবা হায়বহনা ভুং কোয়না ইল্লি। নরোত্তম দাসগী থমুংদা থরাইনা অহিং মুংথিল চুপ্পা কপ্পী – ব্রজবু ফংত্রবদি হায়না।

টীকা ঃ—

মদনগোপাল—শ্রীকৃষ্ণবুনি। মদন—কামদেব। কামগী

মপু ওইরিবা জগৎ সংসার পুন্নমক্কী কামবু চিংশল্লিবা ভগবান-তনা অমতা ওাইবা মদন-নি। অহুনা শ্রীকৃষ্ণবু - মদন ওইরিবা গোপাল হায়রবদি মদনগোপাল হায়রিবনি। শ্রীবৃন্দাবনদা প্রসিদ্ধ ওইবা শ্রীবিগ্রহ ৺মদনগোপাল-বুনি হায়রবসু য়াই।

তুমি অনাথের নাথ— নংদি মপু লৈত্রবগী মপুনি, মতেং লৈত্রবগী মতেংনি। ভগবান-না বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মপু ওইরিবনি, মানা শেম্বনি, মানা ওাক্লিবনি মানা লোইশনবনি। অদুগুম্বা মাবু মশক খংদ্রবা, নিংদ্রবা জীব অহু অনাথ-নি।

সংসার সাগর ঘোরে— সংসারবু সমুদ্রগা চাংদম্নরি। সমুদ্রদি য়েংবদা অকিবা মশক ফংই, পাক চাওই, মীনা সমুদ্র লান্দুনা চৎপা ওমদে। সংসার অসিদা চংখ্রবা মীদি হু চাহুনা শিবগা পাংথক্লি, মসিদা লৈরিবা মায়াগী লাং ময়ামসি মশিং লাকডমদে, লাং ময়ামসিবু অমগী মথংদা অমা লাম্থোক্লবা হোংনবদা ওমদবনদা হেনজিল্লকই। বিষম দশাসিদগী লানবিগে হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণতনা ওশ্মি। অহুনা শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না শ্রীকৃষ্ণবু কৌরিবনি।

চণ্ডাল— চণ্ডাল হায়বা জাৎসি য়াম্না তোনবা জাৎনি। মথোয় অসিনা হরিভক্তিগী মরমদা করিমতা খংদে অদুগা খংনবসু তোদে। সংসারগী মায়াদা তাওহুনদা লৈ। অহুনা নরোত্তম ঠাকুরনা হায়রি—মাসু চণ্ডাল ওইদুনা লৈরে।

দয়ার ঠাকুর—দয়ার-থৌজালগী; ঠাকুর—মপু, মালিক, প্রভু। হরিবু নিংদ্রবা চণ্ডালগী জাত্তা পোক্লবা মী ফাওববু শ্রীকৃষ্ণনা

মুংশি। দয়ালু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা জাৎ-বিজাং, লাইর-ইনাকখুনবা, অচৌ-পিশক হায়না খায়বা লৈতে। মাগী মফমদা চপমান্নৈ, মানা লোইনমকপু চপ মান্ননা মুংশি। মী খুদিংমক্না নিংবদু থুংহল্লি। চণ্ডাল ওইনা সংসারগী মায়াদা লুপ্তুনা মায়াগী মুংঙাইবা ফংগে হায়দুনা লৈজবদা থুংহনবিরে, অদুবু মদুদা ফংবা মুংঙাইবদু তুং-কোইবা য়াদবনিনা চণ্ডালগী পুকচেল কোকহনবিরো হায়না হায়রিবসি দয়ালু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা কোকপিগনি হায়না শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না কন্না থাজংদগীনি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু 'পতিতপাবন' হায়নসু হায়রি অদুগা 'দয়ার ঠাকুর' হায়নসু হায়রি।

শুনিয়াছি বৈষ্ণবের মুখে— শ্রীকৃষ্ণবু 'দয়ার ঠাকুর-নি' হায়বসি বৈষ্ণবকী মুখদগী তাবনি। মসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনি— বৈষ্ণবতি ভগবানগী ভক্ত অথোইবনি, ভক্তিরস চুপ্পবনি; অদুগী মথক্তা মীগী উপকার তৌবা নত্তনা অমাঙবা অমতা তৌবা ঁতে; কদৌঙৈদসু মীনম্বা ঙাদে। অদুনা বৈষ্ণবনা শ্রীকৃষ্ণবু 'দয়ার ঠাকুর' হায়বদুনি হায়বসি শ্রীল নরোত্তমনা থাজৈ। শ্রীল নরোত্তম মহাশয়দি বৈষ্ণব ভক্ত অমা ওইবা ঙমদ্রিবনিনা শ্রীকৃষ্ণনা 'দয়ার ঠাকুর' ওই ওইদে হায়বস থংদে। অদুবু থংফম থোকপা বৈষ্ণব ভক্তনা হায়বা রানিনা অদুগা রাদুদা মহাক্নসু কন্না থাজ-বাননা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী (নরোত্তম মহাশয়গী) থাজববু মহৈ য়াল্হনবিগনি হায়না আশা তৌই হায়না হায়বনি।

বংশীবট— বৃন্দাবন-দা যমুনাগী মপান্দা বংশীবট কৌবা য়ান্না ফজরবা থোংনাং বট পান্বী অমা লৈ; শরৎকী রাস-রজনীদা

স্বয়ংভগবান রসিকশিংগী মকোক ওইরবা কৃষ্ণচন্দ্রনা মফমসিদা প্রেমবতী গোপীশিংগা লোয়নননা রাস-লীলা শান্নিংতুনা বংশীবটকী মখোংদা লেপ্তুনা বাঁশী খোংলম্মী ; বংশী মখোল তারদুনা প্রেমবতী গোপীশিংনা ইমুং-মমুং অমদি আর্য্যপথনচিংবা পুম্নমক থাদোক্তুনা অঙাওবীগী পান্দমগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা চেল্লক্লম্মী। অদুগীতুংদা মওং মথল-মথন্দা গোপীশিংগী প্রেম কয়ামুক লৈবগে হায়বদু পরীক্ষা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা মখোইবু অঙ্গীকার (লৌশনবা) তৌবি অমস্যুং মখোয়গা লোইনননা রাসলীলা শান্নি।

অমুম্না শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা সখীশিংগা লোয়নননা রাস-লীলা তৌরম্বা মফম বংশীবট অসি উরগা রাসলীলাগী রস অদু ফাওরকপা য়াই। মত্রগা রাস-লীলাদা য়াওরিবা সখী অমদি মঞ্জরীশিংগী মরক্ত য়াওহনবিয়ু হায়বা ভাবস্থ লৌবা য়াই।

**বৃন্দাবন**— শ্রীবৃন্দাবনদি জ্যোতির্ম্ময় (মঙাল্লা থল্লবা, ঙান্দু-নদা লৈরবা) ধামনি। মাগী বন-পুম্বদা হৌরিবা উপাম্বীশিংছু কল্পবৃক্ষ ঙাক্তনি; কল্পবৃক্ষনা মাগী মফমদা পিয়ু পিয়ু হায়বা অদু পিবি। পরমজ্যোতির্ম্ময় বৃন্দাবনগী মমুংদা কল্পবৃক্ষ-মখোংদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী যোগপীঠ অদুদা মথল মথাগী লংলবা রত্ন ময়াম্না শাবা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা মন্দির অমা লৈ; মন্দির অদুদা রত্নগী জাৎ মথন-মথন্না শাবা নিংথিজরবা সিংহাসন অমা লৈ; শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দনা সিংহাসন অদুদা ফম্মি; ললিতানচিংবী সখীশিংনা মাইকৈ মরিদা লেপতুনা মথল মথাগী সেবা চংলি।

সখীশিংগা লোইননা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দনা নানা-লীলা শান্নবুনা নুংঙাইনরি।

শ্রীযমুনা— শ্রীযমুনা মপান্দা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী রাসলীলা-নচিংবা রঙ্গবিলাস কয়া কয়া তৌই। মফমদুদা শ্রীকৃষ্ণগী পদছায়াবু শ্রীল নরোত্তম মহাশয়না ফংজগে হায়না নিজরি।

না করিহ মায়া— থৌজালহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক মায়া তৌবিদনবা হায়জরি। শ্রীকৃষ্ণনা মায়া তৌবগী তাৎপর্য্যদি অসিনি-মায়াসু মহাকী শক্তিনি। শ্রীকৃষ্ণগা মাগী মায়াগা অনিসিগী মরক্তা অপাম্বদুবু শ্রীকৃষ্ণনা জীবশিংদা পিরি; অদুগা অমুক মায়া থাজন্দুনা ভক্তগী প্রেম পরীক্ষা তৌই। অদুনা প্রেম পরীক্ষা তৌবিরগনু হায়বগী অর্থদি জীবনা পরীক্ষা অদু লাম্থোক্কে হায়বা ঙমদে, মহাক্না থৌজানবিয়না লাম্থোকহনবিগদবনি। অদু ওইরবদি পরীক্ষা তৌরবসু অদুম লোশনবিরো হায়বা ওইরমাল্লে।

অনিত্য শরীর ধরি আপন আপন করি— জীবগী দেহসি অনিত্যনি হায়বদি মাংবা নাই, আত্মাগুম্না নিত্য ওইদে। জীবগী স্বরূপতি আত্মাদনি দেহনা ওইদে। অদুবু 'ঐ' হায়বদু মশক থংদদুনা দেংসিবু 'ঐ' হায়বদুনি হায়না লৌরি। অহনা আত্মাগী উন্নতি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা চংনবা উপায় তৌদে।

পাছে পাছে শমনের ভয়— যমবু হায়বদি শিববু (মৃত্যুবু) কীবা হায়বা পুকচেল অদুনা ভুংদা কোইনা ইন্নরি। শিবা নাইদবা আত্মাবু 'ঐ' হায়বদুনি হায়বা মশক থংদবনা শিবা নাইবা মাংগদবা দেহবু 'ঐ' হায়বদুনি হায়থিবা মরম্না জীবনা শিগত্রা হায়না কিরি।

অম্সুম্না কীবদগী নারকত্রা হায়না নাদনবগীদমক থৌম্নাং তৌবদা বিষয়-সম্পত্তি মরাং কাইনা লৈবা ভম্নবা হোংনহ্নুনা অভাওবগী পান্দমগুম বুদ্ধি মাংহনুনা আত্মা-উন্নতিগী লম্বেল পাংবা সুকওম ওমদে।

---

১০

ধন মোর নিত্যানন্দ    পতি মোর গৌরচন্দ্র
প্রাণ মোর যুগোল-কিশোর।
অদ্বৈত আচার্য্য বল    গদাধর মোর কুল
নরহরি বিলাসই মোর॥
বৈষ্ণবের পদধূলি    তাহে মোর স্নান-কেলি
তর্পণ মোর বৈষ্ণবের নাম।
বিচার করিয়া মনে    ভক্তিরস-আস্বাদনে
মধ্যস্থ শ্রীভাগবত পুরাণ॥
বৈষ্ণবের উচ্ছিষ্ট    তাহে মোর মন নিষ্ঠ
বৈষ্ণবের নামেতে উল্লাস।
বৃন্দাবনে চবুতরা    তাহে মোর মন ঘেরা
কহে দীন নরোত্তম দাস॥

**শব্দার্থ**

ধন—লন ; মোর—ঐগী ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ; পতি—মপু ; মোর—ঐগী ; গৌরচন্দ্র—গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ; প্রাণ—থরাই ; মোর—ঐগী ; যুগোল-কিশোর—শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীনা ;

অদ্বৈত আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; বল–পাঙ্গল ; গদাধর—শ্রীগদাধরনা ; মোর—ঐগী ; কুল—শাগৈ ; চগুজকম ( আশ্রয় ) ; নরহরি–নরহরি সরকারনা ; বিলাসই—মুংঙাইজবা ( আনন্দ ) ; মোর—ঐগী ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী ; পদধূলি—খূয়া-উংকুল ; তাহে—মহুদা ; মোর—ঐগী ; স্নান-কেলি–ইরুজদুনা শান্নবা ; তর্পণ—পেঙবা ; মোর—ঐগী ; বৈষ্ণবের–বৈষ্ণবকী ; নাম—মিংনা ; বিচার করিয়া—চুম্না রাখন্নুনা ; মনে পুক্নীঙদা ; ভক্তিরস —ভক্তিগী রস ; আস্বাদনে –মহাও তংবদা ; মধ্যস্থ—প্রমাণ-নী ; শ্রীভাগবত পুরাণ–শ্রীভাগবত পুরান্না ; বৈষ্ণবের–বৈষ্ণবকী ; উচ্ছিষ্ট-লুক-থাক অরেম্বা ; তাহে—মহুদা ; মোর–ঐগী ; মন —পুক্নীঙ ; নিষ্ঠ–চেংনা লৈবা ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী ; নামেতে—মিংথৈদা ; উল্লাস—হরাওবা ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবনধামদা ; চবুতরা—দালাল-মাঙ্গোন ; তাহে—মহুদা ; মোর—ঐগী ; মন—পুক্নীঙ ; ঘেরা—কোয়শনবা ; কহে—হায়জে ; দীন—তোল্লবা ; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা ।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা— নিত্যানন্দনা ঐগী লম্নি, গৌরচন্দ্রনা ঐগী ইবুংঙোনি ( প্রভুনি ), যুগল-কিশোরনা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণনা ঐগী থওাইনি। অদ্বৈতাচার্য্যনা পাঙ্গল্নি, গদাধরনা ঐগী কুল-নি ( শাগৈনি, মপোক-তিনৈ ) ; নরহরিনা ঐগী বিলাস-নি ( হরাওবা মুংঙাইবা হায়বগনি )। বৈষ্ণবশিংগী খূয়া -উকুম্না ঐগী স্নান-কেলি ( ওন-থোইদুনা শান্নবা ), বৈষ্ণবশিংগী মিংনা ঐগী তর্পণ-নি ( পেনুজনবা খুৎলাইনি )। পুক্নীঙদা বিচার

তৌড়ুনা ভক্তিরসপু আস্বাদন তৌবদা শ্রীভাগবত পুরাণ-দা মধ্যস্থ (ময়াই লেপ্পা) ওইরিবনি। বৈষ্ণবশিংগী লুখাক অদুদা ঐগী পুক্নীঙ লুপ্লে, বৈষ্ণবকী নামদা হরাওজে। বৃন্দাবনগী চবুতরাদা ঐগী পুক্নীঙনা থাজন-কোয়শনখরে, তৌল্লবা নরোত্তম দাসনা হায়জরি॥

টীকাঃ—

নিত্যানন্দ— রাঢ় দেশতা বীরভূম জেলাগী মনুংদা একচাকা কৌবা খুঙ্গংদা ১৩৯৫ শোকী মাঘ থাগী শুক্লা ত্রয়োদশী তিথিদা নিত্যানন্দ পোকই। মপাইবুংঙোগী মিংনা হাড়াই পণ্ডিত অমুগা মমাইবেম্মগী মিংনা পদ্মাবতী কৌই। চহি ১২ ফাওবা শাস্ত্র-খোংনজুনা মতম লেনখি। চহি ১২ দমক ভাইরবম্ব ১৬ শুবগুম্না তৌরম্মী। মতম খরা ব্যাকরণ-নচিংবা শাস্ত্র তম্মী। অদুদগী ১৪১০ শকা অগ্রহায়ণ থাদা তেজগুণ য়াম্না চেন্‌বা সন্ন্যাসী অমা হাড়াই পণ্ডিতকী য়ুমদা অতিথি ওইরে। চংলমদাইদা সন্ন্যাসীসিনা নিত্যানন্দবু ভিক্ষা পিয়্ হায়না নিখি। হাড়াই পণ্ডিতস্থু মপুক্লিং রানা রানা নিত্যানন্দবু ভিক্ষা ওইনা হাপখ্রে। সন্ন্যাসীগা চং-মিন্নখ্রগা নিত্যানন্দস্থ সন্ন্যাস লৌখ্রে। মহাকী গুরুগী মিংদি লক্ষ্মীপতিনি।

নিত্যানন্দনা চহি কুনশুবা ফাওবা তীর্থ কোইকরগা কোন্থংদা বৃন্দাবন-দা থুংলরে। মতম অদুদা চৈতন্য মহাপ্রভুগী গুরু ঈশ্বরপুরী বৃন্দাবন-দা লৈরম্মী। নহা ওইবা সন্ন্যাসী অমা অঙাওবদৌনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরি হায়রবা তাৱজুনা মহাক্না নিত্যানন্দবু কৌরগা হায়রকই

—"হে সন্ন্যাসী পাখং। মকমসিদা কোইচং চংলিবা করিগীনো? নংগী কানাইদি নবদ্বীপতা শচীগী য়ুমদা পোকখ্রে, চংলো অদুদা মহাত্মা নংবু ঙাইদুনা লৈরি।"

য়াসি তাবদা নিতাইনা নবদ্বীপলোমদা চেনখ্রে। নন্দন আচার্য্যগী য়ুমদা ১৫৩০ শক শুবদা চৈতন্যমহাপ্রভুনা লেংদুনা নিত্যানন্দগা উনখি। মখোয় অনী উনখিবদগী অমুক খাদোক্লদরে। মীনা হায়নরে—নিত্যাই গৌর মচিন-মনাও অনীনি, অমনা অমদগী ভেদ (খেন্নবা) অমতা লৈতে। অদুদগীদি নিতাইনা হরিনাম প্রচার তৌবা হৌরক্লে। মতম অদুদা নবদ্বীপতা জগাই মধাই কৌবা শাখিন্নবা পাষণ্ড অনীথক্না অত্যাচার য়াম্না তৌরম্মী। য়ুথক্লগা মখোয়না লমজাওদা কোইচং চংলম্মী। য়ুমগী মৌশিংনা মখোয়বু উরগা লাপ্না চেনখোক্লরম্মী। বৈষ্ণবপু উরবদি মখোয়না আক্রমণ তৌই। মহাপ্রভুগী ইঙ্গিত-তগী নিতাইনা জগাই-মধাই অনীদা হরিনাম পিগে হায়না চংলম্মী। মখোয়না নিত্যানন্দবু উদুনা আক্রমণ তৌরম্মী অদুগা চফু মঙক্না লংদুনা থারম্মী। নিত্যানন্দগী কোকতা পাল্লদুনা ই তপ্ তপ্ চেন্থরক্লম্মী। নিতাইদি করিমতা পাথংলমদে, মশাদা শোক্লিবদু করিমতা য়েংলমদে, নিতাইনা হায়রকই—বাপু, য়েখিবদুগী দি য়েখ্রে মদুদা ক্ষতি অমতা লৈতে, হরিনাম শোল্লু, লাউ নখোইনীবু কোনগে।

নিত্যানন্দগী অদুগুম্না ক্ষীভম কায়দবা উবদা পাষণ্ড ওইরিবা অনীদুগী পুকচেল ওল্লে, কোম্বংদদি মখোয়দু পরমভক্ত ওইখি।

চৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাসী ওইদুনা হরিনাম প্রচার তৌরক্লে।

মাগী খুন্নুং ইন্নুনা মাগী পার্ষদশিংগী মরক্তা অয়াম্বা মীনা সংসারদা রাগ পোক্লক্তরে। গৃহস্থধর্ম্মদা মী পুম্নমক থাজরক্তবা অসুম অসুম ওইরক্লে। মহাপ্রভুনা উরে—চেল্লিবা ইচেল অসি হোংদ্রবদি দেশগী মঙ্গল কায়রকপা তারে। অদুনদি মাগা চপ-মান্নবা মী অমগী মতৌ উদ্রবদি অতোপ্পা অমনদি মীময়ামবু সুমহৎপা ওল্লোইদৌরে। মরম অদুনা মহাক্না নীলাচলদা লৈবা মতমদা নিত্যানন্দগী মথূৎ অনি পাইরদুনা হায়রকই – ভাই, জীববু উদ্ধার তৌনবা হায়দুনা নং পোক্লকপনি, জীবগী মঙ্গলগীদমক নং বিবাহ তৌরো। মীনা উজশনু—বিবাহ তৌরবস্তু ধর্ম্ম মাংদে হায়বসি।

নিত্যানন্দদি বিবাহ তৌনিংলমদে; অদুবু মহাক্না চৈতন্য মহাপ্রভুগী য়াথং হিকতোকনিংলমদে। নিতাইনা গৌড়দেশতা হল্লক্লে। সপ্তগ্রামগী সনা লল্লোনবগী শাগৈদা পোকপা উদ্ধারণদত্ত হায়বহ নিত্যানন্দগী পরমভক্ত ওইবা সধা অমনি। মহাক্না মহাক্কী সুংশিরবা মরূপ উদ্ধারণদত্তবু পুরগা কালনা-গী মনাক্তা লৈবা অম্বিকাদা থুংলরে। ইথং থংহৌদনা লম্বিদা সূর্য্যদাস পণ্ডিতকা নিতাই-গা উনরে। মহাক্না নিতাইবু ময়ুমদা পুহুনা চংখ্রে। সূর্য্যদাসকী সুপীনা নিতাইগী রূপ য়েংবদা শুমহক্লুনা মাগী লুহোংবা য়ারবী শকফজরবী মচানুপী অদু নিতাইদা পিনিংলম্মী। শাগৈ-নাতৈ অমদি লমচৎ থংদবা মী অমদা মচানুপী পীরুরগা মীনা নোক্লখিগনি হায়না ইকাইখিবদগী কন্যাদান তৌবা ওম্মমদরে। নিত্যানন্দসু সূর্য্যদাসকী ময়ুমদগী বিদায় লৌরদুনা উদ্ধারণদত্তগা গঙ্গা মপান্দা বাস তৌরে। কোন্থংদা নিত্যানন্দ প্রভুগী অশুকপা

শক্তি মুম্না থংলতুনা মঙোন্দা কনা দান তৌরে। মতৌ অসুম্না সন্ন্যাসী অবধূত নিত্যানন্দহু মূমপাল্লে। অতুদগী মুপীগা লোম্ননা খড়দহদা চত্তুনা বাস তৌরুরে অমসুং মফমদুদা শ্যামসুন্দরগী সেবা প্রকাশ তৌখি। নিত্যানন্দগী মুপী অনী শুরম্মী; অহল বসুধাগী গর্ভদা বীরভদ্র কৌবা মচানিপা অমা অদুগা গঙ্গা কৌবী কন্যা অমা পোকই। সূর্য্যদাসকী মচানুপী জাহ্নবীনা রামভদ্র কৌবা মচানিপা অমা য়োকই।

নিত্যানন্দ প্রভুনা চৈতন্য মহাপ্রভুগী তিরোভাব ওইখ্রবগী তুংদসু মতম পুম্নমক্তা অন্তরদসু বাহিরদসু মহাপ্রভুদবু দর্শন তৌখি। ১৪৫৬ শুবা শক-তা নিত্যানন্দ প্রভুগী তিরোভাব ওইখি।

ধন মোর নিত্যানন্দ— নিত্যানন্দনা ঐগী লন-নি। নিত্যানন্দনা ধন অথোইবনি, মসিগী মরমদি অসিনি:— ৫ শুবা প্রার্থনাদা য়াওরি, "ব্রজেন্দ্রনন্দন যেই, শচীসুত হৈল সেই, বলরাম হৈল নিতাই।" ব্রজনিংথৌগী মচানুনা শচীগী নচা ওইখি, বলরাম-না নিতাই ওইখি। শ্রীবলরামদি স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ক্রিয়াশক্তিগী খমথেংবা শরুকনি। ক্রিয়াশক্তি হায়বদি থবক তৌনবা শক্তিনি। স্বয়ংরূপতা শ্রীকৃষ্ণদি লীলাময়নি— লীলাশক্তিগী মতেংনা মসুংদদা লীলাগী রস আস্বাদন তৌবদা লুপ্পনি ( অন্তরঙ্গ-লীলারস আস্বাদন )। ক্রিয়াশক্তিনা তৌবা অতোপ-অতোপ্পা লীলাকার্য্যদি বলরামগী স্বরূপতা মকাক্না পাংথোকই।

ভগবানগী চিচ্ছক্তিনা ইরোই লোইবদা ওইরকপদি ( পরিণতিদি ) ভক্তিনি; ভক্তিদি সেবাগী থরাইনি, হায়বদি

ভগবানবু সেবা তৌবদি ভক্তি হংজগে হায়না তৌবনি। মরমদুনা ভক্তি নত্রগা সেবাগী থোরককফম মরুদি চিচ্ছক্তিনা ওইরে। চিচ্ছক্তি অসিনা ধাম (মফম) অমদি পরিকর-নচিংবগী (লীলাদা লোইনরিবা মথানচিংবগী) মওংদা শ্রীকৃষ্ণগী অন্তরঙ্গ সেবা তৌরি—অমুকস্তু বলরামবু শিজনদুনা চিচ্ছক্তি অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মখল মথা অয়াম্বা সেবা তৌরি। চিচ্ছক্তিনা মূল ভক্তিতত্ত্ব ওইরবনিনা অদুগা চিচ্ছক্তি অসিনা শ্রীকৃষ্ণ-মশাদা লৈবনিনা সেব্যতত্ত্ব (সেবা তৌগদৌরিবা মীদি কনাবুনো) অমসুং সেবকতত্ত্ব (সেবা তৌগদৌরিবনা কনানা) শ্রীকৃষ্ণগী মশা মন্নুংদা লৈ হায়বদি থংবা ওয়ে। হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না সেবক অমদি সেব্য অনীমক্নি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবকতত্ত্ব অসিনা শ্রীবলরাম ওইনা থোরকপনি, মরমদুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতনা হায়রি—ভক্ত-অভিমান মূল শ্রীবলরামে।

শ্রীবলরাম-না মওং মখল-মখাদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌই। অহানবদা মহাক্না স্বয়ং ওইনা ব্রজদা অদুগা দ্বারকা-মথুরাদা (সঙ্কর্ষণ ওইনা) লৈদুনা মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা হাকথেংননা তৌই। পরব্যোমচতুর্ব্যূহগী মন্নুংদা সঙ্কর্ষণ ওইনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী নারায়ণ-স্বরূপপু সাক্ষাৎ সেবা তৌই। অদুগামুক সঙ্কর্ষণ অসিগী অংশগী অংশ ওইরিবা কারণার্ণবশায়ী, গর্ভোদশায়ী, ক্ষিরাব্ধিশায়ী ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাশক্তিগী ইঙ্গিত-না ব্রহ্মাণ্ডবু সৃষ্টি তৌদুনা য়াথং ঙাকপা হায়বা সেবা তৌরি; অনন্ত ওইনসু মখল মখাগী সেবা তৌরি। অমুকস্তু আসন, থাংচেং, নমথাং, লৈতেং, মালা, চন্দন, পাদুকা, ছত্র, চামর-নচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা চংগদবা পোৎলম

ময়ামদুসু শ্রীবলরামনি। অদুগী অমুকসু শ্রীবলরামগী ইচ্ছাদগী সন্ধিনী অংশনা (সংকী স্বরূপনা) প্রধান ওইবা শুদ্ধ সত্ত্বদুনা অনাদি-কালদগী ভগবানগী থাম-নচিংবা ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নবা য়ানবা শিল্লি। মতৌ অসুম্না লীলাগী পরিকর অমা ওইনদা মত্তুনা লীলাগী চংগদবা পোৎলম (উপকরণ) অমদি লীলাগী থাম-নচিংবা ওইনসু—শ্রীবলরাম-না মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌরি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাশক্তিগী ইঙ্গিতনা ফোংদোকলকপা য়াথং অদু ডাকপা হায়বা মওংদা সঙ্কর্ষণ-নচিংবা ওইদুনা শ্রীবলরামনা সেবা তৌরি।

শ্রীবলরামনা নিত্যানন্দ ওইনা আবির্ভাব ওইবনি। নিত্যা-নন্দগী জীবনী পারগসু থংবা ডম্মী—শ্রীকৃষ্ণনা ওইরকপা চৈতন্য মহাপ্রভুবু নিত্যানন্দনা ভক্তি কয়া তৌখি, মাগী য়াথং পাংথোকখি।

অসিগুম্বা নিত্যানন্দনা নরোত্তমগী লন-নি হায়বগী তাৎপর্য্যদি—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংগে অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাগী পোৎচং ওইগে হায়রবদি নিত্যানন্দ প্রভুবু লন ওইনা লৈরগা কৃষ্ণসেবা ওইগদৌরিবনি হায়বনি।

পতি মোর গৌরচন্দ্র—শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা মপু ওইরি। শ্রীলনরোত্তমনা মনাই ওইদুনা সেবা তৌগদবদি শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুবুনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জীব খুদিংদা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণবু শোল্লু নিংউ হায়রম্মী। মরম অদুনা শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু পেন্নবা সেবা তৌবা ভারবদি পোকপদগীনা শিৎফাওবা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণবু থবাই ওইনা থমগদবনি, হায়বদি শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণবু সেবা তৌদুনা মতম

লৈনগদবনি। জীবশিংনা নোম্নিবা শুরিবা পুম্নমক শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী-দমকনি হায়না নোমখোংপা তাই। মরমহূনা মখাগী পদদা "প্রাণ মোর যুগল-কিশোর (শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দ অনী)—যুগল-কিশোরনা ঐগী থরাইনি হায়রিবনি।

অদ্বৈত আচার্য্য বল— শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা (ঐগী) পাজল ওইরি। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতনা হায়রি—"মহাবিষ্ণুর্জগৎকর্ত্তা মায়য়া যঃ সৃজত্যদঃ। তস্যাবতার এবায়মদ্বৈতাচার্য্য ঈশ্বরঃ॥-জগৎকর্ত্তা মহাবিষ্ণুনা মায়াগী পাম্বৈনা ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মি, মহাবিষ্ণু অদুগী অবতারনি ঈশ্বর অদ্বৈতাচার্য্যসি।

কারণার্ণবশায়ী পুরুষকী মমিং অতোপ্পা অমনা মহাবিষ্ণু কৌই; মায়াদা শক্তি সঞ্চার তৌদুনা (হাপচন্দুনা) মায়াগী মতেংনা মহাক্না বিশ্বব্রহ্মাণ্ড শেম্মি, মরমসিনা মহাকপু জগৎকর্ত্তা (তাইবং শেম্বা) কৌই। অদ্বৈতাচার্য্যসি মহাকী অবতারনি—মসিনা শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্বনি। মহাবিষ্ণুদি ঈশ্বরনি; মহাকী অবতার শ্রীঅদ্বৈতসু ঈশ্বরনি।

স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বহিরঙ্গা (মপান থোংবা) শক্তিগী মমিং মায়া; মসি জড় (লেংদবা) শক্তিনি। মায়াবু প্রকৃতি হায়নসু কৌই। মায়াসি মওং অনীদা লৈ, মদুদি—প্রধান (মরু ওইবা অমসুং প্রকৃতি জেলা মপুম অমগী মমিংসু মথুরা, অদুগা জেলাহুগী মসুংদা লৈরিবা সহর অচৌবাহুগী মমিংসু মথুরা কৌবগুম্না বহিরঙ্গা শক্তি মপুম্বুসু প্রকৃতি (নত্রগা মায়া) কৌবা, অমুকসু

মতুগী মখুং চনবা অংশ অমগী মমিংস্থু প্রকৃতি কৌবা ; অংশ-প্রকৃতিসিবু অমুক মায়া হায়নস্থু কৌই।

প্রধান-বু গুণমায়া হায়নস্থু কৌই ; অদুগা অংশ-প্রকৃতিবু জীবমায়া হায়নস্থু কৌই। সত্ত্ব, রজঃ অমস্থুং তমঃ হায়বা গুণ অহুমসিনা চপমান্নবা ( সাম্য ওইনা ) লৈবা অদুবু গুণমায়া নত্রগা প্রধান কৌই। অদুগা জীবগী স্বরূপ জ্ঞানবু কুপশল্লিবা অমস্থুং জীববু মায়াগী উপাধি পিশল্লিবা মায়াদুবু অংশ-প্রকৃতি কৌই ; তৌবদি ঈশ্বরগী শক্তিননি। জীবগী মপঙ্গা কুপশন্নবগী অমদি মচেৎ মচেৎ থাইদোকপগী শক্তি শিজন্নে হায়দুনা, জীববু শিজন্নদুনা মহাকী থবক তৌই হায়দুনা অংশ-প্রকৃতি অসিবু জীবমায়া হায়নস্থু কৌই। জীবমায়াবু অবিদ্যা হায়নস্থু থংনৈ।

ইচ্ছাশক্তি, জ্ঞানশক্তি অমস্থুং ক্রিয়াশক্তি অহুম্মক মহাবিষ্ণুগী লৈ। মহাবিষ্ণুনা সৃষ্টি হৌরমদাইদা দৃষ্টি তৌদুনা জীবমায়াদা শক্তি অহুম অসি সঞ্চার তৌশল্লি ; মতুদা জীবমায়ানা সৃষ্টি তৌনবগী শক্তি ফংই। মহাবিষ্ণুনা অমুক মাগী ক্রিয়াশক্তি-প্রধান ওইবা অংশ অমদা অদুগা গুণমায়াদস্থু ক্রিয়াশক্তি সঞ্চার তৌশল্লি ; মহাবিষ্ণুগী ক্রিয়াশক্তি-প্রধান অংশনা শ্রীঅদ্বৈতনি। মাসিনা শ্রী অদ্বৈতগী তত্ত্বনি।

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা—"অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাদাচার্য্যং ভক্তি-শংসনাৎ। ভক্তাবতারমশীং তমদ্বৈতাচার্য্যমাশ্রয়ে ॥"—শ্রীহরিদগী অত্তোপ্পা হায়বদি খেন্নবা নত্তে ( অভিন্ন-নি ) হায়দুনা অদ্বৈত

হায়রবা থংনৈ অদুগা কৃষ্ণভক্তি তাকপি-তিকপি হায়দুনা আচার্য্যগী মফমদা চংজরি।

মসিদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মিং অদ্বৈত অমসুং আচার্য্য কৌরগী মরম তাকই। মহাক্কি ঈশ্বর মহাবিষ্ণুগী মশামক্কী অংশনি (স্বাংশনি); মহাবিষ্ণুদি অমুক স্বয়ং ভগবান শ্রীহরিগী স্বাংশনি; মরমত্তুনা অদ্বৈতসু শ্রীহরিগী স্বাংশনি; অংশী (অংশ ময়ামগী মপুম —শ্রীহরি) অমসুং স্বাংশ অনীগী মরক্তা ভেদ (খেন্নবা) লৈতবনা হায়বদি অমতা ওইবা মরম্না শ্রীহরিগা শ্রীঅদ্বৈতগা অনীগী মরক্তা অভেদ হায়বদি দ্বৈতশূন্যতা (অনী পোক্তবা) ওইরিবনি; মরমসিনা মহাক্কী মিং অদ্বৈত হায়রিবনি; অদুগা উপদেশ পিবিবা (তাকপি-তিকপিবা) মীবু আচার্য্য কৌই; শ্রীঅদ্বৈতনা জগতসিদা ভক্তি-উপদেশ তৌই হায়দুনা মাগী মিং আচার্য্য কৌই। অদুগা অমুকসু মশামক্তা ঈশ্বর ওইরগা ভক্ত অমগুম্না অবতার তৌই হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতবু ভক্তাবতার কৌই।

ঈশ্বর মশামক্তা ভক্ত অমা ওইনা অবতার তৌরগা মশামক্কী ভক্তিগী মরমদা উপদেশ পিরবদি মহাক্কী শিষ্য অদুগী পাজল কয়া য়াম্না ওইগনি হায়বা হায়রুদুনা কাম্নদে। শ্রীল নরোত্তমনা হায়রি—অদ্বৈতাচার্য্যনা তাকপি-তিকপিরম্বা উপদেশ ফংহৌবা ভক্তশিং অমসুং ভক্তশিংদুগী অনুভক্তশিংদগী ভক্তি-উপদেশ অদু তাজরগা কৃষ্ণসেবা ফংবগী পাঙ্গল ফংগনি।

গদাধর মোর কুল—গদাধর পণ্ডিতনা ঐগী শাগৈদি, হায়বদি ঐগী লায়রফমনি।

গদাধর-না করম্মা শাগৈ নত্রগা লাম্নকম ওইগদৌরিবনো হায়বসি গদাধর পণ্ডিতকী স্বরূপ মশক থংলগদি হায়বা ওমগনি। অদুনা শ্রীমন্‌ মহাপ্রভুগা পণ্ডিত গদাধরগা লৈরম্বা স্বরূপ মওং অদু তশেংনা থংনবা তৌবা তারে।

নবদ্বীপলীলাগা অমদি ব্রজলীলাগা অনীসি স্বরূপকী হায়-রবদি করিমতা খেন্নদে; লীলা অনীসি ইচেল অমতগী শরুক অনী ওইবতনি। শ্রীকৃষ্ণনা অনিংবা অমগীদমক লীলা ফোং-বিখিবহুগী নিংবা থুংবদি ব্রজদা যৌথি অদুগা নবদ্বীপতা মপুং ফাখিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা রসিকশেখরনি হায়বা, মহাকসিবু প্রেম-তনা ওশ্মি, মহাকসি মহাক্কী প্রেয়সীগী (মুংশিবীগী) মখাপোনবনি হায়বসি শ্রীনবদ্বীপলীলাদা মপুং পুংফা ফানা উংখি। মশামক্কী মাধুর্য্য-রস চুপকে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতী রাধিকাগী মাদন কৌবা মহাভাব-পু মশাদা পুরদুনা গৌর ওইখিবনি। মপুং-মরৈ ফানা মাধুর্য্যগী মহাও তংগে চুপকে হায়বগী উপায়দি অমখক্তনি, মহুদি মাদন কৌবা মহাভাব অসিনি। মাদন হায়বা মহাভাবসি শ্রীমতী রাধিকা নত্তনা অতোপ্পা অমগী মন্নুংদা লৈতে; অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি;—"এই প্রেম দ্বারা নিত্য রাধিকা একলি। আমার মাধুর্য্যামৃত আস্বাদে সকলি।"

শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্কী ওইরিবা মাধুর্য্য অসিবু আস্বাদন তৌগে নিংদুনা শ্রীমতীগী মাদনাখ্য মহাভাব লৌগে হায়না নিংলকপা মতমদা শ্রীমতী রাধিকানা মাগী থরাইগী মুংশিজরবা মবুঙেত্তাদা মহাভাবসি পিথোকখি। করিনা শ্রীমতীদি 'কৃষ্ণসুখৈকস্বরূপিনী'

হায়বদি 'কৃষ্ণবাঞ্ছাপূর্ত্তিরূপ' ( কৃষ্ণগী নুংঙাইবা হায়বদুতনা মাগী স্বরূপ ওইরিবী হায়বদি কৃষ্ণনা নিংবদবু থুংহন্নবা মশক ওইরিবী ) ওইরিবনি। শ্রীরাধিকানা মহাক্কী মহাভাব-তা নত্তনা মাগী কান্তিমু ( কুচুমু ) শ্রীকৃষ্ণদা পিরম্মী। অসুম্না কান্তি পিবনা শ্যামসুন্দর ( শংবান্না ফজরবা ) শ্রীকৃষ্ণনা গৌর ওইবনি। অদুবু মাদনাখ্য মহাভাবকী মপাঙ্গলদি য়াম্না কল্লি, কল্লি হায়বসি বৃষভানু-নন্দিনী শ্রীরাধাতনা থংই; কৃষ্ণদি থংদবগী থংদবা; মহাক্কী প্রাণপ্রিয়া সখীশি নফাওবা থংদে। মহাভাবসিগী মওংদি অসিনি—নুংঙাইবদা থমথেংবা অদুগা লোয়নবা থমথেংনা অরাবমু ( যন্ত্রণামু ) ফংবা মতম অমতদা অসমোর্দ্ধ আনন্দ অমদি অসমোর্দ্ধ যন্ত্রণা থোকই। অমবু থাদোক্নুনা অমতবু ফংগে হায়বা য়াদে। অদুবু শ্রীমতী রাধিকানা নিংবদি মাদন মহাভাবকী আনন্দ অদুতবু ফংহনগে, অমসুং মদুগা লোয়নবা যন্ত্রণাদি ফংহন্নরোই অসিনি। অসিগীদমক শ্রীমতীনা শ্রীকৃষ্ণবু চেংনা কোশিন্দুনা থম্মোয়-লকানুংদা থম্মে। অদুমক্তদমু শ্রীমতীনা পেন্সে; কন্নিনা মপান্দগী খুদোংখিবা থোক্লবদা মদুমক্তা থম্মোয়নুংদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণমক্তদদি শোক্লোই হায়ববু মবুঙেঙ্গাবু কোল্লিবী শ্রীমতীগী অঙ্গদা পান্‌বা চৈনাখোনগী মনিল চংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী যন্ত্রণা ওইগনি। অসি খন্‌বগী মতাগুম্না শ্রীমতী রাধানা মপান্দা লৈদুনা নুংশিজরবা কৃষ্ণবু কন্নবা হায়দুনা মপানগী স্বরূপ অমা লৌদুনা লৈনিংই।

নত্তগা মাদন কৌবা মহাভাবকী মতেংনা মশা মর্থন্তগী মাধুর্য্যবু মহাও তংদুনা শ্রীকৃষ্ণনা কয়ামুক নুংঙাইজবদুনা য়োশিনখিদুনা

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যতুনা চাং কয়া য়াম্না হেনগৎলকপা—মতু মুনা য়েংনবা, অমস্তুং মহাও চুপ্নবা, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী অনিংবহু থুংনবা তৌবদা মতেং পাংনবা শ্রীমতী রাধিকানা তোঙাম্না স্বরূপ অমা লৌহনা শ্রীগৌরাঙ্গগী নাক্তা লৈগে হায়না নিংবা অমা।

নত্রগা, শ্রীরাধিকাদি কৃষ্ণময়ী মুং-পান অনী তুনা ওইরিবনি। শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোইনুংদা থম্লবদি মমুংদা থম্বগী মহাওদমক ফংবা তারে; মপান্দগী য়েংলগা ফংবা মহাওতুদি য়াওররোই। মতু থংলদুনা শ্রীরাধিকানা তোঙানবা স্বরূপ অমদা মনাক্তা লৈদুনা মবুঙেভাবু আস্বাদন তৌগে হায়না নিংলুবদগী ভোবা অমা।

নবদ্বীপলীলাদা শ্রীমতী রাধিকাগী তোঙানবা স্বরূপসিদি শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীনি। শ্রীমতী রাধিকাগী দক্ষিণা-নায়িকাগী ভাব অদু শ্রীগদাধরদা ফোংদোকই। শ্রীকৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌদুনস্থু লৈবা অদুগা তোঙানবা মূর্ত্তি অমস্থু লৌহনা শ্রীগদাধর-পণ্ডিত ওইনা লৈরিবসি যোগমায়াগী শক্তিননি।

মথক্তগী গদাধর-পণ্ডিতকী স্বরূপ বিচার য়েংলুরগা ঐথোয়না খংবা ঙম্মি—শ্রীকৃষ্ণগী সুখতনা স্বরূপ ওইরিবী শ্রীরাধানি, অদুগা শ্রীরাধাগী প্রেমগী মথা শ্রীকৃষ্ণনা পোল্লি, অদুগা মথোয় অনীনা মশেল মশেলবু কয়া কম্না নিংনৈ অদুগা মশেল মশেলগী মুংঙাইহন্নবগী কয়া কম্না হোৎনৈ। মতৌ অমুম্না ওইরকপা শ্রীগদাধরনা শ্রীনরোত্তম মহাশয়গী কুল (শাগৈ নত্রগা লাম্নকম) ওইত্রবদি শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি করম্না তৌবা ঙমগদগে অসিনি।

বৈষ্ণবের পদধূলি.........বৈষ্ণবের নাম— বৈষ্ণবকী খুয়া উফুল মরক্তা ওনথোইদুনা লৈবা অদুগা বৈষ্ণবকী মিং শোল্লগা ঐগী পেমবা ওইবা অদুতনি পাম্লিবা হায়না হায়রিবনি। বৈষ্ণবকী মনাক্তা লৈদুনা খোগল তৌরগদি মহাক্কী কৃপানা শ্রীকৃষ্ণ-ভক্তিদা চংবা ঙমগদৌরিবনি। অদুনা মতম পুম্বদা বৈষ্ণব খিদুনা সঙ্গ তৌবা তারে। বৈষ্ণব খিবদি ফনা লূবা থবকনি। কনাবু ঐখোয়না বৈষ্ণবনি হায়না খংগনি? করম্না মীতাবু বৈষ্ণবনি হায়গনি?

অদুনদি ঐখোয়না অহানবদা বৈষ্ণবকী স্বরূপ খংনবা হোৎনবা তারে। নানা পুরাণ-শাস্ত্রদা বৈষ্ণবকী লক্ষণ পিরি, মদু মফমসিদা লোইনা ইবা ঙম্বা নত্তে। অদুমকপু অম-নিদং ইজরি। শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রি—কৃষ্ণস্মৃতিগীদমক পোক্লকপা, অরাম-খৌরাংবা শিবা-কীবগী মরূ ওইরিবা সংসার-ধর্ম্ম কৌবা ধর্ম্মদা মপুক্লিং ঙমহৎহন্দ্রবা মী অদুনা ভাগবত অথোইবনি। অমুকস্থু হায়রি—ইন্দ্রনচিংবা দেবশিংনা পাম্নরিবা মরোল অদুমগী মপু ওইবা হায়বদু ফংবা য়ার-কাওবদা গোবিন্দগী খুয়া থম্বান্দগী মপুক্লিংদু মিৎকুপ অমফাওবা হোৎন্দ্রবা গোবিন্দগী চরণ-না মরূ ওইবনি হায়বা জ্ঞান তৌখ্রবা মী অদুনা বৈষ্ণব অথোইবনি। আদিপুরাণ-দা হায়রি— হে অর্জুন! বৈষ্ণবশিংবু নিংউ, অতোপ্পা দেবতাবু নিংলুগনু। বৈষ্ণব পুম্নমক্না জগৎ পুম্ববু পবিত্র ওইহল্লি (শেংদোক্লি)। শ্রীমদ্ভাগবত-তা অমুকস্থু হায়রি—কৃষ্ণদা নিষ্কাম ভক্তি লৈবা মীদুদা দেবথিবিক অমম্মং (বৈরাগ্যনচিংবা) গুণথিবিক পুন্দুনা লৈরে; কৃষ্ণভক্তি

লৈতবা মীগীদি মহৎগুণ অমতা লৈতে, মখোয়দি মপাল্লোমদা (লন-থুমগী মুংঙাইবা মায়কৈরোমদা) কোয়লাং লাংতক্লদুনা লৈয়ে। আদিপূরাণ-না অমুক হায়রি—হে অর্জ্জুন, ঐগী ভক্ত-শিংনা চৎপা চৎপা মফমদা ঐসু বেদ ময়ামগা ভক্তি-মুক্তিগা লোয়ননা চৎলি।

বৃহন্নারদীয়দা হায়রি—হরিভক্তশিংনা লৈবা মফম-মফমদা ব্রহ্মা-হরি-শিব, দেবশিং অমদি সিদ্ধশিংসু লৈয়ে। মিৎকুপ অমতং নত্রগা মথাইমুক্তং হরিভক্তশিংনা লৈরবা মফমদু মঙ্গল পুম্নমকী ভুংফম ওইরে অদুগা তীর্থ-তপোবন ওইয়ে।

বিষ্ণুবু পুক্নিং অমতা ওইনা নিংলিবা বৈষ্ণবশিংদুদি শান্ত ওই, তাইবংপানবু লুনা নিংই, জীব পুম্বগী মফমদা খোজাল হৈ। মখোয়হ বিষ্ণুমকা মান্নৈ হায়নরিয়ে।

গরুড় পুরাণদা হায়রি—যাজ্ঞিক (যজ্ঞতৌবা মী) লিশিংদগী বেদান্ত পুম্নমক খংলবা মী অমনা হেল্লি। বেদান্তপুম্বা খংলবা মী কোটিবুদি বিষ্ণুভক্ত অমতনা হেল্লি। বিষ্ণুভক্ত বৈষ্ণব লিশিং অমবুদি একান্ত (অমতনা লোয়রে হায়রবা, পুক্নিং-অমতা ওইনা নিংলিবা) বৈষ্ণব অমতনা হেল্লি। অসিগুম্বা একান্ত বৈষ্ণবতি কৃষ্ণগী পরমপদবু ফংই।

স্কন্দ পুরাণগী রেবাখণ্ডদা ব্রহ্মানা হায়রি—হে কেশব, নহাক্কী একান্ত ভক্তদি ধর্ম্ম পুম্নমকী কর্ত্তানি অদুগা নংগী ভক্ত নত্তবা মী-শিংনা পাপ পুম্নমকী কর্ত্তানি (থবক ফত্তবমথৈ তৌই); হে অচ্যুত, নংগী ভক্তনবু তৌরবদি অধর্ম্মসু ধর্ম্ম ওই, পাপসু ধর্ম্ম ওইয়ে।

ইতিহাসসমুচ্চয়দা হায়রি—অপাম্বা, অশাওবা, মিহৌবা, কলকুপা, ময়াইফাবনচিংবা রিপু পুম্ববু খুতুম চম্নবা গোবিন্দগী ভক্তশিংনা লৈবা মফমদদি বিষ্ণুনা লেংদনা লৈয়ে, মসিদা করি-মতা চিংনফম লৈতে। অসিগুম্বা মপুক্লিং শেংলবা শুদ্ধসত্ত্ব ওইরবা ভক্তশিংনা লৈব্রবা মফমদা উপহার, উপবাস, অমদি জগোই ঈশৈ শক্তুনা মতম পুম্নমক্তা হরিবু আরাধনা তৌরবসু হরিনা পেন্নবিদেয়ে।

পাপ-চংব্রবা পুক্চেল-চাওরবা কৃষ্ণনিংবা বৈষ্ণবশিংনা কোয়না চত্তুনা জগৎ পুম্নমকপু শেংদোকই (পবিত্র ওইহল্লি)। মরমন্থনা বৈষ্ণবশিংনা মহাতীর্থ ওইয়ে।

শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রি—সাধুশিংদি মশাগী কান্নবগীদমক আশ্রম থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফমদা থক চংতে। করিগুম্বদা তোল্লবা গৃহস্থগী য়াইফনবা তৌগে নিংলবদা মতুংগুম্বা মীগী ময়ুমদা চংলি।

ইতিহাস-সমুচ্চয়দা হায়—মপোক লিশিংলকী মনুংদা অমুক্তসু বৈষ্ণবনা পাপকর্ম্মদা শিপ্ত ওইদে (পুক্লিং থিংজন্দে)। বৈষ্ণবপু উরুবদদা উক্তরিবা মীপুম্নগী পাপ পুম্নমক উৎ ওইরিবনি।

শ্রীনরসিংহ পুরাণদা হায়রি—কৃষ্ণদা অনন্তভক্তি (অহোংবা নাইদ্রবা ভক্তি) লৈরবা বৈষ্ণবতি মাপান্থোংদা ফত্তবা শাজং চংল্লুবা থোক্লবসু মাগী থম্মোইদুংদা লৈরিবা ভক্তিগী মঙাল্না অহুম ঙাল্লুনা লৈয়ে। মতুদি মাইহিং কারবা থা-না অমম্বগী মফমদা মাইথীবা থক ফংদবগুম্বনি।

স্কন্দ পুরাণগী রেবাখণ্ডদা য়াওরি—জীব পুম্বু থৌজানবিদুনা করিনা জীবশিংবু রক্ষা তৌনবা হায়দুনা মনাই ভক্তগী শক্ লৌরগা মতম পুম্বা জগৎ-নৈকোইরুংদা কোইচং চংলি।

বৃহন্নারদীয়দা হায়রি—হে মাকেণ্ডেয় দ্বিজশ্রেষ্ঠ, মুম্না তাউ, ঐহাক মতম পুম্নমক্তা শকলোত্তুনা ভক্তগী রূপ লৌরগা তাইবংপান পুম্নমকপু ঙাকশেল্লিয়ে।

ব্রহ্মাণ্ডপুরাণদা হায়রি—উবা, হকচাংশোকপা, নৈমিত্তবা বারি-রাতাই শাবা—অসিনচিংবা ক্ষণ অমতং তৌদুনা কৃষ্ণভক্ত-শিংনা তোল্লবা চণ্ডালশিংগী মপুক শেংদোকপি।

কুলগী ( শাগৈগী ) আচার থাদোক্লবা অদুগা মহাপাপতা মতমপুম্বা লুপ্লবা মী অদুনা বৈষ্ণবকী মফমদা চংজরবদি অধর্ম্ম-পাপ তৌরবগী অরাবদু কোকপা ঙম্মি।

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হায়রি—"কৃষ্ণভক্তি-জন্মমূল হয় সাধুসঙ্গ।" কৃষ্ণভক্তি পোক্লবগী মরুদি সাধুসঙ্গনি। অদুনা সাধুসঙ্গ অমদি মহৎকৃপা অসি থাদোকপা য়াদ্রবনি। অমুকস্তু হায়রি—"মহৎকৃপা বিনা কোন কর্ম্মে ভক্তি নয়। কৃষ্ণভক্তি দূরে রহু সংসার নহে ক্ষয়॥" মহৎকী ( সাধুবৈষ্ণবকী ) কৃপা নত্তনা করিগুম্বা কর্ম্ম অমা তৌদুনস্তু ভক্তি ওইদে পোক্তে। কৃষ্ণভক্তি ফংবগী বাদি থমখো, সংসার-মায়া ফাওবা কোকপা নৈত্রে।

অমকস্তু হায়রি—"ভক্তপদধূলি, আর ভক্তপদজল। ভক্তভুক্ত-অবশেষ—তিন মহাবল॥ এই তিন সেবা হৈতে কৃষ্ণ-প্রেমা হয়॥"

ভক্তগী খুয়া উঘুল অদুগা ভক্তগী খোংজুম, ভক্তনা চাবগী অরেম্বা (লুথাক্)—মহাবল (চাওখ্রবা পাদল) অহুম্নি। সেবা অদুম অসি তৌবদগী কৃষ্ণভক্তি পোকই।

ভগবান্দি ভক্তগী মথাপোল্লি; মরমদুনা ভগবান্গী কৃপা ফংগে হায়রবদি ভক্তগী কৃপা ঙাইবা তাই। মরমসিনা ভক্তগী মরিদা ভক্তগী কৃপা থাদোকপা য়াদে।

বিচার করিয়া...............মধ্যস্থ শ্রীভাগবত পুরাণ—পুক্নিংদা বিচার তৌরগা ভক্তি-রস চুপ্পদা শ্রীভাগবত পুরাণ-না ময়াইলেপ্পা (মধ্যস্থ) ওইগদবনি। মথক্তা বৈষ্ণবকী তত্ত্ব ইবা মতাংদা য়াওখ্রে ভক্ত অমসুং শ্রীভগবান্ অনীগী মরক্তা লৈনবা মরি অদু অমসুং ভক্তি রসপু ভক্তশিংনা করম্না আস্বাদন তৌই হায়বা। অদুনা ভক্তিতত্ত্ব তানগে অমদি রস চুপকে হায়রবদি শ্রীভাগবতনা তাক্লিবা অদু অরেপ্পনি হায়না খংনবা লৈনবা তারে।

বৈষ্ণবের উচ্ছিষ্ট—বৈষ্ণবকী লুথাক হায়বনি। বৈষ্ণবনা কৎপা প্রসাদী অরেম্বা অদুবুনি হায়বসু য়াই, মরমদি "ভক্তপদধূলি, আর ভক্তপদজল। ভক্তভুক্ত-অবশেষ—তিন মহাবল॥" হায়না শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদসু হায়রি। অদুগা অদুগুম্বা বৈষ্ণবশিংগী মনাক্তা ভত্তনা লৈবদি ঐথোই অয়াম্বনা কংদে; অদুনা বৈষ্ণবনা কৎপা ভুক্তগী অরেম্বা মতম পুম্নমক্তা ফংবা য়াই। মরমসিনা পদ

অসিগী ভাবার্থ অমা পুথোকপা য়াই হায়না নিংঙৈ ; মহ্‌দি :—ভক্তিরস চুপ্তুনা বৈষ্ণবশিংনা পেল্লবা মতুংদা ভক্তিরবাদি অসিগুম্বনি অহুগুম্বনি হায়না মচা-মনাইশিংদা উপদেশ তাক্‌পিরম্বহ ঐথোয়না লাইরিক লাইগুদা অমদি মরূপ-মপাংগী মচিন্দগী তাবহ্‌ বৈষ্ণব-শিংনা চুপ্লূরবা ভক্তিরসকী অরেম্বা মহাও অহুনি হায়না লৌবা।

মরম অসিনা ঐথোয়না মতম কুইনগী নমাংদা থুপখ্রবা বৈষ্ণবশিংগী নামবু শোল্লগা ভক্তি-সাধনগী অঙ্গ অমা ওইনা লৌনরি। মহ্‌দি "বৈষ্ণবের নামেতে উল্লাস" হায়রিবা পদ অসিনা তাক্লি।

বৃন্দাবনে চবুতরা— বৃন্দাবনদা ( লৈবা ) চবুতরা (মাঙ্গোল) হায়বদি শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগী লীলা শান্নফম যোগপীঠ নত্রগা ভক্ত ময়াম তিন্নহ্‌না ভক্তিরস নৈনহ্‌না চুপ্নরিবা মফম অদুবুনি হায়না লৌবা য়াই। চবুতরা হায়বা শব্দসি 'চত্বার' ( মরাকু ময়ুং শাংবা চপ্‌ মান্নবা য়াৎপা লম্‌ ) হায়বদগী থৈথিবনি। বৃন্দাবন অসিনা প্রকট বৃন্দাবন-হুবুনি হায়রগদি চবুতরাগী অথাদি অকোনবগী অসিনি হায়বা য়াই। অদুদা অপ্রকট বৃন্দাবনদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা নিত্য-লীলা শান্নে হায়না বৈষ্ণবশিংনা থাজনরিবনিনা ইবুঙো-ইবেম্মা অনীগী শান্নফম যোগপীঠ অহুনি হায়বস্থ হায়নিংই।

১১

নিতাই-পদ-কমল কোটীচন্দ্র-সুশীতল
যে ছায়ায় জগত জুড়ায়।
হেন নিতাই বিনে ভাই রাধাকৃষ্ণ পাইতে নাই
দৃঢ় করি ধর নিতাইর পায়॥
সে সম্বন্ধ নাহি যার বৃথা জন্ম গেল তার
সেই পশু বড় দুরাচার।
নিতাই না বলিল মুখে মজিল সংসার-সুখে
বিদ্যা-কুলে কি করিবে তার॥
অহঙ্কারে মত্ত হয়ে নিতাই-পদ পাসরিয়ে
অসত্যেরে সত্য করি মানি।
নিতাইর করুণা হবে ব্রজে রাধাকৃষ্ণ পাবে
ভজ নিতাই চরণ দুখানি॥
নিতাই-চরণ সত্য তাঁহার সেবক নিত্য
নিতাই-পদ সদা কর আশ।
নরোত্তম বড় দুঃখী নিতাই মোর কর সুখী
রাখ রাঙ্গা চরণের পাশ॥

শব্দার্থ

নিতাই-পদ-কমল—শ্রীনিত্যানন্দগী খোঙ-থম্বাল ; কোটীচন্দ্র-সুশীতল—থাজ কোটীনা পুল্লপ তিল্লগা ইংবগুম নীঙথীনা ইংঙৌ ;

যে ছায়ায় – মরুমছুদা ; জগত — অগৎনা ; জুড়ায় – ইংজৈ ; হেন —অসিগুম্বা ; নিতাই — শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ; বিনে — নত্তমা ; ভাই — ইচিন্‌-ইনাওশা ; রাধাকৃষ্ণ — শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীবু ; পাইতে নাই — ফংবা লৈতে ; দৃঢ় করি — চেৎনাকল্লা ; ধর- পায়রু ; নিতাইর – শ্রীনিত্যানন্দগী ; পায় – মখোঙ ; সে সম্বন্ধ — মরী অদু ; নাহি — লৈতবা ; যার – মহাক্কী ; বৃথা – অরেম্বদা ; জন্ম — মপোক ; গেল — চৎখ্রবনী ; তার — মহাক্কী ; নিতাই— শ্রীনিত্যানন্দবু ; না বলিল – হায়দবা, শোক্লবা ; মুখে – মচীন্দা মজিল – লুপ্‌নুনা মাঙজরে ; সংসার — সুখে — সংসার-ইরাংগী সুংঙাইবদা ; বিদ্যা কুলে— বিদ্যা হৈবনা অমুগা শাগৈ জাৎ চাউবনা ; কি – করি ; করিবে – তৌগনী ; তার — মহাক্কী ; অহঙ্কারে— ঐ-ঐ হায়বা নাপল্লা ; মত্ত — মল্লাই-কাবা ; হয়ে – ওইদুনা ; নিতাই-পদ — শ্রীনিত্যানন্দগী চরণবু ; পাসরিয়ে — কাউথোক্লুনা ; অসত্যেরে – ওইদববু ; সত্য — অওইবনী ; মানি — খল্লুনা ; নিতাইর করুণা — শ্রীনিত্যানন্দনা চান্‌বিবা ; হবে – ওইগনী ; ব্রজে — ব্রজদা ; রাধাকৃষ্ণ — শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীবু ; পাবে— ফংগনী ; ভজ — নীঙঙ ; নিতাইর – নিত্যানন্দগী ; চরণ — খোঙ ; দুখানি — অনীবু ; নিতাই-চরণ — নিত্যানন্দগী চরণদি ; সত্য— অরেপ্পা লেডদবনী ; তাঁহার – মাগী ; সেবক — লাৎপা-নীঙবা মী ; নিত্য — অরেপ্পনী ; নিতাই-পদ – শ্রীনিত্যানন্দগী খোঙবু ; সদা —মতমপুম্বদা ; কর — তৌও ; আশা — ফংগে হায়না নীঙবা ; নরোত্তম — নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় ; বড় – য়ায়া ; দুঃখী

—বারে ; নিতাই—হে নিতাই ; মোরে—ঐবু ; কর—ওইহল্লো ; সুখী—মুংঙাইবা ; রাখ—থম্বিয়ু ; রাঙ্গা—ভাংঙানবা ; চরণের খোঙগী ; পাশ—নাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা— নিতাইগী মখোং-থম্বালদি থা কোটানা পুল্লগা ইংবগুম্না নিংথিনা ইংই, মখোংতুগী মরুমদা তাইবং-পান পুম্বদা মৈশা কোক্লরি। অসিগুম্না নিতাই নত্তনদি, ভাই, রাধাকৃষ্ণবু ফংবা লৈত্রে, চেৎনা নিতাইগী মখোং পায়য়ু। মহাকা মরি লৈনত্রবা মীতুগী মপুন্সিদি অরেম্বদা লেল্লবনি ; মহাকতুদি লমচৎ য়াম্না ফত্রবা শানি। মচীন্দা নিতাইবু শোন্দ্রবা অতুগা সংসারগী ইরাং মুংঙাইবদা মাংজরবা মীতুদি মাগী মহৈ অমদি শাগে জাৎনা করি তৌবা য়াগনি ? অহঙ্কারদা ( ঐ-ঐ হায়বদা ) ময়াই কারতুনা নিতাইগী মখোংবু কাওথোকতুনা অসত্যবু সত্যনি হায়না লৌরহনা লৈরে। নিতাইনা মুংশিবিগনি, অতু ওইরবদি ব্রজদা রাধাকৃষ্ণবু ফংলগনি ; নিতাইগী মখোং অনিতুবু নিংউ॥ নিতাইগী চরণদি অরেপ্পনি, মহাকী সেবকতি নিত্যনি, নিতাইগী চরণবু মতমপুম্বদা আশা তৌও ( ফংগনি হায়না নিংউ )। নরোত্তমদি রাম্না রারে, নিতাই, ঐবু মুংঙাইহনবিয়ু, ভাল্লানবা নখোং-নাক্তা থম্বিয়ু॥

টীকাঃ—

নিতাই-পদ-কমল……জগত জুড়ায়— নিতাইচাঁদগী মখোংদা চংজবা ফংলবা মীতুদি সংসারগী মৈচাক লোইনা কোক্লই।

মৈচাক অসি কোক্লগা মুংঙাইবা ফংলিবা অদুগা থরাই ইংবহুগী মপান লৈখিব্রে। নিত্যানন্দগী তত্ত্ব মথক্তা ইম্বিবদু নিংশিংলগা থংবা ঙম্মি। মহাক্তনা শিল্লবদা কৃষ্ণভক্তি ফংবগী উপায় ওইরিবনি। অদুদগী অমুকস্থু—নিতাইনা সংসারগী মৈচাক কোক্লবা হায়রুনা কৃষ্ণভক্তিবু জীব খুদিংদা তম্বিখি। হৌজিক্তি অদুগুম্বা নিতাই লৈত্রে। অদু ওইরবদি ঐখোয়না করম্না নিতাইচাঁদগী খোজাল মরিক অমতং ফংবা ঙমগনি? নিত্যানন্দনা থুপখ্রবা মতুংদা শ্রীল কবিরাজ গোস্বামীগী মমংদা লাকতুনা শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংনবা য়াথং পিবিখি। মতৌ অদুগুম্না ঐখোয় জীবনা কৃষ্ণভক্তি-দবু ফংজগে হায়না পুক্লিং চপয়ুংনা লেপ্লবদি নিত্যানন্দগী শক্তি আবেশ তৌবা সংগুরু কয়া থেংনবা ফংগনি হায়বদা করি চিংনফম লৈবগে? অহুদগী অমুক—নিত্যানন্দ প্রভুনা তাকপিরম্বা পাওতাক মতুং ইন্না চংজরবদা কৃষ্ণভক্তিরসকী মরিক অমতংদং ফংদুনা মপান-নাইত্রবা মুংঙাইববু করিগী ফংদফম থোকপগে?

হেন নিতাই বিনে....নিতাইর পায়— অসিগুম্বা নিতাই নত্তনদি রাধাকৃষ্ণবু ফংলরোই, অদুনা নিতাইগী মখোংবু চেংনা পায়য়ু। শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্রপ্রভুনা কৃষ্ণভক্তি তাকপা মতমদা নিত্যানন্দ প্রভুনা মাগী মরু ওইবা সহায় ওইখিবনি। অদুনা মহাক্কী মরমদা থংজল্লগা মহাক্না জীববু লানবিনবা হায়রুনা তৌরম্বা থবকপুম্বা থংবা ঙম্মী, অদুগা লোইননা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভক্তিতত্ত্ববু থংবা ঙমগনি। মরমসিনা নিতাইগী মখোং চেংনা পায়য়ু হায়বগী অর্থদি নিতাইগী গুণাবলী অদু নৈনদুনা য়াম্না মুম্না য়োনা থংনবা তৌ হায়রবনি।

সে সম্বন্ধ নাহি যার······পশু বড় দুরাচার—নিত্যানন্দগা মরী লৈনত্রবদি হায়বদি মাগী মরমদা খিজল্লুত্রবদি থংল্লুত্রবনি শা-শলগী ফত্রবা লমচৎ চৎপা মী অমা ওইগনি। নিত্যানন্দবু মশক থংদবা অমদি মাগী মরা তাত্রিবা মী কয়া কয়া পৃথিবী অসিদা লৈ। মখোয়হুদি ঈশ্বরভক্তি ফংবা ওয়রোইদরা ? মহু হায়রবদি য়াদে। অদুদি ধর্ম্ম অমদবু ওইরবস্থু ঈশ্বর ফংনবা নিংথৎলকপা লিপা অদুনা চৎলকপা শাক্ষৎ-দুংচৎতি নিত্যানন্দ প্রভুনা তাক্লস্বা অদুগা মায়না চৎপা ওাক্তনি।

মীগা শাগা করিমত্তা খেন্নদে হায়বা য়াই। অদুবু মীওইবগীদি বুদ্ধি-শক্তি অমা লৈ, মহু শা-শলগীদি লৈতে। বুদ্ধি-শক্তি (থংনবা পাঙ্গল) অসিনা মপান্না মীওইবনা থংবা ওশ্মি—মহাক করিগীদমক পোক্লকপনো, করি তৌহুনা হিংগদগে অমসুং হিংবগী মতম লোইরগা কদাই য়োনবা থোরাংগদৌরিবনো হায়বা অসি-নচিংবা রাসি। ঈশ্বর ভগবানগী লীলা-কারণগীদমক্কী এখোয় জীবনা পোকপনি, মহাক্কী পাখোল পাংখোকপা অমদি মহাকপু নিংবনা জীবগী মথৌনি। ইখো অসি মশক থংদুনা পাংখোক্লবা তৌত্রবদি চাবগা থকপগা মচা-মশু শুরোন তানবা হোৎনবগা হায়বদি চাবগীদমক চানা লাঙ্গি নিংনবগীদমক হিংনবা হায়দুনা চাবা নত্তবা, ধর্ম্মগী সোপান অমনি হায়দুনা য়ুমপানবা নত্তবা, মুপী খিবগীদমক খিরিবনি হায়বা অসি তৌহুনা পুন্সি অসি লোইহল্লবদি শা-শলগী য়ুম্বাল হায়বহু তারে। মদুনা পরলোক-তা মুংওাই-রোইদবগী রাদি থম্বু থমগ্রহুনা ইহলোকতা ইশা ইথন্তগীদা নত্তনা

সমাজগীশু মাংনবা ওইগনি। মরম অদুনা শ্রীনিত্যানন্দগা মরী লৈনব্রবদি হায়বদি মহাক্না তাক্লম্বা শাস্ত্রং মতুং ইন্দ্রবদি ইখ্রিবা লিপাদু য়াম্না লমচৎ-নাইদ্রবা শা অমনি হায়বদা করি কায়বগে ?

বিদ্যা-কুলে কি করিবে তার— অসুম তৌদুনা নিত্যানন্দবু নিংদ্রবা হায়বদি নিত্যানন্দনা তাক্লম্ব লম্বী থাদোক্লবা মী অদুদি কনা বিদ্যা লৈদুনসু শাগৈ জাৎ অফবদা পোক্লুনসু করিবু কায়গদগে ?

বিদ্যা হায়বগী অর্থদি খংবা হায়বনি। মীওইবনা খংকম থোকপা অদুগা মদু খংলগা খংনিংঙাই অতোপ্পা অমা লৈত্রবা অদুগুম্বা জ্ঞান অদুদি ঈশ্বর-জ্ঞান (ঈশ্বর খংবা) হায়বসিনি। লাইরিক লাইশু কনা হৈদুনা অমদি পণ্ডিতশিংগী মচিন্দগী তা-থোক্লুনা তত্ত্বজ্ঞান ফংবা য়াই, মদু পুম্নমক্ত পরোক্ষ-জ্ঞান ফংবনি, প্রত্যক্ষ-জ্ঞানবু ফংবা নত্তে। পরোক্ষ-জ্ঞান অসিবুনি 'বিদ্যা' হায়বা শব্দনা মফম অসিদা পুন্নিবসি; মরমদি প্রত্যক্ষ-জ্ঞানবু (হকথেংননা খঙবা) হায়বা ওইরবদি মদু ফংলবা মীনা সংসারগী মায়াদা নুংঙাই-থোকপা কনাসু য়াওরোই। অদুগুম্বা ভগবান-দা মাই ওনশনহনবা ওমদবা বিদ্যা অদু লৈহুনা করিবু কায়গদগে, হৈতবগা চপ মান্নরে।

'কুল' হায়বা শব্দগী অর্থদি শাগৈ জাৎ হায়বনি, মফমসিদনা খ্বাইদগী ফবা য়ুম্নাক-শাগৈবু হায়রিবনি। ঐথোয়গী হিন্দুজাতিগী মসুংদা ব্রাহ্মণ-না খ্বাইদগী অথোইবা বর্ণ-নি হায়রিবনি। বেদবু মশক খংবা হায়বদি হৈরবা অদুগা ব্রহ্মদা হায়বদি ভগবান্দা চংবা ওমবা সংসারগী মায়া থাদোকপা ওমবা মীবু ব্রাহ্মণ হায়না খংনৈ।

অদুগুম্বা ব্রাহ্মণগী থারা-নালানু ঐথোয়না ব্রাহ্মণ-নি শাগৈ-জাৎ করবনি হায়না লৌনৈ। অদুবু শাস্ত্রনা প্রমাণ পিরি—চণ্ডাল ওইরবসু বৈষ্ণবভক্ত অমা ওইরবদি বৈষ্ণবভক্ত ওইবা ঙমদবা মপা-মমা ব্রাহ্মণগী জাৎনা পোক্লবসু চণ্ডালদুদগী অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ-না হেন্না তোল্লি হায়রি। মরম অদুনা ভক্তি তত্ত্ব থিজন্নবা কৃষ্ণভক্তি ফংনবা হোৎনদবা নিপাদুগী শাগৈজাতি অরেম্বনি।

অহঙ্কারে মত্ত হয়ে····· সত্য করি মানি— ঐ-ঐ হায়বদা ময়াই ফাদুনা নিতাইগী মখোং কাওথোক্লুনা অসত্যবু সত্যনি হায়না লৌরি। ঐনা তৌগদবনি, ঐনা হিংগদবনি, ঐনা চাগদবনি, ঐনা লুংডাইগদবনি, ঐবু চিপ্পবা য়াদে, ঐহাক লৈরিনা অতৈদনা ফংবা য়াদে, অতৈনা ফংগে ফংউ ফংডোই তোকউ, হিংগে হিংউ হিংডোই তোকউ, ঐতদি ফংদবা য়াদে, ঐতদি হিংদবা য়াদে, ময়াম অতৈনা ফংবগী মহুত্তা ঐতনা ফংগদবনি, ঐ হায়বসি মন্না ওইবা অমনি, ঐ লৈত্রবদি জগৎ লৈত্রে, ঐতনা জগৎনি, অম্মুম হায়হনা ইশাগীদমক্তা খনখিবদা ময়াই কারকপ্পখৈ খনখিববু অহঙ্কার কৌই। মস্মুম্না মরম্না ই খনবসি ময়ামগীদমক খনবা ঙমদবসি কনানা তৌবগে হায়বগ্ পরমেশ্বর শ্রীভগবান-দা ভক্তি লৈতবা কাংবুদনা তৌগল্লি। ঐখোয় জীব খুদিংমক অদুদগী হেন্দোক্লুনা অচৎ-চৎতা লৈরিবা পুম্নমক ঈশ্বরগী চিংকণ অংশ ত্তাক্কেনি, ঈশ্বরনা অংশীনি, মপুম ওইবা অংশীগী মচেং খুদিংমক্তা মপুম্গীদমক নিংগদবনি হায়বদি মচেং খুদিং অতৈগীদমকসু খনগদবনি। অদুগুম্বা পুকচেল চেন্নবা মতমদা শ্রীভগবানগী মফমদা ভক্তি কৎপা ঙমগদবনি, অদুতদা

অহঙ্কার কৌবা পল্ অদুবু নমথেকপা ঙমগদৌরিবনি; শ্রীকৃষ্ণ-ভক্তি তান্নবদা সহায় ওইরিবা নিত্যানন্দগী চরণবু নিংনিংবা পোক্লকদৌরিবনি।

শ্রীল নরোত্তমনা হায়রি—মতুদি তৌদগুনা অহঙ্কারদা লুপ্তুনা পুন্সি অসি মাংলে, অদুনা অসত্যবু সত্যনি হায়না লৌরে। শ্রীকৃষ্ণদি সচ্চিদানন্দঘনশ্যামনি; অদুনা সত্য হায়রবদু কনানো করিনো হায়না থিরবদা শ্রীকৃষ্ণভগবান নত্তনা অনী শুদ্রে। মহাক্তনা অরেপ্পনি; অদু নত্তবদি লৈরম্নগা মাংবা নাইবনি, পোকপগা শিবা নাইবনি। অসিগুম্বা তাইবংপানবগী লন-থুমগী সুংঙাইবা হায়রবদু তুং কুইদে, ঙাইহাক সুংঙাইরগা সুংঙাইতবা শরুকন্ন ফংহল্লি। তাইবংপান অসিগী মমাই অনীনি—মতুদি সুংঙাইবা অমসুং অরাবা। রাববা থবক অদুদা সুংঙাইবা য়াওরি অদুগা সুংঙাইবা থবক্তা অরাবা য়াওরি। মসুম্না অরা-সুংঙাই পুন্না লৈনিন্নবা পোৎতাশিংদি সত্য অমতা নত্তে। ঙাইহক্তং সত্য ওইনা উংলম্নগা অমুক হেক্তা অসত্য ওইনা মাংথি। অসিগুম্বা তুং কোইদবা অসত্য ওইবা থবক অমদি পোৎপু—ঐথোয়না ঙাইহক্কংগী ফজবা অমদি সত্য ওইবদুবু—তশেংবা সত্যনি হায়দুনা লৌরগা তাইবংপানবা অসিদা জ্ঞান তাদবমথৈ কোইঙাও ঙাওদুনা চৎলি। অসুম তৌদুনা ঙাওখিবনা কৃষ্ণভক্তি তান্নবগী উপায় অমতা ঙাইরবা শ্রীনিত্যানন্দবু কাওথোকই।

নিতাই-চরণ সত্য, তাঁহার সেবক নিত্য— নিত্যানন্দগী চরণদি অরেপ্পনি, হায়বদি মহাক্কী মথোংদা চংজরবা ভক্তশিংদুদি

লেপ্পমক কৃষ্ণভক্তি ফংলগদবনি। মহাক্কী মখোং সেবা চৎচরিবা মীছুদি নিত্য অরেপ্পনি, হায়বদি মহাক্কী সেবক ওইরবদি লেংদবা ভক্তি ফংখিছনা সংসারগী মায়াদা অমুক হন্নক্তরে অছুনা নিত্য সত্য ওইরবা সচ্চিদানন্দঘনশ্যাম শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিরস চুপ্তুনা ইহলোক-পরলোক অনীমক্তা লৈবা ওম্মে।

নরোত্তম বড় দুঃখী— সংসার মায়াদা তাওছনা লৈরে; নিতাইচাঁদগী চরণসেবা ফংদরে, শ্রীকৃষ্ণ—প্রীতি মশক থংদ্রে, অদুদা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবস্থু ওমদ্রে; মরম অসিনা য়াম্না ৱারে নংসে হায়রিবনি।

নিতাই মোরে কর সুখী— সংসার-মায়া থাদোকতুনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী চরণবু নিংদুনা ভক্তি চৎচবা ওন্নবদি সুখী (মুংঙাইবা) ওমগনি; মদুগুম্বা মুংঙাইবদু শ্রীল নরোত্তম ঠাকুরনা নিজরি।

---

১২

ওরে ভাই! ভজ্ঞ মোর গৌরাঙ্গ-চরণ
না ভজিয়া মৈনু দুঃখে ডুবি গৃহ-বিষকূপে
দগ্ধ কৈল এ পাঁচ পরাণ॥
তাপত্রয়-বিষানলে অহর্নিশি হিয়া জ্বলে
দেহ সদা হয় অচেতন।
রিপুবশ ইন্দ্রিয় হৈল, গোরা-পদ পাসরিল
বিমুখ হইল হেন ধন॥

হেনগৌর দয়াময় ছাড়ি সব লাজ-ভয়
কায়মনে লওরে শরণ।
পামর দুর্ম্মতি ছিল তারে গোরা উদ্ধারিল
তার হৈল পতিতপাবন ॥
গোরা দ্বিজ নটরাজে বান্ধহ হৃদয়-মাঝে
কি করিবে সংসার-শমন।
নরোত্তম দাস কয় গোরা-সম কেহ নয়
না ভজিতে দেন প্রেমধন ॥

## শব্দার্থ

ওরে ভাই—হে ইচিন-ইনাওশা; ভজ—নীঙস্তু; মোর—ঐগী; গৌরাঙ্গ-চরণ—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী খোঙ; না ভজিয়া—নীঙদহনা; মৈনু—শিরে; দুঃখে—অংঙাইতবনা; ডুবি—লূপ্তুনা; গৃহ-বিষকূপে—য়ুম কোবা হূগী কূহাদা; দগ্ধ কৈল—চাকথেক্লে; এ—অসী; পাঁচ—মঙা; পরাণ—থরাই; তাপত্রয়—মৈচাক অহুমগী; বিষ-অনলে—হূগী মৈনা; অহর্নিশি—অহিং অুংথিল চূপ্পা; হিয়া—থম্মোই; জ্বলে—চাকয়ি; দেহ হকচাঙ; সদা—মতম পুম্বদা; হয়—ওই; অচেতন—পঙথবা; রিপুবশ—য়েক্লবনা খুতহুম চল্লবা; ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রি; হৈল—ওইরে; গোরাপদ—শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণ; পাসরিল—কাউথোক্লে; বিমুখ—মাই ওংথোকপা; হইল—ওইরে; হেন—অসিগুম্বা; ধন—লন্না; হেন—অসিগুম্বা; গৌর—গৌরদি; দয়াময়—

চান্‌বিহৈবনী ; ছাড়ি—থাদোক্লুনা ; সব—পুম্বা ; লাজ ভয়—ইকাই-ইকি ; কায়মনে—হকচাং অমস্তুং পুক্নীঙ য়াওনা ; লওরে—লৌও ; শরণ—চঙজবা ; পামর—পাপী ; দুর্মতি—পুকফত্তবা ; ছিল—লৈরম্বা ; তারে—মহাকপু ; গোরা—গৌরাঙ্গনা ; উদ্ধারিল—লান্‌বিরম্নে ; তার—মহাক্নী ; হৈল—ওইরে ; পতিতপাবন—তোল্ল-তারববু লান্‌বীবা মপু ; গোরা—গৌরাঙ্গ ; দ্বিজ—ব্রাহ্মণ ; নটরাজ—জগোই-হৈববু ; বান্ধহ—কাজন্থুনা থম্মু ; হৃদয়-মাঝে—থম্মোইমুংদা ; কি—করি ; করিবে—তৌজরগনী ; সংসার-শমন—সংসারগী যমগনা ; নরোত্তম দাস কয়-নরোত্তম দাসনা হায়জৈ ; গোরা সম—গৌরগা মান্নবা ; কেহ—কনামা ; নয়—লৈতে ; না ভজিতে—নীঙথ্রিদৈঙদা ; দেন—পী ; প্রেমধন—গৌরবু হায়বদি কৃষ্ণবু মুংশিবা হায়বা লন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা— হে ভাই, ঐগী গৌরাঙ্গ চরণবু নিংউ। মিংদত্নুনা রাবনা শিরে, য়ুম হায়বা হু-গী কুহাদা লুপ্তুনা থরাই মঙাসি চাকহল্লে। তাপ মখল অহুমগী হুগী মৈনা অমিং-মুংথিল থম্মোইসি চাক্লে, হকচাংসি মতম পুম্বদা অচেতন (মখম খংদবা) ওইরে। ইন্দ্রিয়স্তু রিপুনা থুহুম চল্লে, গৌরাঙ্গগী চরণবু কাওরে, অসিগুম্বা লনবু পাম্নদরে। গৌর অসিদি থোজালহৈবনি, ইকাই-ইকি লোইনমক থাদোক্লুনা পুক্নিং হকচাং য়াওনা চংজরো। পাপী মরোতোবা মী লৈরম্বত্ত গোরানা লানবিখি, মহাক্নীদি গোরানা পতিতপাবন ওইরবনি। গোরা দ্বিজ নটরাজবু

থম্মোই-মুংদা পুনশন্দুনা থম্মু, সংসার অমমুং শমন-না (যম-না) করি তৌজরগনি? নরোত্তম দাসনা হায়রি—গোরাগা মানবা কনামতা লৈত্রে, নিংফাজিরিঙৈনা প্রেমধনবু পিখিয়ে।

টীকা:—

ডুবি গৃহ-বিষকুপে দগ্ধ কৈল এ পাঁচ পরাণ— য়ুম্না বিষ-কূপনি (হুগী কুহানি); হু চারগা মী শি, চাবগা হেক শিদে; শিত্রিঙৈগী মমাংদা য়াম্না চাক্তনা মৈচাক রানা থাংহনা লৈ। কুহাদা মী তারবদি কাথংপা রাই; অতৈনা উত্রবদি মঙ্গুংদা অহুম তাদুনা লৈবনা কোন্থংদদি শি। হেক তাবগদি শিদে, শিত্রিঙৈগী মমাংদা য়াম্না রানা লাক্লহনা লৈ। মসিগুম্বা কুহাসি হুগী ওইরবদি অরাবগী শরুক অদু অনি ওইরে, মরমদি ইশিং মঙ্গুংদা তাহনা কাথংপা ঙমদবগী রাবনে, অমমকস্মু কদাইপো হায়রবদা শরুক অনি তুনা রারে। মসিগুম্না শরুক অনী তুনা রাবসি য়ুম্বানবা সংসার অসিদা চংলবা মীনা ফংই। ঐখোয়না মুপী খিহনা ইচা-ইশু পোক্লে। মতমদুদা মখোয়বু য়োক-থারবা হায়হনা য়াম্না কন্না হোংনরকই; অহুদগী মখোয়গীদমক খনখিবনা মী অতৈবু মুংশিরক্তবা পোক্লকই। অয়াম্বা মতমদা মখোয়বু হন্দোক্তনা থাদোকপস্থ ঙমদে। য়োকপস্থ ঙমদে থাদোকপস্থ ঙমদে; অস্থুম্না ঙমদবা অমগী রাববু থাংগদরা হায়রিঙৈদা ঙমদবা অমমুকীস্থ হাপচন্নকই। অদুনা ঙমদবা অনীনা চপ্তনা রাবগী প্রমাণদি হুনা থল্লবা কুহামুংদা তাবগুম্বনি। মস্থুম্না রাবদগী থরাই মঙামক ভৌহনা তুমত্রিবা ফাওবা চাকই।

অশুম তৌদ্রুনা মুমপানবগী মহুত্তা শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণবু ভজন তৌরবদি রারোইদৌবনি। মরমদি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা অবতার তৌবগী কারণ অমদি পাপী-তাপীবু লানবীবনি। মহাক্না জগাই-মাধাইনচিংবা পাপী-তাপীবু লানবিখি। অমুক য়াম্না খৌজাল হৈবা মহাকী মকমদা চংজরবদি ঐখোয়স্থু শোইদনা গৃহ-বিষকূপ অসিদগী উদ্ধার ফংগনিয়ে। অদু নত্রবদি 'না ভজিয়া মৈনু দুঃখে' হায়রগুম্না অরাবনা নংহ্নদা শিদ্রিবফাওবা লৈবা তারে।

তাপত্রয়—মৈচাক অহুম হায়বনী। মখোয়হুদি আধিদৈবিক, আধিভৌতিক অমসুং আধ্যাত্মিক তাপ হায়বসিনী। নোং কা হেন্না চুবা, নোং ইতা তাদবা, বজ্র তাবা, অমদি উল্কাপাতনচিংবদগী পোকপা অরাববু আধিদৈবিক তাপ কৌয়ি। পঞ্চভূতশিংদগী নত্রগা শা-কৈনচিংবদগী থোরকপা উপদ্রব, অকিবা অমদি অরাবা মৈচাকপু আধিভৌতিক তাপ কৌয়ি। ব্যাধিদগী (অনা-অয়েকপী) পোকপা হকচাঙগী মৈচাক, মুংশিবা মীগা খায়ন-কায়নবদগী পোকপা অরাবা মৈচাক, মিংচৎ-খীবা অমসুং লন-থুম মাঙবদগী পোকপা পুক্নীঙগী অরাবা—অসিনচিংববু আধ্যাত্মিক তাপ কৌয়ি।

ঐখোয় মীওইবসে মৈচাক অহুমসিনা চাক্নুনা য়াম্না রাগি।

দেহ সদা হয় অচেতন— হকচাং অসি মতম পুম্বদা অচেতন ওইয়ে, হায়বদি মকম খংদরে ইপং-পংখৎরে। আত্মাদি চেতন ওইকম থোকপনি। অদুবু তাপ অহুম্না চাক্নুনা আত্মাগা দেহগা

অনীগী মরক্তা লৈয়িবা সম্বন্ধ মরীচু কাওথোকথিদ্রুনা আত্মা য়াওত্রবা অশিবগী দেহগুম্না ইপং-পংথথরে।

রিপুবশ ইন্দ্রিয় হৈল— ইন্দ্রিয় পুন্নমক রিপু ( য়েক্লবা ) তক্কী মথা পোনখ্রে। কাম ( অপাম্বা ), ক্রোধ ( অশাওবা ), লোভ ( মিহৌবা ), মোহ ( পংথবা ), মদ ( ময়াইকাবা ), মাৎসর্য্য ( অতোপ্পগী চাওখৎপা ফজবা উরগা খম্বন্বা ) কৌবা পুক্নিংগী য়েক্লবা তক্লি। মখোয়না পুক্নিংবু মাইথীবা পীদুনা খুদুম চন্খ্রে। অদুনা মখোয়না হায়বা য়াপং মতু'ইন্না পুক্নিংনা কর্ম্ম তৌনবা ইন্দ্রিয় মঙাবু অমসুং জ্ঞান তান্নবা ইন্দ্রিয় মঙাবু আধ্যাত্মিক জ্ঞান তান্নবদগী অমদি কর্ম্ম তৌবদগী হোইদোক্তুনা পুখ্রে; শেরান্নবা জ্ঞান তাহললে, শেরান্নবা থবক ঙাক্তা তৌহল্লে। অসিনা অসত্যবু সত্যনি হায়না খল্লহল্লে অমদি তৌহল্লে।

হেন ধন— অসিগুম্বা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী চরণগী মশক ওইবা লন।

ছাড়ি সব লাজ ভয়— ইকাই-ইকি লোইনা থাদোক্তুনা। শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুদি খোজাল য়াম্না হৈবনি। অদুনা মঙোন্দা চংজবদা করিমতা ইকাইফম অমদি কীফম লৈতে। ইকাইদোরিবা অদুগা কীগদোরিবগী মরমদি ঐখোয়না মায়াগী মখা পোন্দুনা পাপকী লম্বেন্দা চৎলুবদু মহাকপু কাউথোক্তুনা চৎলুবনি। অদুদা অদুক হঙ্গন্দুনা মাগী মফমদা খোজানবিয়ু হায়রুবদা য়াবিরক্লবদি ইকাইশিরা কীশিরা হায়না খঙানবা তৌফম থোক্তে, মরমদি মাদি দয়াময়নি অদুনা চংজরকপা মীবু কদায়ুংদসু চানবিদবা লৈতে।

**কায়মনে লওরে শরণ—** চংজবদদি থরাই-হকচাং পুন্নপ নত্রবদি য়াদে। মাদি অন্তর্য্যামীনি, অতুনা ঐখোয়গী থম্মোইসুংদা নিংলিবা পুন্না থংবনিনা ঐখোয়না থরাই য়াওনা মাবু নিংনিংদবগী মতিক নিংহন্দে, অসুম্না নিংনিংদবহ্ অতুম মাগী থৌজান্না নিংগম্হ্ হায়হ্না মপুক্লিং থুংহল্লি। অতুদা মাংজবদি ঐখোয়তনা মাংজৈ। অতুনদি ঐখোয়না চংজবদা পুক্লিং-হকচাং পুন্না চংবা তাই।

**কি করিবে সংসার-শমন—** সংসার-মায়া অমসুং শমন-না করি তৌরগনি? গৌর প্রভুগী চরন্দা থরাই কংলবা মীহ্নদি সংসারগী মৈচাক মথল অক্লম্নসু অতুগা যম-নসু করিমতা তৌবা ঙমদ্রে। গৌরচন্দ্র প্রভুগী কৃপানা ঐখোয়না কৃষ্ণভক্তি ফংলগনি, অদু ওইরবদি সচ্চিদানন্দঘনশ্যামগী আনন্দরস মরিক অমতংদদি মফংলগনি অমসুং অদুগুম্না আনন্দদা লুপ্লবা মীহ্নদা সংসারগী তিত্রাপ চংবা ঙমদ্রে অমসুং শিরবা মতমদসু পরমপদ ফংবা মরম্না যমনা মীহ্নবু লাক্লবা ঙমদ্রে। অজামিলগী রারি নিংশিংলগা ঐখোইনা থংবা ঙম্মি—বিষ্ণুভক্তবু যমদূতনা করিমতা তৌবা ঙমদে।

গোরাসম কেহ নয়— শ্রীগৌরাঙ্গচন্দ্র প্রভুগা মান্নবা কনামত্তা লৈতে হায়বদি জীববু লানবিহৈবদা মাগুম্না অতৈ অমা লৈত্রে হায়বনি। মরমদি মহাজনন্তি 'না ভজিতে দেন প্রেমধন' হায়বা পদসিদা য়াওরিবা অসিগী মতুংইন্না মাবু ভজন তৌফাত্রি-দ্রৈঙ্গদা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন অদু জীবশিংদা পিবিয়ে। কনাগুম্না মী অমদা ঐবু চানশিনবিয়ু নুংশিবিয়ু হায়রবদা ঐগী হ্নদি শেংলবরা শেংত্রিবরা অসিনচিংবা চাং য়েংহ্নুনা লৈগনি অতুনা মতম য়াম্না

তুইনা হায়জ-খোংচরগা চান্‌বিয়ু হায়বদা য়াবিগনি। অহুবু গৌরচন্দ্র প্রভুদি কয়ামুক খোজাল হৈবগে হায়ববু মাঙোন্দা চংজফাত্রিভৈনা পাপী-তাপী ওইরবা ফাওবদা পাক হেক্তা চানবি লৌশিনবি। মরমসিনা মাগা মান্নবা কনা লৈতে হায়বনি।

---

১৩

শ্রীগৌরাঙ্গের দুটী পদ যার ধন সম্পদ
সে জানে ভক্তি-রস-সার।
গৌরাঙ্গের মধুর লীলা যার কর্ণে প্রবেশিলা
হৃদয় নির্ম্মল ভেল তার॥
গৌরাঙ্গের নাম লয় তার হয় প্রেমোদয়
তারে মুঞি যাই বলিহারি।
গৌরাঙ্গ গুণেতে ঝুরে নিত্যলীলা তারে স্ফুরে
সে জন ভকতি-অধিকারী॥
গৌরাঙ্গের সঙ্গিগণে নিত্যসিদ্ধ করি মানে
সে যায় ব্রজেন্দ্রসুত-পাশ।
শ্রীগৌড়মণ্ডল-ভূমি যেবা জানে চিন্তামণি
তার হয় ব্রজভূমে বাস॥
গৌর-প্রেমরসার্ণবে সে তরঙ্গে যেবা ডুবে
সে রাধামাধব-অন্তরঙ্গ।
গৃহ বা বনেতে থাকে হা গৌরাঙ্গ বলে ডাকে
নরোত্তম মাগে তার সঙ্গ॥

## শব্দার্থ

শ্রীগৌরাঙ্গের শ্রীগৌরাঙ্গগী ; দুটী—অনী ; পদ—খোঙ ; যার—মহাক্কী ; ধন সম্পদ—লন্-থুম ; সে—মহাক ; জানে—খঙডী ; ভক্তিরস-সার—শ্রীকৃষ্ণভক্তিরসগী মচি ; গৌরাঙ্গের—শ্রীগৌরাঙ্গগী ; মধুর—থুম্নবা ; লীলা—শান্নরম্বা থৌদো ; যার কনাগুম্বগী ; কর্ণে-নাকোঙদা ; প্রবেশিলা—চঙখ্রবা ; হৃদয়—থম্মোই ; নির্ম্মল—শেংলবা ( সংসারগী রাখন্না মক্তুবা ) ; ভেল ওইরে ; তার-মহাক্কী ; যে—কনাগুম্বনা ; গৌরাঙ্গের—গৌরাঙ্গগী ; নাম—মিংথৈ ; লয়—লৌয়ি ( অদু ওইরবদি ) ; তার—মহাক্কী ; হয়—ওই ; প্রেম-উদয়-কৃষ্ণপ্রেম পোকপা ; তারে মহাকপু ; মুঞি—ঐনা ; যাই বলিহারি—থাগৎপদা ঐগী রাহৈতনা রাংলি ; গৌরাঙ্গগুণেতে—গৌরাঙ্গগী গুণ্না ; ঝুরে কপ্পী ; নিত্যলীলা—শ্রীকৃষ্ণগী নীতিগী শান্নরিবা লীলাদু ; তারে—মঙোন্দা ; স্ফুরে-ফোং লাউনা কাওয়ি ; সে জন—মী অদো ; ভকতি-অধিকারী—ভক্তি চংপগী মতীক চাবা মীনী ; গৌরাঙ্গের—গৌরাঙ্গগী ; সঙ্গিগণে—লোয়নবশিংবু ; নিত্যসিদ্ধ—মতম পুম্বদা সিদ্ধ ওইরবা ; করি—ওইহন্দুনা ; মানে—য়ারবা ; সে—মহাক্না ; যায়—চংলী ; ব্রজেন্দ্রসুত—ব্রজলিংথৌ মপারিগী ; পাশ—নাক্তা ; শ্রীগৌড়মণ্ডল ভূমি—শ্রীগৌড়মণ্ডল লমদমু ; যেবা—কনাগুম্বনা ; জানে—খঙলবা ; চিন্তামণি স্পর্শমণি ; নীঙবা থুংহনবা মণি নত্রগা রত্ন মথল অমনী (হায়না) ; তার—মহাক্কী ; হয়—ওই ; ব্রজভূমে—ব্রজধামদা ; বাস—

লৈবা ; গৌরপ্রেমরসার্ণবে—গৌরপ্রেমরসগী সমুদ্রদা ; সে তরঙ্গে —ঈথক অদুদা ; যেবা—কনাগুম্বনা ; ডুবে—লূপ্পী ; সে—মহাক ; রাধামাধব-অন্তরঙ্গ—শ্রীরাধামাধবকী মনুঙ্ঙহন্‌জন্‌বা অচানবা মীতানী ; গৃহে—য়ুমদা ; বা - নত্রগা ; বনেতে—বন দা ; থাকে—লৈ , হা গৌরাঙ্গ—হা গৌরাঙ্গ ; বলে—হায়দুনা ; ডাকে—কৌয়ি ; নরোত্তম—শ্রীনরোত্তম দাসনা ; মাগে—নিজরি , তার মাগী ; সঙ্গ—লোয়নবা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা— শ্রীগৌরাঙ্গগী মথোং অনীদুনা মরল ওইরিবা মী অদুনা ভক্তিরসকী মচি মশক থংই : গৌরাঙ্গগী থৃমবা লীলাদু মনাকোংদা চংখ্রবা মীদুগী থম্মোইদি অমোংপা মরিক অমতা চেন্দ্রে। গৌরাঙ্গগী নাম শোল্লিবা মীদদ প্রেমভক্তি পোক্লবনি, মাবু ঐনা নুংঙাইবগা লোইননা থাগৎপদা ঐগী রাহেনা মরাৎলি। গৌরাঙ্গগী গুণনা থম্মোই পেৎলবা মীদুদা ( শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী ) নিত্যলীলা অদু ফোংদুনা লৈ, মহাক্না ভক্তি চৎপগী অধিকারী ওই। গৌরাঙ্গগী সঙ্গীশিংবু নিত্যসিদ্ধনি হায়না থাজরবদি অদুগুম্বা জীবনা ব্রজরাজ নন্দগী মচানিপা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়োই। শ্রীগৌড়মণ্ডল কৌবা লমসিবু চিন্তামণিনি হায়না থংবা মীদুদি ব্রজধামদা লৈবা ফংই। গৌরপ্রেমরসকী ইয়াইদুংদা হৌরকপা ইথকুংদা লুপ্পবা মীদুদি রাধামাধবকী অন্তরঙ্গা ( মনুং চনবী ) সখী মঞ্জরী ওই। য়ুমদবু লৈরবসু বন-দবু লৈরবসু 'হা গৌরাঙ্গ' হায়না শোল্লিবা মীদুগী সঙ্গবু নরোত্তমনা নিজরি।

টীকাঃ—

ভক্তিরস সার— শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা অবতার তৌবগী কারণদি শ্রীরাধাগী প্রেম আস্বাদন তৌগে অমদি ময়ামদা তাকপিগে হায়বনি হায়না মথক্তা নৈনখরে। প্রেমভক্তিগী খময়োবা মতাংদি হায়বদি রসরাজগী প্রেম-রসকী মচিদি গৌরাঙ্গপ্রভূগী মফমদা চংজরবা মনাইনা খংবা ওম্মি।

হৃদয় নির্ম্মল ভেল তার— মাগী থম্মোই শেংলে। কনাগী থম্মোইনো ? গৌরাঙ্গ প্রভুগী লীলাবু তারবা মীগী থম্মোইনি। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অমদি শ্রীশ্রীচৈতন্যভাগবত অনীসিনা মরু ওইনা চিংদুনা চৈতন্য প্রভুগী গুণ-কীর্ত্তন ইরিবা লাইরিক ময়ামদগী পারুরগা নত্রগা তারুরগা ঐখোয়না কৃষ্ণপ্রেম করিনো হায়বা, কৃষ্ণভক্তি তানগে হায়রগা করম্বা মওংদা চংকদগে হায়বনচিংবা খংবা ওম্মি। অদুদা নত্তনা কৃষ্ণবিমুখ ওইরম্বা থম্মোই অদু সংসার-বিমুখ ওইরকুনা বাসনা কৌবা অমোংপদু কোকুনা 'হৃদয় নির্ম্মল' হায়বদু ওইরকই।

যে গৌরাঙ্গের নাম.........বলিহারি— গৌরাঙ্গগী নাম শোল্লিবা মীহুগীদি প্রেম পোকই, মাবু ঐনা থাগৎপদি ঐগী থাগৎনবা রাহৈতনা মরাংলি। শ্রীগৌরচন্দ্রগী নাম শোনবদা প্রেম-ভক্তি পোক্তবা পাপী তাপী নৈ। ঐখোয় অয়াম্বনা মাগী নাম শোল্লগা কৃষ্ণভক্তি তৌনিংবা পংনা য়াওদে, ভক্তশীংদা চল্লগদবা নত্রগা চল্লবা মীহুতনা ভক্তি অসি ফংবনি। অদুনা মতুগুম্বা মরাইবকফবা মীহুবু থাগৎনবা রাহৈদি থিরুবদা রাহৈতনা রাংলি।

গৌরাঙ্গগুণেতে ঝুরে……ভকতি-অধিকারী—গৌরাঙ্গ প্রভুগী গুণ শক্ত-তাবদা মপুক্কিং পেৎপা ভয়বা মীহুদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিত্যলীলাদু থনুংদা ফাওরবনি, মহাকুম্বদনা ভক্তি ফংবগী মতিক চান্নবনি, ভক্তিতনা থরাই ওইরিবা মীদি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী লীলা তাক্লবা অমদি মাগী গুণগী মরমদা রারি-রাতাই শাহুনা লৈরুরবদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতী রাধিকাগা লোইননা নিতিগী শান্নরিবা লীলাদু নিংশিংলকই মতুগা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী লীলাহুমকপু শ্রীকৃষ্ণগী লীলামক্কি হায়না থম্মোইগুংদা পাল্লকই। মহুগুম্বা মীতনা ভক্তিদা চংনবা অধিকার ফংলবনি।

গৌরাঙ্গের সঙ্গিগণে— শ্রীগৌরাঙ্গগী লীলা পরিকর ওইরিবা ভক্তশিংবু।

নিত্যসিদ্ধ করি মানে— মতম পুম্নমক্তা সিদ্ধ ওইরবনি হায়না থল্লি। ভক্তিসি মথল অনী থোকই, মহুদি:— সাধক অমস্বুং সিদ্ধক। ভক্ত ওইগে হায়হুনা হোৎনরিবা হায়বদি নববিধা ভক্তিদা ভজন তৌহুনা সাধন তৌরিবা মীতাহুবু সাধক কৌই। অসুম অসুম সাধন তৌরকপহুনা ভক্তি ফংলহুনা অমদি পরমেশ্বরগী নাক্ত লৈবা পরমপদ ফংবা হায়বহু ফংলবা ভক্ত জাৎ অদুবু সিদ্ধক হায়না থংনৈ। সিদ্ধভক্তশিংগী মফুংদসু অমুক স্বয়ং পরমেশ্বর ভগবানগী নিত্যলীলাগী পরিকর ওইরবা অদুগা অবতার তৌবা মতমদা মীওইবগী মূর্ত্তি লৌরহুনা অদুম লোয়মিন্নরকপা ভক্ত মথল অমমুক য়াওরি। মথোয়নসিনা অপ্রকট ব্রজলীলাদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা মপুং ফানবা থৌগল তৌই অদুগা প্রকট লীলাদসু অদুম

লীলাগী মতেং পাংই। ব্রজলীলাদা সখী মঞ্জরী ওইরম্বীশিংদুনা নবদ্বীপ-লীলাদা নিপা ওইনা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী পার্ষদ ওইনা অবতারদা য়াওমিন্নরকই। অদুনা মাগী সঙ্গীশিংসি নিত্যসিদ্ধনি, ভক্তি ফংনবা সাধন তৌদ্রবা ভাক্তনি। রাখল অসি লাম্বা ফংলবা মীহুদি ব্রজেন্দ্রগী মচানিপা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা চৎলি, হায়বদি কৃষ্ণভক্তিসু কৃষ্ণসু অনিমক ফংই।

শ্রীগৌড়মণ্ডল-ভূমি—শ্রীনবদ্বীপধাম-বুনি।

যেবা জানে চিন্তামণি—চিন্তামণি-নি হায়না খংবা মীহু। চিন্তামণি হায়বদি মীওইবনা খনগদবা অমসুং ফংগে হায়না নিংবা মণি। মণিগুম্না মমল ভাংলবা মথক্তা অমা লৈত্রবা, মীওইবনা পুন্সিগী খনফম থোকপা পোত্তি শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ লৈত্রে। মরমদুনা চিন্তামণি ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী ধাম ব্রজ-বৃন্দাবনসিসু চিন্তামণিধাম-নি। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু শ্রীকৃষ্ণমক্তি হায়বসি খংলবা অদুগা মাগী পরিকরশিংবু শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধ ওইরবা পরিকরশিং-হুনি হায়না খাজরবা মীহুদি শোইদনা শ্রীনবদ্বীপ ধামবু শ্রীবৃন্দাবন-গুম্বা চিন্তামণিধাম অমনি হায়না খংবা ঙম্নগনি। মদুম্না খংবা ঙম্লবা মীহুদি লেপ্পমক ব্রজভূমিদা বাস তৌই।

গৌর-প্রেমরসার্ণবে—গৌরচন্দ্র প্রভুগী প্রেমরসকী ইচাও-ইয়াইদা হায়বনি। প্রেমরস-দা ইশিং ওইরগা ওইরিবা সমুদ্রনি। সমুদ্রদদি ইথক অসি মওং মওংদা অমসুং মতম পুম্বদা হোই। সমুদ্রনা ইথক হৌবসি মুংঙাইহুনা হৌরিবনি। গৌরচন্দ্র প্রভুগী প্রেমরস চুপ্লবা মীগী পুক্নুংদদি মওং মওংগী মুংঙাইবা মতম পুম্বদা ফংই।

সে রাধামাধব-অন্তরঙ্গ— গৌরচন্দ্র প্রভুগী প্রেমরসবু চুপ্লবা মীহুদি শ্রীরাধামাধবকী মন্নুং য়োনা থোগল্লিবা ভক্ত অমা ওইবা শোইদনা ঙমলবনি।

গৃহে বা বনেতে থাকে—য়ুম নত্রগা বন-দা লৈরবসু। হিন্দুগী পুন্সিসি আশ্রম মরি থোক্লা থাই, মহুদি :- ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমসুং যতি (সন্ন্যাস) অসিনি। ব্রহ্মচর্য্য-আশ্রমদা ব্রহ্মচারী ওইদুনা ওঝা গুরুগী মফমদা লাইরিক-লাইশু তম্মৈ। অদু লোইরবদা য়ুম পাল্লি; মতাংসিবু গার্হস্থ্য-আশ্রম কৌই। অদুদগী অহল ওইরক্লবা মতমদা বন-দা লৈদুনা ধর্ম্মগী থবক তৌই। মসিবু বানপ্রস্থ কৌই। অদুদগী অহল য়াম্না ওইশিল্লক্লবা মতমদা ধর্ম্মগী থবক পুম্নমক থাদোক্লুনা লাইনিংদুনা লৈ; মতাংঙবু যতি নত্রগা সন্ন্যাস কৌই। গার্হস্থ্যগী মতাংদা গৃহস্থ (য়ুম্বানবা মী) অমা ওইবসি সংসারগী মায়াদা লুপখিদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিদা পুক্নিং চংবা ফংনদে; ফংবা য়াওরবসু য়াম্না রানা ফংনৈ হায়রদুনা অয়াম্বনা বনদা চত্লুনা সন্ন্যাস ধর্ম্মনচিংবা চৎনৈ। য়ুমদা ওইরবসু বন-দা ওইরবসু হায়বদি গৃহস্থনসু সন্ন্যাসীনসু হা গৌরাঙ্গ হায়না শোল্লিবা মীহু ভক্ত অথোইবনি। গৃহস্থ ওইনা ওইনা লাই নিংবা ঙম্লবা মীহুদি ভক্ত অথোইবা অমনি, মতু-মচা, লন-থুম্মা মাবুদি করিমতা লাকশনবা ঙমদ্রবনি, মাদি মায়াগী মনাই ওইবদি লাইরবুনা মায়ানদুম মাগী মথাপোল্লবনি। মীরক্তা য়ুম্লক্তা লৈরগা পুক্নিং রারকপা ঙমদে হায়রদুনদুম উমং-রামংদা লৈদুনা লাই নিংনরিবনি। অদুবু উমংদা লৈনা লৈনা কৃষ্ণভক্তিবু

লৈত্রবদি করিমতা কান্নদে; বৈষ্ণবী মীরাবাঈনা হায়রম্মী—মীরা কহে বিনা প্রেমসে না'হি মিলে নন্দলালা; মীরানা হায়জরি প্রেমভক্তি নত্তনা নন্দলালাবু ফংবা য়াদে। শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতাদসু হায়রিবনি, 'নিরগ্ন' (মৈ হৌদবা হায়বদি যুম লিংহুনা লৈতবা) ওইবা মী ওাক্তনা কৃষ্ণভক্ত ওইদে, সংসারদা লৈহুনা কর্ম্মফলগী আশা থাদোক্তুনা লৈবা মীনা ভক্ত অথোইবনি হায়না।

নরোত্তম মাগে তার সঙ্গ—মথক্তা হায়খ্রিবা গৌরাঙ্গবু নিংবা গৃহস্থ নত্রগা বনবাসী সন্ন্যাসী অতুগা তিন্নজবহ নরোত্তম ঐনা ফংজগে হায়জরি। সাধুগী কৃপাতনা কৃষ্ণভক্তি ফংবা য়ারিবনি। গৌরাঙ্গগী ভক্তশিংদি সম্পূর্ণন ওাক্তনি। মরমসিনা শ্রীলনরোত্তমনা মাদুগুম্বা মীগী সঙ্গ ফংগে হায়না নিংজরিবনি।

---

১৪

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু দয়া কর মোরে।
তোমা বিনে কে দয়ালু জগৎ সংসারে॥
পতিত-পাবন-হেতু তব অবতার।
মো সম পতিত প্রভু না পাইবে আর॥
হা হা প্রভু নিত্যানন্দ প্রেমানন্দে সুখী।
কৃপাবলোকন কর আমি বড় দুঃখী।
দয়া কর সীতাপতি অদ্বৈত গোসাঞি।
তব কৃপাবলে পাই চৈতন্য নিতাই॥

হা হা স্বরূপ সনাতন রূপ রঘুনাথ।
ভট্টযুগ শ্রীজীব হা প্রভু লোকনাথ॥
দয়া কর শ্রীআচার্য্য প্রভু শ্রীনিবাস।
রামচন্দ্র সঙ্গ মাগে নরোত্তম দাস॥

## শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী সন্ন্যাস নাম ; প্রভু—ইবুংঙো ; দয়া কর—থৌজানবিয়ু ; মোরে—ঐবু ; তোমা—নহাক ; বিনে—নত্তনা ; কে—কনানা ; দয়ালু—থৌঅালহৈবা ; জগৎ সংসারে—তাইবংপানদা ; পতিত-পাবন হেতু—সংসার কুহাদা পুথরবা মীবু লানবীনবগী দমক ; তব—নংগী ; অবতার—নোংঙুস্বা ; মো সম—ঐগা মান্নবা ; পতিত—তোক্ল-তারবা ; প্রভু—ইবুংঙো ; না পাইবে—ফংলরোই ; আর—অতৈ ; হা হা প্রভু—হে ইবুংঙো ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ ; প্রেমানন্দে—কৃষ্ণ নত্রগা গৌরপ্রেমগী নুংঙাইবদা ; সুখী—নুংঙাইরিবা ; কৃপা-অবলোকন—থৌজানগী মীৎয়েং ; কর—তৌরো ; আমি—ঐহাক ; বড়—য়াম্না ; দুঃখী—রাবা ( ওইরে ) ; দয়া কর—থৌঅালবিয়ু ; সীতাপতি—সীতাদেবীগী মপুরোইবা অদ্বৈতাচার্য্য ; অদ্বৈত গোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য গোস্বামী ; তব—নহাকী ; কৃপাবলে—থৌজান্না পাঙ্গন ওইরগা ; পাই—ফংঙী ( ফংগনী ) ; চৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ; নিতাই—শ্রীনিত্যানন্দবু ; হা হা স্বরূপ—হে স্বরূপদামোদর ; সনাতন—হে সনাতন ; রূপ—

হে শ্রীরূপ গোস্বামী ; রঘুনাথ – শ্রীরঘুনাথ দাস ; ভট্টযুগ – ভট্ট অনী ( শ্রীগোপাল ভট্ট অমসুং শ্রীরঘুনাথ ভট্ট ) ; শ্রীজীব – শ্রীজীব গোস্বামী ; হা প্রভু লোকনাথ – শ্রীলোকনাথ গোস্বামী প্রভু ; দয়া কর – থৌজানবিয়ু ; শ্রীআচার্য্য – শ্রীআচার্য্য ; প্রভু – প্রভু ; শ্রীনিবাস – শ্রীনিবাস ; রামচন্দ্র – শ্রীরামচন্দ্র গোস্বামী ; সঙ্গ – লোয়নবা ; মাগে নিজরি ; নরোত্তম দাস – নরোত্তম দাসনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু । ঐবু থৌজানবিয়ু । নং নত্তনা জগৎ সংসাররসিদা কনানা থৌজাল হৈরি । তোল্লববু লানবিগে শ্রীয়বগীদমক্তা মংনা অবতার তৌবনি । ঐগী মান্ননা তোনবা অতি অমা ফংলরোইয়ে প্রভু ! প্রেমগী আনন্দদা দুংচাইরিবা হে প্রভু নিত্যানন্দ ! কৃপাগী মিংয়েং য়েংবিরো, ঐ য়াম্না রাববনি । সীতাদেবীগী মপুরোইবা হে অদ্বৈত প্রভু ! নহাক্কী কৃপানা পাঙ্গল ওইরগা চৈতন্য অমসুং নিতাইবু ফংগদৌ-রিবনি । হে স্বরূপ, সনাতন, রূপ, রঘুনাথ, ভট্ট অনীমক, শ্রীজীব, অদুগা হে প্রভু লোকনাথ ! দয়া তৌবিয়ু হে শ্রীআচার্য্য প্রভু, হে শ্রীনিবাস । রাম-চন্দ্রগী সঙ্গর নরোত্তম দাসনা ফংজগে হায়না নিজরি ।

টীকা ঃ—

কৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুদা সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌবা মতমদা থোনবা মিংনি ।

তোমা বিনে কে.........সংসার—জগৎ সংসার অসিদা নহাক নত্তুনা দয়ালু ওইবা কনা অমা লৈরিবগে? শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা অবতার তৌবদি পাপী-তাপী অমসুং তোল্লবা জীবশিংবু লানবিবগীদমক্তি। মফম অমদা হায়খ্রে -দীন হীন যত ছিল, হরি নামে উদ্ধারিল, তার সাক্ষী জগাই মাধাই। হরিনাম পিত্তুনা তোল্লবা নংলবা নী পুম্নমকপু উদ্ধার তৌবিবসিনা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী মাহাত্ম্যনি। অদুনা মাগুম্না থৌজাল হৈবা অনী শুদ্রে হায়রিবনি।

পতিত--পাবন-হেতু—পতিত ওইরবব পাবন তৌগে ( লানবিগে ) হায়বগী মরম্না।

মো সম—ঐগা মান্নবা।

প্রেমানন্দে—কৃষ্ণপ্রেমগী নুংঙাইবনা।

কৃপাবলোকন—কৃপাগী অবলোকন ( মিংয়েং )।

আমি বড় দুঃখী—ঐহাক প্রেমভক্তি ফংদবা মরম্না অমসুং সংসারগী তাপ অহুম্না চাকপা মরম্না য়াম্না ৱারে।

ভট্টযুগ—শ্রীগোপাল ভট্ট অমসুং শ্রীরঘুনাথ ভট্ট অনীবুনি।

সীতাপতি—শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী ঠাকুরাণীদু সীতাদেবী কৌই, মরমদুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু সীতাপতি হায়রিবনি।

১৫

যে আনিলা প্রেমধন করুণা প্রচুর।
হেন প্রভু কোথা গেলা আচার্য্য ঠাকুর॥
কাঁহা মোর স্বরূপ রূপ কাঁহা সনাতন।
কাঁহা দাস রঘুনাথ পতিতপাবন॥
কাঁহা মোর ভট্টযুগ কাঁহা কবিরাজ।
এককালে কাঁহা গেলা গোর নটরাজ॥
পাষাণে কুটিব মাথা অনলে পশিব।
গৌরাঙ্গ সুখের নিধি কোথা গেলে পাব॥
সে সব সঙ্গীর সঙ্গে যে কৈল বিলাস।
সে সঙ্গ না পাঞা কান্দে নরোত্তম দাস॥

শব্দার্থ

যে—মহাক্না ; আনিলা—পুরক্লম্মী ; প্রেমধন—কৃষ্ণবু ঙুংশিবা কৌবা লন ; করুণা—থৌজ্ঞান ; প্রচুর—ময়াঙ কায়বা ; হেন—অসিগুম্বা ; প্রভু—প্রভুদো ; কোথা—কদায়দা ; গেলা—চংখরে ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য : ঠাকুর—প্রভু ; কাঁহা—কদায়দনো ; মোর—ঐগী ; স্বরূপ—শ্রীস্বরূপদামোদর গোস্বামী ; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; কাঁহা কদায়দনো ; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামী ; কাঁহা—কদায়দা ; দাস রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী ; পতিতপাবন সংসার ঈমায়দা তারবা মীবু লানবীবা ; কাঁহা—কদায়দনো ; মোর—ঐগী ; ভট্টযুগ—শ্রীগোপাল ভট্ট অদুগা শ্রীরঘুনাথ ভট্ট ; কাঁহা—কদায়দা ; কবি-

রাজ — শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামী ; এককালে — মতম অমতদা ; কাঁহা — কদায়দা ; গেলা — চংখ্রবগে ; গৌর নটরাজ — শ্রীগৌরাঙ্গ নট মকোক অদু ; পাষাণে — নুঙদা ; কুটিব — তকখায়গনী ; মাথা — কোক ; অনলে মৈনুঙদা ; পশিব — চঙগনী ; গৌরাঙ্গ — শ্রীগৌরাঙ্গবু ; সুখের নিধি — হুংঙাইবগী ভুঙফম ওইরিবা ; কোথা — কদায়দা ; গেলে — চংলগা ; পাব — ফংগনি ; সে-সব সঙ্গীর সঙ্গে — সঙ্গী-পুম্নমকতুগা লোয়ননা ; যে — কনাগুম্বনা ; কৈল বিলাস — শান্নরম্মী ; সে সঙ্গ - মখোয়দুগা লোয়নবা ; না পাঞা — ফংদতুনা ; কান্দে — কপচৈ ; নরোত্তম দাসনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা - প্রেমধন অমদি করুণা মরাং কায়না পুররম্বা অদুগুম্বা প্রভুদো কদায়দা চংখ্রবগে হে আচার্য্য ঠাকুর। ঐগী স্বরূপ, রূপ কদায়দা, সনাতন-না কদায়দা। কদায়দা পতিতপাবন রঘুনাথ দাসনা। ঐগী ভট্ট অনীতুনা কদায়দা, কবিরাজনা কদায়দনো। মতম অমতদা নটরাজ গৌরনা কদায়দা চংখ্রবনো। হুংনা ইকোক থুগাইরগে, মৈনুঙদা চংলগে। হুংঙাইবগী ভুংনকম গৌরাঙ্গবু কদায়দা চংলগা ফংগনি। সঙ্গী পুম্নমকশিংদুগা বিলাস তৌরম্বা মীগী সঙ্গ ফংদতুনা নরোত্তম দাসনা কপ্লি॥

ভাবার্থ - শ্রীলনরোত্তমনা শ্রীগৌরাঙ্গবু উবা ফংহৌদবনা অদুগা গৌরচন্দ্রগী ভক্ত ময়াম উদবগী মরম্না কৃষ্ণভক্তি মরাং কায়না পুররম্বতু করিমতা ফংহৌদ্রে হায়না থরায় শোক্না কপ্লি। মখোয়দুবু কদায়দা চংলগা উনবা ফংগদগে হায়না শোল্লি। অহৃদগী

হেন্দোক্লদুনা ভক্তশিং অসিগা শম্নহৌবা অম্নুভক্তশিং অদুগী সঙ্গ ফাওবা ৎংদ্রে। অদুনা কৃষ্ণভক্তি কৌবা প্রেমধন অদু ফংবা শুমদরে অমদি ফংনবা আশা মখিক অমফাওবা লৈদ্রে হায়না নরোত্তমনা খোৗরাংনা ভক্তশিং অদুগী মিং শোল্লদুনা কপ্লি।

যে আনিলা—পুরক্লম্বা মীদু; গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুবুনি। মহাক্না অবতার তৌরকপদি শ্রীমতী রাধিকানা কৃষ্ণবু মুংশিবদু মশক তাক্নে হায়বম্নু মহাক্নী বাঙ্গা অহুমগীদা য়াওরি।

প্রেমধন—প্রেম কৌবা লন। মীওইবনা তানগদবা লন্দি প্রেমতনি। প্রেম হায়বদি কৃষ্ণভক্তিনি। ভক্তিস্নু করম্বনো হায়ববু শ্রীমতী রাধিকানা ব্রজদা কৃষ্ণবু মুংশিরম্বা মহাভাব কৌবা প্রেম অয়োবা, মথক্তা অমা লৈত্রবা প্রেম অদুনি।

হেন প্রভু—অসিগুম্বা প্রভু; গৌরচন্দ্র মহাপ্রভু।

সুখের নিধি—মুংঙাইবগী তুংনফম।

---

১৬

হরি হরি! বড় দুঃখ রৈল মোর মনে।
পাইয়া দুর্লভ তনু শ্রীকৃষ্ণ-ভজন বিনু
হেন জন্ম গেল অকারণে॥
শ্রীনন্দনন্দন হরি নবদ্বীপে অবতরি
জগৎ ভরিয়া প্রেম দিল।
আমি সে অধম অতি বৈষ্ণবে না হৈল রতি
তে কারণে করুণা নহিল॥

স্বরূপ সনাতন রূপ রঘুনাথ ভট্টযুগ
তাহাতে না হৈল রতি মতি।
দিব্য চিন্তামণি-ধাম বৃন্দাবন যার নাম
হেন স্থানে নহিল বসতি॥
ছাড়িয়া বৈষ্ণব-সেবা নিস্তার পেয়েছে কেবা
অনুক্ষণ খেদ উঠে মনে।
নরোত্তম দাস কহে জীবের উচিত নহে
শ্রীগুরু-বৈষ্ণব-সেবা বিনে॥

## শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি ; বড়—অচৌবা, অয়াম্বা ; দুঃখ—অম্বাবা, মুংঙাইতবা ; রৈল—লৈরে ; মোর—ঐগী ; মনে—পুক্নীংদা ; পাইয়া—ফংলগা ; দুর্লভ—ফংবদা রারবা ; তনু—হকচাঙ ; শ্রীকৃষ্ণ ভজন—শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা ; বিশু—নঙনা ; লৈতবনা, হেন—অসিগুম্বা ; জন্ম—মপোক ; গেল—হোখরে ; অকারণে—অরেম্বদা ; শ্রীনন্দনন্দন—শ্রীনন্দগী মপারি ; হরি—শ্রীহরিনা ; নবদ্বীপে—নবদ্বীপতা ; অবতরি—অবতার তৌদুনা ; জগৎ ভরিয়া—জগৎ থন্না ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ; দিল—পীরে ; আমি সে—ঐ অদো ; অধম অতি—য়াম্না তোল্লবা ( ওইবনা ) ; বৈষ্ণবে—বৈষ্ণবতা ; না হৈল—ওইদ্রে ; রতি—পাম্বা ; তে কারণে—মরম অদুনা ; করুণা—থৌজাল ; নহিল—ওইদ্রে ; স্বরূপ—শ্রীস্বরূপদামোদর ; সনাতন—শ্রীসনাতন ; রূপ—শ্রীরূপ ;

রঘুনাথ – শ্রীরঘুনাথ দাস ; ভট্টযুগ—শ্রীগোপাল ভট্ট অমসুং শ্রীরঘুনাথ ভট্ট ; তাহাতে – মখোয়দা ; না হৈল—ওইদ্রে ; রতি – পাম্বা ; মতি – খন্‌বা, বুদ্ধি ; দিব্য—প্রাকৃত-নত্তবা ; চিন্তামণিধাম অপাম্বদা পীবা ওম্বা মণিগী লমদম ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবনধাম ; যার—মাগী ; নাম—মিংনা ; হেন – অসিগুম্বা মফমদা ; নহিল—ওইদ্রে ; বসতি—লৈবা, য়ুম ; ছাড়িয়া—থাদোক্লনা ; বৈষ্ণব-সেবা – বৈষ্ণব ওইবা মীবু সেবা তৌবা ; নিস্তার – মুক্তি, অরান-খুভম ; পেয়েছে – ফংখ্রে ; কেবা—কনানা ; অনুক্ষণ—মতম পুম্বদা ; খেদ – শুংনাংবা ; উঠে – পোকয় ; মনে পুকনুংদা ; নরোত্তম দাস—শ্রীনরোত্তম দাসনা ; কহে – হায়রি ; জীবের—জীবগী ; উচিত – হোনবা ; নহে – নত্তে ; শ্রীগুরু-বৈষ্ণব-সেবা – শ্রীগুরু অমসুং বৈষ্ণবপু সেবা তৌবা ; বিনে – নত্তনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি। ঐগী পুক্লিংদা অরাবা য়াম্না লৈরে। ফংবদা রারবা হকচাং অসি ফংলগা শ্রীকৃষ্ণ-ভজন তৌদবনা মপোক অসিগুম্বসি অরেম্বদা হোখ্রে। শ্রীনন্দগী মচা হরিনা নবদ্বীপতা অবতার তৌদুনা জগৎ শিনথুংনা প্রেম য়েল্লম্লে। ঐদি য়াম্না তোঙ্লবা মীনিনা ভক্তি তৌরম্ত্রে, মরমদুনা ঐবু থোজান্দ্রবনি। স্বরূপ, সনাতন, রূপ, রঘুনাথ, ভট্ট অনীমক —মখোয়সিদা রতি মতি লৈরম্ত্রে। মুংঙাইবগী মশক ওইরবা (দিব্য) চিন্তামণি ওইরবা মফম, মিংদি বৃন্দাবন কৌবা, অসিগুম্বা লমদমদা বাস তৌরম্ত্রে। বৈষ্ণবপু সেবা তৌবা থাদোক্লুনা

কনানা অরান-খুভম ফংবা য়াওবগে, ( মহুগীদমক ) পুক্নিংদা মতম-পুম্বদা অরাবা পোকই। নরোত্তম দাস-না কায়জরি, শ্রীগুরু অমসুং বৈষ্ণবপু সেবা তৌবা নত্তনা জীবনা অতৈ অমা তৌবাচুমদে।

টীকা ঃ—

পাইয়া দুর্লভ তনু—ফংবদা য়াম্বা হকচাং ফংহুনা। মীওইবগী হকচাংবু হায়রিবনি। মফম অমদা 'পাইয়া মানুষ জনম' হায়খিবা অদু য়েংবিয়ু। মীওইনা পোকপবু দুর্লভ (ফংবদা য়াম্বা) হায়বনি। জগৎ সংসার অসিদা কর্ম্মগী মহৈ চাহুনা মপোক অফবা ফত্তবা ঐখোয়না ফংনরিবনি। জীবশিংনা অফবা থবকতি হৌজিক হৌজিক য়েংবদা মুংঙাইত্তবা মরম্না ফত্তবা থবকতমক তৌগে নিংই। অদুনা খ্বাইদগী ফবা মীওইবগী মপোকসি য়োনবা তানথংলকপদা য়াম্না য়ানা হোৎনরকপনি। সংসারদগী মুক্তি ফংবা অমসুং কৃষ্ণভক্তি ফংনবা মপোক্তি মীওইবগী মপোক অসিতনী, অতৈ জীবগী মপোকদি মুক্তি ফংবা ঙমদে অদুগা ভক্তি চৎপসু ঙমদে। মরমসিনা ফংবদা য়ানা ফংগনবা মীওইবগী মপোক হায়বনি।

হেন জন্ম গেল অকারণে—অসিগুম্বা মপোকসি অরেম্বদা মরম অমতা কায়দহুনা হৌখ্রে; মরমদি শ্রীকৃষ্ণ লিংদবননি। কাম ক্রোধ-নচিংবা রিপু তরুক্না লাক্লদুনা মপান-নাইদ্রবা মুংঙাইবা ফংনবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি ফংনবা হোৎনদ্রে। অদুনা ফরবা মপোকসি অরেম্বদা মাংখ্রে।

আমি সে অধম……করুণা নহিল—ঐদি অতোনবা পুকচেল-চেনবা মীনিনা বৈষ্ণবশিংদা রতি লৈরুদ্রে, মরমহুনা

ঐনা করুণা ( থৌজাল ) ফংদ্রে। কদ্বিগী করুণা-নো ? কৃষ্ণভজন তৌনিংবা পুকচেল অদু ঐবু চেলহন্দ্রে। ভক্তি অসি তৌনিংদবদি ঐনা সাধু বৈষ্ণবশিংবু খন্দবননি অদুগা বৈষ্ণবশিংগী মফমদা য়োল্লুবননি। ১০ শুবা প্রার্থনাদা বৈষ্ণবকী স্বরূপ অমসুং মাহাত্ম্য য়াওরিবহ য়েংবিয়ু। বৈষ্ণবকী মফমদা তৌবা অপরাধদি বৈষ্ণবনা কোকপিদনদি শ্রীকৃষ্ণনফাওবা ঙমদে। কৃষ্ণবুদা উপাসনা তৌরগা ভক্তি ফংবা য়াগ্না রাবনি অদুগা মপোক মশিং লাকুঙমদনা হোৎনরগা ফংবা য়াই। অদুনা ভক্তিবু লায়না ফংগে নিংলবদি ভক্তগী কৃপা তনা ওইগনি। ভক্তগী কৃপাদি করম তৌরগা ওইগনি ? সেবাদনা ওইগদবনি। গীতাদা—"তদ্বিদ্ধি প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া।" অদুনা ভক্তবু সেবা তৌরগদা কৃষ্ণসেবাদা ভক্তি পোক্কনি ; মদুনি কৃষ্ণকৃপাদি। আদি পুরাণদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—"যে মে ভক্তজনাঃ পার্থ, ন মে ভক্তাশ্চ তে জনাঃ। মদ্ভক্তানাঞ্চ যে ভক্তাস্তে মে ভক্ততমা মতাঃ॥"—হে পার্থ, ভক্তসেবা তৌদবা ঐংদা সেবা তৌবা মীশিংদো ঐনা চানবা ভক্ত নক্লেয়ে। ঐগী ভক্তশিংগী ভক্ত ( সেবা তৌরিবা মী ) ওইরিবা মখোয়হুনা ঐগী অচানবা ভক্তনি।

মসিদগী ঐখোয়না থংলে ভক্তশিংগী কৃপা নত্রদি কৃষ্ণগী কৃপা ভক্তি অমদি প্রেম ফংবা য়াদে। ভক্তশিংনা সেবা তৌরিবা মীহুবু পেনবিরবা মতমদা সেবক ওইরিবা ভক্তশিংদা বর পিবি অদুগা মখোয়গীদমক শ্রীকৃষ্ণদা হায়বি-থোংপি, শ্রীকৃষ্ণদি ভক্তগী মথা পোনবনিনা মনাই ভক্তনা হায়জবা মতুং ইন্না ভক্তহুগী সেবকশিংহুদা শ্রীকৃষ্ণনা কৃপা তৌবিয়ে।

অসিননি শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না হায়রিবা, বৈষ্ণব ভক্তবু সেবা তৌহনা মখোয়গী কৃপা ফংদবা মরম্না কৃষ্ণকৃপা ফংদবনি। প্রার্থনা অসিমক্কী মন্নংদা হাংদরিবা—'ছাড়িয়া বৈষ্ণব-সেবা নিস্তার পেয়েছে কেবা—পদসি তাৎপর্য্যম্ভু অমতনি।

শ্রীগুরু-বৈষ্ণব-সেবা বিনে—শ্রীগুরু অমসুং বৈষ্ণবপু সেবা তৌবা নত্তনা। বৈষ্ণব-সেবাগী রাদি মথক্তা থরা হায়জখ্রে। শ্রীগুরুনা ঐখোয়দা কৃষ্ণভক্তিগী মরমদা তাকপি-তিকপি। বৈষ্ণব-শিংগী নাক্তা লৈরগা ফংবা পাওথাকশিং অহুগুবা শ্রীগুরুদগীস্থ ঐখোয়না ফংই। গুরুগা বৈষ্ণবকা অমতনি; অদুনা ঐখোয়না গুরুবু অমসুং বৈষ্ণবপু তানীমক চপ মান্ননা সেবা তৌরগা মখোয়-নীনা পেন্নবদা কৃষ্ণ কৃপা ফংগনি। শ্রীগুরুগী তত্ত্ব থরদং প্রার্থনা ৪ শুবদা য়াওরিবহু য়েংবিউ।

---

১৭

ঠাকুর-বৈষ্ণব-পদ অবনীর সুসম্পদ
শুন ভাই হয়ে একমন।
আশ্রয় লইয়া ভজে তারে কৃষ্ণ নাহি ত্যজে
আর সব মরে অকারণ॥
বৈষ্ণব-চরণরেণু মস্তকে ভূষণ বিনু
আর নাহি ভূষণের অন্ত।

বৈষ্ণব-চরণ-জল কৃষ্ণভক্তি দিতে বল
আর কেহ নহে বলবন্ত ॥
তীর্থজল পবিত্র গুণে লিখিয়াছেন পুরাণে,
সে সব ভক্তির প্রবঞ্চন।
বৈষ্ণবের পাদোদক সম নহে সেই সব
যাতে হয় বাঞ্ছিত-পুরণ ॥
বৈষ্ণব-সঙ্গেতে মন আনন্দিত অনুক্ষণ
সদা হয় কৃষ্ণ-পরসঙ্গ।
দীন নরোত্তম কান্দে হিয়া ধৈর্য্য নাহি বান্ধে
মোর দশা কেন হৈল ভঙ্গ ॥

শব্দার্থ

ঠাকুর—প্রভু : বৈষ্ণবপদ—বৈষ্ণবকী খোঙ ; অবনীর—জগৎকী ; সুসম্পদ—ফজবা লম্নী ; শুন—নাকোঙনা তাও ; ভাই—ইচিন-ইনাও ; হয়ে—ওইরদুনা ; একমন—পুম্নীং-লোঙদবা ; আশ্রম—চঙজবা ; লইয়া—লৌদুনা ; ভজে—নীঙঙী ; তারে—মহাকপু ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; নাহি—নত্তে ; ত্যজে—থাদোকপি ; ( নাহি ত্যজে—থাদোক্তে ) ; আর—অতৈ ; সব—পুম্নমক ; মরে—শিয়ে ; অকারণ—মথোঙ হুক্তবমথৈ ; বৈষ্ণবচরণ রেনু—বৈষ্ণবকী খুয়া উংফুল ; মস্তকে—কোক্তা ; ভূষণ—লৈতেং ; বিন্দু—নংনা ; আর—অতৈ ; নাহি—লৈত্তে ; ভূষণের—লৈতেংগী ; অন্ত—লোয়থম্বা ; বৈষ্ণব-চরণ-জল—বৈষ্ণবকী খোঙজুম ; কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণদা তৌবা ভক্তি,

কৃষ্ণবু নীঙবা ; দিতে—পীবদা ; বল—পাঙল্লী ; আর—অতৈ ; কেহ—কনামা ; নহে—নত্তে ; বলবন্ত—পাঙল্‌ লৈবা ; তীর্থজল—তীর্থগী ইশীঙদি ; পবিত্র—অমোংপবু শেংদোকঙম্বা ; গুণে—মগুণ্না ; লিখিয়াছেন—ইরম্নে ; পুরাণে পুরাণ-দা ; সে সব মদু পুম্বা ; ভক্তির—ভাক্তিগী ; প্রবঞ্চন —লৌনম্বী ; ( ভক্তির প্রবঞ্চন—ভক্তি ফংহন্দে ) ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী ; পাদোদক—খোঙজুমগা ; সম—মান্নবা ; নহে—নত্তে ; সেই—মদু ; সব—পুম্বা ; যাতে—মদুনা ( বৈষ্ণবকী চরণ জল অতুনা ) ; হয়—ওই ; বাঞ্ছিত—অনীংবা ; পুরণ—থুংবা ; বৈষ্ণব-সঙ্গেতে—বৈষ্ণবকা তিন্নবদা ; মন—পুক্নীং ; আনন্দিত—মুংঙাই ; অনুক্ষণ মতম পুম্বদা ; সদা—মতম পুম্বদা, হয়—ওইয়ে, কৃষ্ণপরসঙ্গ—শ্রীকৃষ্ণগী ম্যমদা শাবা য়ারী, দীন—তোল্লবা, নরোত্তম—নরোত্তম দাসনা ; কান্দে—কপ্পী, হিয়া—থম্মোই ; ধৈর্য্য—ত্তপথবা ; নাহি বান্ধে—ফাবা য়াদে ; মোর—ঐগী ; দশা—ফাঙম ; কেন—করিগীনো ; হৈল—ওইরে ; ভঙ্গ—কায়বা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—ঠাকুর-বৈষ্ণবকী পদ অতু মালেম অসিগী অথোইবা লন্নি, এও ভাই নপুক্লিং লোংদনা। ( মত্তোন্দা ) চংজদুনা কৃষ্ণ-ভজন তৌরবাদ ( তৌরিবা মাহুৎ ) কৃষ্ণনা থাদোক্কে, অতু নত্তবা মা তাতৌদ লোয়নমক অরেম্বদা শিয়ে। বৈষ্ণবকী খুম্না-উফুম্না কোক্কী লৈতেং ওইরবদি অতোপ্পা লৈতেংনা কান্নবা লৈত্রে। বৈষ্ণবকী চরণামৃতনা কৃষ্ণভক্তি পিবা

ওস্নি, অতৈ কনামতনা ওমদে। মরোল অহুম অসিদা তীর্থজল মগুন্না শেংই হায়না পুরাণদা ইরম্মী, মদু পুম্বনা ভক্তি ফংবা য়াদে। মহু পুম্নমক্লা বৈষ্ণবকী চরণামৃতগা মান্নবা ওমদে, বৈষ্ণবকী চরণা-মৃতদি নিংবা পুম্না থুংহল্লি। বৈষ্ণবকা সঙ্গ তৌরগা পুক্লিং অসি মতমপুম্বদা মুংঙাই, মতমপুম্বদা কৃষ্ণগী প্রসঙ্গ (য়ারি) শানৈ। তোল্লবা নরোত্তমনা কপ্লি, থম্মোয় অসি তপথবা য়াদ্রে, ঐগী দশা অমুক ফক্লিবা করিগীনো?

টীকা:—

ঠাকুর-বৈষ্ণবপদ—বৈষ্ণবকী খুয়াখা।

অবনীর সুসম্পদ—মালেম পৃথিবীগী অথোইবা লন।

আশ্রয় লইয়া…… নাহি ত্যজে—বৈষ্ণবকী মখোং থম্বাল অহুদা চংজরগা শ্রীকৃষ্ণভজন তৌরবদি কৃষ্ণনা মহাকতুবু থাদোক্তরে; অহুগা বৈষ্ণবতা চংজদ্রবদি অমাংবগী মশক ওইয়ে।

বৈষ্ণব-চরণরেণু…অস্ত—বৈষ্ণবকী খুয়া-উফুন্না কোক্কী লৈতেং ওইদ্রবদা অতৈ অতোপ্পা লৈতেংনা কান্নবা করিমতা লৈদ্রে, হায়বদি কৃষ্ণভক্তিগী উপায় লৈদ্রে। বৈষ্ণবকী নাক্তা লৈজদুনা থৌগল তৌরগা মানা পেনবিরবা মতমদা হায়বদি মহাক্না কৃষ্ণতত্ত্ব তাকপি-তিকপিদুনা সেবকতুবু অধিকারী ওইরে হায়না খনবিরবা মতমদা কৃষ্ণনা কৃপা তৌবিবা হৌরে। বৈষ্ণব হায়বসিদি মশাগী নাপল লৈত্রবনি, অহুনা মহাক্কী খুয়া-উফুন মরিক অমফাওবা মীওোম্দা তাহন্নিংবা নত্তে। বৈষ্ণবকী মফমদা মী মচা অচৌবা করিমতা থায়দে, চপ মান্ননা য়েংই। অদুমকপু ভক্তি ফংগে

হায়না তাল্লিবা নিপা অদুনা মপুক্কিং চপ য়ুংনা লেপ্লদুনা পদ-ধূলি মরিক অমতা পিয়ু হায়না নিরক্লবা মতমদদি জীবগী য়াইফনবা পোক্লকপা বৈষ্ণব অহুনা মশাগী মাংগদবা পুন্নমক কাওথোক্লুনা মীয়ুংশি খংবগী হৌনবা চংজরক্লিবা মীহুবু থৌজানবি। অমুম্না ভক্ত অমগী অমুভক্ত ওইরবা মীহুবুসু ভক্তবু চানবিবা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজানবি অমম্নুং থাদোকপিদে।

খুয়া-উফুনবু কোকথক্তা হাপ্লা হায়বসি কনাগুম্বা মী অমনা মশাবু য়াম্না তোম্না খঞ্জরবা মতমদা ওল্লিবনি, নাপল মরিক অমতং লৈরবা মীনা ওম্বা পোৎ নত্তে। অহুদা বৈষ্ণবকী খুয়া-উফুনবুদা অমুক য়াম্না থাঙ্গৎপগী মরম ক্করিগীনো? বৈষ্ণবতনা ভক্ত অথোয়বনি, শ্রীকৃষ্ণসু ভক্তগী মথা পোনবনি। শ্রীকৃষ্ণবু লাক্লবা ওম্বা মীদি বৈষ্ণবনা ওইবনিনা বৈষ্ণবপু লুনা তৌবা মীতনা শ্রীকৃষ্ণ-কৃপা ফংগদৌরি। মরমসিনা বৈষ্ণবপু লুনা ৰাংনা থন্দুনা মাগী খুয়া-উফুন মরিক অমতংদা ওইরবসু ফংনবা হোৎনবা চুম্মি।

আর নাহি ভূষণের অন্ত—বৈষ্ণবকী খুয়া-উফুন নত্তনা লৈতেংগী অয়োইবা হায়বহু অতৈমা লৈত্রে; মরমদি মসিতনা কৃষ্ণকৃপা ফংনবগী অয়োইবা উপায়নি।

বৈষ্ণব চরণজল—বৈষ্ণবকী চরণামৃত।

বল—শক্তি, পাঙ্গন। বলবন্ত—পাঙ্গন-লৈবা, শক্তিচেনবা।

সে সব ভক্তির প্রবঞ্চন—মহু পুন্নমক্তু ভক্তি ফংহন্দবনি; মহু পুন্নমক হায়বদি তীর্থজল পুন্নমক হায়বনি। পুরাণশিংদা হায়রি, তীর্থগী ইশিংদি মগুণ লৈ শেংই হায়না; অদুনা তীর্থগী

ইশিংদা লুপলুরবদি দেহ অমসুং মনগী ফত্তবা অমোংপা পুম্নমক কোকই শেংই হায়রি। অদুবু মখোয়দুনা বৈষ্ণবকী চরণামৃতগা ( খোংজুমগা ) চপ-মান্ননা ভক্তি পোকহনবা ঙমদে। অদুক য়াম্না পুরাণদা বাখান তৌনরিবা পবিত্র ওইরবা তীর্থগী ইশিং অদুদগী বৈষ্ণবকী চরণামৃতনা মগুণ হেল্লি, মরমদি কৃষ্ণগী ভক্ত বৈষ্ণবতি কৃষ্ণমল্লি, অদুগুম্বা ভক্তগী চরণামৃত অদু হেক থক্পদা পুক্নিংগী অমকপা পুম্নমক কোক্লুনা কৃষ্ণ কৃপা ফংবা ঙম্মি।

সদা হয় কৃষ্ণ-পরসঙ্গ—মতম পুম্বদা কৃষ্ণগী বা নৈনৈয়ে। বৈষ্ণবশিংদি মতমপুম্বদা চাবা তুম্বা হিপ্পা চৎপা পুম্নমক্তা কৃষ্ণতবু নিংদুনা লৈ, কৃষ্ণগী রাতনা মখোয়গী রারি ওই। মরমদুনা বৈষ্ণবশিংগা সঙ্গ তৌরবদি মতম পুম্বদা ঐখোয়মসু কৃষ্ণগী প্রসঙ্গ ঙাক্তা তারে অমসুং নৈনৈয়ে।

দীন......ভঙ্গ—বৈষ্ণবকী সঙ্গ ফংদরে, অদুনা থম্মোয়সি লাংতক্লদুনা ফাজনবা ঙমদরে, মরমসিনা কপ্পুনদা লৈরে হায়না নরোত্তমনা হায়জরি। অসিমসু হায়রি—মহাকসি য়াম্না তোনখরে, মরমদি বৈষ্ণবকা সঙ্গ তৌদবনা কৃষ্ণভক্তি ফংবা ঙমদ্রে।

মহাক্কী দশাসি করিগী কায়রিবনো হায়না হংলি, হায়রবদি করিগীদমক বৈষ্ণবসঙ্গ ফংদ্রবনো। মসি থল্লুবদা কৃষ্ণকৃপা ফংলরোইকো হায়না মিত্তগী পী শিন্থদবা ঙমদ্রে।



১৮

ঠাকুর বৈষ্ণবগণ করি মুই নিবেদন
মো বড় অধম দুরাচার।
দারুণ সংসার-নিধি তাহে ডুবাইল বিধি
কেশে ধরি মোরে কর পার॥
বিধি বড় বলবান্ না শুনে ধরম-জ্ঞান
সদাই করম-পাশে বান্ধে।
না দেখি তারণ-লেশ যত দেখি সব ক্লেশ
অনাথ কাতরে তেঁই কান্দে॥
কাম ক্রোধ মদ যত নিজ-অভিমান তত
আপন-আপন স্থানে টানে।
ঐছন আমার মন ফিরে যেন অন্ধ-জন
সুপথ বিপথ নাহি মানে॥
না লইনু সত-মত অসতে মজিল চিত
তুয়া পদে না করিনু আশ।
নরোত্তম-দাসে কয় দেখে শুনে লাগে ভয়
এইবার তরায়ে লহ পাশ॥

শব্দার্থ

ঠাকুর – প্রভু ; বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিং ; করি – তৌরি ; মুই—ঐনা ; নিবেদন - হজংপা ; মো – ঐ ; বড়—য়াম্না ; অধম—তোল্লবা ; দুরাচার—লমচং-ফত্তবনী ; দারুণ – অকিবগী

মশক্সী ; সংসার-নিধি — সংসার-ইপাক্তি ; তাহে — মচুদা ; ডুবাইল — লুপ্ হল্লে ; বিধি — নোংদম্বনা ; কেশে — শমদা ; ধরি— পায়হুনা ; মোরে — ঐবু ; কর — তৌবিয়ু ; পায় — লাম্বোকপা ; বিধি — নোংদম্বা বিধিদি ; বড় — য়ায়া ; বলবান্ — পান্নন্ কল্লী ; না শুনে — মনাকোডনা তাদে ; ধরম-জ্ঞান — ধর্ম্মগী জ্ঞানগী বা ; সদাই — মতম পুম্বদা ; করম-পাশে—তৌজমল কোবা খৌরিনা ; বান্ধে — পুল্লী ; না দেখি—( ঐদি ) উদ্রে ; তারণ-লেশ — লাম্বোক্লবগী মচেং অমা ফাওবা ; যত — অদুকথক ; দেখি — উই ; ( যত দেখি — উরিবা অদুক্তো ) ; সব — পুম্নমক ; ক্লেশ —অরাবনী ; অনাথ — মপু পান্ত্রবনা ; কাতরে — থরায় শোক্লা ; তেঁই — মরমহুনা ; কান্দে — কপ্পী ; কাম — মুপী-মুপা পাম্বা ; ক্রোধ — অশাউবা ; মদ—ময়াই-কাবা ( মং ) ; যত — অদুশিং ; নিজ-অভিমান — ইশাগী নাপল ; তত — অদুথক ; আপন আপন — মশা মশাগী ; স্থানে — মফমদা ; টানে—চিঙজী ; ঐছন — মতৌ অদুম্না ; আমার — ঐগী ; মন — পুক্লীঙ ; ফিরে — কোয়চং চংলী ; যেন — মতৌগুম্না ; অন্ধ জন — মীংতাওবা মী ; সুপথ — অফবা লম্বী ; বিপথ—অয়ান্বা লম্বী ; নাহি মানে— য়ানা চত্তে ; না লইনু — লৌহৌদ্রে ; সত-মত — সাধুশিংগী মত ; অসতে — ফত্তবদা ; মজিল — লুপ্লুনা মাঙলে ; চিত — পুক্লীঙ ; তুয়া — নখোয়গী ; পদে — খুয়াবু ; না করিনু—তৌদ্রে ; আশ — আশা ; নরোত্তম দাসে — নরোত্তম দাসনা ; কহে—হায়জে ; দেখে — উরগা ; শুনে — নাকোঙনা তারগা ; লাগে ভয় — অকিবা ওই ; এইবার — হন্দকমুক্তি ; তরায়ে — লান্বিদুনা ; লহ — লৌশল্লো ; পাশ — নাক্তা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা— ঠাকুর-বৈষ্ণবদা ঐনা হঙ্গচ্চরি, ঐসে য়াম্না তোল্লবা লমচৎ-নাইত্রবা মীনি। তাইবং-ইপাকসি তমথিনে, মহুদা বিধিনা ঐবু লুপহনবিরে, ইশম পায়দুনা ঐহাকপু লৌথংপিয়ু। বিধিসি মপাঙ্গন য়াম্না কনথরে, ধর্ম্মগী জ্ঞানককা তাবিবা নত্তে, মতম পুম্নমক্তা কর্ম্মগী য়োহ্নিলংনা ঐবু পুল্লে। লাম্নবগী উপায় মচেৎ অমফাওবা উদ্রে, য়েংখি-য়েংখিবদা অরাবগী মশক ভাক্তা ভাইথরে, মরমহুনা গতি লৈত্রবা (ঐহাক্না) থরায় শোক্না কপচরি। কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (অশাওবা), মদ (ময়ায়-কাবা) লৈরিবা খিবিক্না মশাগী নাপল লৈবগী মতিক মশা-মশাগী মকমদা চিংই। মতৌ অদুম্না ঐগী পুক্নিংস্থ মিত্তাংবনা তৌবগুম্না কোইচৎ চৎলি, অফবা ফত্তবা লম্বেল মশক থংদ্রে। সাধুশিংগী মত লৌহোদ্রে, অরানবা থবক্তা পুক্নিং লুপ্তুনা মাংথরে, নহাক্কী নখোংদা আশা থমলুদরে। নরোত্তম-দাসনা হায়জরি, থম্নু-তারুরগা অকীবা পোক্লে, হন্দকমুক্তি লানবিহুনা ননাক্তা পুবিরো।

টীকাঃ—

দারুণ সংসার-নিধি—অকীবগী মশক ওইবা তাইবংপাল কৌবা সমুদ্র। তাইবংপাল অসি সমুদ্রগী পাংথকনি। সমুদ্রগী মপাল কদায়দা লোয়রবগে হায়বা কনামতনা থংদে, মসিবু ইরোই-দুনা লানবা ঙমদে। হি-জাহাজ তোংদুনা চৎপস্থ লানথোকপা ঙম্বা নত্তে; অদুগী মথক্তা অমুক ইথক চাওর-চাওরবা, মীশা-মীহিং চাবা জীবজন্তু অকীবা কয়া অদুগা খুদোংথিবা অতৈ কয়া থেংনহুনা সমুদ্র ইয়াইদা অদুম মাংদুনা শিগলি। তাইবংপাল

অসিসু সমুদ্রগুম্বনি। ইশাগী চাগনি থকনি হায়বগী চিন্তাদি তোক্লদুনা সুপী-অঙাং, মরিমতা, মরূপ-মপাং, সমাজ হায়হনা লৈরিবশিং অসিনা থৌরি অমমম ওইনা ঐখোয়বু পুল্লকুনা বন্ধনগী বন্ধন ঙাক্ত খোং-খুৎ অমতা লেং-খোৎপা ঙমদে। অদুনা মশাবু কনবদি কন্নিং, কন্নবা উপায়দি লৈত, ওন্থোকপা লানঙমল্লবা ইপাক অমা ওইনা সংসার অসিনা ওই। মরমদুনা বিদ্যাপতি মহাশয়না হায়রম্মী - "তাতল সৈকতে বারি-বিন্দু সম সুত মিত রমণী সমাজে। তোহে ( শ্রীকৃষ্ণবু ) বিসরি মন তাহে সমর্পিনু, অব মঝু হব কোন কাজে॥ মাধব, হাম পরিণাম নিরাশা।" চাক্লবা লৈতোইলক্তা লৈবা ঈশিং মরিক অমগা মান্নবা ইচা, ইরূপ, সুপী, সমাজ অসিময়ামগী মরক্তা ( ঐহাক লৈরে ); নহাকপু কাওথোক্লুনা পুক্লিংসিবু মদুদা (ইতু ইচা ময়ামদা) পুমপি-পিথোকখরে, হৌজিক্তি ঐসিবু করি থবক্তা কান্নগদৌরি ? মাধব, ঐগী পোলোইদি নিংবা কায়বনা ওইরে।

মীওইবা ঐখোয়সি ঐ-ঐনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈ চাজবনি। কনানসু ঐগী শরুক পুবিরগদবা লৈতে। ঐনা সুংশিরুরিবা, মখোয়গীদমকনি হায়না রারুরিবা অহুগুম্বা ইতু-ইচা, ইপা-ইমা, মরি-মতা, কৈরোয়-লৈকায়, জাতি সমাজ পুম্নমক্কী মনুংদগী কনা-মতনা ঐনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈ য়ামিন্নসি হায়বা য়ারোই। অদুনা বিদ্যাপতি মহাশয়-না অমুকসু হায়রম্মী —"মরণক বেরি হেরি কোই ন পুছত, করমেরি সঙ্গে চলি য়াই।" শিরমদাইদা স্নেং-খোরকথিবদা কনামতনা হংদে হায়বদি নং চংকদৌরবরা ঐখোয়সু

য়াওগে হায়না হায়দে, ঐ-ঐনা তৌজরুবা কর্ম্মচুগা লোয়ননা চৎচৈয়ে।

অচুমকপু অসিগুম্বা দারুণ ওইরবা সংসার অসিদগী লাল্লগে শ্রীহরিগী পরমপদ ফংনবা হোৎনগে হায়রবদি মতম্মা থীনখ্রবস্থ সংসারদগী পুক্নিং হন্নবা কৃপা নিজবদা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজানবিদবা লৈতে। মরমতুনা বিদ্যাপতি মহাশয়না হায়রম্মী—"তুহু জগ-তারণ দীন-দয়াময় অভয়ে তোহারি বিশোয়াস।" নহাক্তি জগৎপু লানবীবনি, তোল্লববু হুংশিবিবনি, নহাক্না অভয় (সংসারগু কীদবা) পিবি হায়হনা নহাকপু থাজবৈজেয়ে। অদুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা চংজরবদি মহাক্না কৃপা তৌবিগনি অদুগা মাগী ভক্তিরীতি তম্বিনবা মতিকচাবা গুরু থেংনহনবি, সৎগুরুগী উপদেশ ওহনবি। অসিগুম্বা ফংবা কৃপাবু মহৎ-কৃপা হায়রবদি সাধুগী কৃপা ফংবা কৌই। মহৎ অমনা কৃপা তৌবিরবদি শ্রীকৃষ্ণনসু মাগী ভক্তগী ভক্ত অদুবু চানবিয়ে।

মরমসিনা শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না হায়খিবনি 'দারুণ সংসার-নিধি' অসিদগী ঐবু ইশমদা পায়তুনা চিংথৎপিরো। ("কেশে ধরি মোরে কর পার॥")।

না শুনে ধরম-জ্ঞান—শ্রীভগবানগু ভজন তৌবদা জীবগী অমত্তা চায়রবা তৌদবা য়াত্রবা মথৌলি হায়বা ধর্ম্মগী মচি ওইবা পাওতাক অসি লৌত্রে, তাত্রে।

করম-পাশ—কর্ম্মগী থৌরি। শ্রীভগবানবু ভজন তৌবগী থবক নত্তবা থবক।

তারণ-লেশ—লান্নবা উপায় মচেৎ অমা। কাম-ক্রোধনচিংবা রিপুশিংনা জীববু ফীবুল ওইহল্লগা ফীবুল-অহাবী শান্নফম ওইরিবা সংসার অসিদগী লাম্থোক্নবা উপায় মচেৎ অমা।

তেঁই—মরমদুনা।

সুপথ—লম্বী অফবা। কৃষ্ণভক্তিগী মাইকৈ চৎনবা লম্বীবু অফবা লম্বী হায়রিবনি। অদু নত্তববু 'বিপথ' লম্বেল অরানবা হায়রি।

সত-মত—সাধুগী মত হায়বদি পাওতাক। সাধু-বৈষ্ণবকী কৃপা নত্তনা কৃষ্ণভক্তি ফংবা ঙমদে হায়রি। মরমদুনা সংশিংগী উপদেশ লৌহৌদ্রে হায়রিবনি।

তরায়ে—লাম্থোকপিদুনা। লহ পাশ—পুবিযু নাক্তা। শ্রীনরোত্তম মহাশয়না হায়রি, "ঐদি সাধু সঙ্গ তৌহৌদরে, অসাধুদগা সঙ্গ তৌরুরে। অনাথ হায়বদু ওইরে। মরমদুনা হন্দক্তি কৃপা তৌবিদুনা ঐবু লানবিরো অদুগা ননাক্তা পুবিরো।

---

১৯

হরি হরি! কি মোর করম অভাগ

বিফলে জনম গেল হৃদয়ে রহল শেল

নাহি ভেল হরি-অনুরাগ॥

যজ্ঞ দান তীর্থ-স্নান পুণ্যকর্ম্ম ধর্ম্ম-জ্ঞান

অকারণে সব গেল মোহে।

বুঝিলাম মনে হেন উপহাস হয় যেন
বস্ত্রহীন অলঙ্কার দেহে॥
সাধু-মুখে কথামৃত শুনিয়া বিমল চিত
নাহি ভেল অপরাধ-কারণ।
সতত অসত-সঙ্গ সকলি হইল ভঙ্গ
কি করিব আইলে শমন॥
শ্রুতি স্মৃতি সদা কয় শুনিয়াছি এই হয়
হরি-পদ অভয় শরণ।
জনম লভিয়া সুখে রাধাকৃষ্ণ বল মুখে
চিত্তে কর ও রূপ ভাবন॥
রাধাকৃষ্ণ-পদাশ্রয় তনু মন রহু তায়
আর দূরে যাউক বাসনা।
নরোত্তম-দাসে কয় আর মোর নাহি ভয়
তনু মন সঁপিনু আপনা॥

শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি; কি—করি; মোর—ঐগী; করম—তৌরবা থবক; অভাগ—লাইবকথীবা; বিফলে—মহৈ য়ান্দবমথৈ; জনম—পুন্সি, মপোক, গেল—লেনখরে; হৃদয়ে—থম্মোয়দা; রহল—লৈহোরে; ভেল—তাশোল; নাহি ভেল—ওইত্রে; হরি-অনুরাগ—হরিবু নুংশিবা; যজ্ঞ—যজ্ঞ; দান—লেম্না পীথোকপা; তীর্থস্নান—লাইফমদা চৎলগা ইরুজবা; পুন্যকর্ম্ম—অফবা থবক; ধর্ম্মজ্ঞান—ধর্ম্মগী মরম খঙবা; অকারণে—

নাতৈ চাদবমথৈ ; অরেম্বদা ; সব—লোইনমক ; গেল—চৎখরে ; মোহে - পণ্ডথবনা ; বুঝিলাম—খঙলে ; মনে—পুক্নীঙদা ; হেন—অসুম্না ; উপহাস—করেম্নীংবা ; হয় যেন—ওইগুম্মী ; বস্ত্র-হীন—ফিথোকপা ; অলঙ্কার—লিক-কোন্ লৈতেং ; দেহে—হকচাঙদা ; সাধুমুখে—সাধুশিংগী চীন্দগী ; কথামৃত—ৱাহৈ-অমৃত ; শুনিয়া—নাকোঙনা তারগা ; বিমল—শেংবা, মক্তবা ; চিত—পুক্নীঙ ; নাহি ভেল—ওইদরে ; অপরাধ-কারণ—অৱান-অহুই লৈবা মরম্না ; সতত মতম পুম্বদা ; অসত-সঙ্গ—মী ফত্তবগা লোয়নরে ; সকলি—লোইনমক ; হইল—ওইরে ; ভঙ্গ—কায়বা ; কি—করি ; করিব—তৌগনি ; আইলে—লাক্লগা ; শমন—যম ; শ্রুতি—বেদনা ; স্মৃতি—স্মৃতি শাস্ত্রনা ; সদা—মতম পুম্বদা ; কয়—হায় ; শুনিয়াছি তারে এই—অসী ; হয়—ওই ; হরি-পদ—শ্রীহরিগী চরণ-দি ; অভয় অকিবা কোকপা ; শরণ—চঙজফম ; জনম—হৌপোক ; লভিয়া ফংলগা ; সুখে—নুংঙাইনা ; রাধাকৃষ্ণ—রাধা কৃষ্ণবু ; বল—শোল্লু ; মুখে—চীন্দা ; চিত্তে—থম্মোয়দা ; কর তৌ ; ও রূপ—রূপ (শক) অদু ; ভাবন—থন্বা ; রাধাকৃষ্ণপদাশ্রয়—রাধাকৃষ্ণগী খুয়াদা চঙজবা ; তনু—হকচাঙ ; মন—পুক্নীঙ ; রত লৈশনু ; তায়—মদুদা ; আর—অতুগা ; দূরে লাপ্না ; যাউক—চংখ্রসনু ; বাসনা—সংসারগী লম্চুম্নচিংবগী অপাম্বা ; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা ; কয়—হায়জে ; আর—অমুক ; মোর—ঐগী ; নাহি—লৈতে ; ভয়—অকিবা ; তনু—হকচাঙ ; মন—পুক্নীঙ ; সঁপিনু—কংলে ; আপনা—ইশানা ।

মৈতৈরোল্দা হন্দোকপা—হরি, হরি, ঐগী কর্ম্মদি লাইবক থীনা তমখ্রবমাগ্রে ! মহৈ চাদনা মপোকসি চংখ্রে, থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লে ; হরিগী মফমদা ভক্ত তৌকৌদ্রে। যজ্ঞ, দান, তীর্থস্নান, পুন্যকর্ম্ম, ধর্ম্মজ্ঞান লোইনমক্কু মরম চাদনা পংনা মোহদা তৌখ্রে। পুক্কিংদা অমুম্না থল্লি ফা শেল্ববা হকচাংদা লিক-কোন শিবদা নোক্কিংবগুম্মী। সাধুগী চিন্দগী অমৃতগী মশক ওইবা রা তারগা শেংবা চিং অদু ( ঐগীদি ) অপরাধ লৈবা মরম্না ওইদ্রে। মতম পুম্বদা অসংকদা লোয়নবে ; লোয়নমক কায়রে তোয়রে, যম লাক্লবদি করম তৌগনি ? শ্রুতি স্মৃতি শাস্ত্রনা তত্তনা হায়রি হায়না তারি, হরিপদদি অভয় ( সংসারগী কীরিবদু কোকহনবা ) ওইরিবা আশ্রয়নি ( চংফমনি )। মীওইনা পোক্লগা স্তুংডাইনা রাধাকৃষ্ণ হায়না শোল্লু. থম্মোয়দা মূর্ত্তি অদু পুশন্দুনা নিংউ। রাধাকৃষ্ণগী চরণ অদুনা আশ্রয়নি, মদুদা পুক্কিং হকচাং চংহল্লু অদুগা বাসনা ( অপাম-মুংশি অমমুং খোল্লাংবা ) অদু লাপ্না চংখ্রসনু। নরোত্তম দাসনা হায়জরি, ঐগীদি কৌক্কিক কীনিংঙাই লৈল্লে, হকচাং পুক্কিং অমমুং ইশা পুম্না ( রাধাকৃষ্ণগী চরণদা ) কংথোক্লে।

টীকা ঃ—

যজ্ঞ দান······মোহে— যজ্ঞ-দান-নচিংবা অফবা কর্ম্মশিং অসি শ্রীকৃষ্ণভক্তি ফংনবগী তৌরিবনি হায়বা রাখল অহ তোক্কুনা অতৈ মরমগীনি হায়দুনা তৌবদু মরম চাদে, মদুনা কৃষ্ণভক্তি ফংবা য়াদে।

বস্ত্রহীন অলঙ্কার দেহে —ফীথোকপা হকচাংদা লিক-কোন

সনা-লুপা য়াম্না শিঙ্গজন্ মহৌনা ফজনবা হায়ববু খিবহুম থোইনা হেনগৎলি। ফী নিংথিনা ফজনা শেংলগা সনা লুপাগী লিক-কোন শিংবদি য়েংবদা ফজ্জ অয়েংবা মীগী পুক্লিং হুই। ভগবানদা ভক্তিদি লৈতবা অদুগা পুণ্যকর্ম ময়াম তৌবা অদুনা ফংবা মহৈদি বস্ত্রহীন দেহদা অলঙ্কার শিনহন্বনি।

সাধুমুখে কথামৃত— অপরাধ কারণ—সাধুবৈষ্ণবশিংনা ড়াংথোক্লকপা হরি-ভক্তিগী চুপ্সা শিমদিদাক ওইরিবা য়াহৈ পাওশাক তাবনা মতুদা ঐগী চিত্ত অসি শেংদ্রে, সংসারগী মায়া কোকপা য়াদ্রে মতমদ অপরাধ লৈবা মরমনা। কৃষ্ণনাম সংকীর্ত্তন তৌরগা কৃষ্ণভক্তি ফংবা ঙম্মি, অদুগা কৃষ্ণভক্তিগী তত্ত্ব থংবদি সাধু-বৈষ্ণবকী চিংদগী থাগনি কায়খ্রে। অসি পুন্নমক তৌরবসু অপরাধ তৌরবা মা ওইদি কৃষ্ণভক্তি করিমতা ফংবা ঙমদে। অপরাধদি মখল অহুম। মদুদি:—নামাপরাধ, সেবাপরাধ অমসুং বৈষ্ণবাপরাধ।

শ্রীকৃষ্ণভজন তৌগে হায়বদি অপরাধকী মরমদা য়াম্না চেকশিনগদৌনা ওইবা, নত্রবদি য়াম্না য়ানা ভজন-সাধন তৌবসু মরু ফংনা নাই।

সেবাপরাধ করিনো হায়বদো তত্রদা অমম্না য়াওরি:—
১। তোংনবা গাড়ীদা তোঙ্গনা নত্রগা খোংউপ-খুরুম তোংদুনা শ্রীমন্দিরদা চংপা; ২। জন্মাষ্টমী, ঝুলন যাত্রা নচিংবা উৎসব তৌদবা নত্রগা দর্শন তৌদবা; ৩। শ্রীমূর্ত্তি উরগা খুরুমদবা; ৪। লুথাক শেংদোক্তিতৈদা নত্রগা মাংলবা (অশৌচ) ফীভমদা

শ্রীভগবানবু খুরুম্বনচিংবা তৌবা ; ৫। খুং নামতনা খুরুম্বা—মসি পুম্নমক্না অপরাধ পোকই।

শ্রীবিগ্রহগী মাংদা মথাগী থবকশিং অসি তৌবদি অপরাধ ওইয়ে ; মদুদি :— ৬। প্রদক্ষিণ তৌবা মতমদা ( লাই কোইবা কালদা ) লাই-মাংদা ডুং ওন্শন্‌বা ; ৭। খোং ভিংথোকপা ; ৮। ফীনা নত্রগা করিগুম্বা পোংনা নঙ্গনগা খুউপা পান্নবা পুন্শন্‌বা ; খুউ: অনি রাংনা থম্লগা খুংনা কোইশম্নুনা ফম্বা ; ৯। হিপ্পা ; ১০। চাবা ; ১১। মিনম্বা ভাংবা ; ১২। রাংনা ষংদুনা রা ভাংবা ; ১৩। মী অমগা অমগা রারেম ছানবা ; ১৪। কপ্পা ; ১৫। থংনবা ; ১৬। কনাগুম্বা অমবু ওংপা নত্রগা রারকপা ; ১৭। কনাগুম্বা অমবু লুনা চান্না তৌবা ; ১৮। কনাগুম্বা অমদা রাহৈ ফত্তবা শিজিন্নবা ; ১৯। কম্পোর কাম্বনা হকচাং য়োমদুনা লৈবা ; ২০। মীগী অথীরা ভাংবা ; ২১। মী অমবু থাগৎপা ; ২২। অকাম্বা রাহৈ শিজন্নবা ; ২৩। বাতকর্ম্ম তৌবা ( মুংশিং থাইব )—থবকময়াম অসি শ্রীবিগ্রহগী মাংদা তৌরবদি অপরাধ ওই। ২৪। ছম্না ছুম্না ইচম-চম্বা উপচার ( পোংচং ) কংলগা সেবা-পূজা তৌবা ; ২৫। লাইদা কংতবা চাক চাবা ; ২৬। কৈ-রা অনৌবা থোরক্লগা ভগবানদ কংত্রিডৈনা মদু চাবা ; ২৭। করিগুম্বা পোং অমগী মতোন মথক থংবদু লৌথোক্লগা অরেম্বদগী লৌরগা লাইদা কংপা ( হায়বদি লাইগী হান্না কাইথোক্কদবনি ); ২৮। শ্রীবিগ্রহগী মাইকৈদা ডুং ওম্থোক্কুনা ফম্বা ; ২৯। শ্রীবিগ্রহগী মাংদা

মী অ:তোপ্পবু থুকম্বা ; ৩০। শ্রীগুরুদেব লেংঙক্লগা তরাম তরাম ওক্কবা, নত্রগা গুরুনা বা হ:লগা\পাওখুম পিদবা ; ৩১। ইশানা ইশাবু থাগংপা ; ৩২। অ:তোপ্পা দেব-দেবীবু নিন্দা তৌবা—অসি পুন্নমকস্থ অপরাধনি।

বরাহ পুরাণদা হায়বা সেবাপরাধ ময়ামদি অসিনি :—১। বিপদ লাক্লবদস্থ রাজাগ্ন ( নি:থৌগী মচেং ) চাবা ; ২। অমস্থা মুমঙ্গংদা শ্রীবিগ্রহবু থুংনা শোকপা ; ৩। অমাংবা ফী শেত্তুনা হায়বদি মাংনা মাংনা নত্রগা আচমন তৌদত্তুনা শ্রীবিগ্রহবু পান্নবা ; ৪। শ্রীমন্দিরগী থোং হাংদোক্কে হায়ররবদি খুবাক অহুম্নক হান্না খুগদবত্ত খুদবা ; ৫। শা-ভা কংপা ; ৬। থোংউর্প-খুরুম তোংত্তুনা শ্রীমন্দিরদা চংপা ; ৭। ছুইনা মনম নহ্মবা নত্রগা অহুম্না নমথ্রবা লুকথাক ওইরবা পোং চাবা ; ৮। পূজা তৌনা তৌনা বা ভাংবা ; ৯। পূজা তৌনা তৌনা মপান-ইপা.. থোকপা চংপা ; ১০। গন্ধ মাল্য কংত্রিডৈদা ধূপ কংপা ; ১১। শ্রাদ্ধনচিংবা তৌদ্রিডৈনা নবান্ন চাবা ; ১২। কংহৈলদবা লৈ কত্তুনা পূজা তৌবা—অসি পুন্নমক অপরাধ ভাক্কি। ১৩। চিন-য়া শেংদ্রিডৈদা ; ১৪। মুপীগা সম্ভোগ তৌরুরগা ; ১৫। ঋতু লৈরিবা মুপীবু নত্রগা ; ১৬। থাওমৈবু নত্রগা ১৭। অশিবা হকচাং পায়ক্লরগা ; ১৮। ফী অভোংবা নত্রগা ১৯। ফী অশংবা ( নীল ) নত্রগা ২০। গু-চামদ্রিবা ফী নত্রগা ২১। অতোপ্পগী ফী নত্রগা ২২। অমোৎপা ফী শেত্তুনা ; ২৩। অশিবা মী উরুরগা ; ২৪। মুংশিং থাইরগা ; ২৫। শাওনা শাওনা ;

২৬। মোংফমদা চংলূরগা ; ২৭। হাম্না চাবা পোৎ অদু তূমদ্রিডেদা অমুক হন্না চারগা ; ২৮। শা ঙা নত্রগা ২৯। গঙ্গা-নচিংবা ময়াইকাবা পোৎ নত্রগা ৩০। ঙানু নত্রগা ৩১। কুসুম-শাক চারগা ; ৩২। থাও তৈরগা—হায়রিবা থবকশিংসি তৌরগা শ্রীবিগ্রহ শোকপা পায়বা নত্রগা মাগী সেবাগী থবক তৌরবদি অপরাধ ওইয়ে।

বরাহ পুরাণদা শ্রীভগবান মশামক্না হায়রম্বা অপরাধ ওইবা থবক্তি মথাদা ইরিবসিনি :—

১। ভক্তিশাস্ত্রগী বিধি থাদোক্তুনা মরম্নাই খুসি মওংদা ভগবানবু পূজা তৌবা ; ২। ভক্তিশাস্ত্রবু য়াদতুনা অতোপ্পা শাস্ত্রবু লুনা তৌবা ; ৩। মঙ্গোন্দা কংপা পোত্তা কুসুম-শাক হাপ্পা ; ৪। মাগী মাংদা পানা (কা) চাবা ; ৫। আসুরিক কালদা পূজা তৌবা ; ৬। উ-কালদা নত্রগা লৈবাক্তা ফমতুনা পূজা তৌবা ; ৭। মাবু খুৎ ওইনা পায়রগা স্নান তৌথোকপিবা ; ৮। লৈমম্না পূজা তৌবা ; ৯। শ্রীমন্দিরদা তিন শিংপা ; ১০। পূজা তৌবদা গর্ব তৌবা (নিংথিনা তৌরে থরায় য়াওরেকক্না হায়বা) ; ১১। চন্দন লেপনা থোয়না থিল্লগা পূজা তৌবা ; ১২। ঙন্না ঙম্না মাঙোন্দগী তুলসীপত্র অমদি লৈ-শু নিতুনা পূজা তৌবা ; ১৩। শ্রীমন্দিরদা চংলমদাইদা খোং হানদবা ; ১৪। বৈষ্ণব নত্তবা মীনা থোংনা পোং কংপা ; ১৫। বৈষ্ণব নত্তবা মীগী মমাংদা পূজা তৌবা ; ১৬। অজ্ঞানবদা গণেশগী পূজা তৌত্রিডেনা নত্রগা ১৭। বামচারী তান্ত্রিক-কা লোয়ননা

রারি শানা শানা ভগবানবু পূজা তৌবা ; ১৮। খুজিনগা শম্নবা ইশিংনা ভগবানবু স্নান তৌবা ; ১৯। পূজা তৌনা তৌনা রা ভাংবা ; ২০। হুমাংনা হকচাং চোংলবদা মাগী পূজা তৌবা ; ২১। মহাক্কী নির্ম্মাল্যবু থোশাদবা ; ২২। সাধুশিংনা য়াদবা নত্রগা শাস্ত্রনা য়াদবা থবক তৌবা ; ২৩। শাস্ত্রবিধি ইন্দবা ; ২৪। পলাশ ( নাওইতোং ), এরণ্ড ( কেগে মপান )-নচিংবা লৈ কংশা—হায়রিবা থবকময়ামসি অপরাধগী মশক্নি। শ্রীভগবান্‌গী নাম পন্দুনা রাশকপস্থ অপরাধনি।

নামাপরাধ করি করিনো হায়বস্থ পদ্মপুরাণদা হায়রি, মস্থদি ঃ— ১। সাধুশিংবু তাথিনা ভাংনবা ; ২। শিব অমসুং বিষ্ণুবু তোঙানবা ঈশ্বরনি হায়না খন্‌বা ; ৩। শ্রীগুরুদেববু মীনি হায়দুনা থোওইদবা ; ৪। বেদ-নাচিংবা শাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা ; ৫। নামগী মহিমা ভাকপা অর্থ লৌদদুনা অতোপ্পা অর্থ অমা ভাবনা শাবা, নত্রগা হরিনামগী মাহাত্ম্য-বর্ণন স্তুতিবু মীনস্থনি হায়না খন্‌বা ; ৬। হরিনাম শোল্লগা পাপ পুম্বা কোক্কনি হায়রে হায়দুনা পাপ তৌবা, নত্রগা ঐদি হরিনাম অমুক য়াম্না শোল্লবদবু পাপ চংবা ভম্বা নত্তে হায়দুনা পাপকী থবক তৌদুনা লৈবা ; ৭। দান-ব্রত-যজ্ঞনাচিংবা পুণ্যকর্ম্মশিং অসিনা নামগা মান্নে হায়না খন্‌বা ; ৮। শ্রদ্ধা লৈতবা ( থাজরোইদবা ) মীদা নামগী উপদেশ পিবা ; ৯। নাম-মাহাত্ম্য তাবগা মতুদা থাজদবা ; ১০। ঐ-ঐ হায়বা, 'ঐগী ঐগী' হায়বা রাখল তৌদুনা বিষয়সম্পত্তি ভোগ তৌবদা থরায় লুপ্পা—অসি পুম্নমক নামাপরাধগী মশক্নি।

বৈষ্ণবাপরাধ করি করিনো হায়বদু স্কন্দপুরাণ-দা হায়রি, মতুদি :—বৈষ্ণবপু য়্যেবা নত্রগা বৈষ্ণবপু নিন্দা তৌবা নত্রগা য়েংথিবা, বৈষ্ণব উরগা থুরুমদুনা লূনা তৌদবা নত্রগা বৈষ্ণবপু শাওবা নত্রগা বৈষ্ণবপু উরগা হরাওদবা, অদুগুম্বা থবকশিংবু বৈষ্ণবকী মফমদা তৌবা অপরাধ কৌই।

মসিদা রা অমা নৈনবা য়াই। মতুদি :— ঐখোয় মীওইবদি ইনাং ওইনা মীবু চৈবা, য়্যেবা, মীরা ভাংনবা, মীবু থুরুমদবা, লূনা তৌদবা য়াম্না তৌনরি। মখোয়সিগী মরক্তা বৈষ্ণব য়াওরম্বা থোক্লবদি বৈষ্ণব অপরাধ হায়বদু থোক্লে। অদু ওইরবদি কনাগুম্বা অমত্তগী মফমদা অপরাধ তৌদনবা হোংনবা নত্রগা বৈষ্ণব মশক খংদোকপা তারি। বৈষ্ণব মশক খংবদি করম তৌরগা খংবা তাই? মসিমসু অরবা থবক্নি। ইশৈ ১০ শুবা "ধন মোর নিত্যানন্দ"-না হৌবা অদুগী টীকাদা বৈষ্ণবতত্ত্বগী মরমদা ইরিবদু য়েংবিয়ু। অদুগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা গৃহস্থ অমসুং ত্যাগী বৈষ্ণবশিংগী ধর্ম্ম করিনো হায়না মহাপ্রভুনা হায়রি :—"অতিথি সেবা—গৃহস্থের মূল ধর্ম্ম।" অতিথি সেবানা গৃহস্থগী মূল ধর্ম্মনি। সত্যরাজ খান-না হংবদা প্রভুনা অমুকসু হায়খি "প্রভু কহে—কৃষ্ণ সেবা, বৈষ্ণব-সেবন। নিরন্তর কর কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন॥" প্রভুনা হায়, কৃষ্ণসেবা, বৈষ্ণব-সেবা, অদুগা মতমপুম্বদা কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবনা গৃহস্থগী মথৌনি। অদুদগী সত্যরাজনা বৈষ্ণব মশক করম খংগদগে হায়না হংলকপদা প্রভুনা খুমখি—"প্রভু কহে—যার মুখে শুনি একবার কৃষ্ণনাম, সেই পূজ্য শ্রেষ্ঠ সবাকার॥...... ......যার মুখে এক কৃষ্ণনাম।

সেই ত বৈষ্ণব, তার করিবে সম্মান ॥" মধ্য ১৫-পঃ। প্রভুনা হায়, কৃষ্ণনামবু অমুক্কুংদা মাগী মচিন্দগী শোনবা নাকোঙনা তারবা, অতুগুম্বা শোল্লিবা মীদি ময়ামদগী অথোয়বনি পূজা তৌফমনি। অতুনা কৃষ্ণনামবু মাগী মচিন্দা শোনবা মীদো বৈষ্ণবনি, মাবু সম্মান তৌও।

কুলীনগ্রামী ভক্তশিংনা হংবদস্থু শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রিবিথি :— "তেঁহো কহে—কে বৈষ্ণব, কি তাঁর লক্ষণ। তবে হাসি কহে প্রভু জানি তাঁর মন – ॥ কৃষ্ণনাম নিরন্তর যাহার বদনে। সেই বৈষ্ণব শ্রেষ্ঠ, ভজ তাহার চরণে ॥ ·· ·······যাহার দর্শনে মুখে আইসে কৃষ্ণনাম। তাহারে জানিহ তুমি বৈষ্ণব প্রধান ॥ ক্রম করি কহে প্রভু বৈষ্ণব লক্ষণ। বৈষ্ণব, বৈষ্ণবতর, আর বৈষ্ণবতম ॥ চৈঃ মধ্য ১৬ পঃ। মানা হায়—কনানা বৈষ্ণবনো, মাগী লক্ষণদি করম তৌই। অদুদগী প্রভুনা মাগী মন অদু খংলগনা নোক্না নোক্না খুম্মি—মচিন্দা কৃষ্ণনাম তত্তনা শোম্লিবা মী অদু বৈষ্ণব অথোয়বনি, মাগী মখোঙ্দু নিংউ ॥ ·· ···মাবু উবদা (ঐখোয়গী) ইচিন্দা কৃষ্ণনাম শোল্লবদি মহাক অদুবু বৈষ্ণব অথোয়বনি হায়না নহাক্না খংজিল্লু। মথং মনাও নাইনা প্রভুনা বৈষ্ণবকী লক্ষণ হায়রকই – বৈষ্ণব, বৈষ্ণবতর (খরা হেনবা বৈষ্ণব), বৈষ্ণবতম (পুংহেন হেনবা বৈষ্ণব)।

অমুম্না গৃহস্থ বৈষ্ণবকী বা লৈরে। ত্যাগী বৈষ্ণবকী (য়ুম থাদোক্লবা লম্বোইবা বৈষ্ণবকী) ধর্ম্ম করম তৌই হায়বদু অমুক শ্রীমন্মহাপ্রভু মশামক্না হায়রম্মী :—

"প্রভুকে গোবিন্দ কহে—রঘু প্রসাদ না লয়। রাত্রে সিংহদ্বারে খাড়া হৈয়া মাগি খায়॥ শুনি তুষ্ট হৈয়া প্রভু কহিতে লাগিল—। ভাল কৈল—বৈরাগীর ধর্ম্ম আচরিল॥ বৈরাগীর ধর্ম্ম—সদা নাম সঙ্কীর্ত্তন। মাগিয়া খাইয়া করে জীবন-রক্ষণ॥ বৈরাগী হইয়া যেবা করে পরাপেক্ষা। কার্য্যসিদ্ধি নহে, কৃষ্ণ করেন উপেক্ষা॥ বৈরাগী হইয়া করে জিহ্বার লালস। পরমার্থ যায়, আর হয় রসের বশ॥ বৈরাগীর কৃত্য - সদা নামসঙ্কীর্ত্তন। শাকপত্রফল মূলে উদর-ভরণ॥ জিহ্বার লালসে যেই ইতি-উতি ধায়। শিশ্নোদর-পরায়ণ কৃষ্ণ নাহি পায়॥" চৈ. অন্ত্য ৬-পঃ।

প্রভুদা গোবিন্দনা হংগংলি — রঘুনাথ দাস-গোস্বামীদি প্রসাদ চাদ্রে। অহিংদা (পুরীদা শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরগী) সিংহদ্বারদা লেপ্লদুনা থিংনা নিরগা চাই॥ বাসি তাবদা পেল্লদুনা প্রভুনা হায়রকই—। তৌরিবদু ফরে — বৈরাগী-গী ধর্ম্ম চংলে॥ বৈরাগীগী ধর্ম্মদি মতম লৈবা খিবিক্তা নাম শোনবনি: নিতুনা চারগা থরায় হিংবনি॥ বৈরাগী ওইরগা মীথা পোনবদি কার্য্যসিদ্ধি ওইদে, কৃষ্ণনা থোওইবিদে॥ বৈরাগী ওইরগা লৈয়েং পেন্নবা নিংলবদি পরমার্থ মাংখি. অদুগা রসগী (অহাও-অথুমগী) মখা পোল্লি। বৈরাগীনা তৌগদবদি মতমলৈবা খিবিক্তা নাম শোনবনি। শাক—পত্র-ফল-মূল চাদুনা পুক থমবা তৌগদবনি। লৈয়েং পেন্নবা অমদমুক চেন্থোক চেনশিন তৌরবদি মুপীগা পুক্কদা নিংবনিনা কৃষ্ণবু ফংদ্রে।

পুরীদা লৈবা মতমদা রঘুনাথ দাস গোস্বামীনা ময়ুমদগী শেল

তিংনা মহাপ্রভুবু নিতিগী সেবা তৌবগীদমক নিমন্ত্রণ তৌবদু খিংলবদা মহাপ্রভুনা মতুগী মরমদা হায়রম্মী—রঘুনা তৌবসি য়ায়া দৈ, মরমদি –

বিষয়ীর অন্ন খাইলে মলিন হয় মন।
মন মলিন হৈলে নহে কৃষ্ণের স্মরণ॥ চৈঃ অন্ত্য ৬-পঃ
বিষয়দা লুপ্লবা মীগী মচাক চারবদি পুক্নিং অসি মোংলকই। পুক্নিং মোংলবদি কৃষ্ণবু স্মরণ তৌবা ( নিংশিংবা ) য়াদে।

বৈরাগীনা নুপীগা রা ডাংনবা য়াদে হায়বদু ছোট হরিদাসপু ইস্তোকপা মতাংদা শ্রীস্বরূপনচিংবা ভক্তশিংদা মহাপ্রভু মশামক্না হায়রি :—"প্রভু কহে—বৈরাগী করে প্রকৃতি-সম্ভাষণ। দেখিতে না পারি আমি তাহার বদন॥ ক্ষুদ্র জীব মর্কট-বৈরাগ্য করিয়া ইন্দ্রিয় চরাঞা বুলে প্রকৃতি সম্ভাষিয়া॥ এত বলি মহাপ্রভু অভ্যন্তরে গেলা। গোসাঁইর আবেশ দেখি সবে মৌন হৈলা॥ চৈঃ অন্ত্য ২য়-পঃ। প্রভুনা হায়– বৈরাগীনা প্রকৃতিগা ( নুপীগা ) রা ডাংনৈ। অহুগুম্বা মকাকুগী মমাই এখাক য়েংবা ঙমদে। মী মচানিনা বৈরাগ্য তৌবা শাশনদুনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা নুপীগা রারি শাদুনা কোয়চং চংলৌ। অসি হায়দুনা মহাপ্রভুনা মনুংদা চংখরে। প্রভুগী আবেশ উবদগী পুম্নমক রা ডাংনখিদরে॥

ইশৈ ১৩-শুবদা শ্রীলনরোত্তম ঠাকুরনসু হায়রি :— "গৃহ বা বনেতে থাকে, হা গৌরাঙ্গ ব'লে ডাকে, নরোত্তম মাগে তাঁর সঙ্গ॥"

অদুনা হৌজিক ঐখোয় খংলে, গৃহস্থ অমসুং বৈরাগী অনিমক হৃদিদা শেংনা কৃষ্ণ-প্রেম লৈরবদি বৈষ্ণব ওই, হৃদিবু শেংদ্রবদি

বৈরাগী লক্মা ওইদুনস্ক কৃষ্ণ ফংবা লৈক্রে। মীরাবাঈনা হায়ঃ— "মীরা কহে বিনা প্রেমসে নাহি মিলে নন্দলালা।"

অদুগা বৈষ্ণবকী জাতি-বুদ্ধি তৌগনু হায়না শাস্ত্রনা হায়রি। বৈষ্ণবকী জাতি পিকপরা চাওবরা খল্লুরবদি নরক তাই। বিষ্ণু পুরাণদা হায়রি—'বৈষ্ণবে জাতিবুদ্ধির্যস্য বা নারকীঃ সঃ।' ইতিহাস সমুচ্চয়দা হায়রি—'শূদ্রং বা ভগবদ্ভক্তং নিষাদং শ্বপচং তথা। বীক্ষতে জাতি-সামান্যাৎ স যাতি নরকং ধ্রুবং॥' হায়বদি বৈষ্ণব ওইরিবা মীহুনা শূদ্র নত্রগা শাদানবা নত্রগা চণ্ডাল ওইরবসু বৈষ্ণবত্বু অতোনবা জাতিনি হায়না য়েংলবদি শোয়দনমক নরক্তা তাগনি।

অদুনা তত্ত্ব সাগরদা হায়রিঃ—যথা কাঞ্চনতাং যাতি কাংস্যং রসবিধানতঃ। তথা দীক্ষা-বিধানেন দ্বিজত্বং জায়তে নৃণাং॥ হায়বদি নিয়ম মতুং ইন্না পারদকী (সনাকিদাক) মাপান্না শেঙ্গেংসু সনা ওল্লি, মতৌ অদুগুম্না বিধি নাইনা দীক্ষা ফংলবা মীশিংদি দ্বিজ (অনিরক পোকপা, হায়বদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান ফংলবা) ওইয়ে।

শ্রীল-রামচন্দ্রনা 'পাষণ্ড-দলন দা ইরি চণ্ডাল যদ্যপি ভাই। কৃষ্ণভক্ত হয়। ভক্তিহীন বিপ্রাপেক্ষা শ্রেষ্ঠ সে নিশ্চয়॥ চণ্ডাল-না কৃষ্ণভক্ত ওইরবদি ভক্তি লৈতবা ব্রাহ্মণদগী মহাক্না লেপ্নমক হেল্লি। শ্রীহরিদাস ঠাকুরনা মশাবু অতোনবা জাতিনি হায়বা মতমদা মহাপ্রভুনা হায়রম্মী এই মোর দেহ হৈতে তুমি মোর বড়। তোমার যে জাতি, সেই জাতি মোর দঢ়॥—ঐগী হকচাং অসিদগী নহাক্না হেন্না চাওই (হেল্লি)। নহাক্কী ওইরিবা জাতি

অদু ঐঙোন্দদি অকনবনি হায়বদি নহাককুম্বা ভক্ত অমা ঐনা ওইবা ঙমদে।

অদুনা হৌজিক বৈষ্ণব মশক শংলে বৈষ্ণবকী মফমদা অপরাধ তৌদনবা হোৎনবা তারে। শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না হায়রি, মফম মরাং থংদহুনা বৈষ্ণব-অপরাধ, সেবাপরাধ, নামাপরাধ তৌরুরবা মাল্লে সাধুশিংগী মচিন্দগী কৃষ্ণ কথা তান-তানমক চিং অসি শেংউ হায়বা য়াদরে।

অসিদা রা অমা হংবা য়ারি। শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমুকথক্কং শোনবদা কোক্লিবা পাপ মশিং য়ামথিবনা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি অমদা পাপ লোয়নমকতু তৌবা ঙমদে। অদুনা ঐখোয়না পাপ কয়ারক তৌহুনম্মু কৃষ্ণনাম অমুক শোল্লগা কোকচথিনি। মদুদগী হেন্দোকখিহুনা নামাভাসতনম্মু পাপ লোয়না কোকুনা পরমপদ ফংবা ঙম্মি হায়নরি। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতদা শ্রীমহাপ্রভুনা হরিদাসকা শানথিবা রারি মতাং অমদা নামাভাসকী মরমদা য়াম্না শেংনা তাক্লি। নামাভাসকী খুদম ওইনা হরিদাসনা কায়খি :—যবনশিং ( মুসলমানশিং ) অমদি মরোলথোক্তবা উ-রানচিংবসি নামাভাসনা লানগনি; মরমদি মুসলমানশিংনা মী চৈবদা 'হারাম হারাম' হায়না চৈ। শব্দ অসি পল্লকপদা পল্লিবা মীহুনা তৌরিবা অর্থদি অমনি। অদুবু ভক্তশিংনা 'হা রাম, হা রাম' হায়না শোনবগী অর্থমক নত্রবম্মু খোল্লোকতি 'হারাম হারাম' হায়বা মীচৈ রাহৈসিদা য়াওর। মসি নামাভাসকী খুদম অমনি। অজামিল কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা মচানিপা মুংশিথ্রবা

'নারায়ণ' কৌবত্থবু মচাগী মমিংনি হায়না মরিয়ক কৌরুরে। মহাক্না কৌজবদি মচাবুনি; শ্রীনারায়ণবু নিংশিংত্থনা শোনবগী ভাবতা কৌরুবা নত্তে। অত্থবু বিষ্ণুগী মিং শোনবগী মহৈ ফংথি। অসিমম্থ নামাভাসকী লংলবা খুদম অমনি। উ-ৱানচিংবা মরোল খোক্তবশিংনা লানবনা অম্থুম্না তৌই; কনাগুম্বা ভক্ত অমনা 'হা কৃষ্ণ' 'হা গোবিন্দ' হায়না খোল লাউনা শোনবদা উ-ৱা অমদি চিংনুং-মাম্নুংদগী খোম্থাং (প্রতিধ্বনি) য়েৱকই; মত্থুম্না লাইশোল শোল্লি হায়হ্ননা উ-ৱাশিংম্থ অৱান-খুভম ফংই। মসিম্থ নামাভাসকী খুদম অমনি।

অম্থুক য়াম্না চাওনা থাঙ্গৎলবা নাম মহাত্ম্যনি। অদু ওইরবদি করিগীনো ঐখোয়না অজামিলগুম লানবা ভমদবদি? মরমদি ঐখোয়না বৈষ্ণব-অপরাধ তৌবননি।

অত্থনদি বৈষ্ণব মশক খংলগা ঐখোয়না বৈষ্ণবত্থুদা সেবা তৌবা তাই অত্থগা মাগী মফমদা অয়োল-অরাল তৌরুদনবা হোৎনবা তাই। অত্থগুম্বা বৈষ্ণব ফংলগা মাগী মফমদা অপরাধ কোকপিয়ু হায়না নিজবা তাই। কংম্নবদি মাপুম খুদিংমক্কী মফমদা জাৎ-বিজাৎ, অচৌ-পিশক খায়দবমথৈ বৈষ্ণবতা চৎপা ভক্তি অহ্থ চৎপা তাই হায়বদি মী খুদিংমকপু কৃষ্ণগী মনাই অচানবা চাক্তনি খন্দুনা মহাক্কী মফমদা অৱানবা অমতা চৎতনবা হোৎনবা তাই। অত্থগুম্বা পুকচেল চেল্লবা মতমদা ঐখোয়না কৃষ্ণনাম শোল্লবদি কৃষ্ণকৃপা ফংগনি অমম্থুং পুকচেল শেংলক্কনি।

রাধাকৃষ্ণ……তনু মন রহু তায়—শ্রীরাধা কৃষ্ণগী চরণ

মরিত্নুনা ঐখোয়গী আশ্রয়নি চংজফম্মি। মতুদা হকচাং, পুক্কিং (লোয়নমক) চংতুনা লৈরশমু; হায়বদি চিন্দনা শোনবদি কায়দে। থমুংদগী ফাওরক্কুনা মাপু নিংবা অদুগা ঐনা বহিরঙ্গ কর্ম্ম তৌবা পুন্নমক মাগী ভক্তি ফংনবা আশা তৌরগা থবক তৌবা, হায়বদি মাগীদমক অমদি মাগী থবকতমক তৌতুনা পুন্সি লেনবা, অদুগা মাগীদমক্তা নুমিৎ খুদিং পুংজা খুদিং অদুগা মিৎকুপ খুদিং নিংতুনা লৈবা ওয়বদি কৃষ্ণগী থম্বাল মানবা মখোং অদুদা চংজবা ওমগনি।

আর মোর নাহি ভয়—ঐগী করিমত্তা কীফম লৈত্রে। থরায়-হকচাং পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা চংজরবদি করিমত্তা কীনিঙাই লৈত্রে। অসি হায়তুনা শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না হায়রি।

---

২০

হরি হরি! আর কি এমন দশা হব।
এ ভব-সংসার ত্যজি পরম-আনন্দে মজি
আর কবে ব্রজভূমে যাব॥
সুখময় বৃন্দাবন কবে হবে দরশন
সে ধূলি মাখিব কবে গায়।
প্রেমে গদগদ হৈয়া রাধাকৃষ্ণ নাম লৈয়া
কান্দিয়া বেড়াব উভরায়॥

নিভৃত নিকুঞ্জে যাইয়া অষ্টাঙ্গে প্রণাম লৈয়া
ডাকিব হা রাধানাথ বলি
কবে যমুনার তীরে পরশ করিব নীরে
কবে পিব করপুটে তুলি ॥
আর কবে এমন হব শ্রীরাস-মণ্ডলে যাব
কবে গড়াগড়ি দিব তায়।
সখীর অনুগা হ'য়ে কুঞ্জ-সেবা লব চেয়ে
দোঁহে ডাকিবেন—'সখি আয়' ॥
কবে গোবর্দ্ধন-গিরি দেখিব নয়ন ভরি
রাধাকুণ্ডে করিব প্রণাম।
ভ্রমিতে ভ্রমিতে কবে এ দেহ পতন হবে
এই আশা করে নরোত্তম ॥

## শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি ; আর—অমূক ; কি গদ্রা ; এমন—অসিগুম্বা ; দশা—ফীভম ; হব—ওইগনি ; ( কি হব—ওইগদ্রা ) ; এ—মসী ; ভব সংসার—সংসার মায়াদা লূপ্নগা য়ুম্বাল-কৈবাল্লিবসী ; ত্যজি—থাদোক্তুনা ; পরম-আনন্দে—পুঙথোই খোইবা নুংঙাইবদা ; মজি—লুপ্লুনা ; আর—অমুক ; কবে—কদোৌঙে ; ব্রজভূমে—ব্রজা লমদা ; যাব—চৎকনী ; সুখময়—নুংঙাইবগী মশক ওইবা ; বৃন্দাবন—ব্রজধাম ; কবে—কদোৌঙে ; হব—ওইগনি ; দরশন—দর্শন, উবা ; সে ধূলি—মতুগী উৎফুল ; মাখিব—তৈগনী ; কবে—কদোৌঙে ; গায়—

হকচাওদা ; প্রেমে — সুংশিবনা ; গদগদ — লকক্ লকক্ তোবা খোন্দা ; হৈয়া — ওইরতুনা ; রাধাকৃষ্ণনাম — রাধাকৃষ্ণগী মিংলেন ; লৈয়া — লৌতুনা, শোন্দুনা ; কান্দিয়া কপ্পা কপ্পা ; বেড়াব — কোয়চং চংকনী ; উভরায় - খোলহৌনা ; নিভৃত নিকুঞ্জে — নিভৃত কুঞ্জদা ; যাইয়া চতুনা ; অষ্টাঙ্গে — হকচাঙ কায়াং নিপ ল লৈপাক্তা শোক্কুনা হায়বদি দণ্ডবং তৌতুনা ; প্রণাম হৈয়া — পুক্রমজতুনা ; ডাকিব কৌগনী ; হা রাধানাথ — রাধাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণ ; বলি - হায়তুনা ; কবে — কদোইঁড়ে ; যমুনার — যমুনাগী ; তীরে তোর্ব্বান্দা ; পরশ — খূৎনা শোক্কুনা পায়রা, য়েংবা ; করিব — তৌগনি ; পিব - থক্কনী ; করপুটে — খুয়ানা ; তুলি — পোক্কুনা ; আর — অমগা ; কবে — কদোইঁড়ে ; এমন ভাগ্য়া ; হব ওইগনী ; শ্রীরাসমণ্ডলে - শ্রীরাসমণ্ডল-দা ; যাব — চংকনী ; কবে — কদোইঁড়ে ; গড়াগড়ি — থরো থরো ওনবা ; দিব তৌগনি ; তায় মতুদা ; সখীর — সখীগী ; অনুগা — তুংইনবী ; হ'য়ে - ওইনো ; কুঞ্জসেবা — কুঞ্জদা রাধাকৃষ্ণগীদমক তৌবা সেবা ; লব লৌগনী ; চেয়ে - নিজতুনা ; দোঁহে — অনীনা ; ডাকিবেন — কৌবিরক্কনী ; সখি আয় — সখি, লাও (হায়না) ; কবে - কদোইঁড়ে ; গোবর্দ্ধন গিরি — গোবর্দ্ধন কৌবা চাং ; দেখিব — য়েংগনী ; নয়ন মীং ; ভরি — থম্না ; রাধাকুণ্ডে — রাধাকুণ্ডবু ; করিব - তৌগনী ; প্রণাম পুক্রম্না ; ভ্রমিতে ভ্রমিতে — কোয়না চং-চংতুনা ; এ দেহ — হকচাঙসী ; পতন হবে — তুতুনা তাগনী ; এই আশা - আশা অসী ; করে — তৌজে ; নরোত্তম — নরোত্তম দাসনা ।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি, হরি, অসিগুম্বা দশা অমুক ওইররোইদ্রা? তাইবং সমুদ্র অসি থাদোক্তুনা খমথেংবা ম্নংঙাইবদা লুপ্তুনা কদোৌঙৈ অমুক ব্রজভূমিদা চৎচগনি। ম্নংঙাইরবা বৃন্দাবন-দু কদোৌঙৈ উবা ফংগরা, (বৃন্দাবনগী) উফুল অদু হকচাংদা কদোৌঙৈ তৈশনজগনি। প্রেমনা হিক হিক লাউদুনা রাধাকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা খোল রাংনা কপ্তুনা কোয়না চৎকনি (কদোৌঙৈ)। নিভৃত নিকুঞ্জ বন-দা চত্তুনা অ[illegible] প্রণাম তৌদুনা হা রাধানাথ হায়না কৌজগনি (কদোৌঙৈ)? কদোৌঙৈ যমুনাগী মপান্দা ইশিং অদু খু[illegible] শোকপা [illegible] স্পর্শ [illegible]) ফংগনি, কদোৌঙৈনো খুজোক্তা শোক্তুনা (শ্রী[illegible] ইশিং[illegible]) থক্কদরা। অসিগুম্বনা কদোৌঙৈ ওইগনি—শ্রীরাসমণ্ডলদা চৎকনি, মতুদা কদোৌঙৈ ওম্বোইগনি। সখীগী তুংইনবী ওইদুনা (মঞ্জরী ওইদুনা) কুঞ্জ-সেবা ফংজগে হায়না নিজগনি, মখোয় অনীনা 'সখী লাওনে' হায়না কৌবি-রকনি। কদোৌঙৈ গোবর্দ্ধন চিংবু মিং থিংনা য়েংগনি, রাধাকুণ্ডবু খুরুমজগনি। কোয়না চৎপদা কদোৌঙৈ হকচাং অসি তুগনি হায়নদি শিগনি হায়বা অসি নরোত্তমনা আশা (ফংগনি হায়না নিংবা) তৌরৈ।

টীকা ঃ—

এ ভব সংসার ভ্যাজি—সংসার অসি ত্রিতাপ কৌবা মৈচাক্কী মথমনি। য়ুম পান্দুনা সংসারী অমা ওইরবদা হায়রিবা ত্রিতাপ অসি কোকপা ভস্বদি লায়রতুনা খোয়না হেন্নতুম চাকথংলকই। 'পরম আনন্দ' ফংগে নিংলবদি সংসার অসি থাদোকপা তাই।

পরম আনন্দে মজি—অথোইবা মুংঙাইবদা লুপ্তুনা। পরম আনন্দদি শ্রীকৃষ্ণভক্তিদা চংলবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাধামদা চংলবা অমসুং লৈরবদা ফংবা ঙম্মি। সচ্চিদানন্দঘনশ্যাম কৃষ্ণ নত্তনা পরম আনন্দ ফংবা লৈতে, মহাক্না কৃপা তৌবিরবা ভক্ত অদুমা পরম আনন্দসি ফংবা ঙম্মি। অতৈ থবক তৌবনা সংসারগী লন-থুম, ইজ্জৎ-মান, মিংচৎ ফংবদা হরাওবা মুংঙাইবা ফংবতুনা কৃষ্ণভক্তিদগী থোরকপা আনন্দসি য়োবা সুকঙম ঙমদে। মরমসিনা মসিবু পরম আনন্দ কৌরিবনি।

আর কবে ব্রজভূমে যাব- পরম আনন্দসি মশক থংবা মুমিঙা আনন্দ অসিদা লুপ্তুনা লৈ, মীওইবনা মসিদগী হন্দোরকপা লৈত্রে। আনন্দসিদা লুপ্তুনা আনন্দসিগী হৌরককম তুংফম ওইরিবা ব্রজধামদা মীওইবনা চকুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবা ফংনবা চংলি। অদুনা নরোত্তম মহাশয়না হায়রি, করি করম্বা মতমদা পরম আনন্দ ফংতুনা ব্রজধামদা চৎপা ফংগদগে।

সুখময় বৃন্দাবন—সুখনা নাক-য়েং ময়ুং-মফেল ওইনা শারবা লমদম্মি হায়তুনা সুখময় বৃন্দাবন হায়রিবনি। ইশৈ ১০ শুবদা হায়খিবা শ্রীবলদেবগী তত্ত্ব অদুদগী ঐখোয়না খংবা ঙম্মি শ্রীকৃষ্ণগী লীলা (আনন্দ) পাংথোক্রবা হায়তুনা শ্রীবলদেবনা ধাম, পরিকর অমদি অচং-পোৎ পুম্নমক ওই; অদুগা শ্রীবলরামসু শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তি অথোইবনি শ্রীকৃষ্ণমক্রি। অদুনদি সচ্চিদানন্দ-ঘনশ্যামগী আনন্দ হায়বা শক্তি অদুনা মচাক ওইরগা শাবা বৃন্দাবন-নি হায়রবনি।

সে ধূলি মাখিব কবে গায়—অসিগুম্বা সুখতনা রজঃ ওইতুনা ওইরক্লবা বৃন্দাবনগী ধূলিকণা (উফুল মরিক) খুদিংমক সুখগী মশক্তি অমস্তং সুখময়নি। সুখময় অমস্তং সুখগী মশক ওইরবা উফুল মরিক ময়ামতুনা হকচাং অসি তৈশন-নানশল্লবদি সঙ্গী ফলনা ঐখোয়গী পুক্নিং হকচাং পুম্নমক্তা নুংঙাইবতু ফাওরগনি। মরমতুনা শ্রীলনরোত্তমনা মশাদা ব্রজ বৃন্দাবনগী রজ তৈশিনগদবা মুমিং অতুবু য়াইফবা মুমিং অমনি হায়দুনা য়াম্না খোৌরাংনা ঙাইরি।

কান্দিয়া বেড়াব উভরায়—উভরায় হায়বদি খোঞ্জেল রাংনা হায়বনি। রাধাকৃষ্ণ শোনবদা খোঞ্জেল রাংনা কপ্‌কনি হায়রি। করিগীদমক কপ্‌কদৌরিবনো? মরমদি নুংঙাইবনা। রাধাকৃষ্ণগী নাম শোনবা ফংলে, নহালমথৈ ফংদে হায়না লৈরবা রাকুবতু নিংশিংদুনা নহালমথৈ শোল্লমলবদি নুংঙাইবসি য়াম্না কুইনা ফংজরমগদবনি হায়না খল্লকপদা খাংবা ঙমগৌদতুনা কপ্‌কদৌরিবা নত্তে, নাম শোন্‌বগী ফল ওইনা কপ্পা ফংবা হায়বতু ওইবগী রানী।

অষ্টাঙ্গ প্রণাম—হকচাংগী কায়াং (অঙ্গ) নিপান শোক্না খুরুম্ববু অষ্টাঙ্গ প্রণাম হায়। মসি দণ্ডবৎ প্রণাম হায়নসু খংনৈ। দণ্ডবৎ হায়বসি দণ্ডগী (চৈতুপকী) মতৌগুম্না তিংথোক্তুনা খুরুম্ববুনি।

ডাকিব হা রাধানাথ বলি—হা রাবাগী মবুঙো হায়দুনা কৌগনি। রাধানাথগী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিথোইবী চানথোইবী ভক্তদি শ্রীমতী রাধাতনি। শ্রীরাধানা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু নিংথওম

অতৈ অমনা নিংবদা য়ৌদে। মরমতুনা ভক্তগী মনাই ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু খাইদগী হেন্না নিংলিবী রাধাতব্ব স্নংশি। মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌবা মতমদা রাধানাথ হায়না কৌগে হায়রিবনি। মস্মা কৌবগী তাৎপর্য্যদি অসিনি— কৃষ্ণকৃপা ফংগে হায়রবদি ভক্তগী সেবা তৌবা তারে। ভক্ততুনা ঐখোয়গী সেবাদা পেল্লবদা ঐখোয়গীদমক শ্রীকৃষ্ণদা চানবিয়ু হায়না হায়বি অদুগা মাগী ভক্তনা হেক হায়বদা মাস্থু কৃপা হেক্তা তৌবি। অদুনা ঐখোয়না চংজগদবা ভক্ত অখোইবদি রাধাতনি; অতুগুম্বা ঐখোয়না চংজরিবা অমম্থুং চংজফম ওইরিবী শ্রীমতী রাধাগী মবুংদো হায়না শোনবদা মনাই স্নংশিরবগী নাম পন্দুনা কৌরক্লে মাগী ভক্তগী ভক্ত ওইরিবহু চানবিগে হায়না থল্লকনি। অতুনা মফমসিদা রাধানাথ হায়বগী তাৎপর্য্যনি।

অদুগা মরম অমনা ব্রজ বৃন্দাবন অসিদা নিত্যলীলা শান্নরিবা কৃষ্ণগী হ্লাদিনীশক্তিগী অখোইবা রূপনা রূপিনী ওইরিবী-দি শ্রীরাধাতনি। বৃন্দাবন হায়রগা শ্রীকৃষ্ণনা থংবদি মাগী স্নংশিজরবী শ্রীরাধাবুনি অমস্থুং শ্রীরাধাগী প্রেম অতুনি হায়না থংজবনি। অতুনা মফম অসিদা মাবু রাধানাথ হায়তুনা কৌবদি ব্রজলীলাগী রসতত্ত্ব মহাও থংলবা মীনা কৌফম থোকই।

অনুগা—তুংইনবা, হায়ব-ইনবা। সখীগী অমুগা হায়বদি মঞ্জরী হায়বনি। শ্রীরাসমণ্ডল ময়াযদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা লীলা শান্নে। মখোয়নিবু ময়োলদা থয়গা সখীশিংনা কেয়না থোগল তৌই। অদুদগী মঞ্জরীশিংনা সখীশিংগী তুং ইন্দুনা মন্থুং-মপাল অনীমক্তা

যুগল সেবা তৌই। ঐখোয় মীওইবস্থ মঞ্জরী ওইনা চংলগা সখীশিংগী তুং ইন্দুনা রাসমগুলদা সেবা য়াওজগে হায়না নিংহন-গদৌরিবনি। অদুয়া ঐখোয়গীদমক সখীশিংনা হায়রিবা মতমদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীনা 'লাও সেবা য়াওজরো' হায়না কৃপা তৌবি-রকনি। অদুগুম্বা সেবা য়াওবা মুমিং অদু করম্বা মুমিত্তনো হায়না নরোত্তম ঠাকুরনা নিজরি।

ভ্রমিতে ভ্রমিতে কবে………পতন হবে— অম্মুম তৌনা ব্রজ বৃন্দাবনদা চংলগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগা মরী লৈনবা মফম রাসমগুল, রাধাকুণ্ড, গিরি গোবর্দ্ধন, শ্রীযমুনা-নচিংবা খুরুমহুনা কোয়না কোয়না চংপদু পামঙ্গে। মম্মুয়া মুংশিরবা মফমশিং অসি য়েংনবা চংপদি পুন্সি লোইহিদ্রিবা ফাওবা চংপা অদুদনি শ্রীলনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না ফংগে হায়না আশা তৌরিবা।

---

২১

হরি হরি! আর কবে পালটিবে দশা।
এ সব করিয়া বামে যাব বৃন্দাবন-ধামে
এই মনে করিয়াছি আশা॥
ধন জন পুত্র দারে এ সব করিয়া দূরে
একান্ত করিয়া কবে যাব।
সব দুখ পরিহরি ব্রজপুরে বাস করি
মাধুকরী মাগিয়া খাইব॥

যমুনার জল যেন অমৃত-সমান হেন
কবে পিব উদর পূরিয়া।
কবে রাধাকুণ্ড-জলে স্নান করি কুতূহলে
শ্যামকুণ্ডে রহিব পড়িয়া।
ভ্রমিব দ্বাদশ বনে কৃষ্ণলীলা যে যে স্থানে
প্রেম গড়াগড়ি দিব তাঁহা।
সুধাইব জনে জনে ব্রজবাসিগণ—স্থানে
কহ আর লীলা-স্থান কাঁহা॥
ভোজনের স্থান কবে নয়ন-গোচর হবে
আর যত আছে উপবন।
তার মধ্যে বৃন্দাবন নরোত্তম-দাসের মন
আশা করে যুগল-চরণ॥

## শব্দার্থ

হরি—হে হরি; হরি—হে হরি; আর—অমূক; কবে—কদোইঙে; পালটিবে—ওনগনী; দশা—ফাতম; এ সব—মসী পুম্না (সংসারগী লনথুমনচিংবগী তুংডাইবা); করিয়া বামে—ওইওইননা থম্লগা; যাব—চংকনা; বৃন্দাবন ধামে—শ্রীবৃন্দাবন ধামদা; এই—মসী; মনে—পুরীঙদা; করিয়াছি—তৌরে; আশা—ফংনিংবা; ধন—লন; জন—মী; পুত্র—ইচানুপা; দারে—মুপী তালোয়বু; এ সব—মসী পুম্না; করিয়া দূরে—লাপ্না লংশেল্লগা; একান্ত—অমতনা লোইরবা মতৌ; করিয়া

—তৌদ্রুনা ; (একান্ত করিয়া—পুক্নীড চপ যুংনা লেপ্তুনা) ; কবে - কদৌডৈ ; যাব—চৎকনী ; সব - পুম্বা ; দুঃখ - অরাবা ; পরিহরি - খাদোক্তুনা ; ব্রজপুর - বৃন্দাবনধামদা ; বাস করি —লৈহ্নুনা ; মাধুকরী—ভিক্ষা ; মাগিয়া - নিত্নুনা ; খাইব - চাগনী ; যমুনার - যমুনাগী ; জল - ঈশিং ; যেন—গুম্বা ; অমৃত সমান - অমৃতগা মান্নবা ; হেন - অসিগুম্বা ; কবে — কদৌডৈ ; পিব—থক্কনী ; উদর — পুক ; পুরিয়া—থম্না ; কবে —কদৌডৈ ; রাধাকুণ্ড-জলে—রাধাকুণ্ডগী লাইজদা ; স্নান করি —ইরুজহ্নুনা ; কুতুহলে—করাওনা ; শ্যামকুণ্ডে - শ্যামকুণ্ডদা ; রহিব—লৈগনী ; পড়িয়া — তাদ্রুনা ; ভ্রমিব - কোয়গনী ; দ্বাদশ —তরানীথোই ; বনে — বন-দা ; কৃষ্ণলীলা - শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্বা লীলা ; যে যে—অহ্ অদু ; স্থানে - মফমদা. (যে যে স্থানে - মফম মফমদা) ; প্রেমে - কৃষ্ণবু যুংশিন্নুনা ; গড়াগড়ি দিব— থরো থরো ওনথোইনী ; তাঁহা—মদুদ ; সুধাইব - হংগনী ; জনে জনে—মীপুম খুদি দা ; ব্রজবাসিগণ - ব্রজবাসীশিংগী মফমদা ; কহ—হায়য়ু ; আর—অতৈ ; লীলাস্থান—লীলা শান্নবম্বা মফম ; কাঁহা - কদায়দনো ; ভোজনের - চারম্বগী ; স্থান - মফম ; কবে —কদৌডৈ ; নয়নগোচর—মীৎনা উবা ; হবে - ওইগনী ; আর —অতৈ ; যত—মশীড ; আছে - লৈ ; উপবন - বন মচা ; তার—মহুগী ; মধ্যে—মনুঙদা ; বৃন্দাবন - শ্রীবৃন্দাবন ; নরোত্তম দাসের—নরোত্তম দাসগী ; মন - পুক্নীড ; আশা করে - আশা তৌজে ; যুগল—অনী ; চরণ—খোঙ।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি! কদোইঙে অমুক ঐগী ফীভম অসি হোংলক্কদগে। মসি পুম্নমক (লন-থুমনচিংবা) ওয়-ওইননা থমদুনা (থাদোক্লুনা) বৃন্দাবন-ধামদা চৎলগে হায়না পুক্নিংদা আশা তৌরে। লন-থুম, মী-পোৎ, ইচা, ইতু মসি পুম্নমকপু লাপ্না থনম্লগা পুক্নিং চপমুংনা লেপ্তুনা কদোইঙে চৎকনি। অরাবা পুম্নমক থাদোক্লুনা ব্রজপুরদা লৈরগা মাধুকরী (ভিক্ষা) নিহুনা চাগনি (কদোইঙে)। যমুনাগী ঈশিং অমৃতগা চপ মান্নবা অত্থ কদোইঙে পুক থম্না থক্কনি। কদোইঙে রাধাকুণ্ডগী ঈশিংনা পুক্নিং হুন্দুনা (থরাই য়াওনা) স্নান তৌদুনা শ্যামকুণ্ডদা তাদুনা লৈগনি। (কদোইঙে) বন ভরাগা নিথোইদা কোয়গনি, কৃষ্ণ-লীলা শান্নরম্বা মফম মফম অদুদা প্রেম য়াওনা থরো-খরো (কদোইঙে) ওনগনি। ব্রজবাসীশিংগী মফমদা মীপুম শুনা হংগনি—অতৈ লীলা শান্নফম কদাইদা লৈরিবগে তাকপিয়ু (হায়না)। ভোজন-স্থান (শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা চামিন্নরম্বা মফম) কদোইঙে মিংনা উবা ফংগনি, অদুগা উপবন লৈরিবা পুম্নমক (কদোইঙে উগনি)। মতুঙ্গী মতুংদা বৃন্দাবনগী অমম্বা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদু নরোত্তম দাসকী পুক্নিংনা আশা তৌরে।

টীকা ঃ—

করে পালটিবে দশা—কদোইঙে ঐগী ফীভম হোংগনি? হায়বদি ঐনা বিষয়-সম্পত্তিদা লুপ্তুনা লৈরিবসি কদোইঙে তোক্লুনা শ্রীবৃন্দাবনদা চত্তুনা কৃষ্ণ ভজন তৌগনি হায়বনি।

এসব করিয়া বামে—অসি পুন্নমক ওয়ওইননা থন্নগা। লন-থুম, ইতু-ইচা পুন্নমক থাদোক্তুনা হায়বনি।

একান্ত করিয়া—অমশক্তুংবু ঐগী অরোইবা থমথেংলবা তান্নবা লন ওইহন্দুনা। শ্রীকৃষ্ণ-ভজনবুদা ঐগী অমতা ঙায়বা ইথৌনি থল্লগা বৃন্দাবন্দা চৎকদবনি। অহ্ নত্তনা অতৈ অতৈ আশাসু তৌরবদি করিমতা কান্নদে। অদুনা পুক্নিং লোংদনা অনন্যভজন হায়বহ্ তৌগদবনি।

সব দুখ পরিহরি—অরাবা পুন্নমক থাদোক্তুনা। সংসারদা য়ুম্নাইদুনা লৈরবদি অরাবা য়াম্না নংই। ঐকান্তিক ভজন তৌদুনা লৈথ্রবদি সংসারগী অরা অনং পুম্বা কোকই। অদুনা বৃন্দাবন্দা লৈরগা মাধুকরী তৌদুনা কৃষ্ণ-ভজন তৌরবদি য়ুম্নানবগী অরাবা থাদোকপা ঙম্নে। মদুম্না লৈজববু শ্রীলনরোত্তমনা কদৌদৈঙে ফংগদগে হায়রিবনি।

মাধুকরী—য়ুমথোং য়ুমথোংদা নিবা। থোইবু মধুকর কৌই, মরমদি থোইনা মধু (থোইহি) শাক্ট নত্তগা তুংশল্লি। থোইনা লৈরাং খুদিংদগী লৈহি খরা খরা পুরক্লগা মহুমদা তুংশল্লি-বনি। থোইনা লৈরাং খুদিং চৎপগুম্না ভিক্ষারিশিংসু য়ুমথোং খুদিং চৎলগা মবুক থন্না চিক্লাক ফংই; য়ুমথোং অমতদা নোংমগী ওক্লবা ফংদে। লম্বোইবশিংদি নোংমদা য়ুমথোং তরেৎ চৎকদবনি, অদুদা ফংলকপা অদুনা চারা-নোংথন্নগদবনি হায়। লম্বোইবশিংনা নিবা ভিক্ষাবু মধুকরগী লিচৎকুম্বনি হায়দুনা মাধুকরী কৌরিবনি।

অদুদগী অসিমসু খনগদবনি, থোইনা ভান্দুনা তুংশল্লিবা

পোৎসি নৈহিনি হায়বদি খোইহিনি। খোইহি অসি চুম্না হাওবা থুম্বদা নত্তনা হকচাংগীসু অফবা পোৎলম অমনি। মসি চাম্নগা হকচাং-ময়োল চোংথৎলি, মচি কাম্নকই। ভিক্ষাদা ফংলকপা অচাপোৎপু খোইহিগুম্বনি হায়বগী তাৎপর্য্যদি করি ওইকম থোকপগে? য়ুমপানবা গৃহস্থশিংগী অতিথি-সেবা হায়বসি অখোইবা মখৌ অমনি। অতিথিগীদমক হায়দুনা মখোইনা দান তৌনবা যত্তন তৌনা অচা-অথক থম্মি। অসিগুম্বা গৃহস্থদি পুণ্য চেল্লবনি। পুণ্য চেল্লব ইমুংদগী ফংলকপা পোত্তি পবিত্রনি, হায়বদি মতু চারুবদা পুক্লিং-হকচাং অনীমক পবিত্র ওইগনি। অদুগী মথক্তমুক নিরুরিবা মী অতুম্ম কৃষ্ণ-ভজন তৌরিবা, অমসুং ভজন তৌবদা অরাম খৌরাংবনা য়ৈথাইদনবা হায়দুনা নিরুবনি। পিরক্লিবা মীসু অতিথি-নারায়ণবু সেবা তৌবনি হায়না পিরকপা, অদুগা চংলুরিবা মীনম্ম কৃষ্ণ-ভজনগী মতেংনি হায়না লৌরকপা। মরম-সিনা ভিক্ষাদা ফংলক্লিবা পোৎ অদু অফবা, অশেংবা, কৃষ্ণ-ভজনগী মতেং ওইবা পোৎ অমা ওইরে। অদুনদি মদুগুম্বা পোত্তি খোইহিমুক থুম্বা, হাওবা. অমসুং অফবা ওই হায়বা য়াই। সংসারদা নৈবা মীগুম্না লন-থুম তুংশন্নবা তানবা ওইরবদি নিরুরিবা অদু ভজনগী য়ৈথায়বা ওইগদৌরি। খোইনা খোইহি পিদুনা জগৎকী কান্নবা তৌরি। অদুগুম্না সাধুশিংসু জগৎকী কান্নবগীদমক ঈশ্বর-ভজন তৌরিবনি।

ধর্ম্ম নিংথিনা পালন তৌবা গৃহদি আশ্রমগী পাংথক্লি, গৃহস্থশিং অদুনা পবিত্রদেহনি। মখোয়দগী ফংবা ভিক্ষানা অমৃতগী

মশক ওইবা খোইহিনি। ভিক্ষান্ন অদু কৃষ্ণ-ভজনগী সাধন-নি খংবনা ভক্তদনি। অদুনা মধুকরনা খোইহি-চেনবদি লৈ-দনি খংবনা লৈদগী খোইহি চুপ্পুনা খোইহি অদুগী মহাওনা মত্তেং ওইদুনা মতম পুন্নমক্তা ওংহনা ছক্কুনা লেনবগুম বৈষ্ণবশিংনা লৈগুম লুরবা গৃহস্থদগী খোইহিগী মশক ওইরবা অন্ন লৌরগা পুষ্ট ওইরবা অমদি পবিত্র ওইরবা দেহ-মন না নামসঙ্কীর্ত্তনদা মতম পুন্নমক পুক্নিং-হকচাং লুপ্পুনা লৈ। অদুনা ভক্তব্রু মধুকর কৌনৈ, মখোয়গী বৃত্তিবু মাধুকরী কৌনৈ।

হৌজিক সাধু-সন্ন্যাসী অমগুম্না সংসার-বিষয় থাদোক্লগা বৃন্দাবন্দা লৈবা অমসুং মাধুকরী তৌদুনা কৃষ্ণ-ভজন তৌবা ছমকপা মুমিং অদু কদোম্বৈ ওইগদগে হায়না শ্রীলনরোত্তম-না ঙাইজরি হায়রিবনি।

দ্বাদশ বন—শ্রীব্রজমণ্ডলদা নিংখিরবা বন অমসুং উপবন য়াম্না লৈ। মখোয়দুগী মনুংদা শ্রীবৃন্দাবন-না অখোইবনি। অতৈ বন-দগী শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নৈ। মখোয়দুগী মনুংদা বন তরা-নিথোইনা অখোইবনি, মদুদি : ভদ্রবন, বিল্ববন, ভাণ্ডীর-বন, গোকুল বন, ঝাউবন, তালবন খদির বন, বহুলা-বন, কুমুদ-বন, কাম্যবন, মধুবন, বৃন্দাবন। দ্বাদশ বন অসি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাভূমি অখোইবনি; নিধুবন অমসুং নিকুঞ্জবন অসিদি শ্রীবৃন্দাবনগী মনুংদা লৈ।

মথাদা বন তরানিথোইসিগী রারম খরা ইজরি :—

১। ভদ্রবন - শ্রীবৃন্দাবনগী বায়ু কোণদা (কৌক্রু লাইজিদা)

মাইল ১২ লাপ্পা যমুনা মপান্দা লৈবনি; মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা যণ শেল্লি।

২। বিল্ববন—শ্রীবৃন্দাবনগী অৱাংদা যমুনা মপান্দা লৈ; মসিদসু শ্রীকৃষ্ণনা যণ শেল্লি।

৩। ভাণ্ডীরবন—শ্রীবৃন্দাবনগী বায়ু কোণদা (কৌব্রু লাইজিদা) মাইল ৮ লাপ্পা যমুনা মপান্দা লৈ; মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা যণসু শেল্লি শান্নবসু শান্নৈ।

৪। গোকুল-বন—শ্রীবৃন্দাবনগী অগ্নি কোণদা (মৈরমদা) মাইল ১২ লাপ্পা যমুনা মপান্দা লৈ।

৫। ঝাউবন—গোকুল-বনগী নোংপোক্তনি।

৬। তালবন—শ্রীবৃন্দাবনগী খাদা মাইল ১২ লাপ্পা লৈ; মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ধেনুকাসুরবু হাংখি।

৭। খদির বন—শ্রীবৃন্দাবনগী নোংচুপ্পা মাইল ১৮ লাপ্পা লৈ; মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা যণ শেল্লি অদুগা খদির (কবোখজি) চায়।

৮। বহুলা-বন—শ্রীবৃন্দাবনগী নোংচুপ্পা মাইল ৬ লাপ্পা লৈ; মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা যণ শেল্লি অদুগা বহুলা (উরি জাং অমা) ফাল্লি।

৯। কুমুদ-বন—শ্রীবৃন্দাবনগী নৈঋত কোণদা (শম্বোংদা) মাইল ২০ লাপ্পা লৈ; মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা যণ শেল্লি।

১০। কাম্যবন—শ্রীবৃন্দাবনগী নোংচুপ্পা মাইল ৩৬ লাপ্প লৈ; মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্মী অদুগা মধুপান তৌখি।

১১। মধুবন—শ্রীবৃন্দাবনদগী থাদা মাইল ১০ লাপ্না লৈ; অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্মী অদুগা মধুপান তৌখি।

১২। বৃন্দাবন—মী পুম্নমক্না খংনম্নিবা ধাম-নি।

সুধাইব—হংগনি। কাঁহা—কদাইদা।

ভোজনের স্থান—শ্রীকৃষ্ণগী ভোজন-লীলাগী মফম; মাগী মরম্মাই য়ুমদা চারম্বা চাকশং হায়বা নত্তে। কাম্যবন-দা সখাশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা ভোজন লীলা শান্নরম্বা অদু 'ভোজন থালি' হায়দুনা হৌজিক ফাওবা লৈরি।

উপবন—বন মচা মচা। তার মধ্যে বৃন্দাবন—মদুগী মনুংদা বৃন্দাবন-না বন অথোইবনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা যশ, যজ্ঞেম্নহা গোপ অমসুং গোপীশিংগা লোয়ননা মতম পুম্বদা মশা আনন্দদা ক্রীড়া তৌরি। ধাম অসিগী লৈবাক, ইশিং, মী, শা, উচেক, তিন, কাঙ্-নচিংবা জীব পুম্নমক অদুগা উ, রা, নাপী-শীংনা পুম্নমক অপ্রাকৃতনি। মরমসিনা বৃন্দাবন-না বন পুম্নমক্তগী অথোইবনি অমসুং অদুনা নরোত্তম মহাশয়না বৃন্দাবন-বু ফংগে হায়দুনা আশা তৌরি অদুগা মফমদুদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অনীবু উনিংদুনা আশা তৌরি।

---

২২

করঙ্গ কৌপীন লৈয়া ছেঁড়া কান্থা গায়ে দিয়া
তেয়াগিয়া সকল বিষয়।
কৃষ্ণে অনুরাগ হবে ব্রজের নিকুঞ্জে কবে
যাইয়া করিব নিজালয়॥
হরি হরি! কবে মোর হইবে সুদিন।
ফল-মূল বৃন্দাবনে খাব দিবা-অবসানে
ভ্রমিব হইয়া উদাসীন॥
শীতল যমুনা-জলে স্নান করি কুতূহলে
প্রেমাবেশে আনন্দিত হৈয়া।
বাহু'পর বাহু তুলি বৃন্দাবনে কুলি কুলি
'কৃষ্ণ' বলি বেড়াব কান্দিয়া॥
দেখিব সঙ্কেত-স্থান জুড়াবে তাপিত প্রাণ
প্রেমাবেশে গড়াগড়ি দিব।
কাঁহা রাধা প্রাণেশ্বরি কাঁহা গিরিবর-ধারি
কাঁহা নাথ! বলিয়া কান্দিব॥
মাধবী-কুঞ্জের 'পরি সুখে বসি শুক-শারী
গায় সদা রাধাকৃষ্ণ-রস।
তরু-তলে বসি তাহা শুনি পাসরিব দেহা
কবে সুখে গোঙাব দিবস॥
শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ মদনমোহন-সাথ
দেখিব রতন-সিংহাসনে।

দীন নরোত্তম-দাস করে এই অভিলাষ
এমতি হইবে কত দিনে ॥

## শব্দার্থ

করঙ্গ—কমণ্ডলু, ঊগী খুজাই, কোক-লুকণ্ড্ ; কৌপীন—লম্বোইবগী শেংনবা ফী-মচেং ; লৈয়া—লৌদুনা ( শেংতুনা ) ; ছেঁড়া—শেগায়বা ; কান্থা—কান্থ ; গায়ে দিয়া—হকচাঙদা ইন্দুনা ; তেয়াগিয়া—থাদোক্তুনা ; সকল—পুম্বা ; বিষয়—ইন্দ্রিশিংনা পাম্বা মরম ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; অনুরাগ—প্রেম ; হবে—ওইগনী , ব্রজের—ব্রজগী ; নিকুঞ্জে—নিকুঞ্জদদা ; কবে—কদৌডৈ ; যাইয়া—চংতুনা ; করিব থমগনী ; নিজালয়—ইশাগী য়ুম ; হরি হরি—হরি হরি ; কবে—কদৌডৈ ; মোর—ঐগী ; হইবে—ওইগনী ; সুদিন—অফবা নুমীৎতো ; ফল—উহে ; মূল—মরু ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবনদা ; খাব—চাগনী ; দিবা-অবসানে—নুংথিল লোইরকপদা, য়াচংলক্লগা ; ভ্রমির—কোয়গনী ; হইয়া—ওইদুনা ; উদাসীন—বিষয় থাদোক্লবা ; শীতল—অঙৌবা ; যমুনা-জলে—যমুনাগী লাইজদা ; স্নান করি—ইরুজহুনা ; কুতূহলে—হরাওনা ; প্রেমাবেশে—প্রেমদা চঙদুনা প্রেমনা উমদুনা ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; বাহুপর—পাম্বোমগী মথক্তা ; বাহু—পাম্বোম ; তুলি—থাঙ্গৎতুনা ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবনদা ; কুলি কুলি—লৈরক লৈরক্তা কৃষ্ণ—হা কৃষ্ণ ; বলি—শোন্দুনা ; বেড়াব—কোয়গনী ; কান্দিয়

—কপ্পুনা ; দেখিব — য়েংগনী ; সঙ্কেতস্থান- ইঙ্গিত তৌহনা তারুখিবা মফম ; জুড়াবে—ইওগনী ; তাপিত — চারুবা ; প্রাণ —থৱাই ; প্রেমাবেশে — প্রেমদা লুপ্পুনা ; গড়াগড়ি দিব — থরো থরো ওস্সোইগনী ; কাঁহা — কদায়দনো ; রাধা - শ্রীরাধা ; প্রাণেশ্বরী —থৱাইগী মবেম্মা ; কাঁহা — কদায়দনো ; গিরিবরধারী — চীঙ থাঙ্গৎপা কৃষ্ণদো ; কাঁহা কদায়দনো ; নাথ — প্রভু, ইবুংঙো ; বলিয়া হায়দুনা ; কান্দিব — কপকনী ; মাধবীকুঞ্জের'পরি — মাধবীকুঞ্জগী মথক্তা ; সুখে ফুংডাইনা : বসি — ফমদুনা ; শুক —তেনৱা লানা : শারী তেনৱা অমে ম্মা ; গায় — শকয়ি ; সদা—মতম পুম্বদা ; রাধাকৃষ্ণ-রস — রাধাকৃষ্ণগী প্রেমরস ; তরু তলে - উপাদা : বসি—ফমদুনা ; তাহা — মহুদা ; শুনি — নাকোঙ্গনা তারগা ; পাসরিব - কাউগনী : দেহা—হকচাঙবু ; করে—কদৌরৈ ; সুখে—ফুংডাইনা ; গোঙাব—লেনগনী ; দিবস —সুমিৎ ; শ্রীগোবিন্দ, গোপীনাথ—শ্রীগোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথগী বিগ্রহমূর্তি ; মদনমোহন সাথ—শ্রীমদনমোহনজীগা লোয়ননা ; দেখিব—উগনী ; রতন-সিংহাসনে—মণিরত্না শাবা সিংহাসন মথক্তা ; দীন—তোল্লবা : নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা ; করে—তৌজে ; এই—অসী ; অভিলাষ — অপাম্বা ; এমতি —অসূম্না ; হইবে — ওইরগনী ; কত দিনে—সুমিৎ কয়া লৈরগা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা - করঙ্গ কৌপীন লৌরদুনা শেগায়বা কান্থ হকচাংদা কুপ্লহুনা লন-থুম পুন্নমক থাদোক্তুনা কৃষ্ণদা অনুরাগ ওইবা অদুগা ব্রজগী নিকুঞ্জদা চৎতুনা ইয়ুম ওইরুবা

কদৌদৈ থোক্কদগে ? হরি হরি ! ঐগী য়াইফবা মুমিংপু কদৌদৈ ওইগদৌরিবা ? বৃন্দাবন-দা মুমিং তারবদা উহৈ-রাহৈ চারগবা অদুগা উদাসীন (সংসার-আসক্তি থাদোক্লবা লম্বোইবা) ওইরদুনা কোয়না চৎলগবা ( কদৌদৈ ) ? যমুনাগী ইংলবা ইশিংদা থরাই য়াওনা স্নান তৌজরগা প্রেমদা লুপ্তুনা মুংঙাইখিবনা পাম্বোম অমগী মথক্তা পাম্বোম অমা থাঙ্গৎতুনা বৃন্দাবনগী লৈরক কোন্নশাং খুদিংদা 'হা কৃষ্ণ' হায়না কৌদুনা কপ্পা কপ্পা কোয়না চৎকনি ( কদৌদৈ ) ? সঙ্কেতকী মফম উবা ফংজগনি অদগা চাক্লবা থরাই ইংগনি অমম্মুং প্রেমাবেশতা থরো-থরো ওনথোইরগনি কদৌদৈ ? কদাইদনো প্রাণেশ্বরী রাধানা, গিরিবর-ধারী না কদাইদনো, কদাইনো হে ইবুংঙো, হায়দুনা কপ্লগনি কদৌদৈ ? মাধবী-কুঞ্জগী মথক্তা শুক-শারীনা মুংঙাইনা ফমদুনা মতমপুম্বদা রাধাকৃষ্ণগী প্রেম-রসকী মরমদা ইশৈ শকই। মফমতুদা উ-মখোংদা ফম্লগা ইশৈ তাবনা দেহ অসিবু কাওথোকনি অদগা মুংঙাইনা মতম লেল্লগনি (কদৌদৈ) ? শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথবু মদনমোহনগা লোয়ননা রত্ন-সিংহাসন-থক্তা উবা ফংগনি ( কদৌদৈ ) ? তোল্লবা নরোত্তম দাস-না অভিলাষ অসি তৌজরি— মুমিং কয়ানি লৈরগা অম্মুন্না ওইরগদৌরি।

টীকাঃ—

করঙ্গ—করঙ্ক শব্দদগী থোকপনি। করঙ্ক-গী অর্থদি কমণ্ডলু, শঙ্ক, য়ুবী-লুকং, কোক্-লুকং, ভিক্ষা হাপ্লবা পাত্র, কৌটা তুরিয়া। বৈষ্ণবশিংনা ইশিং হাপনবা পাত্রবু করঙ্গ হায়না কৌনৈ।

কৌপীন—গুহ্যদেশ কুপ্নবা ফী, খ্বাংদমক কোনবা থুংবা ফী মচেৎ, ফী অমনবা, মুনিশিংনা শেৎপা উকু-মচেৎ। লম্বোইবা করিমতা লৈজদ্রবা মীনা কৌপীন শেৎলি, অদুগা ভিক্ষা নিরুবদা ফংলকপা চেং হাপনবা করঙ্গ অমা থম্মি। মদুনা লম্বোইবগী সম্বলনি। সংসারগী বিষয়-আশয় লোইনা থাদোক্তুনা কৃষ্ণ ভজন তৌবা মুমিৎ অদু কদৌৈডে ওইরদগে হায়না শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না ৱাইজরি।

কৃষ্ণে অনুরাগ—শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ভক্তি।

উদাসীন—বৈরাগী লম্বোইবা।

বাহু'পর ···· তুলি—পাম্বোন অমগী মথক্তা অমা রাংনা থাঙ্গৎতুনা লোন্নরগা। মসুম্না তৌবসি খমথেংনা দৈন্য ( নোঙবা ) ওইবগী খুদম্নি।

সঙ্কেত-স্থান—প্রেম-সরোবর অমসুং নন্দগ্রামগী মরক্তা লৈবা 'সঙ্কেত' কৌবা মফম; মসিদা হান্না ৱাংনখিবা সঙ্কেত ইঙ্গিতকী মতুং ইন্না শ্রীরাধা-গোবিন্দ অনীনা ইহান হানবা উনখিবনি।

গিরিবরধারী—গোবর্দ্ধন চিংবু থাঙ্গৎলি হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণবু গিরিবর-ধারী কৌরিবনি।

রাধাকৃষ্ণ-রস—শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী প্রেমগী রস।

গোঙাব দিবস—মতম লেনগনি।

শ্রীগোবিন্দ···সাথ—অহুম অসিনা শ্রীবৃন্দাবনগী অথোইবা লাইনি; মথোয়গী মরক্তা শ্রীগোবিন্দনা খ্বাইদগী প্রধান-নি।

অভিলাষ—পামজবা। এমতি হইবে কতদিনে—মথক্কা তৌজনিংই তৌজনিংই হায়রিবা থবক ময়ামদু তৌরবা ফীভম অদু ওইগনি কয়ানি লৈরগা হায়রিবনি।

---

১৩

হরি হরি কবে হবে বৃন্দাবন-বাসী
নিরখিব নয়নে যুগল-রূপ-রাশি॥
ত্যজিব শয়ন-সুখ বিচিত্র পালঙ্ক।
কবে ব্রজের ধূলায় ধূসর হবে অঙ্গ॥
ষড়-রস-ভোজন দূরেতে পরিহরি।
কবে ব্রজে মাগিয়া খাইব মাধুকরী॥
পরিক্রমা করিয়া ফিরিব বনে বনে।
বিশ্রাম করিব গিয়া যমুনা-পুলিনে॥
তাপ দূর করিব শীতল বংশীবটে।
কবে কুঞ্জে বৈঠব সে বৈষ্ণব-নিকটে॥
নরোত্তম-দাস কহে করি পরিহার।
হেন দশা কবে আর হইবে আমার॥

শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি হরি; কবে—কদোৌদৈ; হব—(ঐ) ওইগনি; বৃন্দাবন-বাসী—বৃন্দাবন-দা লৈবা মী; নিরখিব—

য়েংগনী ; নয়নে—মীংনা ; যুগল—অনী ; রূপ – শক ; রাশি – মপৈ ; ( যুগল রূপ রাশি—রাধাকৃষ্ণ অনীগী শক্কী কজবা মপৈ ) ; ত্যজিব—থাদোকনী ; শয়ন-সুখ—হিপ্নদা সুংঙাইরবা ; বিচিত্র – লৈতেংগী ; পালঙ্ক—কাংথোল ; কবে – কদৌঙৈ ; ব্রজের – ব্রজগী ; ধুলায় – উংফুন্দা ; ধূসর – উংমচু মা ; হবে—ওইগনী ; অঙ্গ – হকচাঙ ; ষড়রস – মহাও তরুক ; ভোজন —চাবা ; দূরেতে – লাপ্পা ; পরিহরি – থাদোক্তুনা ; কবে—কদৌঙৈ ; ব্রজে—ব্রজদা ; মাগিয়া—নিজুনা ; খাইব—চাগনী ; মাধুকরী—য়ুমথোঙ মঙাদা নিবা ভিক্ষা ; পরিক্রমা—মায়কৈ মরিদা কোয়না চংপা ; করিয়া—তৌজুনা ; ফিরিব—চংকনী ; বনে বনে—বন বন খুদিংদা ; বিশ্রাম করিব—পোথাগনী ; গিয়া —চংতুনা ; যমুনা-পুলিনে—যমুনাগী তোর্ব্বান্দা ; তাপ—মৈচাক ; দূর করিব—কোকহনগনা ; শীতল—অঙ্গৈরবা ; বংশীবট – বংশীবট ঘাট্টা ; কবে—কদৌঙৈ ; কুঞ্জে—বৈষ্ণবশিংগী আশ্রমদা ; বৈঠব —ফমগনা ; সে—মহু ; বৈষ্ণব-নিকটে বৈষ্ণবকী মনাক্তা ; নরোত্তম দাস – নরোত্তম দাসনা ; কহে—হায়জে ; করি—তৌজুনা ; পরিহার—হায়জবা (প্রার্থনা) ; কংথোকচবা (সমর্পণ) ; হেন—অসিগুম্বা ; দশা—ফাওম ; কবে—কদৌঙৈ আর—অমুক ; হইবে ওইগনী ; আমার—ঐগী।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি! কদৌঙৈ ঐহাক বৃন্দাবন-ওংবা ওইজগনি। যুগল মূর্ত্তিগী রূপ-মপৈ অদু মিংসিনা য়েংজগনি ( কদৌঙৈ )। ফজরবা কাংথোল থজ্জা তুম্বা-হিপ্নগী

সুংঙাইবা থাদোক্লুনা কদৌদৈ ব্রজগী উফুল্লক্তা হকচাংসি ওনথোয়গনি নত্রগা ব্রজগী উফুম্না হকচাং অসিবু লৈতেংলগনি? কদৌদৈ অহাওবা চিঙাক চাবদু লাপ্না ছুজেক্লুনা কদৌদৈ ব্রজদা মাধুকরী নিদুনা চাগনি। পরিক্রমা তৌদুনা বন-বন খুদিংদা কোয়না চৎকনি কদৌদৈ। যমুনা মপান্দা চৎলগা পোথাগনি ( কদৌদৈ ) ইংলবা বংশীবট্টা মৈশা কোকহনগনি ( কদৌদৈ )। কদৌদৈ কুঞ্জদা বৈষ্ণবকী নাক্তা ফমগনি। নরোত্তম দাসনা য়াম্না হায়জ থোৎচরগা হায়জরি—অসিগুম্বা ফীভমবু ঐগী কদৌদৈ ওইগদোরিবনো।

টীকাঃ—

শয়ন-সুখ—হিপ্পগী সুংঙাইবা, তেরাগী মোম্পাকতা হিপ্লগা সুংঙাইবা অদু কৃষ্ণ-ভজন ফংবগা য়াম্না লাপনথরে। অদুনা বিচিত্র পালঙ্ক ( ফজরবা কাংথোন ) থাদোক্লুনা লৈমায়থক্তা লৈওনবদনা সুংঙাইবা শুমিৎ অদু নরোত্তমনা পামজৈ হায়রিবনি। ওনবসু শ্রীবৃন্দাবনগী লৈমায়থক্কুনি।

ধূসর—লৈতেংবা; ওনথোইবা। ব্রজগী লৈমায়থক্তা ওল্লবদি হকচাংদা উফুল য়াম্না তৈগনি। মদু বৈষ্ণবশিংগী মফমদদি লৈতেংনি হায়না লৌই। ঐখোয় গৃহস্থ ওইরবদি ফমুং-কাংথোন লৈজদনা লৈবাকথক্তা হিপ্পগী উফুল তৈরবনি হায়না মীনা নোক্নগনি হায়দুনা ইকাইগদবনি। ইকাইবসি থাদোক্লুনা লেম্লবা থবক অমা ওইরবনি হায়না সুংঙাইবদু করম্বা সুমিত্তা ফংগদগে হায়না শ্রীলনরোত্তমনা নিজরি।

**ষড়-রস ভোজন**—রস তরুক্তা তিল্লবা হায়বদি অহাওবা চিঞ্জাক। রস তরুক্তি—মধুর ( অথুম্বা ), তিক্ত ( অথাবা ), কষায় ( অফকপা ), অম্ল ( অশিনবা ), কটু ( মোরোক্কী অশাবা ), লবণ ( থুমগী মহাও অয়াকপা )।

**পরিক্রমা**—কোয়না চৎপা, লাই কোয়বা।

**পরিহরি**—থাদোক্কুনা। করি পরিহার—য়াম্না কাকুতি মিনতি তৌহ্না হায়বদি য়াম্না হায়জ-খোৎচরক্তুনা।

---

২৪

আর কবে হেন দশা হব।
ব্রজের ধূলা ভূষণ করিব॥
আর কবে শ্রীরাসমণ্ডলে।
গড়াগড়ি দিব কুতূহলে॥
আর কবে গোবর্দ্ধন-গিরি।
দেখিব নয়ন যুগ ভরি॥
শ্যামকুণ্ডে রাধাকুণ্ডে স্নান।
করি কবে জুড়াব পরাণ॥
আর কবে যমুনার জলে।
মজ্জন করিব কুতূহলে॥
সাধু-সঙ্গে বৃন্দাবনে বাস।
নরোত্তম সদা করে আশ॥

## শব্দার্থ

আর—অমুক ; কবে—কদোইঙৈ ; হেন—অসিগুম্বা ; দশা ফীভম ; হব—ওইগনী ; ব্রজের—ব্রজগী ; ধূলা—উৎফুলবু ; ভূষণ—লৈতেং ; করিব—ওইহনগনী ; আর—অমুক ; কবে—কদোইঙৈ ; শ্রীরাসমণ্ডলে—শ্রীরাসমণ্ডলদা ; গড়াগড়ি দিব—ওন্থোইগনি ; কুতূহলে—হরাওনা ; আর কবে—অমুক কদোইঙৈ ; গোবর্দ্ধন—গোবর্দ্ধন ; গিরি—চীঙবু ; দেখিব—য়েংগনী ; নয়ন—মীৎ ; যুগ—অনী ; ভরি—থন্না ; শ্যামকুণ্ডে—শ্যামকুণ্ডদা ; রাধাকুণ্ডে—রাধাকুণ্ডদা ; স্নান—ইরুজবা ; করি—তৌদুনা ; কবে—কদোইঙৈ ; জুড়াব—ইংগনি ; পরাণ—থরাই ; আর কবে—অমুক কদোইঙৈ ; যমুনার—যমুনাগী ; জলে—ঈশীঙদা ; মজ্জন—লুপ্পা ; করিব—তৌগনি ; কুতূহলে—হরাওনা ; সাধুসঙ্গে—সাধুশিংগা লোয়নননা ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; বাস—লৈবা ; নরোত্তম—নরোত্তমনা ; সদা—মতম পুম্বদা ; করে—তৌজে ; আশ—আশা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—কদোইঙৈনো অসিগুম্বা দশা ওইগদোরিবা, হায়বদি ব্রজগী উফুলবু ( ঐহাক্না ) লৈতেং ওইনা লোগদোরিবা। কদোইঙৈ শ্রীরাসমণ্ডলদা হরাওনা ওনথোইগনি। কদোইঙৈ মিৎ অনীসা থিংনা গোবর্দ্ধন গিরিবু উগনি। শ্যামকুণ্ড অমসুং রাধাকুণ্ডদা স্নান তৌরগা থরাই অসি ইংহল্লবা ঙমগনি কদোইঙৈ। কদোইঙৈ যমুনাগী ঈশীঙদা হরাওনা ইরুপ্‌কনি। সাধুগা লোয়নননা বৃন্দাবনদা লৈববু নরোত্তমনা মতম পুম্বদা আশা তৌই।

---

## সাধক দেহদা অর্দ্ধবাহ্যদশাদা তৌবা সিদ্ধাভি মান-লালসা

২৫

রাধাকৃষ্ণ ভজোঁ মুই জীবনে মরণে।
তাঁর স্থান তাঁর লীলা দেখোঁ রাত্রিদিনে॥
যে স্থানে যে লীলা করে যুগল কিশোর।
সখীর সঙ্গিনী হ'য়ে তাহে হও ভোর।
শ্রীরূপমঞ্জরী দেবী! কর মোরে দয়া।
অনুক্ষণ দেহ তুয়া পাদপদ্ম-ছায়া॥
শ্রীরসমঞ্জরী-দেবী! কর অবধান।
নিরবধি করি তুয়া পাদপদ্ম-ধ্যান॥
বৃন্দাবনে নিত্য যুগল বিলাস।
প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তম-দাস॥

### শব্দার্থ

• রাধাকৃষ্ণ—শ্রীরাধা অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু; ভজোঁ—নীঙগনি; মুই—ঐ; জীবনে—হিংলিঙৈদসু; মরণে - শিরগসু; তাঁর - মখোয়নীগী; স্থান - মফম; তাঁর—মখোয়নীগী; লীলা - লীলা, শান্নবা; দেখোঁ—য়েংগনী; রাত্রিদিনে—অহিং মুংথিল অনীমক্তা; যে স্থানে - মফমদুদা; যে লীলা—লীলা অদু; করে - শান্নে; যুগল কিশোর—কিশোর কিশোরী অনীনা; সখীর—সখীগী; সঙ্গিনী - লোয়নবী; হ'য়ে - ওইবত্তুনা; তাঁহে—মদুদা; হও—ওইগনি;

ভোর - পুক্নীঙ লূপ্পা ; শ্রীরূপমঞ্জরী দেবী—হে শ্রীরূপমঞ্জরী দেবী ; কর—তৌরো ; মোরে—ঐঙোন্দা ; দয়া - থৌজাল ; অনুক্ষণ – মতম পুম্বদা ; দেহ—পীয়ু ; তুয়া—নহাক্কী ; পাদপদ্ম —থোঙ-থম্বালগী ; ছায়া—মরুম ; শ্রীরসমঞ্জরী দেবী—হে শ্রীরসমঞ্জরী দেবী ; কর অবধান – মুন্না তাবিয়ু ; নিরবধি— মতম পুম্বদা ; করি—তৌজ্জৈ ; তুয়া— নংগী ; পাদপদ্মধ্যান— খোঙথম্বালবু নাঙবা ; বৃন্দা নে বৃন্দাবন-দা ; নিত্য নিত্য— নিতি নিতিগী ; যুগল বিলাস - অনীগী শান্নবা ; প্রার্থনা করয়ে —নিজ্জৈ ; সদা – মতম পুম্বদা ; নরোত্তম দাস – নরোত্তম দাসনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা— ঐহাক্না হিংলিঙৈদম্ব শিরগম্ব রাধাকৃষ্ণবু ভজন তৌজগনি। মাগী মফমবু ( শ্রীব্রজধামবু ), মাগী লীলাবু অহিং-নুংথিল অনীমক্তা য়েংজগনি। যুগলকিশোর অনীনা লীলা শান্ন-শান্নরম্বা মফম মফমদুদা সখীগী লোয়নবী ওইরগা থরাই লূপকনি। শ্রীরূপমঞ্জরী দেবী, ঐহাকপু মুংশিবিয়ু থৌজান-বিয়ু। মতম লৈবা থিবিক্তা নহাক্কী নখোং-থম্বাল মরুম অতু পিবিয়ু। শ্রীরসমঞ্জরী দেবী, মুন্না তাবিয়ু। অতৎ-অথম নাইদনা নহাক্কী নখোং-থম্বালবু পুক্নিংদা নিংজগে। বৃন্দাবনদা নিতি-নিতিগী যুগল ( শ্রীরাধাকৃষ্ণ ) অনীগী লীলা ( শান্নে )। নরোত্তম-দাসনা মতমপুম্বদা প্রার্থনা তৌজরি।

টীকা ঃ—

ভজো—ভজনা তৌগনি। দেখো— দর্শন তৌগনি।

তাঁর স্থান তাঁর লীলা দেখোঁ রাত্রিদিনে— মাগী মফম হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী ধাম ব্রজধামবু, অদুগা মহাক্কা শ্রীমতী রাধাগা লোয়ননা ব্রজদা শান্নবা লীলা অদু অহিং-নুংথিল অনীমক্তা য়েংগে হান্নবদি য়েংজবা উজবা ফংবদু ওইগনি। মসিদগী ঐখোয়না থংই, সাধক-অবস্থাদা লৈরিঙৈদা লীলাশিং অদু উগে হায়রিবনি। মসিগুম্বা প্রার্থনা নিরক্কবা সাধকতি মপালগী তাইবংদা জ্ঞান তংখাই অমা লৈরিবা অদুগা তংখাই অমনা ভজনদা চংশ্রবা কালদা মশাবু সিদ্ধ অমগুম্না অভিমান মতেক অমা লৈরকপা গুম্নবা সাধকনি। সাধক কয়া কয়ানা শ্রীব্রজ বৃন্দাবনদা লৈনা লৈনা অদুগা লীলা-স্থান মশক থংনা থংনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদি উবা ফংদে। অদুবু অর্দ্ধবাহ্যদশাগী সাধকতি সিদ্ধ ভক্ত অমগুম্না উবা ফংগনি অদুনা উজগে হায়না প্রার্থনা তৌরিবনি।

সখীর সঙ্গিনী হ'য়ে — শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা দর্শন তৌগে হায়রবদা ব্রজগোপীগী লোয়নবী-তুংইনবী ওইদুনা চংগদবনি। মদু নত্রবদি চংজরিবা মী অদুদু কৃপা তৌবিদে। লীলাগী মতেং পাংলিবী সখীশিংগী তুংইন্নিবী গোপকুমারী মঞ্জরী ওইনা চংগদবনি।

তাহে হও ভোর — মদুদা (লীলাদুদা) বিভোর (পুক্নিং লুপ্পা) ওইগনি।

শ্রীরূপমঞ্জরী-দেবী! কর মোরে দয়া—নরোত্তম মহাশয়না শ্রীরূপমঞ্জরীদা নুংশিবিয়ু হায়জরি। মঞ্জরী থিবিক্কী মকোক্ক ওইরিবী শ্রীরূপমঞ্জরীনা কৃপা তৌবিদুনা পুশল্লবদদা শ্রীযুগল-কিশোরগী দর্শন অমসুং সেবা ফংজগদৌরিবনি। অদুনা মাগী

মনাক্তা চংজহন্না লৈবা ওম্মবা থোজানবিয়ু হায়না হায়জরিবনি।
গৌরগণগী মন্নুংদা শ্রীরূপমঞ্জরীসি শ্রীরূপগোস্বামীনি।

শ্রীরসমঞ্জরী—শ্রীরসমঞ্জরীসি গৌরগণগী মন্নুংদা শ্রীরঘুনাথ ভট্ট-নি।

কর অবধান—তাও। নিরবধি—মতম পুম্বদা।

---

২৬

রাধাকৃষ্ণ প্রাণ মোর যুগল-কিশোর।
জীবনে মরণে গতি আর নাহি মোর॥
কালিন্দীর তীরে কেলি-কদম্বের বন।
রতন-বেদীর উপর বসাব দু'জন॥
শ্যাম-গৌরী-অঙ্গে দিব চুয়া-চন্দনের গন্ধ।
চামর ঢুলাব কবে হেরিব মুখচন্দ্র॥
গাঁথিয়া মালতী-মালা দিব দোহার গলে।
অধরে তুলিয়া দিব কর্পুর-তাম্বুলে॥
ললিতা-বিশাখা-আদি যত সখীবৃন্দ।
আজ্ঞায় করিব সেবা চরণারবিন্দ॥
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-প্রভুর দাসের অনুদাস।
নরোত্তম-দাস করে এই অভিলাষ॥

শব্দার্থ

রাধাকৃষ্ণ—শ্রীরাধাকৃষ্ণনা; প্রাণ—থরাইনী; মোর—ঐগী; যুগলকিশোর—কিশোর-কিশোরী; জীবনে—হিংলিঙৈদা;

মরণে—শিরবদা ; গতি—উপায় ; আর—অতৈ ; নাহি—লৈতে ; মোর—ঐগী ; কালিন্দীর—যমুনাগী ; তীরে—তোর্বান্দা ; কেলি-কদম্বের—কেলিকদম্ব পাম্বীগী : বন—উমং ; রতন বেদীর—রত্ননা শাবা ফম্নবা বেদী ; উপর—মথক্তা ; বসাব—ফমহনগনি ; দু'জন—মথোয় অনীবু ; শ্যাম গৌরী অঙ্গে—শ্যামগা গৌরী (রাধা)-গগী হকচাঙদা ; দিব—থৌগনগনী ; চুয়াচন্দনের—চুয়াচন্দনগী ; গন্ধ—মনম ; চামর—চামর ; ঢুলাব—হুমগনী ; কবে—কদোইঙৈ ; হেরিব—য়েংগনী ; মুখ চন্দ্র মায়থোঙ থাজবু ; গাঁথিয়া—লেংলগা ; মালতি-মালা—মালতী লরেং ; দিব—হুকনী ; দোহার—অনীগী ; গলে—ওকশমদা ; অধরে—চীনুবান্দা ; তুলিয়া দিব—ইনগনি ; কর্পূর-তাম্বুলে—কর্পূর হাপ্নবা তাম্বুল-পানবু ; ললিতা-বিশাখা-আদি—ললিতা-বিশাখা সখীনচিংবা ; যত—লৈরিবা খিবিক ; সখীবৃন্দ—সখী-পুম্বা ; আজ্ঞায়—য়াথংনা ; করিব তৌগনী ; সেবা—থৌগল ; চরণারবিন্দ—খোঙ-থম্বাল ; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুর—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বদি গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ; দাসের—মনাইগী ; অনুদাস—তুংইনবা মনাই ; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা ; করে—তৌজৈ ; এই—অসী ; অভিলাষ—পাম্বা, নীঙবা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগল-কিশোর অনীনা ঐগী থরাইনি। হিংলিঙৈদু শিরসু ঐগীদি অতৈ অতোপ্পা লম্বেল অমা লৈত্রে। কালিন্দী-যমুনাগী মপান্দা কেলি-কদম্বগী উমং লৈ। (মদুদা) রত্ন-বেদীথক্তা মথোয় অনীবু (শ্রীরাধা-

কৃষ্ণবু) কমহনগনি। শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধাগগী শ্রীঅঙ্গদা চুয়া-চন্দনগী মনম তৈগনি কদৌৈঙ। চামর ছমহনা থৌগয়গনি ( কদৌৈঙ ), কদৌৈঙ মায়থোং-থাবু য়েংজগনি। মালতীমালা লেংলহনা অনৌগী ( শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ) ওক্তা ছকনি ( কদৌৈঙ )। কর্পূর হাপ্লবা তাম্বুল-পাণবু শ্রীমুখদা ( কদৌৈঙ ) ইনৃগনি। ললিতা-বিশাখা-নচিংবা সখী লৈরিবা খিবিকী য়াথংনা মথোং-থম্বাল অহু সেবা তৌগনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী মনাই, মনাইহুগীসু মনাই ওইরিবা নরোত্তম-দাসনা অভিলাষ অসি তৌজরি।

---

২৭

হরি হরি! কবে মোর হইবে সুদিন।
কেলি-কৌতুক-রঙ্গে করিব সেবন॥
ললিতা-বিশাখা-সনে আর যত সখীগণে
মণ্ডলী করিয়া তছু মেলি।
রাইকানু করে ধরি নৃত্য করে ফিরি ফিরি
নিরখি গোঙাব কুতূহলী॥
আলস-বিশ্রাম-ঘরে গোবর্দ্ধন গিরিবরে
রাই-কানু করাব শয়ন।
নরোত্তম-দাস কয় এই যেন মোর হয়
অনুক্ষণ চরণ-সেবন॥

## শব্দার্থ

হরি হরি—হরি হরি; কবে—কদোইদে; মোর—ঐগী; হইবে—ওইগনী; সুদিন—নুমীৎ অফবা; কেলি-কৌতুক-রঙ্গে—শান্নবগী হরাও তয়াম্বগী মুংঙাইবনা; করিব—তৌগনী; সেবন—সেবা; ললিতা-বিশাখা সনে—ললিতা বিশাখাগা লোয়ননা; আর—অতৈ; যত—লৈরিবা থিবিক; সখীগণে—সখীশিংনে; মণ্ডলী করিয়া—চক্রদোনা কোয়রোক কোয়না; তছু—মথোয়; মেলি—তিনম্ননা; রাই—শ্রীরাধা; কানু—শ্রীকৃষ্ণ; করে—খুৎতা; ধরি—পায়রুনা; নৃত্য করে—জগোই শাই; ফিরি ফিরি—কোয়রৈ লৈনা; নিরখি—য়েংলগা; গোঙাব—মতম লেনগনী; কুতূহলী—হরাওবা (ওইনা); আলস—তনবা; বিশ্রাম—পোথাবা; ঘরে—শঙদা; (আলস-বিশ্রাম-ঘরে—তন্থবক্লগা পোথানবা শঙদা); গোবর্দ্ধন গিরিবরে—শ্রীগোবর্দ্ধন চীঙদা; রাই-কানু—শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনীবু; করাব—তৌহনগনী; শয়ন—চেপ্পা; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা; কয়—হায়রি; এই—মসা; যেন মোর হয়—ঐগী ওইবা হায়না প্রার্থনা তৌজে; অনুক্ষণ—অতৎ অথম লৈতনা; চরণ-সেবন—চরণ থৌগল।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি! কদোইদে ঐগী য়াইফবা নুমিৎ ওইগনি; (কুমিন্দুদা) হরাও-তয়াম্বা মুংঙাইনা সেবা তৌগনি। মণ্ডলী শারগা—রাধা কৃষ্ণ অনীনা খুৎকা খুৎকা পায়নরহুনা হঙ্গৎ হন্দা জগোই শাদুনা কোয়না চৎকনি, মহ

য়েংহনা মুংঙাইনা মতম লেনগনি, (কদৌডৈ)। শ্রীগোবর্দ্ধন গিরিবরদা লৈবা তল্লগা পোত্থানবা শঙ্দা রাইকানুবু চেপহনগনি। নরোত্তম দাসনা হায়জরি—মতম লৈবা খিবিক্তা চরণ-সেবা তৌবা অসি ঐগী ওইজবা।

টীকা:—

কেলি-কৌতুক-রঙ্গে—শ্রীরাধা গোবিন্দ অনীগী লীলা-বিলাস তৌবদগী পোক্লকপা হরাওবনা ওইবা অথোইবা আনন্দদা লুপ্তুনা।

মণ্ডলা······মেলি—শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মায়কৈ-মরিদা কোয়রক কোয়না ফিন্দুনা।

আলস-বিশ্রাম-ঘরে—রাস-নৃত্য তৌবদগী শ্রীঅঙ্গ অনীদু চোকথরবদা হগ্গন্নবা হায়হুনা লৈবা পোত্থা-শঙ্।

---

২৮

হরি হরি! কবে মোর হইবে সুদিন।
গোবর্দ্ধন গিরিবর কেবল নির্জ্জন স্থল
রাই-কানু করিব সেবন॥
ললিতা-বিশাখা-সঙ্গে সেবিব পরম-রঙ্গে
সুখময় রাতুল চরণে।

কনক-সম্পুট করি কর্পূর তাম্বূল ভরি
যোগাইব কমল-বদনে ॥
সুগন্ধি চন্দন গুঁড়ি কনক-কটোরা পূরি
কবে দিব দু'জনার গায়।
মল্লিকা মালতী যূথী নানা ফুলে মালা গাঁথি
কবে দিব দোঁহার গলায় ॥
সুবর্ণের ঝারি করি রাধাকুণ্ডে জল পূরি
দোঁহাকার অগ্রেতে রাখিব।
গুরুরূপা সখী-বামে ত্রিভঙ্গ-ভঙ্গিম-ঠামে
চামরের বাতাস করিব ॥
দোঁহার অরুণ আঁখি পুলক হইয়া দেখি
দুঁহু-পদ পরশিব করে।
চৈতন্য-দাসের দাস সদা করে অভিলাষ
নরোত্তম মনে মনে স্ফুরে ॥

## শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি; কবে—কদোৎচ; মোর—ঞৈঞ; হইবে—ওইগনী; সুদিন—সুমাং অফবা; গোবর্দ্ধন গিরিবর—শ্রীগোবর্দ্ধন কোবা চাঁডলক্তা অথোয়বা; কেবল—অনীশুদবা; নির্জ্জন—মী-চাকপা; স্থল—মফম; রাই-কানু—রাধাকৃষ্ণত্ত; করিব—তৌগনী; সেবন—থোগল, সেবা; ললিতা-বিশাখা সঙ্গে—ললিতা-বিশাথাগা লোয়ননা; সেবিব—

সেবা তৌগনী ; পরম রঙ্গে—য়োনা মুংঙাইনা ; সুখময়—মুংঙাইবগী মশক ওইবা ; রাতুল—ঙাংঙানবা ; চরণ—খুয়াদা ; কনক-সম্পুট সনাগী কাগোক ; করি—থৌরাংলগা ; কপূ'র তাম্বুল—কপূ'র তাম্বূল ; ভরি—হাপ্লগ ; যোগাইব—লানশনগনী ; কমলবদনে—থম্বাল মানবা য়ানুংদা ; সুগন্ধি—মনম মুংশিবা ; চন্দন—চন্দন ; গুঁড়ি—তক্লুনা ; কনক-কটোরা—সনাগী তেঙ্গোৎ ; পূরি—থল্লা হাপ্লগা ; কবে—কদৌদৈঙ ; দিব—থৌগনগনী ; দু'জনার—রাধাকৃষ্ণ অনীগী ; গায়—হকচাঙদা ; মল্লিকা—মালিকা ; মালতী—মালতী ; যূথী—যূথী ; নানা—মখল মখাগী ; ফুলে—লৈরাংনা ; মালা—লরেং ; গাঁথি—লেংদনা ; কবে—কদৌদৈঙ ; দিব—তৃক্কনী ; দোঁহার—অনীগী ; গলায়—ঙক্তা ; সুবর্ণের—সনাগী ; ঝারি—খুজাই ; করি—থৌরাংলগা ; রাধা-কুণ্ডে—রাধাকুণ্ডদা ; জল—ঈশীঙ ; পূ'রি—হাপুনা ; দোঁহাকার—অনীগী ; অগ্রেতে—মাঙদা ; রাখিব—থমগনী ; গুরুরূপা—গুরুগী মশক ওইরিবী ; সখী-নামে—সখীগী ওইদা ; ত্রিভঙ্গ-ভঙ্গিমঠামে—শাথেক অহুম্না লৈতেংলিবা শ্রীমূর্ত্তিদা ; চামরের—চামরগী ; বাতাস—নুংশীৎ ; করিব—থৌগনগনী ; দোঁহার—অনীগী ; অরুণ—ঙাংঙানবা ; আঁখি—মীৎ ; পুলক হইয়া—তুজুংনা ; দেখি—য়েংলগা ; দু'হুপদ—অনীগী খোঙব ; পরশিব—শোক্কনী ; কবে খুংনা ; চৈতন্যদাসের—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী মনাইগী ; দাস—মনাই ওইবা ) ; সদা—মতম পুম্নদা ; করে—তৌজে ; অভিলাষ—পাম্বা ; নরোত্তম—নরোত্তমগী ; মনে মনে—মপুক্কুংদা ; স্ফুরে পোকয়ি ।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি! কদোমৈঙে ঐগী য়াইফবা সুমিৎ ওইগদোরিবা। গোবর্দ্ধন গিরিবর মীচিকপা মফম অদুতনা ওইরিবা, ( অদুদা ) রাই-কানুবু সেবা তৌজগনি ( কদোমৈঙে )। ললিতা-বিশাখাগা লোয়ননা য়াম্না সুংঙাইনা সুংঙাইবগী মশক ওইরবা ভাণ্ড্রানবা চরণবু সেবা তৌগনি। সনাগী কাগোক্তা কর্পূর অমসুং তাম্বুল থম্না হাপ্তুনা থম্বাল মানবা শ্রীমুখদা কৎচগনি ( কদোমৈঙে )। মনম সুংশিবা চন্দন তক্তুনা সনাগী তেঙ্গোত্তা হাপ্তুনা শ্রীঅঙ্গ অনীদা থোগৎলগনি কদোমৈঙে। সনাগী ঈশিং খুঙ্গাইদা রাধাকুণ্ডগী ঈশিংনা থম্না হাপ্লগা অনীগী মাংদা থমগনি কদোমৈঙে। গুরুগী মশক ওইরিবী সখীগী ওয়থংবা মায়কৈদা লৈদুনা শাথেক অক্ষয়া নিংখিরবা মূর্ত্তি ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু চামর হাই-চমদুনা থোগৎকগনি ( কদোমৈঙে )। অনীগী ভাণ্ড্রানবা মিৎ অমীদু পুরিং-তুজুং হরাওনা উৎগনি ( কদোমৈঙে ), অনীগী চরণবু খুৎনা শোক্তুনা সেবা তৌগনি। চৈতন্যগী মনাই, মনাইদুগী মনাইনা মতম লৈবা শিবিক্তা অভিলাষ তৌঙ্গে—নরোত্তমগী থম্মোইসুংদা অভিলাষ অসি তক্তুনা পোক্লি।

টীকা ঃ—

রাতুল—ভাণ্ড্রানবা। ভোঁড়ি—তক্তুনা।

গুরুরূপা-সখী-বামে গুরুগী মশক ওইরিবী সখীগী ওয়থংবদা মহাক্কী তুংইনবী ওইরিবী গোপকুমারীগী মশক লৈদুনা লৈরগা। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবা চংশবী সখীশিংনা গুরুগী মশক্লি।

সাধক ভক্তনা অন্তগুস্বা সখী অমগী শিষ্য অমা ওইরবী গোপকুমারী-গী ভাব লৌহুনা সেবা চংবদা য়াওগদবনি। অদুগুম্বা সাধকনা মাগী গুরু ওইরিবী সখীগী ওয়থংবদা লৈগদবনি।

ত্রিভঙ্গ-ভঙ্গিম-ঠামে- শ্রীরাধাগা লোয়ননা তিন্নখ্রবা ত্রিভঙ্গ-সুন্দর-রূপ লৌরিবা শ্রীকৃষ্ণবু। শ্রীমতী রাধিকাগী প্রেম্না থুমহৎ-খিহুনা শ্রীকৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গ রূপ লৌবনি। অদুগুম্বা শ্রীরূপ অদুদা চামর খোগল তৌবগু কদৌঙৈ ফংগদগে হায়না হায়রিবনি।

অরুণ—হায়ফেং চাংবা মচু। পুলক হইয়া—মুংভাই-ভুজুংলহুনা।

করে—খুৎনা। পরশিব—শোক্কনি. পায়গনি।

মনে মনে স্ফুরে—থম্মোইগীদা অভিলাষ অসি নিত্তিনা থোরক্লি-পোক্লি।

---

২৯

হরি হরি! আর কবে এমন দশা হব।
কবে বৃষভানু-পুরে আহিরী গোপের ঘরে
তনয়া হইয়া জনমিব॥
যাবটে আমার কবে এ পাণি-গ্রহণ হবে
বসতি করিব কবে তায়।
সখীর পরম শ্রেষ্ঠ যে তাহার হয় শ্রেষ্ঠ
সেবন করিব কবে তায়।

তেঁহ কৃপাবান্ হৈয়া রাতুল চরণে লৈয়া
আমারে করিবে সমর্পণ।
সফল হইবে দশা পূরিবে মনের আশা
সেবিব সে যুগল-চরণ॥
বৃন্দাবনে দুই জন চতুর্দ্দিকে সখীগণ
সেবন করিব অবশেষে।
সখীগণ চারি ভিতে নানা যন্ত্র ল'য়ে হাতে
দেখিব মনের অভিলাষে॥
দোঁহ-চন্দ্রমুখ দেখি জুড়াবে তাপিত আঁখি
নয়নে বহিবে অশ্রুধার।
বৃন্দার আদেশ পাব দোঁহার নিকটে যাব
কবে হেন হইবে আমার॥
শ্রীরূপমঞ্জরী সখী মোরে অনাথিনী দেখি
রাখিবে রাতুল দুই পায়।
নরোত্তম-দাসে মনে প্রিয়-নর্ম্ম সখীগণে
কবে দাসী করিবে আমায়॥

শব্দার্থ

হরি হরি—হরি হরি ; শার—অমুক ; কবে—কদোঠৈ ; এমন—অসিগুম্বা ; দশা—ফাভম ; হব—গুইগনী ; কবে—কদোঠৈ ; বৃষভানু-পুরে—শ্রীবৃষভানুগী গ্রামদা ; আহিরী গোপের—আভিরজাতিগী গোপগী ; ঘরে—যুমদা ; তনয়া—নিঙোন ;

হইয়া ওইনা; জনমিব—পোকনী; যাবটে—যাবটগ্রামদা; আমার—ঐগী; কবে কদৌঙৈ; পাণি-গ্রহণ—লুপোংবা; হবে —ওইগনী; বসতি করিব লৈগনা; কবে—কদৌঙৈ; তায়—মতুদা; সখীর - সখীগী; পরম—পুঙথোই থোইবা; শ্রেষ্ঠ—মুংশিবা; যে—মহাক্না; তাহার মাগী; হয়—ওই; শ্রেষ্ঠ —অথোয়বা; সেবন করিব - সেবা তৌগনী; কবে—কদৌঙৈ; তায়—মতুদা; তেঁহ মহাক্না; কৃপাবান— থৌজানহৈবা; হৈয়া —ওইরদুনা; রাতুল—ঙাঙানবা; চরণে খোঙদা; লইয়া —পুশল্লুনা; আমারে ঐবু; করিবে - তৌগনী; সমর্পণ—কংপা; সফল—মহৈয়ানবা; হইবে—ওইরনী; দশা—ফীভম; পুরিবে—থুংলগনী; মনের - পূক্নী গী; আশা - নীঙশা; সেবিব —সেবা তৌগনী; সে সকল ১৬ পূম্বা; চরণ খোঙ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা; দুই জন - মখোয় অনী; চতুর্দিকে—মায়কৈ মরি কোয়না; সখীগণ—সখীশিং; সেবন করিব—সেবা তৌগনী; অবশেষে - কায়নথ দা; সখীগণ—সখীশিংনা; চারি-ভিতে—মায়কৈ মরিদা; নানা—মখল মথাগী, যন্ত্র—ইশৈগী যন্ত্র; ল'য়ে—পায়দুনা; হাতে—খুৎতা; দেখিব—য়েংগনী; মনের—পূক্নীগী; অভিলাসে—অপাম্বগী তোয়ননা; দোঁহ চন্দ্রমুখ—অনীগী থাজ মায়থোঙ; দেখি—য়েংলগা; জুড়াবে ঊগনী; তাপিত—চাক্লবা; আঁখি—মীৎ; নয়নে—মীত্তা; বহিবে—চেন্থনী; অশ্রুধার—মীরাংগী ঈচেল; বৃন্দার—বৃন্দাদেবীগী; আদেশ—য়াথং; পাব—ফংগনী; দোহার—অনীগী

( রাধাকৃষ্ণগী ); নিকটে—নাক্তা; যাব—চৎকনী; কবে—কদোউডে; হেন—অসিগুম্বা; হইবে—ওইগনী; আমার—ঐগী; শ্রীরূপমঞ্জরী—শ্রীরূপমঞ্জরী; সখী—সখীনা; মোরে—ঐবু; অনাথিনী—মপু পাম্রিবী; দেখি—উদুনা; রাখিবে—থম্বিগনী; রাতুল—ভাঙ্গ্রানবা; দুই পায়—খোঙ অনীদা; নরোত্তম দাসের—নরোত্তম দাসগী; মনে—পুক্নীঙদা; প্রিয়নর্ম—লীলাদা লোয়নবী অচানবী; সখীগণে—সখীশিংনা; কবে—কদোউঙে; দাসী—মংাইনুবী; করিবে—ওইহনগনী; আমায়—ঐবু।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা- হরি হরি! অসিগুম্বা ফীভম ( ঐগী ) কদোউডে ওইগনি। কদোউডে বৃষভানুগী গ্রামদা ( বর্ষাণদা ) আহিরা গোপগী য়ুমদা নিঙোন ওইনা পোক্লগবা। যাবট-তা কদোউঙে ঐগী লুহোংবা ওইরগবা, মতুদা কদোউডে লৈরগবা। সখীশিং লৈরিবদুগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবী—মংথোয়দুগী মরক্তা খ্বাইদগী অথোইবী অদুগী সেবা মফমদুদা কদোউডে তৌরগবা। মহাক্না থৌজানবিদুনা ( শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ) ভাংঙ্রানবা খুয়াথাদা পুশিনবিদুনা ঐবু কংশিরগবা। ( অদু ওইরবদি ) ঐগী দশা মহৈ য়ান্নগনি, ঐগী আশা থুংলগনি, মথোং-থম্বাল অদু সেবা তৌজগনি। বৃন্দাবনদা অনীগুবু ( অদুগা ) মায়কৈ মরিদা লৈবা সখীশিংবু কায়নথংদা ঐনা সেবা ফংজবা ওইগনি। মায়কৈ মরিদা সখীশি না যন্ত্র মথল-মথা পায়রদুনা প্রিয়গী অনিংবা অমগা য়াওনা য়েংজগনি ( কদোউঙে )। অনীদুগী থা-মানবা মায়থোং অদু উরগা

চাক্লবা ; ঈমিং অসি ইংগনি, মিত্তা পীগী ইচেল শিঙ্গুরকনি ( কদৌটৈ )। 'বৃন্দাগী য়াথং ফংহনা অনীগী নাক্তা চৎপা---অসিগুম্বা মওংবু কদৌটৈ ঐগী ওইরগনি। শ্রীরূপমঞ্জরী সখীনা ঐহাকপু গতি'লৈশ্রবীনি হায়না উবহনা ভাংভানবা চৎ- অনীহুদা থম্বিরগবা ( কদৌটৈ )। নরোত্তম দাসনা পুক্লিংদা খঞ্জরি—কদৌটৈ প্রিয়-নর্ম্ম সখীশিংনা ঐহাকপু মনাই-দাসী ওইহনবিরগবা।

বৃষভানু পুরে—শ্রীমতী রাধিকাগী মপাবুংগী নামদি বৃষভানু কৌই। মহাক্না লৈবা গ্রাম অদুবুনি বৃষভানু-পুর হায়বদি। গ্রাম অসিগী মমিং 'বর্ষাণ' কৌই।

আহিরী-গোপের ঘরে—আহিরী হায়নসি আভীর শব্দগী থোরকপনি। করিগুম্বা লাইবিক থাদ' হায় ব্রাহ্মণগী ঔরস-তা অবষ্ঠাগী গর্ভদা পোকপা বর্ণসঙ্কর জাত অমা : অদুবু হাসি পংশা-শাশিনবনি হায়নদু হায়রে। থাক্কোক শেখদি আভীর-শিংসি মূলজাতি 'আহির গোপ' হায়দুনি। ভারতবর্ষগী অরাং-নোংচুপ প্রদেশতা মখোয়াস লৈরম্মী। হৌইনা পোক্কদবা চহি ১০০-গী মমাংদা মগধদা আভীর কোবা নিংথৌ শাঙৈ গমা লৈরম্মী।

আহিরী গোপগী য়ুমদা হায়ুদ গোপ-গোয়ালাগী জাত্তা নিঙোন ওইনা পোকচগে হায়না শ্রীলনরোত্তমনা নিজরি। মরমদি মকমহুদা পোক্লগা শ্রীমতী রাধিকাগী অচানবী মনাই অমা ওইবা ফংজগনি হায়বগী আশান।

যাবটে---যাবটগ্রামদা শ্রীমতী রাধিকাগী মপুরোইবগী য়ুম লৈ। গোপগী য়ুমদা নিঙোল ওইনা পোক্লগা যাবটগ্রামদা

শ্রীমতী রাধিকাগুম্না যুম্নাইরবদি শ্রীমতী রাধিকাগী সেবা ফংবা ঙমগনি হায়বগী আশানা 'যাবটে আমার এ পাণিগ্রহণ হবে' হায়না শ্রীলনরোত্তমনা হায়জরিবনি।

পাণি-গ্রহণ - লুহোংবা, বিবাহ।

সখীর পরম ........ হয় শ্রেষ্ঠ--প্রিয়নর্ম্ম সখী ময়াম লৈরিবীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী অথোইবা হায়বদি শ্রীরূপমঞ্জরীবু হায়রিবনি। ইশৈ ২১-শুবদা "সখীর সঙ্গিনী হ'য়ে তাহে হব ভোর। শ্রীরূপমঞ্জরী দেবি! কর মোর দয়া। অনুক্ষণ দেহ তুয়া পাদপদ্ম ছায়া॥" হায়বত্ত নিংশিংবিয়ু। শ্রীরূপমঞ্জরীনা কৃপা তৌবিরবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবা চংজবা ঙমগদৌরিবনি।

প্রিয়-নর্ম্ম সখীগণে নর্ম্মগী অর্থসু প্রিয়নি। অদুনা প্রিয়-নর্ম্ম-সখীগণ হায়বদি শ্রীমতী রাধিকাগী অচানবা সখীশিং মঞ্জরী-শিংবুনি।

---

৩০

হরি হরি! আর কবে হেন দশা হব।
ছাড়িয়া পুরুষ-দেহ কবে বা প্রকৃতি হব
দুঁহু অঙ্গে চন্দন পরাব॥
টানিয়া বান্ধিব চূড়া নব-গুঞ্জাহারে বেড়া
নানা ফুলে গাঁথি দিব হার।

পীত বসন অঙ্গে পরাইব সখী-সঙ্গে
বদনে তাম্বুল দিব আর ॥
দুঁহু-রূপ মনোহারী দেখিব নয়ন ভরি
নীলাম্বরে রাইকে সাজাইয়া।
রতনের জরি আনি বান্ধিব বিচিত্র বেণী
দিব তাহে মালতী গাঁথিয়া ॥
হেন রূপ-মাধুরী দেখিব নয়ন ভরি
এই করি মনে অভিলাষ।
জয় রূপ সনাতন দেহ মোরে এই ধন
নিবেদয়ে নরোত্তম দাস ॥

## শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি হে হরি; আর-অমুক; কবে—কদৌদৈ; হেন—অসিগুম্বা; দশা—ফীভম; হব—ওইগনী; ছাড়িয়া—থাদোক্লনা; পুরুষ-দেহ—নিপা ওইবগী হকচাঙ; কবে বা—কদৌদৈবু; প্রকৃতি—নুপী; হব ওইগনী; দুঁহু অঙ্গে—(রাধাকৃষ্ণ) অনীগী হকচাঙদা; চন্দন—চন্দন; পরাব—থৌগনগনী; টানিয়া—চিংলনা; বান্ধিব—পুনজগনী; চূড়া—চূড়া; নবগুঞ্জাহারে-অনৌবা গুঞ্জা পরেংদা; বেড়া—কোয়না য়েংপা; নানা—মথল মথাগী; ফুলে—লৈরাংনা গাঁথি—লেংদুনা; দিব—কংকনী; হার—লীকপবেং; পীত—মাপুমচুগী; বসন—ফীগে; অঙ্গে—অঙ্গদা; পরাইব—

শেংপিগনী; সখী সঙ্গে—সখীগা লোয়ননা; বদনে—চীন্দা; তাম্বুল—পানা; দিব-ইনগনী; আর—অত্থগা; দুঁহুরূপ—শক অনী; মনোহারী—পূক্রীঙ হূবদো; দেখিব—য়েংগনী; নয়ন—মীৎ; ভরি—থম্না; নীলাম্বরে—অশংবা মচুগী ফিনা; রাইকে—শ্রীরাধাবু; সাজাইয়া—লৈতেং তৌজরগা; রতনের—রত্নগী; জরি—জরি, আনি—পুরক্লুনা; বান্ধিব—পুন্‌শনগনী; বিচিত্র—ওক্না ফজরবা; বেণী—বেণী শম্বুল; দিব—হাপকনী; তাহে—মত্থদা; মালতী—মালতীগী পরেং; গাঁথিয়া—লেংদুনা; হেন—অসিগুম্বা; রূপমাধুরী—শকী ফজবদো; দেখিব—য়েংজনী; নয়ন—মীৎ; ভরি—থীংনা; এই—মসী; করি—তৌজৈ; অভিলাষ—পাম্বা; জয়—খুরুমজরি; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামীবু; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামীবু; দেহ—পীয়ু; মোরে—ঐঙোন্দা; এই—অসী; ধন—লন্; নিবেদয়ে—হংগচ্চরি; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি হরি! অসিগুম্বা দশাবু কদোঙৈ ওইরগদবা? নিপা ওইবগী হকচাং থাদোক্লগা কদোঙৈ ফুগী ওইরগবা, অনীগী শ্রীঅগদা চন্দনগী থৌগল ফংলগবা। (খুংনা) চিংথুনা চূড়া পুঙ্গতুনা নবগুঞ্জামালা কোয়না য়েংশঙ্করগবা, লৈ খিবিক্লা পরেং লেংদুনা (শ্রীঅঙ্গদা) লৈতেংজরগবা। নাপুমচূগী খাংচেং সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীঅগদা থোজরগবা অত্থগা তাম্বুল থৌগল তৌজরগবা (কদোঙৈ)। শ্রীমতী রাধিক'বু অশংবা খাংজেং থোলহল্লপা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীগী পুক্লিং হুরবা

রূপ অদু মিং খিংনা য়েংলগবা ( কদৌদৈ )। রত্ননা তংবা জরি পুশন্দুনা ফজরবা শমলাংগী বেণী পুল্লগবা ( কদৌদৈ, অদুগা ) মালতী পরেং লেংতুনা মতুদা খেংচগবা ( কদৌদৈ )। অসিগুম্বা রূপ মাধুরীবু মিং থিংনা য়েংজগবা হায়রবা অভিলাষ অসিতা তৌজরি। হে রূপ, সনাতন, খুরুমজরি, লন অসিদা ঐঙোন্দা পিনবিয়ু,—নরোত্তম দাসনা হায়জরি।

ছাড়িয়া.......... প্রকৃতি হব নিপা ওইনগী দেহদা লৈরবদি শ্রীকৃষ্ণগী মধুর-প্রেমসেবা তৌবা য়াদে—গোপীগী মশক ওইরিবী নুপীগী দেহ লৈরবতদা য়ারিবনি। মরম অদুনা প্রকৃতি ( নুপী ) ওইজগে হায়না প্রার্থনা তৌরিবনি।

---

৩১

হা হা প্রভু! কর দয়া করুণা-সাগর।
মিছা মায়া-জালে তনু দহিছে আমার॥
কবে হেন দশা হবে—সখী-সঙ্গ পাব।
বৃন্দাবনের ফুল গাঁথি দোঁহারে পরাব॥
সম্মুখে বসিয়া কবে চামর ঢুলাব।
অগুরু-চন্দন-গন্ধ দোঁহ-অঙ্গে দিব॥
সখীর আজ্ঞায় কবে তাম্বূল যোগাব।
সিন্দূর তিলক কবে দোঁহারে পরাব॥

বিলাস-কৌতুক-কেলি দেখিব নয়নে।
চন্দ্রমুখ নিরখিব বসা'য়ে সিংহাসনে॥
সদা সে মাধুরী দেখি মনের লালসে।
কত দিনে হবে দয়া নরোত্তম-দাসে॥

### শব্দার্থ

হা হা প্রভু—হে প্রভু; কর দয়া—থৌজানবিয়ু; করুণা-সাগর—থৌজাল-ইপাক ওইব-ও; মিছা- ওইদবা; মায়া—মায়া; জ্বালে—মৈচাক্লা; তনু-হকচাঙ; দহিছে—চাক্লি; আমার—ঐগী; কবে—কদোৈঙ; হেন দশা-অসোগুম্বা ফীভম; হবে—ওইগনা; সখীসঙ্গ—সখীগা লোয়নবা; পাব—ফংগনী; বৃন্দাবনের—বৃন্দাবনগী; ফুল-লৈরাং; গাঁথি—লেংহুনা; দোঁহারে—অনীদা; পরাব—শিহনগনী; সম্মুখে—মাঙদা; রহিয়া—লৈরগা; কবে কদোৈঙ; চামর-চামর; ঢুলাব হুমগনী; অগুরুচন্দনগন্ধ—অগুরুচন্দনগী মনম; দোঁহ অঙ্গে—অঙ্গ অনীদা; দিব—থৌগনগনী; সখীর—সখীগী; আজ্ঞায়—য়াথংনা; কবে—কদোৈঙ; তাম্বুল—তাম্বুল পান; যোগাব-লান্‌শন্‌গনী; সিন্দুর-তিলক—সিন্দুরগা তিলক-কা; কবে—কদোৈঙ; দোঁহারে-অনীদা; পরাব-থৌগনগনী; বিলাস-কৌতুক-কেলি-হৌরাওনা নোক থোৎহুনা শান্নবদু; দেখিব—য়েংগনী; নয়নে-মীংনা; চন্দ্রমুখ—থাজমায়থোঙ; নিরখিব—য়েংজগনী; বসায়ে ফমহল্লগা; সিংহাসনে- সিংহাসন-

মথক্তা ; সদা—মতম পুম্বদা ; সে-মাধুরী—ফজব অদো ; দেখি —য়েংগে ; মনের পুরীগী ; লালসে—হকচিন্না পামশন্না ; কতদিনে—মুমীৎ কয়ানী লৈরগা ; হবে দয়া—চানবিগনী ; নরোত্তম-দাসে—নরোত্তম দাসবু।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হা প্রভু ! থোজাল ইপাক ওইরিবা, ( ঐবু ) থোজানবিয়ু। মীনম্বা মায়াগী মৈচাক্তা ঐগী হকচাংসি চাক্তি। সখীগী সঙ্গ ফংবা দশাদু কদোম্বৈ ওইগনি। বৃন্দাবনগী লৈনা ( লৈ পরেং ) লেংহুনা অনীদুদা (শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণদা) হক্তনি। মমাংদা লৈরগা কদোম্বৈ চামর-কাংহ ই থোগল চংগনি। অগুরু কৌবা চন্দনগী গন্ধনা ( কদোম্বৈ ) শ্রীঅঙ্গ অনীদা থোগল তৌগনি। সখীগী য়াথংনা কদোম্বৈ অনীগী মফমদা তাম্বুল কৎচরগবা। সিন্দুরগা তিলক কা ( চন্দনগা ) কদোম্বৈ অনীদা থোগজরগবা। বিলাস কৌতুক ( হরাওনা নোক-থোক্না ) শান্নবছ মিৎসিনা ( কদোম্বৈ ) য়েংজগবা। সিংহাসন্দা লেংশন্দুনা ফমহল্লগা থা-মানবা মায়থোং অদু ( কদোম্বৈ ) য়েংলগবা। মতম-পুম্বদা মাধুরী অদুবু য়েংনিংবা অমা য়াওনা য়েংজরগবা। কয়ানি লৈরগা নরোত্তম দাসতা দয়া তৌবিরগনি।

টীকা ঃ—

প্রভু—গুরুদেববু হায়রিবনি। করুণা সাগর—থোজাল লৈবদা মাপা লৈত্রবা। গুরুনা থোজাল্লবদি কনাগুম্বা অমত্তনা কৃষ্ণভক্তিগী লম্বী পাংবা ঙমদে। মহাক্তা থোজাল হৈজুন

শিষ্যদা পুকচেল তিংনা অমসুং য়াম্না চেকশিন্না অমসুং হৈশিংনা তাকপিরবদা শিষ্য অদুনা ভক্তি তানবা ঙমজগদৌরিবনি। অদু নত্রবদি লাংগী মশক ওইরবা মায়াদা পুনখিদুনা সংসারগী মৈচাক অদুনা পুক্লিং হকচাং পুম্বসি চাকুনা লৈগদবনি। অদুনা শ্রীল-নরোত্তম মহাশয়না হায়রি — মিছা-মায়া-জালে তনু দহিছে আমার।

সখী-সঙ্গ পাব—সখীগী সঙ্গ ফংগনি। শ্রীমতী রাধিকাগী অচানবী সখীগী তুংইনবী গোপ-কুমারী ওইনা মাগী সঙ্গিনী ওইগনি। মীওইবা ঐগী গুরুদেব অদুসু মঞ্জরী অমনি। মহাক্না তাকপি-তিকপিদুনা অমদি ঐগীদমক মঞ্জরী অথোইবীদা হায়বিদুনা সখীগী নাক য়৷বা য়াগদৌরিবনি। অদুম্না সখীগী তুংইন্দুনা চংজরগা লীলা-বিলাসকী সেবাদা য়াওজবা ফংজগদৌরিবনি। মদুগুম্বা সখীগী অনুগতা ওইবী গোপ-কুমারী ওইবা য়াবা সঙ্গ অদু ফংনবা ফীভমবু করম্বা মতমদা ফংগদগে হায়না শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না প্রার্থনা তৌজরিয়ে।

মঙ্গ ংংবা মুনিত্তগী লৈ লেংলগা যুগল মুর্ত্তি অনীদুদা হুকপা ফংগনি. মাংদা লেপ্লগা চামর থৌগল তৌগনি. চন্দন-গন্ধ শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনীগী শ্রীঅঙ্গদা থৌগঙবা ফংগনি। তাম্বুল-সেবন তৌগনি, যুগলরূপ রত্নসিংহাসনদা ফমদুনা লৈবা মতমদা ফজবা শক অদু ( মাধুরীদু ) মিৎ থিংনা উবা ফংগনি।

মসি পুম্নমক ফংগদবদি শ্রীগুরুদেবনা কৃপা তৌবিরদুনা তাকপি-তিকপিরগা লমজিংবিবা মতমদা ওইগদবনি ; অদুনা গুরুকৃপা ফংজগে হায়না শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না নিজরিবনি।

৩২

কবে কৃষ্ণ-ধন পাব হিয়ার মাঝারে থোব
জুড়াইব এ পাপ পরাণ।
সাজাইয়া দিব হিয়া বসাইব প্রাণ-প্রিয়া
নিরখিব সে চন্দ্রবয়ান॥
হে সজনি! কবে মোর হইবে সুদিন।
সে প্রাণনাথের সঙ্গে কবে বা ফিরিব রঙ্গে
সুখময় যমুনা-পুলিন॥
ললিতা বিশাখা নিয়া তাঁহারে ভেটিব গিয়া
সাজাইয়া নানা উপহার।
সদয় হইয়া বিধি মিলাবে সে গুণনিধি
হেন ভাগ্য হইবে আমার॥
দারুণ বিধির নাট ভাঙ্গিল প্রেমের হাট
তিলমাত্র না রাখিল তার।
কহে নরোত্তম-দাস কি মোর জীবনে আশ
ছাড়ি গেল ব্রজেন্দ্র-কুমার॥

শব্দার্থ

কবে - কদোৗঙৈ; কৃষ্ণধন—কৃষ্ণ কৌবা লন; পাব—ফংগনী; হিয়ার—থম্মোইগী; মাঝারে—মনূঙদা; থোব—থমগনী; জুড়াইব—ইংহনূগনী; এ—অসী; পাপ—পাপচেনবা; পরাণ—থরাই; সাজাইয়া—শেমজন্দুনা; দিব—পীগনী; (সাজাইয়া দিব—শেমজনগনী); হিয়া—থম্মোই; বসাইব

—ফমহনগনী ; প্রাণ-প্রিয়া – থরাইগী মুংশিববু ; নিরখিব— য়েংগনী ; সে – মদু ; চন্দ্রবয়ান—মায়থোঙ থাজ ; হে সজনি – হে সখী ; কবে – কদৌদৈঙে ; হইবে---ওইগনী ; সুদিন – য়াইফবা নুমিৎ ; সে – অদু ; প্রাণনাথের সঙ্গে—থরাইগী মবুংঙোদুগা লোয়ননা ; কবে বা – কদৌদৈবু ; ফিরিব – চৎকনী ; রঙ্গে – নুংঙাইনা ; সুখময়---নুংঙাইবগী মশক ওইবা ; যমুনা-পুলিন —যমুনা তোর্ব্বান ; ললিতা – ললিতা সখী ; বিশাখা – বিশাখা সখী ; নিয়া – পুদুনা ; তাঁহারে—মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ; ভেটিব – উনগনী ; গিয়া – চৎতুনা ; সাজাইয়া—শেমশারদুনা ; নানা – মথল মখাগী ; উপহার – খুদোল পোৎ ; সদয়—চুংশিবিবা ; হইয়া – ওইদুনা ; বিধি – নোংদম্বনা ; মিলাবে উনহন্‌গনী ; সে – অদু ; গুণনিধি – গুণগী ভুঙ্গম ; হেন – অসিগুম্বা ; ভাগ্য – লাইবক ; হইবে – ওইগনী ; আমার – ঐগী ; দারুণ – তমথিবা ; বিধির – নোংদম্বগী ; নাট—ইরাং, বৃষ্মে ; ভাঙ্গিল – কায়রে ; প্রেমের – প্রেমগী ; হাট – কৈথেল ; তিলমাত্র— খুজিন্নুক্তফাওবা ; না রাখিল—থম্লমদ্রে ; তার---মগী ; কহে —হায়জৈ ; নরোত্তম দাস—নরোত্তম কৌবা মনাইনা ; কি —করি ; মোর—ঐগী ; জীবনে—পুন্সীদা ; আশ—আশা ; ছাড়ি – থাদোক্লুনা ; গেল—চৎখরে ; ব্রজেন্দ্র-কুমার—ব্রজ- নিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—কদৌদৈঙে কৃষ্ণ কৌবা লন-বু ফংগদগে, থম্মোই-সকানুংদা থমজরগদগে, ( অদুগা ) পাপ চেল্লবা

থরাই অসি ইংহঙ্গগনি। থম্মোই-মুং অসিবু শেম-শাজরগনি ( অদুগা ) থরাইদগী হেন্না মুংশিরবদুব ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ফমহল্লগনি ( কদোঁইঙে ), মায়থোং-থাজ অদুবু য়েংঙ্গগনি ( কদোঁইঙে )। হে সজনি ( সখী )! কদোঁইঙেবু ঐগী য়াইফবা মুমিৎ ওইগদগে। থরাইগী মবুংঙোহুগা লোয়নবা রঙ্গ ( বিলাস ) তৌরগা কোয়চৎ চৎলগবা কদোঁইঙে—মুংঙাইরবা যমুনা-মপান্দা। ললিতা বিশাখাবু পুরগা মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) উনরুগনি--খুদোনপোৎ মথল মথল পুহনা—( কদোঁইঙে )। বিধিনা ( নোংদম্বনা ) চানবিহনা গুণগী তুংফম ওইরিবা ( ইবুংঙো ) মহাকপু উন্নহনবিগনি--অসিগুম্বা লাইবক ফববু ঐগী ওইরগবা ( কদোঁইঙে )। তমখিরবা বিধিগী মরৈনি, প্রেমগী কৈথেল কায়খরে, মহুগী ( প্রেমগী ) থোইদিং মরু অমগী মরুম-ফাওবা থম্বিরমদরে। নরোত্তম দাসনা হায়জরি —ঐগী পুন্সিগী আশা করি লৈরি, ব্রজেন্দ্র কুমারনা ( শ্রীকৃষ্ণনা ) থাদোক্কনা লেংবিখরে।

টীকা :—

কৃষ্ণ-ধন—শ্রীকৃষ্ণবু লন অথোইবনি হায়রিবনি। মীওইবা ঐখোয়না তানগদবা লন অথোইবদি শ্রীকৃষ্ণতনি। অকৈদি অরেম্বনি।

হিয়ার মাঝারে থোব—থম্মোয়-লকাম্নুংদা থমগনি। মীওইবগী পাম্মুরিবা পোৎ অসি থম্মোইনি। অহুদগীসু শ্রীকৃষ্ণ কৌবা লল অসিনা হেল্লি। থরাইনা পাম্বহুদা ফংগে হায়না মীওইবনা ভান্নরিবনি। অহুগুম্বা পোৎপু থরাইগী লম্নি হায়নরিবনি।

মীওইবগীদি শ্রীকৃষ্ণতনা লন অথোইবনি, অহুনা থম্মোইমুংগী লন ওইরিবনি। অহুনা মতমপুম্বদা য়াম্না লুনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা ওম্বা মুমিংতু কদোউডে ওইগদগে হায়না শ্রীলনরোত্তম ঠাকুরনা ঙাইজরি।

জুড়াইব এ পাপ পরাণ--কনাগুম্বনা "পাঁচ পরাণ" হায়বসু য়াওই। পাপ পরাণ হায়বগী তাৎপর্য্যদি অসি ওইগনি—মায়াগী মথা পোন্দুনা ঐথোয়গী প্রাণ অসিনা পাপ ( কন্তবা থবক ) তৌই। পাপ তৌরে হায়দুনা পাপ-পরাণ হায়রিবনি।

পাপ তৌরবদি থৱায় অসি ইলাও লাওদুনা লৈ, মৈনা চাকপগী মৈচাক্না মান্নে নক্তগা মৈদগী হেন্না শাবা মৈশা লাংই। অসিগুম্বা মৈচাক অসি শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোয়মুংদা থমদুনা হায়বদি মতম পুম্বদা থৱায় অসিনা শ্রীকৃষ্ণবুতা নিংলবদি ইরাই-লায়না মুংপা ঙম্মি অমসুং ইডিঙ। অদুনা ঠাকুর-মহাশয়না অসিগুম্বা মতমবু করম্বা মুমিত্তা ফংগদগে হায়জরিবনি।

সাজ্জাইগা দিব হিয়া—থম্মোইসিবু শেম-শাগনি ( সাজাই-গনি )। থম্মোয়সিবু শেম-শাগদৌরিবদি ইবুংঙো মানা লেংশনবা য়ানবা নিংথিনা লুনা শেমগংপা তারে। ঐথোয় মীওইবগী থম্মোয় অসিদা সংসার-বাসনা মরিক অমফাওবা লৈহনবা য়াদে। অদুম্না অমোংপা বাসনা পক্লবদি শ্রীকৃষ্ণগী মতিকচাবা আসন ওইবা য়ারোই। অসিনা তাকপদি ইলাই-লাইনা কৃষ্ণভক্তি ফংবা য়াদে। ফংগে হায়না নিংলবসু মাগী কৃপা নত্তনা ওইবা য়াদে। মরমসিনা 'হিয়া সাজাইবা' তারে, হায়বদি---সংসার-বাসনা

কোক্লবা তৌবা তারে। মতুম্ মাগী কৃপা চংই। অতুনা কৃপা অতু ফংবা মুমিৎ কদৌদৈ ওইগদগে হায়না শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না প্রার্থনা তৌজরি।

প্রাণপ্রিয়া--প্রাণ-দগী হেল্লবা থরায়গী মুংশিজরবা প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণবু হায়রিবনি। মীওইবনা মুংশিবসি থরায়না মহেল্লে, থরায়দগী হেনবা করিমতা লৈদ্রে। শ্রীকৃষ্ণবুদি ভক্তশিংনা থরায়-দগী হেন্না মুংশি। অদুগুম্বা প্রাণবল্লভ ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্ত অমনা মুংশিবগুম্না মুংশিজবা অতুগা থম্মোইশুংদা থম্বা ওম্বা মুমিৎপু শ্রীলনরোত্তমনা ঙাইজরি।

সজনি—সখি। সখীদা হংলি প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণবু করম্বা মুমিত্তা ফংগদগে, ফংগদবা য়াইফবা মুমিৎ অদু কদৌদৈ ওইগদগে হায়না। প্রার্থনা অসি শ্রীমতী রাধিকানা তৌবগী ভাবতা পুরবদি সজনি হায়বসিনা তাকপদি শ্রীমতীগী চান্নথোইবী মতা সখী অমদা হায়রিবনি হায়না লৌবা য়াই। অদুবু প্রার্থনাশিং অসিদি শ্রীল-নরোত্তম মহাশয়না তৌজবনি। অতুনা সজনি হায়বসিনা তাকপা অর্থদি অম্মুম্না ওইগনি। মদুদি: গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগী সাধন-মতুং ইন্না মঞ্জরী অমগী অনুগা (তু ইনবী), সখী অমগী তুংইনবী ওইনা চংজগদবনি, অদুদদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংবা য়াগদবনি হায়না মথক্তা মফম অমা অমদা হায়জখ্রে। অতুনা অদুগুম্বা সখী-মঞ্জরীবু কৌদুনা কৃপা তৌবিগদবা মতম কয়া য়াম্না রাংলিবনো, কৃপা ফংগদৌবিবরা, হায়দুনা হংজবনি।

ভেটিব—উনগনি। ব্রজেন্দ্রকুমার—ব্রজ-নিংথৌ মপাগি শ্রীকৃষ্ণ।

৩৩

এইবার পাইলে দেখা চরণ দু'খানি।
হিয়ার মাঝারে রাখি জুড়াব পরাণী॥
তাঁরে না দেখিয়া মোর মনে বড় তাপ।
অনলে পশিব কিবা জলে দিব ঝাঁপ॥
মুখের মুছাব ঘাম খাওয়াব পাণ-গুয়া।
শ্রমেতে বাতাস দিব চন্দনাদি চুয়া॥
বৃন্দাবনের ফুলেতে গাঁথিয়া দিব হার।
বিনাইয়া বান্ধিব চূড়া কুন্তলের ভার॥
কপালে তিলক দিব চন্দনের চাঁদ।
নরোত্তম-দাস কহে পিরীতের ফাঁদ॥

## শব্দার্থ

এইবার—হন্দমূক ; পাইলে—ফংলবদি ; দেখা—উবা ; চরণ—খোঙ ; দুখানি—অনীদো ; হিয়ার—থম্মোয়গী ; মাঝারে—মনূঙদা ; রাখি—থমজুনা ; জুড়াব—ইংহনগনা ; পরাণী—থরাই ; তারে—মহাকপু ; না দেখিয়া—উদতুনা ; মোর—ঐগী ; মনে—পূক্নীঙদা ; বড়—অচৌবা ; তাপ—মৈচাক ; অনলে—মৈদা ; পশিব—চঙগনী ; কিবা—নৎত্রগা ; জলে—ইশীঙদা ; দিব ঝাঁপ—চোংথগনী ; মুখের মায়খোঙগী ; মুছাব—তৈথোক্কনা ; ঘাম—হুমাং ; খাওয়াব—পীজগনী ; পাণ-গুয়া—পাণ-ক্বা ; শ্রমেতে—হকচাঙনা নোম্বগী রারবদা ;

বাতাস—মুংশিং ; দিব—পীগনী ; চন্দনাদি চুয়া—চন্দন চুয়া-নচিংবা ; বৃন্দাবনের—বৃন্দাবনগী ; ফুলেতে—লৈরাংনা ; গাঁথিয়া—লেংদুনা ; দিব—পীগনী , হার—লীক্লাংপরেং ; বিনাইয়া—বেণী লোন্দুনা ; বান্ধব—পুন্‌শন্‌গনী ; চূড়া—চূড়া ; কুন্তলের—শম্লাংগী ; ভার—মরূম ; কপালে—লাইবক্তা ; তিলক—চন্দন ; দিব—থীনবিগনী ; চন্দনের—চন্দনগী ; চাঁদ—থাজ ; নরোত্তম দাস—নরোত্তম দাসনা ; কহে—হায় ; পিরীতের—মুংশিবগী ; ফাঁদ—লাং ।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—চন্দমুক উম্ববদি মখোং অনীত্থ থম্মোয়মুংদা থম্লগা থরাই হৈংজনগনি । মহাকপু উদবনা শ্রীগী পুক্রিংদা য়াম্না চাক্লে । মমুংদা চংগদনা নংগী ইশিংদা চোংথ-গদরা । মায়থোংগী হুমা তৈথোক্লনি পান্থুম্না হাকনগনি । (রারহনা হকচাং) চোকথরবদা হুমাই হুমগনি (অদুগা) চুয়া-চন্দন-নচিংবা থোগল তৌগনি । বৃন্দাবনগী লৈ-না পরেং লেংদগা থোক্লনগনি । শম্লাং অত্থ লোইথকুনা চূড়াব পুজপনি । লাইবক্তা চন্দনগী থা ওইনা থিজগনি । নরোত্তম দাসনা মুংশি-লাং করিনো হায়বত্থ লিক্তরিয়ে ।

টীকাঃ -

চরণ দু'খানি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অনাবুনি ।

পরাণী—প্রাণ হায়বনি । অনলে পশিব—মৈমুংদা চংলগনি । শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংদবদগী থম্মোয়দা চাক্লিব মৈগী

মৈশা অসি ওথোক্লা কনখরে। মসিবু চাম্নবা মৈগী মথুংদা চংলবদি চাম্নবা মৈগী মৈশানা লাকহংখিহনা কোক্কদরা মকম থংদবে হায়রিবনি।

কুন্তলের ভার—শম মপৈ।

---

৩৪

এইবার করুণা কর বৈষ্ণব গোসাঁই।
পতিত পাবন তোমা বিনে কেহ নাই॥
যাঁহার নিকটে গেলে পাপ দূরে যায়।
এমন দয়াল প্রভু কেবা কোথা পায়॥
গঙ্গার পরশ হইলে পশ্চাতে পাবন।
দর্শনে পবিত্র কর এ তোমার গুণ॥
হরি-স্থানে অপরাধে তারে হরি-নাম।
তোমা-স্থানে অপরাধে নাহিক এড়ান॥
তোমা সবার হৃদয়েতে গোবিন্দ-বিশ্রাম।
গোবিন্দ কহেন মোর বৈষ্ণব পরাণ॥
প্রতি জন্মে করি আশা চরণের ধূলি।
নরোত্তমে কর দয়া আপনার বলি॥

শব্দার্থ

এইবার—হন্দকমুক্তি; করুণা—থৌজানবা; কর—তৌবিয়ো; বৈষ্ণব গোসাঁই—বৈষ্ণব প্রভুশা; পতিতপাবন—তোম্বদু

জান্‌বিবা ; তোমা – নঙ ; বিনে – নত্তনা ; কেহ কনামতা ; নাই —লৈতে ; যাঁহার — মহাকী ; নিকটে – নাক্ত ; গেলে— চৎলগদি ; পাপ—পাপ ; দূরে—লাপ্পা ; যায় – চৎলী ; এমন —অসিগুম্বা ; দয়াল – খোজানহৈবা ; প্রভু – মপু ; কেবা —কনানা ; কোথা—কদায়দা ; পায় – ফংডী ; গঙ্গার— পন্দাগী জলবু ; পরশ—খুৎনা পায়বা ; হইলে – ওইরগদি ; পশ্চাতে—(পায়রুরবা) তুংদা ; পাবন—শেংবা (ওই) ; দর্শনে— উবদদা ; পবিত্র অশেঙবা ; কর – ওইহল্লী ; এ – অসী ; তোমার—মঙগী ; গুণ – গুণ ; হরিস্থানে – হরিগী মফমদা ; অপরাধে – য়োল্‌বা লান্‌বা তৌবদা ; তারে—লান্‌বী কনবী ; হরি-নাম – হরি নাম্মা ; তোমাস্থানে—নংগী নফমদা ; অপরাধে —য়োল্ল-লাল্লবদা ; নাহিক—নত্তে ; এড়ান – নাম্মোকপা ; (এড়ান নাহিক—নাম্মোকপা য়াদে) ; তোমা সবার – নখোয় পুম্বগী ; হৃদয়েতে—থম্মোইসুংদা ; গোবিন্দ বিশ্রাম – গোবিন্দ লৈ ; গোবিন্দ – গোবিন্দনা ; কহেন – হায় ; মোর – ঐগীদি ; বৈষ্ণব – বৈষ্ণবনা ; পরাণ – থরাইনী ; প্রতি জন্মে – মপোক থুদিংদা ; করি—তৌগি ; আশা – আশা ; চরণের – খুয়াগী ; ধূলি—উৎফুল ; নরোত্তমে নরোত্তমবু ; কর দয়া – চানবিয়ু ; আপনার – নশামক্কী মীনী ; বলি – হায়দুনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হন্দমুক কৃপা তৌবিয়ো হে বৈষ্ণব গোসাঁই। মহাক নত্তনা তোল্লবদু লানবীনবা কনা লৈতে। অদী মাক্তা চৎলপা পাপ (কত্তবা থবক অমত্তুং বাথল) অদুদা

মাংখিবা ( কোকপা ), অত্রগুম্বা খোঙ্গালহৈবা প্রভুদি (বৈষ্ণবশি) কদায়দা চংলগা ফংগনি। গঙ্গাদি শোয়রুরগা কোয়া (অমোংপা) শেংদোকপান ; ( নদি ) উবদদ ( মীবু ) পবিত্র ওইহল্লি, মসি নংগী গুণ-নি। হরিগী মকমদ অপরাধ তৌরগা হরিনাম-না কোকঈ, নংগী নকমদা অপরাধ তৌরবদি রক্ষা ( হিংবা ) লেল্লে। নখোয় লোইনমক্কী হৃদদা গোবিন্দ-না লৈরিবনি। গোবিন্দ-না হায়-ঐগীদি বৈষ্ণবনা থহায়নি। মপোক খুদিংদা নখুয়া-উৎফুল অত্র ফংজগে হায়না আশা তৌজরি। নরোত্তমবু নশামক্কী মীনি হায়দুনা খোঙ্গানবিয়ু।

টীকা ঃ—

বৈষ্ণব-গোসাঁই—বৈষ্ণবপু গোসাঁই হায়বদি প্রভু (ইবুংঙো) হায়রিবনি। মরমদি বৈষ্ণবকী মনাই অদানবা ভক্ত অমা ওইজরবদা কৃষ্ণ-ভক্তি ফবা ঙম্লিবনি, অদুগা বৈষ্ণবকী মকমদা অপরাধ তৌকরবদি ( লংঙকরবদি ) অপরাধ অদু কোক্রিবা ফাওবা কৃষ্ণ-ভক্তি ফংবদি লায়বদুনা ভক্তিগী মনাই ওইরবী মুক্তি ফাওবা ফংবা ঙমদে। অদুনা মথাগী পরেংদা 'পতিত পাবন' ওইবদি বৈষ্ণব নওন কনা লৈতে হায়রিবদুনি।

বৈষ্ণবকী মাহাত্ম্যগী মরমদা ইদুনা বৈষ্ণবকী কৃপা নিহুনা লেংলিবা প্রার্থনানি ইশৈ অসি। বৈষ্ণব মাহাত্ম্য অমসুং লক্ষণগী মরমদা ইশৈ ১০ অমসুং ১৯ শুবদা য়েংবিয়ু।

গঙ্গার পরশ—গঙ্গাগা শোয়রবা। ভাগীরথী গঙ্গাবু পতিত-পাবনী হায়রিবনি ; মরমদি গঙ্গাজলগী মগুণদি ফত্ত-হাওদি

অমোং অতাই পুন্নমক মাংহন্দুনা শেংদোকপা ঙম্মি। গঙ্গাদা লুপন্দুরবস্থ অদুগা গঙ্গাজল থক্লুবরবস্থ ককচাংগী অমসুং পুক্লিংগী অমোংপা পুন্নমক কোকই। অদুনা স সারদা পতিত ওইকররা কাংবুনা মরমচৎ নাইদবা চৎলুবদগী ব্যাধি ( অনায়েক ) পোক্লকপা, অহুদগী আধি ( পুক্লিংগী লাইনা ) পোকপা অহ কোক্লবা গঙ্গাজল সেবন তৌই। পতিতপু লানবিহৈবী গঙ্গাসিদগী বৈষ্ণবনা হেল্লি, মরমদি গঙ্গাদি মশাগা শম্নক্লবদি পাবন ( শেংদোকপা ) ঙমদে ; হায়না গঙ্গাজলদা লুপ্লুরগা কোম্না দেহ মন অসি পবিত্র ওইরকই ( পশ্চাতে পাবন )।

দর্শনে পবিত্র কর—নংদি হায়বদি বৈষ্ণবতি উবদদা অউবা মীহুবু পবিত্র ( শেংদোক্লবা ) ওইহল্লি। মরমদুনা বৈষ্ণবকী মহুৎপদি হায়ক্লহুনা কাম্নদে।

হরি স্থানে.........হরি-নাম—ইশৈ ১৯ শুবগী টীকাদা হাওত্রে সেবাপরাধ অমসুং নামাপরাধ করিনো হায়বদু। শ্রীহরিগী মফমদা সেবা তৌবগী মতমগা নাম-কীর্ত্তন তৌবগী অপরাধ তৌক্লরবস্থ শ্রীহরিগী নাম শোক্লগা কোকপা ঙম্মি।

তোমা-স্থানে অপরাধ—নংগী (বৈষ্ণবকী) মফমদা অপরাধ তৌবদি।

নাহিক এড়ান—এড়ানগী অর্থদি লাপ্তোকপা হায়বনি। বৈষ্ণবকী মফমদা তৌক্লবা অপরাধতি শ্রীহরিনস্থ থাকপিবা কোকপিবা ঙমদে হায়বদি ঙম্নবস্থ কোকপিদে। অদুনা অপরাধ তৌরবা বৈষ্ণবদুনা চংলবা তারে, ঐবা নংক্লরিবা বৈষ্ণবদু

কনানো হ'য়ব' খংত্রবি মতম পুগদা বৈষ্ণব-বন্দনা, বৈষ্ণব-গুণ শকু শোনব। অদুগা বৈষ্ণব-সেবা তৌহনা অপরাধ অত্ত কোকপা যাই।

তোমা-সবা-হৃদয়েতে গোবিন্দ বিশ্রাম — নংখায় বৈষ্ণব-শিং পুম্নমক্কী থম্মোয়ম্নুংদা গোবিন্দনা বিশ্রাম তৌই। শ্রীমদ্ভাগবত্তা হায়রি - "সাধবো হৃদয়ং মহ্যং সাধূনাং হৃদয়ন্ত্বহং। মদন্যত্তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যো মনাগপি ॥"

---

৩৫

হরি হরি! কি মোর করম অনুরত।
বিষয়ে কুটিল মতি সাধু-সঙ্গে নৈল রতি
কিসে আর তরিবার পথ ॥
স্বরূপ সনাতন রূপ রঘুনাথ ভট্ট-যুগ
লোকনাথ সিদ্ধান্ত-সাগর।
শুনিতাম সে সব কথা ঘুচিত মনের ব্যথা
তবে ভাল হইত অন্তর ॥
যখন গৌর নিত্যানন্দ অদ্বৈতাদি ভক্ত-বৃন্দ
নদীয়া-নগরে অবতার।
তখন না হৈল জন্ম এবে দেহে কিবা কর্ম
মিছা মাত্র বহি ফিরি ভার।

হরিদাস আদি মেলি মহোৎসব-আদি কেলি
না হেরিনু সে সুখ বিলাস।
কি মোর দুঃখের কথা জনম গোঙানু বৃথা
ধিক্ ধিক্ নরোত্তম দাস॥

### শব্দার্থ

হরি হরি—হে হরি ; কি—করনো ; মোর—ঐগী, ঐসে ; করম—যুগ্যান্-কৈনগী থাক্তা ; অ রত—লূপ্পা (ওইরে) ; বিষয়ে—ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা পোংতা (লূপ্পনা) ; কুটিল—খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাংনবা ; মতি—পুকচেল (চেৎরে) ; সাধু সঙ্গে—সাধুগা লোয়-নবদা ; নৈল—ওইদ্রে ; রতি—পুরীত লূপ্পা ; আসক্তি ; কিসে—করম্না ; আর—অতৈ ; তরিবার—লাম্খোরবগী ; পথ—লম্বী (লৈরিবগে) ; স্বরূপ—শ্রীস্বরূপ দামোদর গোস্বামী ; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামী ; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী ; ভট্ট-যুগ—ভট্ট অনী হায়বদি শ্রীরঘুনাথ ভট্ট অমগা শ্রীগোপাল ভট্ট ; লোকনাথ—শ্রীলোকনাথ গোস্বামী ; সিদ্ধান্ত সাগর—ভক্তিগী মরমদা লৈগদবা সিদ্ধান্ত (রায়েপ) অদুগী ভুংফম ইপাক ; শুনিতাম—তারম্বদি ; সে সব—মদু পুম্বা ; কথা—বা ; ঘুচিত—কোক্লংগনী ; মনের—পুক্নিংগী ; ব্যথা—অরাবা ; তবে—অদু ওইরবদি ; ভাল—অফবা ; হইত—ওইরমগনী ; অসুর—থম্মোয়গুং ; যখন—মতমদুদা ; গৌর—শ্রীগৌরাঙ্গমহাপ্রভু ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ; অদ্বৈতাদি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য-অদ্বিংবা ; ভক্তবৃন্দ—ভক্তপুম্বা ; নদীয়া-নগরে—নদীয়া নগরদা ;

অবতার – নোংগুম্বা ( ওইরম্মী ); তথন – মতমদুদা; না হৈল —ওইহৌদে; জন্ম – ( ঐগী ) পোকপা; এবে – হৌজিক্তি; দেহে – হকচাংসীনা; কিবা – করি; কর্ম্ম – থবক ( কাম্মনী ); মিছা মাত্র অরেম্বদা; বাহ – পুদুনা; ফিরি – কোম্নচং চংলি; ভার – অরূম্বসে; হরিদাস – শ্রীহরিদাস গোস্বামী; আদি — নচিংবা; মেলি – তিন্নদুনা; মহোৎসব-আদি – মহোৎসবনাচিংবা; কেলি – শান্নবা; না হেরিনু – উহৌদ্রে; সে – মদু; সুখবিলাস — সুখ্ংগ'ইবগী শান্নবা; কি – করি ওইরসিগে; মোর – ঐগী; দুঃখের — বাবগী; কথা – বা; জনম – ইপাক ( অসে ); গোঙায় —লেপ্লে; বৃথা – অরেম্বদা; ধিক্ ধিক্ – তোল্লি তোল্লি; নরোত্তম দাস – নরোত্তম দাস ( ঐসে )।

মৈতৈরেংদা হন্দোকপা – হরি হরি। ঐবু বর্ণনা করা পুন্নেদা। বিষয়-সম্পত্তিদা লূপ্‌নুনা পুক্নিং শেংদুনা, সাধু সঙ্গদা পুক্নিং থিংজল্লুদবে, কদ ইদনো ঐনা লানগদবা লশীবু। স্বরূপ সনাতন, রূপ, রঘুনাথ, ভট্ট অনী, লোকনাথ—( মহাশয়সি ) সিদ্ধান্ত-সাগরনি। ব পুম্নমক্ত তাংহৌরকদ পুক্নিংগী অরাবসি কোক্নমগদবনি, অদু ওইরবাদ থগ্রাই অসি লুপ্তাইজগদবনিকো। গৌর, নিত্যানন্দ, অদ্বৈত নচিংবা ভক্তশিংনা নদীয়া নগরদা অবতার তৌরম্বা মতমদা পোকহৌদরে। হৌজিক্তি হকচাং অসি করি থবক্তা কাদগনি, অরেম্বদা অরূম্বসি থাংলগা চংতুনা লৈরে। হরিদাসনচিংবা থিবিরা তিন্নদুনা মহোৎসব-নচিংবা লীলা (তৌখিবগী) সুখ-বিলাস অদু য়েংজহৌদ্রে। করিনুক হায়গনি ঐগী অরাবগী বাদি, অরেম্বদা পুক্নী হৌথরে, তোল্লদা নরোত্তম দাস।

**টীকা ঃ—**

কি মোর করম অনুরত—মসিদা কর্ম্ম অসি চেৎনা সংসারগী বিষয়-আশয় তাম্নবগী কর্ম্মবু হায়রিবনি। কর্ম্ম অসিগা ঐহাক্না কয়া পুনথরে—কয়া কয়া ঐহাকসি কর্ম্মদা নপশমত্রবগে হায়বহ কর্ম্মনা ঐবু থাদোক্লিংদরে।

সিদ্ধান্ত-সাগর— ভক্তিগী মরমদা সিদ্ধান্তগী ডুংকম ওইরিবা, হায়বদি স্বরূপ, সনাতন-নচিংবা ভক্তশিং অসিনা হরিভক্তি কারনো হায়বহ লেপ্পুনা ময়ামদা তাকপিরম্মী।

সে সব কথা- ৱারম পুম্নমক অদু; ভক্তি-সিদ্ধান্তগী ৱারম।

হরিদাস—শ্রীহরিদাস-ঠাকুর।

---

৩৬

বৃন্দাবন রম্য-স্থান দিব্য-চিন্তামণি ধাম
রতন-মন্দির মনোহর।
আবৃত কালিন্দী-নীরে রাজহংস কেলি করে
তাহে শোভে কনক-উৎপল॥
তার মধ্যে হেম-পীঠ অষ্ট দলেতে বেষ্টিত
অষ্ট-দলে প্রধান নায়িকা।
তার মধ্যে রত্নাসনে বসি আছেন দুই জনে
শ্যাম-সঙ্গে সুন্দরী রাধিকা॥

ও রূপ-লাবণ্য রাশি অমিয়া পড়িছে খসি
হাস্য-পরিহাস-সম্ভাষণে।
নরোত্তম-দাস কয় নিত্য-লীলা সুখময়
সেবা দিয়া রাখহ চরণে॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবন—বৃন্দাবন; রম্য—পুক্নাও হুনা ফজরবা; স্থান—মফম্; দিব্য—প্রাকৃত-নংতবা; চিন্তামণি—অনাওবদা পীবা মণি মথল স্পর্শমণি; ধাম—মফম; (চিন্তামণিধাম—চিন্তামণিগী মশক ওইবা মফম্); রত্ন-মন্দির—রত্নদনা শাবা লাইশঙ; মনোহর—পুক্নিংহুরবা; আবৃত—কোয়শল্লিবা; কালিন্দী-নীরে—কালিন্দীগী (যমুনাগী) লাইজনা; রাজহংস—কাঙনা; কেলি করে—শাল্লে; তাহে—অদুগী মথক্তা; শোভে—ফজরি; কনক—সনা; উৎপল—থম্বাল; (কনক-উৎপল—সনাগী থম্বাল্লা); তার—মদুগী; মধ্যে—মনুংদা; হেম-পীঠ—সনাগী ফজবা আসন নত্রগা বেদা। অষ্টদলে—দল নীপাল্লা; বেষ্টিত—কোয়শিনবা; অষ্টদলে—দল নিপান্দা; প্রধান—মকোক ওইবা; নায়িকা—লুচিংবী; তার—মদুগী; মধ্যে—মনুংদা, রত্ন-আসনে—রত্ননা শাবা [illegible] ফিদাদা; বসি—ফমহনা; আছেন—লৈ; দুই জনে—মখোয় অনীনা; শ্যাম-সঙ্গে—শ্যামগা লোয়নন; সুন্দরী—শকহেনবী; রাধিকা—শ্রীমতী রাধিকানী; ও—মহা; রূপ—শক; লাবণ্য—

কন্নবা ; রাশি – মতুম-মতুম, মপৈ ; ( রূপলাবণ্যরাশি—শকী রাশি ) ; অমিয়া—অমৃত ; পড়িছে – ভারি ; খসি – চেম্থুনা, কেন্দুনা ; হাস্য-পরিহাস – নোকৃক্রেম হায়প্রেমবা ; সম্ভাষণে —য়ারী শাবদা ; নরোত্তম দাস শ্রীলনরোত্তম দাসনা ; কয় —হায় ; নিত্য-লীলা—শুমিৎ খুদিংগী শান্নবা ; সুখময়— মুংঙাইবগী মশক ( ওই ) ; সেবা—থৌগল ; দিয়া—পীথুনা ; ( সেবা দিয়া—থৌগলহন্দুনা ) ; মাগহ – থম্বিয় ; চরণে—খুয়াদা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা— বৃন্দাবন-দি নিংথি-মুংঙাইরবা মকমনি, প্রাকৃত-নত্তবা খাল্লা চিন্তামণিগী মশক ওইরবা ধাম-নি, ( মহুদা ) রত্ন-মন্দির ( লৈবদি ) পুক্লিংহৌবনি। কোয়না চেল্লিবা কালিন্দীগী ( যমুনাগী ) লাইথক্তা কাংলো শান্নৈ, মহুদা মনাগী থপ্পানা লৈতেং ওইনা ফজ্জার। মহুগী মঙ্গুংদা ( মথীশিংগী ) অষ্টদল-না কোয়শিল্লহুনা হেম পীঠ লৈ, অদুদদা মকোক ওইবী নায়িকা লৈ। মহুগী মঙ্গুংদা ( হেম-পীঠগী মঙ্গুংদ ) রত্ন-সিংহাসন-দা অনীনা – শ্যামগা লোয়নন্না ফজরবী রাধিকানা—ফমথুনা লৈ। রূপ ( অনীথুগী ) ফজবা মপৈহৃদি অমৃত খিকথরকপগুম্বনি – ফাগি জুগাই তৌথুনা নোকপদুদা। নরোত্তম-দাসনা হায়জরি— শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিত্য-লীলাদি মুংঙাইবগী মশরি, সেবা তৌহন্দুনা ( ননাইবু ) নখোং-খুয়াদা থ মুউ।

দিব্য-চিন্তামণি-ধাম—দিব্য হায়বদি প্রাকৃত জগৎসিগী নত্তবা অমম্ভুং ভান্নবা ; বৃন্দাবনদি প্রাকৃত-নত্তবা চিন্ময় ওইবা লমদমনি মহুদা নিংবা পুম্বা থুংনৈয়ে।

আবৃত—কুপশল্লবা ; মকমসিদা কোয়শিল্লবা হায়বনি।

কনক-উৎপল—সনাগী থম্বাল। মকম অমদা 'তাহে শোভে কনক উৎপল' হায়বগী মহুত্তা 'কুবলয় কনক উৎপল' হায়বা পাঠ লৈ। কুবলয়গী অর্থদি থম্বাল হায়বনি ; অনৌবা পাঠান্তরসিগী অর্থদি (যমুনাদা শাংপা) থম্বালদো সনাগী থম্বাল ওক্তুনি-ওইগনি।

অষ্ট-দলেতে—সখী অমমমগী মঙ্গরীনচিংবী দল অমমম লৈ ; অহুনা সখী নিপানগী দল নিপান্না হায়রিবনি।

অষ্ট-দলে প্রধান নায়িকা—দল অমমমগী লুচিংবী অমমম লৈ ; অমুক দল নিপান্দুগী পুল্লপ পুনবা কোয়েন লুচিংবী (নায়িকা) অহুবু হায়রবনি।

---

৩৭

শ্রীরূপমঞ্জরী-পদ সেই মোর সম্পদ
সেই মোর ভজন পূজন।
সেই মোর প্রাণধন সেই মোর আভরণ
সেই মোর জীবনের জীবন॥
সেই মোর বাঞ্ছা-সিদ্ধি সেই মোর ভক্তি-ঋদ্ধি
সেই মোর বেদের ধরম।
সেই ব্রত সেই তপ সেই মোর মন্ত্র জপ
সেই মোর ধরম করম॥

অনুকূল হবে বিধি সে পদ-সম্পদ-নিধি
নিরখিব এ দুই নয়ানে।
সে পদ-মাধুরী-রাশি প্রাণ-কুবলয়-শশী
প্রফুল্লিত হবে নিশি-দিনে॥
তুয়া অদর্শন-অহি গরলে জারল দেহি
চিরদিন তাপিত জীবন।
হা হা প্রভু! কর দয়া দেহ মোরে পদ-ছায়া
নরোত্তম লইল শরণ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপমঞ্জরীপদ শ্রীরূপমঞ্জরীগী খোঙ; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; সম্পদ—লন্মী; সেই মতুনা; মোর ঐগী; ভজন—নিংফম্মী; পূজন—ইরাৎথম্মী; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; প্রাণধন থবাক্তগী লন্মী; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; আভরণ—নীক-কান্নচবা হিজতেং কিজেংনী; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; জীবনের—থবায়গী; জীবন—থবায়নী; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; বাঞ্ছাসিদ্ধি—নিংবা-থুংবনী; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; ভক্তি শক্তি—ভক্তিগী মায়কৈ শুনা চাওবা; ভক্তি পৌবালন; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; বেদের—বেদনী; ধরম—ধর্ম্মনী; সেই—মতুনা; ব্রত—স্বর্গগী ঙাক্কাইবা, লাইচিংবা পাংলনা নিয়ম নাইনা পুণ্যকর্ম্ম তৌবা; পাপ মথেং তাহন্নবা থবক; তপস্যা; সেই—মতুন; তপ—ব্রত, তপস্যা; সেই—মতুনা; মোর—ঐগী; মন্ত্র জপ—মন্ত্র শোন্নবনী;

সেই—মতুনা ; মোর—ঐগী ; ধরম করম—ধর্ম্ম-কর্ম্মনী ; অনুকূল—চানবীবা ; হবে—ওইগনী ; বিধি—নোংদম্বনা ; সে—মত ; পদ সম্পদ-নিধি লঙ্গৈ ওইবা খুয়াদো ; নিরখিব—উগনী ; এ—অসি ; দুই—অনী ; নয়নে—মীৎনা ; সে—মহ ; পদ-মাধুরী খুয়াগী ফজবা , রাশি—মপৈ ; প্রাণ কুবলয়—থরায়গী মচু ওইবা পরোগী : শশী—থাজনী ; প্রফুল্লিত—শাংপা হায়বদি পানবা ; হবে—ওইগনী ; নিশিদিনে—অহিং-নুংথিল অনীমক্তা ; তুয়া নংগী ; অদর্শন—উদবা ; অহি—লিল্ ; (অদর্শন-অহি উদব হায়বা লিল্) ; গরলে—হূনা ; জারল—চাক্লে ; দেহি—হকচাঙ ; চিরদিন—মতমপুম্বা ; তাপিত—চাকপা (ওই) ; জীবন—থরায় ; হা হা প্রভু—হে প্রভু (য়ানা কৌবা) ; কর—তৌ ; দয়া খোজান ; দেহ—পীয়ু ; মোরে ঐঙোন্দা ; পদ-ছায়া—খুয়া মরুম ; নরোত্তম—শ্রীল-নরোত্তম না ; লইল—লৌজরে ; শরণ চঙজবা ; (শরণ লইল—চঙজরে)।

মৈতৈরোলনা হন্দোকপা শ্রীরূপমঞ্জরীগী মখোং-খুয়ানা ঐগী ইরম্নি, মতুনা ঐগী ভজন-পূজন তৌফমনি। মতুনা ঐগী থরায়গী মনি, মতুনা ঐগী মচাক কন্নবা ফাক্লেং-লৈতেং ওইরি ; মতুনা ঐগী হরায়গী থরায়নি। মতুনা ঐগী নিংবা-থুংবা হায়রিবহুনি, মতুনা ঐগী ভক্তি হায়বা সান্দুনি, মতুনা ঐগী বেদ-ধর্ম্মান। মতুনা ব্রতনি, মতুনা তপনি, মতুনা ঐগী মন্ত্র-জপ তৌবা হায়বহুনি, মতুনা ঐগী ধর্ম্ম-কর্ম্মনি। বিধিনা মায়ওনশিনবিরবদা লংপে

ওইরিবা খুয়াথাতু মিং অনীসিনা উজগনি। মখোং খুয়াতুগী সিংখিজবা ফজবনা থরায় কৌবা থম্বালগী ( মফমসিদা থরোগী ) থা ওইরি. ( থা অদু ) অচিং মুংশিল অনীমক্তা শাংকায়বগনি ( থোক্লগনি )। নংবু উদনা হায়বা লীল ( অদুগী ) হনা ফকচংসি চাকথেক্লে মতম পুন্দা থরায়সে চাক্লে। হে প্রভু থৌজান-বীয়ু. নখোং-মরুম অতু ইডোন্দা পিনবিয়ু, নরোত্তমনা চংজরে।

ভাবার্থ—শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিত্যলীলা দর্শন ফংজগে হায়রবদি শ্রীরূপমঞ্জরীনা তেংবাংবিরবদা ওইগদবনি। অদুনা তানগদবা লন, শোনগদবা সাইশোল, ধর্ম্ম, কর্ম্ম পুংমক শ্রীরূপমঞ্জরীনা ওইবা তারে হায়রিবনি।

বাঞ্ছা-সিদ্ধি—নিংবা-থুংবা। শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিত্যলীলাদা সেবা ফংজগে হায়না নিংজবতু থুংগে হায়রবদি শ্রীরূপমঞ্জরীগী চরণ তনা সিদ্ধি ওইগনি হায়রিবনি।

ভক্তি-ঋদ্ধি—ভক্তি কৌবা লন-থুম্।

প্রাণ-কুবলয়-শশী—থরায়গী মশক ওইরিবা থম্বালগী মফমদা থাগী মশক ওইরিবা ( শ্রীরূপমঞ্জরীগী চরণ )। কুবলয়গী অর্থদি থম্বাল হায়বনি. মফম অসিদা থরো ওইবা ভাই, মরমদি কবিশিংনা হায় থা থোক্লগা থরো শাংলি, তুমিং থোক্লগা থম্বাল শাংলি।

প্রফুল্লিত—শাংকায়বা, মফমসিদা মপুংফানা চাম্না থা থোক্লনি হায়বনি। থা অসিনা ওইরিবদি শ্রীরূপমঞ্জরীগী চরণ

অনীদুগী ফজবা-মপৈ অদুনি। কনাগী মফমদা থা ওইরিবনো হায়রবু শ্রীলনরোত্তম মহাশয়গী থরায়গী মশক ওইরিবা থরোগী মফমদা। থরোনা ঙাইহৈজ মপুং ফানা ঙাল্লবা মবুঙো থা-না থোরকপবু; করিনা—থাবল মতম-ফনা ঙাল্লবদা মোগী মশক ওইরবী থরোনা হরাওনা শাংচদুনা মবুঙো-থাগী মফমদা মশাবু কংথোকচৈ। শ্রীলনরোত্তমনা হায়রি—শ্রীরূপমঞ্জরীগী পদ-মাধুরী মপৈ অহু য়েংবদা মাগী থুংঙাইবগী মাপান লৈররোই।

অদর্শন-অহি—অদর্শন (উদবা) অহুনা লাল ওইরে হায়রিবনি।

গরলে—হু-না। জারল—চাক্লে। দেহি—হকচাং।

---

৩৮

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌরভক্ত-বৃন্দ॥
কৃপা করি সবে মেলি করহ করুণা।
অধম পতিত জনে না করিহ ঘৃণা॥
এ তিন সংসার-মাঝে তুয়া পদ সার।
ভাবিয়া দেখিনু মনে গতি নাহি আর॥
সে পদ পাবার আশে খেদ উঠে মনে।
ব্যাকুল-হৃদয়ে সদা করিয়ে ক্রন্দনে॥

কিরূপে পাইব কিছু না পাই সন্ধান।
প্রভু-লোকনাথ-পদ নাহিক স্মরণ॥
তুমি ত দয়াল প্রভু চাহ একবার।
নরোত্তম-হৃদয়ের ঘুচাও অন্ধকার।

## শব্দার্থ

জয় জয়—জয় ওইরে জয় ওইরে; খুরুমজরি খুরুমজরি; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুবু; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু; জয়-অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজরি; জয়—খুরুমজে; গৌরভক্তবৃন্দ—শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী ভক্তশিংবু; কৃপা—থৌজাল; করি—তৌদুনা; সবে-পুম্নমক্না; করহ—তৌবিয়ু; করুণা—নুংশিবা, চান্‌বিবা; অধম—তোঙবা; পতিত—সংসার-মায়াদা তাবা; জনে—মীবু; না করিহ—তৌবিগনু; ঘৃণা—তুক্কচবা, হংগোইবা; এ—মসি; তিন—অহুম; সংসার—মরোল; মাঝে—মনুঙদা; (এ তিন সংসার মাঝে—স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল মরোল অহুমসাগী মনুঙদা); তুয়া—নংগী (নখোয়গী); পদ—খুয়ানা; সার মচিনী; ভাবিয়া—খন্দুনা; দেখিনু য়েংলে; মনে—পুক্নীঙদা; গতি—উপায়; নাহি—লৈতে; আর—অতোপ্পা; সে পদ—খোঙ অদু; পাবার—ফংবগী; আশে—আশাদা; খেদ—(ফংনিংবনা) ৱাবা; উঠে—পোকয়ি; মনে—পুক্নীঙদা; ব্যাকুল-হৃদয়ে—লাঙতক্নবা থম্মোয়দা; সদা—মতম পুম্বদা; করিয়ে—তৌয়ি;

ক্রন্দনে—কপ্পা ; কিরূপে—মতৌ করম্না ; পাইব—ফংগনী ; কিছু—করিমত্তা ; না পায়—ফংদ্রে ; সন্ধান—থিবা ; প্রভু-লোকনাথ-পদ—শ্রীলোকনাথ প্রভুগী খুয়াবু ; নাহিক স্মরণ—নিংশিংদ্রে ; ভুমিত—নহাক্তিনে ; দয়াল—থৌজান-হৈবা ; প্রভু—মপুনী ; চাহ—য়েংথবিরকউ ; একবার—অমুক্তা ; নরোত্তম-হৃদয়ের—শ্রীলনরোত্তমগী থম্মোয়গী ; ঘুচাও—কোকহল্লু ; অন্ধকার—অমম্বা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দবু খুরুমজরি। অদ্বৈতচন্দ্রবু গৌরভক্ত পুম্নবু খুরুমজরি। কৃপা তৌবিহনা ময়াম তিন্নরগা থৌজানবিয়ু। তোল্লবা-তান্নবা মীসিবু ভুকচবিয়ু। মরোল অহুম অসিদা নখোয়গী চরণতনা মরুনি। পুক্নিংদা থন্দুনা য়েংলে—অতৈ গতি অমা লৈতরে। নখোং খুয়াদং ফংনিংবগী আশানা পুক্নিংদা য়াবা পোক্লে। পৌয়াংবা থম্মোয়না মতমপুম্নদা কপ্লিয়ে। করম হায়না ফংগনি, থিবা ফংদরে। প্রভু-লোকনাথকী চরণবু কাওক্লয়ে। নহাক্কি থৌজাল হৈবনি প্রভু, অমুক্তা (ঐঙোন্দা) য়েংথবিরকউ। নরোত্তমগী থম্মোইন্দা মম্নিবসি কোকহনবিয়ো।

টীকা ঃ—

এ তিন সংসার—মরোল অহুম হায়বদি স্বর্গ, মর্ত্য অমস্রুং পাতাল। সন্ধান—থিবা। অন্ধকার—অমম্বা, অজ্ঞান-না হায়বদি ভক্তিগীজ্ঞান ফংদবনা ওইরিবা অমম্বা।

---

৩৯

হাহা প্রভু লোকনাথ! রাখ পদ-দ্বন্দ্বে।
কৃপা-দৃষ্টে চাহ যদি হইয়া আনন্দে॥
মনোবাঞ্ছা-সিদ্ধি তবে পূর্ণ হয় তৃষ্ণ।
হেথায় চৈতন্য মিলে হেথা রাধাকৃষ্ণ॥
তুমি না করিলে দয়া কে করিবে আর।
মনের বাসনা পূর্ণ কর এইবার॥
এ তিন সংসারে মোর আর কেহ নাই।
কৃপা করি নিজ-পদ-তলে দেহ ঠাঁই॥
রাধাকৃষ্ণ-লীলা-গুণ গাও রাত্রিদিনে।
নরোত্তম-বাঞ্ছা পূর্ণ নহে তুয়া বিনে॥

শব্দার্থ

হা হা প্রভু—রারেদা হে প্রভু; লোকনাথ—শ্রীলোকনাথ গোস্বামী; রাখ-থম্মু; পদ-দ্বন্দ্বে-খুয়া-খা অনীত্তদা; কৃপা-দৃষ্টে—থৌজ্রালগী মীংয়েংনা; চাহ—য়েঙুঙু; যদি-বদি; (যদি চাহ—য়েংবিরবদি); হইয়া—ওইদুনা; আনন্দে—নুংঙাইবা; মনোবাঞ্ছা-সিদ্ধি—নীংবা থুংবা; তবে—অদু ওইরবদি পূর্ণ—মপুঙ ফাবা; হয়—ওই; তৃষ্ণ—থৌরাংবা; হেথায়—মফমসিদা (মরমসিনা); চৈতন্য—শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু; মিলে—ফংঙি; হেথা—মফমসিদা (মরমসিনা); রাধাকৃষ্ণ—শ্রীরাধ কৃষ্ণ অনীবু; তুমি—নহাক্না; না করিলে—তৌদ্রবদি; দয়

—খোজাল; কে—কনানা; করিবে—তৌগনী; আর—অতৈ; মনের—পুক্নীগী; বাসনা—অপাম্বা; পূর্ণ কর—থুংহল্লো; এইবার—হন্নকমূক; এ তিন সংসারে—মরোল অহুমসিদা; মোর—ঐগী; আর—অতৈ; কেহ—কনামা; নাই—লৈত্রে; কৃপা করি—চানবিদুনা; নিজ—নশামক্কী; পদতলে—খুয়া-থাদা; দেহ—পীবিয়ু; ঠাঞি—মফম; রাধাকৃষ্ণলীলাগুণ—শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা অমদি মগুণ; গাঙ—শক্কে শোন্গে; রাত্রিদিনে—অহিং মুংথিল অনীমক্তা; নরোত্তম-বাঞ্ছা—নরোত্তম-না পামজবসে; পূর্ণ নহে—থুংদরে; তুয়া বিনে—নহাক নত্তনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হে প্রভু লোকনাথ! নখোং খুয়া অনীদা (ঐবু) থম্বিয়ু। কৃপাগী মিংয়েংনা নুংডাইনা অমুক্কং য়েংবিরবদি মনোবাঞ্ছা সিদ্ধি ওইগনি, খোয়াংবা কোক্কনি। মফমসিদা (মরমসিনা) শ্রীচৈতন্যবু ফংই, শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ফংই। নহাক্না খোজান-বিদ্রবদি কনা অমনা খোজানবিগনি। পুক্নিংগী অনীংবসি হন্দক্কি থুংহনবিরো, সংসার মরোল অহুম অসিদা ঐগী নি হায়বা অতৈ কনা লৈতে। কৃপা তৌবিদুনা নখোং খুয়াখাদা চংজফম পিবিয়ু। রাধাকৃষ্ণগী লীলা অমদি গুণ কীর্ত্তন অহিং-মুংথিল চুপ্পা শক-শোনগনি। নরোত্তম-না নিংজরিবসি নহাক নত্তনা থুংলরোই।

ভাবার্থ—শ্রীপাদ লোকনাথ গোস্বামীদি শ্রীনরোত্তম মহা-শয়গী গুরুনি। গুরু-কৃপা নত্তনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী মখোং-খম্বালবু ফংজগে হায়না নিংলিবসি ফংবা য়ারোই; অদুনা গুরুদেবগী কৃপা পিবিয়ু হায়না শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না প্রার্থনা তৌরিবনি।

পদ দ্বন্দ্বে—মথোং অনীদা। কৃপা-দৃষ্টে—থৌজালগী মিংয়েংদা। তৃষ্ণ—থৌরাংবা; শ্রীরাধাগোবিন্দগী মথোং-থবান অদু ফংনবগীদমক য়াম্না কন্না তৌবা লালসা। হেথায়—মফমসিদা (মরমসিনা; শ্রীগুরুগী মথোং-থম্বালদা চংজরগা। গুরু-কৃপা সৈরবদি শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু অমসুং শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ফংবা ঙশি হায়রিবনি। গাঙু—শক-শোনগনি।

---

৪•

লোকনাথ প্রভু তুমি দয়া কর মোরে।
রাধাকৃষ্ণ-লীলা যেন সদা চিত্তে স্ফুরে॥
তোমার সহিতে থাকি সখীর সহিতে।
এই ত বাসনা মোর সদা উঠে চিতে॥
সখীগণ জ্যেষ্ঠা যেঁহো তাঁহার চরণে।
মোরে সমর্পিবে কবে সেবার কারণে॥
তবে সে হইবে মোর বাঞ্ছিত-পূরণ।
আনন্দে সেবিব দোঁহার যুগল চরণ॥
শ্রীরূপমঞ্জরী-সখী! কৃপা-দৃষ্টে চেয়ে।
তাপিত নরোত্তমে সিঞ্চ সেবামৃত দিয়ে॥

শব্দার্থ

লোকনাথ প্রভু—শ্রীলোকনাথ গোস্বামী; তুমি—নং দয়া কর-থৌজাননিবিয়ু; মোরে—এইহাকপু; রাধাকৃষ্ণলী

—রাধাকৃষ্ণগী লীলা ; যেন—অদুম্না ; সদা- মতমপুম্বদা ; চিত্তে —পুক্লীডদা ; স্ফুরে—ফাওরকসনু ; তোমার শক্তিতে—নংগা লোয়ননা ; থাকি সংগে ; সখীর সহিত সখীগা লোয়ননা ; এই ত-মসিমক্ ; বাসনা—পামজবা ; মোর—ঐহাক্কী ; সদা -মতমপুম্বদা ; উঠে—থোকয়ি ; চিত্তে পুক্লীডদা ; সখীগণ —সখীশিংগী ; জ্যেষ্ঠা—খ্বাইদগী হন্‌বা ; যেঁহো—মহাক ; তাঁহার —মহাক্কী ; চরণে—মখোঙদা ; মোরে—ঐবু ; সমর্পিবে— শিন্নবিনী ; কবে—কদোইঙে ; সেবার—সেবাগী ; কারণে— মরমগীদমক ; তবে—অদু ওইরবদি ; সে—মদু ; হইবে— ওইগনী ; মোর—ঐগী ; বাঞ্ছিত-পূরণ—অনীঙবা থুংবা ; আনন্দে —মুংঙাইনা ; সেবিব—সেবা তৌগনী ; দোঁহার—অনীগী ; যুগল চরণ—থোঙ অনীবু ; শ্রীরূপমঞ্জরী-সখী—শ্রীরূপমঞ্জরী সখী ; কৃপাদৃষ্টে—থৌজালগী মীৎয়েংনা ; চেয়ে—য়েংবিদুনা ; তাপিত—চাক্লবা ; নরোত্তমে—শ্রীনরোত্তমদা ; সিঞ্চ—হিক'পয়ু ; সেবামৃত—সেবা কৌবা অমৃত ; দিয়ে—পীদুনা ( অদু )।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—লোকনাথ প্রভু, নংনা ঐবু থৌজানবিয়ু। রাধাকৃষ্ণগী লীলাদু মতমপুম্বদা চিত্তদা নিংশিংজবা ওইসনু। নহাক্না লৈমিন্নদুনা সখীগা লৈমিন্নবা পাম্মী। বাসনা অসি মতমপুম্বদা থম্মোয়দা হৌরি। সখীশিংগী কোকহন ওইরিবী অদুগী মখোংদা কদোইঙে ঐহাকপু সেবা চংবা য়াওনবা শিন্নবি-গদৌরি। অদু ওইরবদি ঐগী নিংজবসি থুংবা হায়বদু ওইরগনি। মুংঙাইনা অনীগী ( শ্রীরাধাগোবিন্দগী ) মখোং অনীদু সেবা

তৌজগনি। শ্রীরূপ মঞ্জরী সখি! কৃপাগী মিংয়েং য়েংবিহনা থম্মোয়-চান্নবা নরোত্তমদা সেবাগী মশক ওইরবা অমৃত অহু খিকপিরো।

টীকাঃ—

তোমার সহিতে থাকি সখীর সহিতে—শ্রীগুরুদেবনা পুশনবিহনা সখীগী মথুক্তা শিন্নগদবনি। অদুদগী সখীহনা সেবা য়াওহন্নবা শ্রীরাধাগোবিন্দগী থুয়াখাদা হজংপিগদবনি। অহনা গুরুনা কৃপা তৌবিহনা মাগী সেবকপু মনাক্তা লোয়্নরবদি সখীশিংগী নাক্তা লৈবা হায়বদু ওইরে। মদু ফংগে হায়না শ্রীলনরোত্তম মহাশয়না মহাক্তী গুরু দেবদা প্রার্থনা তৌজরি।

সখীগণ-জ্যেষ্ঠা—সখীশিংগী মকোক ওইরিবী। শ্রীললিতা দেবীবুনি।

সিঞ্চ—খিকপিয়ু। সেবাগী মশক ওইরবা অমৃত খিকপিরগা ঐগী থম্মোয় অসি পেহ্লনবিয়ু হায়রিবনি।

---

৪১

শুনিয়াছি সাধু-মুখে বলে সর্ব্বজন।
শ্রীরূপ-কৃপায় মিলে যুগল-চরণ॥
হা হা প্রভু সনাতন! গৌর-পরিবার।
সবে মিলি বাঞ্ছা পূর্ণ করহ আমার॥

শ্রীরূপের কৃপা যেন আমা প্রতি হয়।
সে পদ আশ্রয় যার সেই মহাশয়॥
প্রভু-লোকনাথ কবে সঙ্গে ল'য়ে যাবে।
শ্রীরূপের পাদ-পদ্মে মোরে সমর্পিবে॥
হেন কি হইবে মোর নর্ম্ম-সখীগণে।
অনুগত নরোত্তমে করিবে শাসনে॥

## শব্দার্থ

শুনিয়াছি—নাকোঙনা তারে ; সাধু মুখে—সাধুগী চীন্দগী বলে—হায় ; যুগল—অনী ; চরণ—খোঙ ; হা হা প্রভু ; সনাতন—হে প্রভু সনাতন ; গৌর-পরিবার—গৌর ভক্ত পুম্বা ; সবে—লোইনমক্না ; মিলি—তিন্দুনা ; বাঞ্ছা—অনীঙবা ; পূর্ণ কর—থুংহল্লু ; আমার—ঐগী ; শ্রীরূপের—শ্রীরূপ-কী ; কৃপা—থৌজাল ; যেন—মহুম্না ; আমা প্রতি—ঐডোন্দা ; হয়—ওই ; (যেন হয়—ওইবা ওইসনু) ; সে পদ—খোঙ অহু ; আশ্রয়—চঙজফম ; যার—মকাকী ; সেই—মহাক্তো ; মহাশয়—পূকচেল-চাওবা ; প্রভু-লোকনাথ—প্রভু ওইবা লোকনাথ গোস্বামীনা ; কবে—কদোমৈঙে ; সঙ্গে—লোয়ননা ; ল'য়ে—পুদুনা ; যাবে—লেঙগনী ; শ্রীরূপের—শ্রীরূপ মঞ্জরীগী ; পাদ-পদ্মে—খোঙ-থম্বালদা ; মোরে—ঐবু ; সমর্পিবে—শিন্নবিগনী, কংথোকপিগনী ; হেন—মতৌ অসূন্না ; কি হইবে—ওইগদরা ; মোর—ঐগী ; নর্ম্মসখীগণে—লীলাদা লোয়নবীশিংনা ; অনুগত

—তুংইন্ভরিবা ; নরোত্তমে—শ্রীনরোত্তম মহাশয়বু ; করিবে শাসনে – রারক রাতেম্বা তৌবিগনী।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—মী পুম্বনা হায়নৈ হায়না সাধুগী মুখদগী তারে—( করি হায়না। মতুদি:— ) শ্রীরূপ মঞ্জরীগী কৃপানা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী যুগল-চরণ ফংই। হা প্রভু সনাতন, হা গৌরগী ভক্ত পুম্বা, ময়াম তিন্দুনা ঐগী নিংজবসি থুংহনবিয়ু। শ্রীরূপমঞ্জরীনা ঐভোন্দা কৃপা তৌবিবা ওইসনু মহাক্কী মথোং-থুয়ানা আশ্রয় ওইদুনা লৈরবা মীদি মহাশয় ( পুকচেল-ফবা ভক্ত ) ওইরবনি। প্রভু লোকনাথনা কদৌদৈ লোয়ননা ঐবু পুবিগদগে। শ্রীরূপমঞ্জরীগী থুয়াদা শিন্নথোকপি গদগে। অসিগুম্বসিবু ঐগী ওইরগদবা—প্রিয়নর্ম্মসখীশিংন চংজরিবা নরোত্তমবু রারক-রাতেম্বিবা ( অহ )।

টীকা ঃ—

শ্রীরূপ--শ্রীরূপমঞ্জরীবু হায়রিবনি। গৌর-পরিবার-শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী ভক্ত-পরিকর বু হায়রিবনি। নর্ম্ম-সখীগণে শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবা প্রিয়নর্ম্ম সখীশিংনা।

---

৪২

এই নব দাসী বলি শ্রীরূপ চাহিবে।
হেন শুভ-ক্ষণ মোর কত দিনে হবে॥

শীঘ্রে আজ্ঞা করিবেন—দাসি! হেথা আয়।
সেবার সুসজ্জা-কার্য্য করহ ত্বরায়॥
আনন্দিত হ'য়ে হিয়া তাঁর আজ্ঞা-বলে।
পবিত্র মনেতে কার্য্য করিব তৎকালে॥
সেবার সামগ্রী রত্ন-থালেতে করিয়া।
সুবাসিত বারি স্বর্ণ-ঝারিতে পূরিয়া॥
দোঁহার সম্মুখে ল'য়ে দিব শীঘ্র-গতি।
নরোত্তমের দশা কবে হইবে এমতি॥

## শব্দার্থ

এই—অসী; নব—অনৌবা; দাসী—মীনাইনবী; বলি—হায়দুনা; শ্রীরূপ—শ্রীরূপ মঞ্জরীনা; চাহিবে—মীরো হায়গনী; হেন—অসিগুম্বা; শুভক্ষণ—অাব পুংফম; মোর—ঐগী; কত দিনে—কয়ানি নৈরগা; কবে—ভুইংনী; শীঘ্রে—থুনমক; আজ্ঞা করিবেন—য়াথং তাওগদবিগনা; দাসি—মীনাইনুবী; হেথা—অসিদা; আয়—লাও; সেবার—সেবাগী; সুসজ্জা-কার্য্য—নিংথনা শেম-শাংগী থবক; করহ—তৌ; ত্বরায়—থুনমক; আনন্দিত—নুংঙাইরবা; হ'য়ে—ওইরদুনা; হিয়া—থম্মোয়; তাঁর—মহাক্কী; আজ্ঞাবলে—য়াথংনা পাঙ্গল ওইদুনা; পবিত্র—মত্রুবা; মনেতে—পুক্নীংদা; কার্য্য—ইথো; করিব—তৌগনী; তৎকালে—মতমদুদা; সেবার—সেবাগী; সামগ্রী—পোৎ; রত্ন-থালেতে—রত্নগী পুথমদা;

করিয়া - তৌহনা (হাপ্‌না); সুবাসিত - মনম সুংশিরবা; ঝারি - ঈশীঙ; স্বর্ণ-ঝারিতে - সনাগী ঝারি খুজাইদা; পুরিয়া হাপ্লগা; দোঁহার - অনীগী (শ্রীরাধাগোবিন্দগী); সম্মুখে - মাঙদা; ল'য়ে - পুহনা; দিব - (ঐনা) পিগনী; শীঘ্রগতি - খোঙথাং থুনা থাংহনা; নরোত্তমের - নরোত্তমগী; দশা - কীতম; কবে - কদৌঙৈ; হইবে - ওইগনী; এমতি - অসুম্না।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—মীনাইশুবী অনৌবীহ অসিনা হায়না শ্রীরূপমঞ্জরীনা মিংয়েং তাবিগনি - অহুণ্ডম্বা য়াইফবা পুংকম অদু ঐগী কদৌঙৈ থোক্লগবা। থুনমক য়াথং তাওথবিগনি —দাসী, অসিদা লাও; সেবাগী পোৎচৈ নিংথিনা শেম-শাগৎনবা থুনা তৌ। ময়াথংগী শক্তিনা (ঐগী) থম্মোয়সি সুংজাইজরহনা পুক্রিং শেংনা মতম অদুদা থবক তৌগনি। সেবাগী পোৎলম রত্ননা শাবা পুথমদা হাপ্‌না (অদুগা) মনম সুংশিরবা ইশিংনা সনাগী খুজাই থন্না হাপ্লগা থুনা চংশিন্দুনা মখোয়নিগী (শ্রীরাধা-গোবিন্দগী) মাংদা পুহনা থমগনি। নরোত্তমগী দশাবু কদৌঙৈ অসুম্না ওইগদৌরিবনো?

ভাবার্থ—শ্রীরূপ মঞ্জরীনা চাল্লবা সুমিৎগীদি যুগল-সেবা-শ্রীদমক পোৎলম শেম-শাগৎলু লাকল্লু হায়বনাচংবা থৌদারকনি। অদুদা গোপকুমারী ওইরবা শ্রীলনরোত্তমনা সেবা চংজবা কংলে হায়রহনা হরাওজবা সুমিৎ অদু করম্বা সুমিত্তা ওইগদগে হায়না থৌনাংজরি।

সুসজ্জা-কার্য্য—ফজনা শেম-শাগৎপগী থবক। আজ্ঞা-বলে—য়াথংগী শক্তিনা, য়াথং অদু কয়ামুক কনবগে হায়ববু ইন্দবা য়াবা নত্তে। সুবাসিত বারি—মনম মুংশিবা ঈশিং।

---

৪৩

শ্রীরূপ-পশ্চাতে আমি রহিব ভীত হৈয়া।
দোঁহে পুনঃ কহিবেন আমা পানে চাইয়া॥
সদয়-হৃদয় দোঁহে কহিবেন হাসি।
কোথায় পাইলে রূপ! এই নব-দাসী॥
শ্রীরূপমঞ্জরী তবে দোঁহ-বাক্য শুনি।
মঞ্জুলালী দিল মোরে এই দাসী আনি॥
অতি নম্র-চিত্ত আমি ইহারে জানিল।
সেবাকার্য্য দিয়া তবে হেথায় রাখিল॥
হেন তত্ত্ব দোঁহাকার সাক্ষাতে কহিয়া।
নরোত্তমে সেবায় দিবে নিযুক্ত করিয়া॥

## শব্দার্থ

শ্রীরূপ-পশ্চাতে—শ্রীরূপমঞ্জরীগী তুংলোমদা; আমি—ঐনা; রহিব—লৈগনী; ভীত—কিরবা; হৈয়া—ওইদুনা; দোঁহে—অনীনা; পুনঃ অমুক হন্না; কহিবেন—হায়গনী।

আমা পানে—ঐঙোস্লোমদা ; চাইয়া—য়েংথোরক্কুনা ; সদয়-হৃদয়—মুংশিংবা থম্মোয়না মংখায়গী ওইরবা ; দোঁহে—অনীনা ; কহিবেন—ঙাংবিরক্কনী ; হাসি—নোক্না নোক্না ; কোথায়—কদায়দগী ; পাইলে—ফংলুরিবা ; রূপ—ওহে রূপ-মঞ্জরী ; এই নবদাসী—মানাই অনৌবী অসী ; শ্রীরূপমঞ্জরী—শ্রীরূপমঞ্জরীনা ; ভাব—অদুদগী ; দোঁহ-বাক্য—অনীগী বা ; শুনি—তাবগা ; মঞ্জুলালী—মঞ্জুলালী মঞ্জরীনা ; দিল পীরে ; মোরে—ঐঙোন্দা ; এই দাসী—দাসী অসিবু ; আনি—পুরক্কুনা ; অদি—য়াম্না ; নম্র চিত্ত নোঙবা পুকচেন-চেন্‌বা ; আমি—ঐনা ; ইহারে—মসীবু ; জানিল হৃদয়ে ; সেবাকার্য্য—সেবাগী থবক ; দিয়া—পীদুনা ; তবে অদুগী ; হেথায়—মফমসিদা ; রাখিল—থম্লবনী ; হেন অসিগুম্বা ; তত্ত্ব—অওইবা রারোল ; দোঁহাকার—অনীগী ; সাক্ষাতে—মাঙদা ; কহিয়া—হঙদুনা ; নরোত্তমে—শ্রীনরোত্তমবু ; সেবা—সেবাদা ; দিবে—পীগনী ; নিযুক্ত করিয়া—শীজিন্নদুনা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লগা শ্রীরূপমঞ্জরীগী ভুংদা ঐনা অকি অব নবদুনা লৈগনি। মখোয়নিনা (শ্রীরাধাগোবিন্দনা) ঐঙোস্লোমদা য়েংথারক্কুনা অনুক হায়রিবক্কনি। থোঙাললৈবা-থম্মোয় পান্নবা অনীনা নোক্না নাক্না হায়দগনি—রূপ (শ্রীরূপ-মঞ্জরীবুনি, ) দাসী অনৌবা অসি বদাইদা ফংলুই। শ্রীরূপমঞ্জরীনা অদুদগীদি অনীগী রাহ তাবদা (থুমগনি)—মঞ্জুলালী-না দাসী

পুরক্কনা ঐঙোন্দা পিরক্কবনি। মহাকসি য়াম্না নোঙবা পুকচেল-চেনবীনি কায়না ঐ থাজরে। অদুনা সেবাগী থবক্তা থোদাহুনা কাসিদ থাক্লবনি। অসিগুম্বা তত্ত্ব ( নরোত্তমগী পরিচয় ) অনীগী মাংদা হঙ্গংলগা নরোত্তমবু সেবাদা থোদা পিগনি।

টীকা ঃ

দোঁহে—অনীনা : শ্রীরাধাকৃষ্ণনা। মঞ্জুলালী—মঞ্জুলালী মঞ্জরীবুনি। মহাকসি শ্রীগৌরলীলাদা শ্রীলোকনাথ গোস্বামী প্রভুনি। শ্রীলোকনাথ গোস্বামীনা শ্রীনরোত্তমগী গুরুনি। হেথায়—মফম অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নাক্তা। তত্ত্ব—অঙৈবা বারম মরি মথোং। নরোত্তম দাস শরণগী তত্ত্ব কায়বদি মরম।

---

৪৪

হরি হরি ! কবে হেন দশা হবে মোর।
সেবিব দোঁহার পদ আনন্দে বিভোর॥
ভ্রমর হইয়া সদা রহিব চরণে।
শ্রীচরণামৃত সদা করিব আস্বাদনে॥
এই আশা পূর্ণ কর যত সখীগণ।
তোমাদের কৃপায় হয় বাঞ্ছিত-পূরণ॥
বহুদিন বাঞ্ছা করি পূর্ণ যাতে হয়
সবে মেলি দয়া কর হইয়া সদয়॥

সেবা-আশে নরোত্তম কান্দে দিবানিশি।
কৃপা করি কর মোরে অনুগত দাসী॥

### শব্দার্থ

হরি হরি – হে হরি ; কবে—কদোম্বৈ ; হেন – অসিগুম্বা। দশা – ফীভম ; হবে ওইগনী ; মোর—ঐগী ; সেবিব— সেবা তৌগনী ; দোঁহার—অনীগী ; পদ—খোঙ ; আনন্দে —মুংঙাইবদা ; বিভোর লুপ্পা ( ওইত্ননা ) ; ভ্রমর—খোই ; হইয়া – ওইত্ননা ; সদা – মতম পুম্বদা ; রহিব—লৈগনী ; চরণে – খুয়াদা ; শ্রীচরণামৃত – খোঙজুম ; সদা— মতমপুম্বদা ; করিব – তৌগনী ; আস্বাদনে— মহাও তংবা ; এই—মসী ; আশা – ফংনীঙবা ; পূর্ণ-কর—থুংহল্লু ; যত – লৈরিবা খিবিক ; সখীগণ—সখীশিং ; তোমাদের নখোয়গী ; কৃপায়—খোঙ্জাম্না ; হয়—ওই ; বাঞ্ছিত-পূরণ – অনীঙবা থুংবা ; বহুদিন—মুমিং মশীঙ য়াম্না ; বাঞ্ছা করি – পাম্লক্লিবনী ; পূর্ণ—থুংবা ; যাতে হয়—মহুনা ওইগনী ; সবে – পুম্নমক ; মেলি – তিল্লদুনা ; দয়া কর—খোঙ্জানবিয়ু ; হইয়া – ওইদুনা ; সদয় – চানবিহৈবা ; সেবা-আশে—সেবা তৌনিংবনা ; নরোত্তম – শ্রীনরোত্তমনা ; কান্দে – কপ্পী ; দিবানিশি – অহিং-নুংথিল অনীমক্তা ; কৃপা করি—খোঙ্জান বদুনা ; কর – ওইহনবিয়ু ; মোরে—ঐবু ; অনুগত —তুংইন্বী ; দাসী – ননাইগুবী।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—হরি, হরি ! অসিগুম্বা দশাবু

কদৌৗডে ঐগী ওইরগদগে। মুংঙাইবনা সুমহৎতুনা অনীগী মখোং-খুয়াবু সেবা তৌগনী। খোইমু ওইরদুনা মতম পুম্বদা মখোংদা লৈগনি। শ্রীচরণামৃতবু মতম লৈবথিবিক্তা থকচগনি। আশা অসি লৈরিবা সখী পুন্নমক্তা থুংহনবিয়ু। নংখোয়গী কৃপাতনা নিংবা থুংজগদৌরিবনি। মতম কুইনা নিংজরকপা অসি থুংবা য়ানবা ময়াম পুন্না থৌজানবিদুনা ঙংশিবিয়ু। সেবা ফংগে হায়বগী আশাদা নরোত্তমনা দিবানিশিদা কপ্লুনা লেল্লি। কৃপা তৌবিদুনা ঐহাকপু য়াথং ইনবী দাসী ওইহনবিয়ু।

---

৪৫

কিরূপে পাইব সেবা আমি দুরাচার।  
শ্রীগুরু-বৈষ্ণবে রতি না হৈল আমার॥  
অশেষ মায়াতে মন মগন হইল।  
বৈষ্ণবেতে লেশমাত্র রতি না জন্মিল॥  
বিষয়ে ভুলিয়া অন্ধ হৈনু দিবানিশি।  
গলে ফাঁস দিতে ফিরে মায়া-পিশাচী॥  
ইহারে করিয়া জয় ছাড়ান না যায়।  
সাধু-কৃপা বিনে আর নাহিক উপায়॥  
অদোষ-দরশী প্রভু পতিত-উদ্ধার।  
এইবার নরোত্তমে করহ নিস্তার॥

## শব্দার্থ

কিরূপে—মতৌ করম্না ; পাইব ফংগনী ; সেবা—থৌগন্‌বা ; আমি—ঐহাক ; দুরাচার চীচংলাইদবনী ; শ্রীগুরু-বৈষ্ণবে—শ্রীগুরু অমসুং বৈষ্ণবশিংদা ; রতি—নুংশিবা ; না হৈল—ওইদ্রে ; আমার—ঐগী ; অশেষ—লোইব-লাইদবা ; মায়াতে—মায়াদা ; মন—পুক্নীং ; মগন—লূপ্পা ; হইল—ওইরে ; বৈষ্ণবেতে—বৈষ্ণবশিংদ ; লেশমাত্র—খাজক্তফাওবা ; রতি—নুংশিবা, নীংবা ; না—নত্তে ; জন্মিল—পোক্লে ; (জন্মিল না—পোক্তে) ; বিষয়ে—ইন্দ্রিয়শংনা পাম্বা পোৎতাদা ; ভুলিয়া—চাওথিদুনা ; অন্ধ—মীৎতাঙবা ; হৈনু—ওইরে ; দিবানিশি—অহিং নুংথিল ; গলে—ছকশমদা ; ফাঁস—থৌরি কোক্নের ; দিতে—হুক্তদোবগী ; ফিরে কোয়চৎ চংলি ; মায়া-পিশাচী—মায়া কোবী লিংগানীনা ; ইহারে—মহাকসিবু ; করিয়া তৌদুনা ; জয়—চেম্বা ; ছাড়ান—থাদোকপা ; না যায়—য়াদে ; সাধু কৃপা—সাধুগী থৌজাল ; বিনে—নত্তনা ; নাহিক—লৈতে ; উপায় পাম্বে ; অদোষ-দরশী—মরাল য়েংবিদবা ; প্রভু—প্রভুনী ; পতিত-উদ্ধার—মায়াদা তাহুনা তোল্লববু লানবিবা ; এইবার—হৌজিকমুক্তি ; নরোত্তমে—শ্রীনরোত্তমবু ; করহ—তৌবিয়ু ; নিস্তার লান্‌ববা।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—করম্না সেবা তৌবা ফংগনি, ঐহাক লমচৎ নাইদবনি। শ্রীগুরু বৈষ্ণবতা ঐহাক ভক্তি অনুরাগ লৈরক্রে। লোইনাইদবা মায়াদা লুপলুরে, বৈষ্ণবতা অনুরাগ

মচেৎ অমাফাওবা পোকল্লে। বিষয়-আশয়দা সুমহৎতুনা মিত্তাংবা ওইনা দিবানিশিদা লৈরে। মায়া কৌবী হিংচাবীনা চক্কা শৌরি কোপোম্ন হুকদবগী কোয়না চৎলি। মসিবু (মায়াবু) জয় তৌরগা থাদোকখিবা য়াদ্রে। সাধুকৃপা নত্তনা উপায় অতৈ লৈদ্রে। মীগী মরাল য়েংবিদবা প্রভুনি, পতিতপু লানবিবনি, হন্দকমুক্তি নরোত্তমবু লানবীরো।

---

৪৬

গোরা পঁহু না ভজিয়া মৈনু।
প্রেম-রতন-ধন হেলায় হারাইনু॥
অধনে যতন করি ধন তেয়াগিনু।
আপন-করম-দোষে আপনি ডুবিনু॥
সৎ-সঙ্গ ছাড়ি কৈনু অসতে বিলাস।
তে কারণে লাগিল যে কর্ম্মবন্ধ-ফাঁস॥
বিষয়-বিষম-বিষ সতত খাইনু।
গৌর-কীর্ত্তন-রসে মগন নহিনু॥
কেন বা আশয়ে প্রাণ কি সুখ পাইয়া।
নরোত্তম-দাস কেন না গেল মরিয়া॥

শব্দার্থ

গোরা—শ্রীগৌরাঙ্গ; পঁহু—প্রভু; না ভজিয়া—নীংদতুনা; মৈনু—শিদোরে; প্রেম রতনধন—(রাধাকৃষ্ণবু) ঙংশিবা হায়বা

রত্ননা ওইবা লন ; কেলায় - থৌশাদবদগী ; হায়াইন্নু— মাঙথরে ; অধনে—লন নত্তববু ; যতন—চেকশিনবা ; করি - তৌহনা ; ধন - লন ; তেয়াগিয়—থাদোকখরে ; আপন—ইশাগী ; কর্ম্ম-দোষে - তৌরুবদা লানখিবনা ; আপনি—ইশা ইথন্তা ; ডুবিয় —লুপ্লে ; সংসঙ্গ—অফবগা তিন্নবা ; ছাড়ি - থাদোক্লুনা ; হৈন্নু - তৌরুরে ; অসত্তে—ফত্তবদা ওইদবদা ; বিলাস—শান্নবা ; তে-কারণে—মরম অদুনা ; লাগিল—থুররে ; যে - মদু ; কর্ম্মবন্ধ-ফাঁস—কর্ম্মনা পুন্‌বা কৌবা থৌরি কোঙ্গোই ; বিষয়-বিষম-বিষ - ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা পোং বিষয় কৌবা শাথিরবা হু ; সতত—মতম্‌পুম্বদা ; থাইন্নু—চাক্লরে ; গৌর-কীর্ত্তন-রসে—গৌরাঙ্গবু শক-শোনবগী নুংঙাইবদা ; মগন নহিন্নু—লুপ্‌হৌদরে ; কেন বা—করিগীনোনে ; আছয়ে—লৈরিবা ; প্রাণ—থরাইনা ; কি - করি ; সুখ—নুংঙাইবা ; পাইয়া—ফংদুনা ; নরোত্তম-দাস—শ্রীনরোত্তম দাসনা ; কেন - করিগীনো ; না গেল—চংত্রিবা ; মরিয়া শিদুনা ।

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—গৌরচন্দ্র প্রভুবু ভজন তৌ-হৌদনা শিদোরে । প্রেমগী মশক ওইরবা রত্ন-ধন অদুবু থৌশা-দবদগী মাঙখ্রে । অধনবু লুনা তৌরুবদগী ধন থাদোকখরে ইশাগী তৌজমল্লা ইরাল ওইদুনা ইশা ইথন্তা ( মীনা তৌব নত্তনা ) লুপ্লেদো । সৎ-সঙ্গ থাদোক্লুনা অসংকা হরাও-খেমিন্নরে মরমদুনা কর্ম্মনা থৌরী কোঙ্গোই ওইনা পুল্লরে । বিষয় কৌব শাথিরবা হু অদু ইত্তং তত্তনা চারুরে । গৌরকীর্ত্তনগী রসম

লুপ্লুদরে। করিগীদমকনো, করি করি মুংঙাইববু ফংতুনা থবাইনা হিংলিবা? নরোত্তম-দাস-না শিত্রিবসিনা করিগীনো?

টীকাঃ—

অধন—নত্তবা লন, লন নত্তবা পোং। মুপী-অঙাং লন-থুম্নচিংবা অরেপ্পা নত্তবা লন-বু হায়রিবনি।

ধন—অরেপ্পা মাঙত্রবা লন; মতুদি শ্রীকৃষ্ণগী মখোং-থম্বাল।

অসতে বিলাস—সাধু নত্তবা মীগা তিম্নদুনা হরাও খেমিন্নবা, অছুম্না মতম মাঙহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীচৈতন্ত প্রভুবু ভজন তৌদবা।

শ্রীশ্রীপ্রার্থনা সমাপ্তা।

# শীতলজিৎকী লাইরীকশিং

উপন্যাস—থাদোকপা, ইমা, রোহিণী, মংশি-বাথৈবা।

রাম[illegible]লৈকোয়ুংদা, লৈমুংশি।

শৈংরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথোলাংবা, শকুন্তল।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ;

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন ভাকা );

৩। শ্রীনরোত্তম দাসকী প্রার্থনা;

৪। বৈষ্ণব পদাবলীগী শায়োন্-শৈথন্;

৫। Friends' English to Manipuri [illegible] ;

৬। Friends' Pocket Dictionary

( *English to Manipuri* )।